সাধু শ্রীনিশ্চলদাসকী

# বিচার সাগর

(অদ্বৈত বেদান্ত)



মণিপুরীদ অনুবাদ :

শ্রীমোইরাংথেম নিংথেমজাও সিংহ




প্রকাশক - এম. নিংথেমজাও সিংহ

থোংজু পার্ট - টু

অহানবা [illegible] - ২০০৮

মশীং ১০০০

মমল লুঃ ৭০/-



---

নম্ফমঃ **My Offset Printer,** A House of Printing Press,

**Singjemai Sougrakpam Leikai, Imphal**

# মাংজৌ রা

"বিচার সাগর" বেদান্তগী মরু ওইব অথোইব গ্রন্থ অমনি। সাধু প্রবর শ্রীনিশ্চলদাসন বেদান্তগী গ্রন্থ কয়ামরুম রচনা ভাষাদ ইরম্মী। মদুগী মনুংদ বিচার সাগর গ্রন্থ অসিগী কান্নবসি সংস্কৃত পণ্ডিৎ পুন্নমক্কুসু সন্নানগ লোইনন তরান্ন লৌশিন্নরি। পুন্নমক্কী য়ানরব ৱাফমনি মদুদি আত্মা জ্ঞানগী বিষয়দ অতোপ্প করিগুম্ব (সংস্কৃত্ত ইব নত্তব) গ্রন্থ অমত্তন গ্রন্থ অসিগ মান্নন কান্নব পীব ঙম্ব লৈত্রি।

জগত গুরু শংকরাচার্যন অদ্বৈত মতকী প্রতিপাদন্দ পুকৈ চোন্ন ইরম্মী তৌইগুম্বসুং পুন্নমক অদু সংস্কৃত ভাষাদ ওইব মরম্ন জনসাধারণশিংগীদমক্ত অরুব খঙ্ভমদব ওইনরি। বেদান্ত অমসুং বেদান্তগ্রন্থশিং সুপ্নগী সংস্কৃত লোনব অমসুং সংস্কৃত খঙব বিদ্বানশিংগী ঙমখৈ মনুংতদ খল্লগ লৈরি। মদুন মীয়াম পুম্বদ উপকার পীব ঙমদ্রি।

মশামক সংস্কৃতকী য়াম্ন চাওব প্রকাণ্ড পণ্ডিৎ ওইরম্মী। মহাক্ন কাশীদ লৈরিঙৈদ সন্ত পুরুষশিং অমসুং সংস্কৃত বিদ্বানশিং কয়া কয়াগ উনদুন আত্মা বিদ্যাগী বিষয়দ শ্লোক লক্ষা তরাতরেৎ সংগ্রহ তৌরম্মী, খোমজিল্লম্মী। মশামক সংস্কৃত বিদ্বান ওইরবসু লোক ভাষাদ লোনবশিংগী উপকারগীদমক্ত ভাষাদ লাইরিক অসি ইরম্বনি।

লাইরিক অসি সাধু নিশ্চলদাসন মতম অদুগী চৎনবা ঙাংনব হিন্দিদ দোহা অমসুং চৌপাইনচিংব ছন্দশিং য়াওব শৈরেংশিংদ ইরম্বনি। অমসুং গ্রন্থ অসিগী ব্যাখ্যা টিকানচিংবদি ব্রহ্মনিষ্ঠ পণ্ডিৎ পীতাম্বর জীন তৌরম্বনি।

মৈতৈলোন অনুবাদ অসিদ দোহা চৌপাইনচিংব কবিতা লৌথোক্লগ মূলগী হিন্দি ব্যাখ্যা খক্তগী অনুবাদ মনিপুরীদ পুথোকচবনি।

লাইরিক অসি তাক্ক তরেৎন শাবনি- মসিবু গ্রন্থকারন তরক্ক ঈথক ওইনা হায়রি। বিচার সাগর বেদান্ত সিদ্ধান্ত দৃষ্টান্ত, লক্ষনা উপমানচিংব ব্যাখ্যাগী সম্পূর্ণনি। মসিদ অদ্বৈত বেদান্তগী অকুপ্প মনি মুক্তাগী মিংথেংশিং থম ম্লাওরব সাধননি।

নিমিখী লেংচুপথংব মাইকেল্লোমদ কোশ ১৮লোম চংলগ লৈব কিংটোগী কৌব খুদদ লাইরিক অসি ইব লোইখি। নিশ্চলদাস তুলসীদাসকী মতমগী মীনি। মহাক তুলসী দাসকপু উনদুনা মখোয় অনি বিচার বিমর্শপু তৌনখি। মহাত্মা তুলসী দাসন নিশ্চলদাসকী পান্ডিত্য অমসুং অচকপ নিঠবু ক্লা ক্লা থাগৎখি।

বিচার সাগরগী রচনাদ নিশ্চলদাসনা কবিত্বগী অতোপ্প লাইরিক অমত্তগী মতেং লৌরে। মসি মাগী মজবীক ওইব মওংদ কোংথোকপ লাইরিক্কি।

সাধকশিং ওইব মীশিংগী মকমদ লাইরিক অসি পাক্ত তাক্ত মদদ খর নূংক থোকপ য়াই তৌইতখসু বেদান্ত বিষয়গী অশেংব ওইব বিদ্বেকী কান্নব বরব পাঠকিব মখোয়গীদমক্ত মসিদ পুন্নক কংগনি অতোপ্প লাইরিক অম লেংলুবগী থোইদোকপ লৈত্রে।

খুল্লিংবশিংগী কান্নব ওইরসনু।

প্রকাশক

# বিচার সাগরগী বীষয় সূচী

**অহানব ঈথক** **লমাই - ১-২০**



**অনিশুব ঈথক** **লমাই-২১-৬৮**

অহুমশুব ঈথক লমাই ৬৯-৭৬

- গুরু-শিষ্যগী লক্ষণ অমসুং গুরু ভক্তীগী ফল- ৬৯, ভেদবুদ্ধিদগী অৱা নুংঙাই ফংব-৭১, গুরুদ ঈশ্বর-ভাপ্তগী য়াইফব ফংব-৭৪।

মরিশুব ঈথক লমাই ৭৭-১৫১

- উত্তম অধিকারীগী উপদেশ রাজা শুভসন্ততি অমসুং মাগী মচা অহুম-৭৮, পোত্ত নুংঙাইব লৈতে-৮৩, অসংখ্যাতি-আত্মখ্যাতিনচিংব-৮৬, লিন জ্ঞানগী তুংনফম সাক্ষী চেতন-৯৪, সর্পজ্ঞান মুংথিবগী মরমদ চিংনব-৯৫, শঙ্কাগী সমাধান-৯৭, সাক্ষীগী জ্ঞানদগী সপগী জ্ঞান মাংব-১০০, ঈশ বর্নন-১১৫, ঈশ্বরদ আবরণ লৈতব-১১৬, অমম্বদ থমব পাত্রগী দৃষ্টান্ত-১২৯, প্রমাণগী মথল-১৩০, প্রমাণ অমসুং প্রমা জ্ঞানগী লক্ষণ-১৩২, প্রমা মথল তরুক-১৩৩, চেতনগী মরি থোকপা মথল-১৩৪, অন্তকরণগী উপাধিগ লোইনরব চেতন সক্ষীনি-১৩৬, আভাসবাদ অমসুং অবচ্ছেদ বাদকী থেম্নব -১৩৮, মিংশেল অমসুং মধুমগী দৃষ্টান্ত ১৩৯, রাম-কৃষ্ণগী হকচাং ব্রহ্ম নত্তে-১৪৩, উপদেশ য়াওদ্রবসু আত্মজ্ঞান ফংব ওম্মী-১৪৬, অৱা নুংঙাই সাক্ষী ভাস্যনি - ১৪৯।

# বিচার সাগর

## অহানব- ঈথক (প্রথম তরঙ্গ)

### তত্ত্বকত্ত পান্দম্ব মঙ্গলাচরণ

জো সুখ নিত্য প্রকাশ বিভু

নাম রুপ আধার।

মতি ন লখৈ জিহিং মতি লখৈ,

সো মৈ শুদ্ধ আপার।।১।।

(মহাক) অদু ঐনি মসি অন্বয়নি। (লোইনন চংপ সম্বন্ধনি) মতৌ অসুম্ন (বেদগী) মহাবাক্যগী অর্থগী মশক ওইব পোৎ খুদিংমক্ত অভিন্ন খেন্নদব ওইন লৈরিব ব্রহ্মবু মশাগী অশেংব মশকমক্তি তাক্লি। হৌজিক মসিগী (থোইদোকহন্নব মগুণ) বিশেষন তরুক পীরি। অদুগুম্ব মহাক অদুদি সুখ নুঙাইব ওইব, নিত্য (মতম পুম্বদ হোংব-মাঙব লৈতব অক্লেম্প) প্রকাশ মঙালগী মশক ওইব; বিভু (শিম্ভুংন লৈব; লৈতব মফম/মতম লৈতব); শক অমসুং মিংগী আধার তুংনফম ওইব। মাবু বুদ্ধিন ঙাম্থোকপ ঙমদব; বুদ্ধিবুদি মহাক অদুন ঙালহল্লিব। অমদি অসুম্নসু অর্থ তৌব য়াই মদুদি মদুবু মলীন মতি মোৎলিব পুক্লিংন খঙব ঙমদব তৌইগুম্বসুং অশেংব পুক্লিংনদি খঙব ঙম্ব । মসিন হায়রিবদি পুক্লিং শেংব মীনসু ফল ব্যাপ্তিদগী ব্রহ্ম অসিবু খঙব ঙমদে তৌইগুম্বসুং বৃত্তি ব্যাপ্তিদগী খঙব ওই। বৃত্তি অদুসু থাওমৈন অতোম্প পোৎশিংবু ঙাম্থোকপগী মতৌগুম্ন ব্রহ্মবু ঙাম্থোকপগী মতিক লৈতে তৌইগুম্বসুং লৈবাক্কী পাত্র অমন কুপশিন্দুন অমম্বদ লৈব মণিন পাত্র অদুবু চৈ অমন থুগাইবদ মণি অদুন ঙাম্থোরকই। মতৌ অদুগুম্ন অহং ব্রহ্মাস্মি ঐ ব্রহ্মনি হায়ব অসিগুম্ব মহাবাক্যগী বৃত্তি অসিন ব্রহ্মবু কুপশিল্লব

আবরণগী মশক ওইব অজ্ঞানগী চকুবু খুগাইরবদ ব্রহ্মবু কুপশিল্লম্ব আবরণগী মশক ওইব অজ্ঞান নিবৃত্তি (লৌথোকপ্রব/হন্দ্রোকখ্রব) ওইবমক্ত ব্রহ্মগী প্রকাশ ঙাম্মোকপ ওইব হায়নৈ।মরম অদুন পুক্লিংনদি উব-খঙব ঙমদব মহাক অদুনদি পুক্লিংবু খঙলি- উরিব হায়দুন ব্বাক্য অসিগী অর্থদ ব্রহ্মগী স্বয়ং প্রকাশ ওইববু সিদ্ধি তৌই।

ব্রহ্ম অদু করম্ব তৌবগে? মহাক অদু শুদ্ধ (অশেংব)নি, আপার (মপান নাইদব লাম্মোকপ ঙমদব)নি। ব্রহ্মগী লক্ষণ (শক্তাক খুদম)গী পদকৃত্তি (পদ শেম্ব) উংলি-- করিগুম্ব মসি হায়রব মদুদি ব্রহ্মদি সুখ নুঙাইবনি অদু ওইরবদি তাইবংপানগী বিষয় সুখ নত্রগ ন্যায়মত্ত আত্মাগী গুণ আনন্দনি লৌনরি মদুদ ব্রহ্মগী লক্ষণ অসি পান্দুন অতি ব্যাপ্তি ওই। মদু ঙাকথোক্রবগীদমক্ত ব্রহ্মগী লক্ষণদ নুঙাইকা লোইনন নিত্যনি হায়রি। বিষয়গী নুঙাইব অনিত্যনি অমসুং নৈয়ায়িকশিংন আত্মাবু আনন্দ গুণনি লৌনৈ অদুবু অনিত্যনি। করিগুম্ব ব্রহ্মবু সুখ অমসুং নিত্য হায়রদ অতিব্যাপ্তি ওই হায়রবদি মদুবু ঙাকথোক্রব ব্রহ্মগী লক্ষণদ নিত্যগ লোইনন প্রকাশ হায়রি।

নৈয়ায়িকশিংগী মত্ত আকাশনচিংব নিত্য ওইবশিং লৈ তৌইগুম্বসুং প্রকাশরূপ (মঙালগী মশক্তি) ওইদে। মখোয় জড়(থব্বাই পান্দব জ্ঞান য়াওদব পোৎ)নি। মসিদ ব্রহ্মবু নিত্য অমসুং প্রকাশ হায়বদ মখোয়গী মত্ত অতিব্যাপ্তি (হায়বদি পীরিব লক্ষণ অসিন মখোয়গী পোৎ অদুবু খঙনব) ওইদ্রে।

করিগুম্ব ব্রহ্মবু প্রকাশ খক্ত হায়রবদি নুমিৎনচিংব প্রকাশত অতিব্যাপ্তি ওই। নত্রগ ন্যায় মত্ত আত্মাগী জ্ঞান গুণ্নী লৌনবদ মদুদসু অতিব্যাপ্তি ওইরে নত্রগ ক্ষণিক বিজ্ঞান বাদীগী মত্ত আত্মা ক্ষণিক বিজ্ঞানগী মওংনি হায়ব অদুদ অতিব্যাপ্তি ওইরে। মদু ঙাকথোকপ নিবারণ তৌনবগীদমক্ত ব্রহ্মগী লক্ষণদ প্রকাশক লোইনন বিভু (মফম, মতম পোৎপুম্বদ শিঙ্গুন শন্দুন লৈব) হায়রিবনি।

নুমিৎনচিংকগী প্রকাশ শিঙ্গুন লৈব বিভু ওইদে। ঙমখৈ নাই। নৈয়ায়িকশিং আত্মাগী জ্ঞান গুণনি লৌরবসু ঙমখৈ নাইবনি লৌই। অদুগুম্ব ক্ষনিক বিজ্ঞান বাদীন ক্ষনিক বিজ্ঞানবু ব্যাপক শিঙ্গুন লৈব ওইন লৌদুনসু ঙমখৈ নাইব পরিবচ্ছিন্ননি লৌনে।

মসিদ ব্রহ্মবু প্রকাশ অমসুং বিভু হায়রিব অসিন মসিদ অতিব্যাপ্তি দোষ লৈত্রে। করিগুম্ব ব্রহ্মবু সুপ্নগী বিভু খক্ত হায়রবদি আকাশসু শিঙ্গুন লৈব ব্যাপক বিভু ওইবদগী মদুদ অতিব্যাপ্তি লৈরে। নৈয়ায়িক প্রভাকরন আত্মাবু বিভুনি হায়ন লৌই। মদুদ অতিব্যাপ্তি ওই। অমন সাংখ্য মত মতুং ইন্ন প্রকৃতিসি ব্যাপক্রি হায়ন লৌই। মদুদ অতিব্যাপ্তি ওই। মদু নিবারণগীদমক্ত ব্রহ্মগী শক্তাক খুদম লক্ষন্দ বিভুগা লোইনন নাম রূপকী আধার শক-মিংগী তুংনফম হায়রি।

অকাশনচিংব বিভুতাদি ওই অদুবু শক অমসুং মিংগী তুংনফমদি ওইদে। অদুগুম্ব নৈয়ায়িক অমসুং প্রভাকর ন আত্মাবু বিভু ওইন লৌরবসু নাম রূপকী আধারনিদি লৌদে। অদুগা সাংখ্য মত্ত প্রকৃতিবু ব্যাপক্রি হায়রবসু নাম রূপকী আধার ওই হায়বদি য়াদে। মফম অসিদ ব্রহ্মগী লক্ষন্দ বিভু অমসুং শকমিংগী তুংনফম হায়রি। মরম অসিন মদুদ অতিব্যাপ্তি দোষ ওইদ্রে।

করিগুম্ব ব্রহ্মবু সুপ্নগী শকমিংগী তুংনফম খক্ত হায়রবদি প্রতিভাসিত নুমিৎনচিংকগী নাম রূপকী আধার থৌরিন চিংকগী ওই, মদুদ অতিব্যাপ্তি ওই। মদুগী নিবারণগীদমক্ত ব্রহ্মগী লক্ষণদ নাম রূপকী আধারকা লোইনন,মতি লখৈ জিহি মতি লখৈ। পুল্লিং বুদ্ধিন উব খঙব ঙমদব পুল্লিং বুদ্ধিবুদি মান খঙব, হায়বদি স্বয়ং প্রকাশনি হায়রি।

অদুম ওইনমক শক মিংগী আধার বিশেষন অসিমত্তনসু কনাগুম্ব অতোপ্প মতকী করিগুম্ব পোত্ত ব্রহ্মগী লক্ষন্দ অতিব্যাপ্তি ওইদে অমসুং

থৌরিবু খণ্ডদবদগী লিল ওইন উবনি মতৌ অদুগুম্ন ব্রহ্ম অদুবু খণ্ডবন জগৎ ওইন উবনি। অমদি থৌরিগী জ্ঞান লৈরবদি লিল ওইন উবদু মাংখি। মতৌ অদুগুম্ন ব্রহ্ম অদুগী জ্ঞান ওইরবদ জগৎ অসি নিবৃত্ত ওইখি। মরম অসিন ঐ ইশামক শুদ্ধ অধিষ্ঠান্ রুপনি। ইশামক হায়বসিদ অংশ-অংশী ভাব নত্রগ বিকার-বিকারী ভাব অমদি উপাসক -উপাস্য ভাবনচিংব করিগুম্ব মওং অমত্তুদ ঐগী অমসুং ব্রহ্মগী করিসু খেন্নব লৈতে হায়বসি খণ্ডহল্লি অমসুং ভেদ লৈতবদগী কার্য্যত্ব অমসুং প্রকাশত্বগী মওং অমসুং আধেয়তাগী মওংদ মধ্য প্রকাশকী পরতন্ত্রতা ওইব হায়বদি কারণগী আধীনতা, (মথা পোনব মতৌ) প্রকাশকী আধীনতা (মথা পোনব মতৌ) অমদি অতোপ্পগী আধীনতা, পরতন্ত্রতা (মীথা পোনব) অহুম অসিদ ময়াইগী মওং হায়বদি প্রকাশকী আধীনতা ওইবগী মওং লৈ। ঐদি মদু ওইদে মসিসু খণ্ডহল্লি। মতৌ অসুম্ন ঐগী হায়বদি প্রত্যগাত্মাগী মঙ্গলমক্ল শুদ্ধ ব্রহ্মগী মঙ্গলনি।

শংকা--- নহাক্কী পরম্পরা গুরু দাউজীগী সম্প্রদায়গী ইষ্ট দেব শ্রীরামজীগী মঙ্গল তৌদুন খুরুমগাদবনি। মসিগী সমাধান - তৌরি -

অদুগুম্নব রামজীবু খণ্ডগে হায়বগী ইচ্ছা তৌদুন সুকৃতি জনশিংন মাবু নিষ্কামগী মওংদ ভজন তৌরিব অদুগুম্ব রামজী অদু ঐগী আত্মা স্বরুপনি (মরমদি দাদুদয়ালজীগী মত্ত রাম অদুগুম্ব নির্গুণ ব্রহ্ম অদুনি)। অদুম্ন ঐ কনাবু প্রণাম তৌগনি। ঐগ্রোন্দ খেন্নব লৈতে। মরম অদুন ঐ কনাদসু প্রণাম তৌদে।

নত্রগ পরমব্রহ্ম অদুবু খণ্ডনবগী ইচ্ছা তৌরদুন সুকৃতিজনশিংন রামজীবু নিষ্কাম তৌরিব পরব্রহ্ম অদুমক ঐগী আত্মা স্বরুপনি মদু রামজীনি। মরম অদুন পুন্নমকপু অধিষ্ঠান রুপত লৈখ্রবদ কনাদ খুরুমগনি। ঐগ্রোন্দগী তোঙানব ভিন্ন ওইব অতোপ্প পোৎ অমত্তসু লৈতে মদুদ ঐন খুরুমনিঙাই ওইব। মসিগী ভাবনি।

## অনুবন্ধ সামান্য নিরূপণ

অদুগুম্ব, ভব্য হায়বদি পাক-শনব য়েদগী মশক ওইব সিদ্ধান্তন মপুং ফারব অমসুং মদুদ অরুব ইরেনশিংনসু লৈরিব অদুগুম্বব বিচারগী মশক ওইব সাগরগী মরমদ হায়রি। হে তপথরব ! বিচার সাগর কৌব গ্রন্থবু উরগা নহাক হরাওগনি। মসিগী অর্থসু তশেং-তশেংই (স্পষ্ট) মসিগী হৌবদগী লোইব ফাওকী বর্ণ ময়েকশিংগী অপুনবন ঈশিংগী মশক ওইরি। মসিগী প্রকরণ (মতাং) ৭কী মশক্ক তরঙ্গ (ইথকশিং) ওইরি। ছন্দ কয়াগী মশক ওইরব ঈশিংগী জলজন্তুশিং লৈরি। অরুব ৱাফমগী ওইব গ্রশিং অথোইব ছন্দশিংগী ওইব কোংগ্রেংশিং, বর্ণ মৈত্রীনচিংব মুক্তা ওইব, শূদ্ধ স্বরূপ নির্ণয়গী মশক ওইব মণি-মাণক্য বিবেকচিংব সাধনগী মশক্ক ওইব রত্ন তরামরিগী জিজ্ঞাসুগী বুদ্ধিগী মশক ওইব হিন, অভ্যাসকী মশক ওইব নামিব নুংশিং, ব্রহ্মনিষ্ঠ গুরুগী মশক ওইদুন বর্ণধার কৌব হিরানব ওইদুন সংসার কৌব কুদেশক মরি লৈনব অজ্ঞানগী মশক ওইব সোমথংব তোর্বান লাম্লোক্তুন মোক্ষগী মশক ওইব ইরমদমগী মরি লৈনব জ্ঞানগী মশক ওইব আশোমথংব ৱাংমগী তোর্বান অমদি শ্রদ্ধাগ লোইনন নৈনবগী মশক ওইবন লাম্লোক্ককী মশক ওইব সুদেস লমদম ওইব ফল ফংব ওইরিব অসিগুম্ব বিচার সাগর কৌব লাইরিক গ্রন্থনি।

লাইরোন ওইব সংস্কৃত ত সুত্রভাষ্য, বার্তিকচিংব গ্রন্থ কয়া লৈরি। অদুম ওইদুনসু সংস্কৃত গ্রন্থশিংদ মন্দ বুদ্ধি ওইব মীশিংন খঙব ঙমদে। অদুন ভাষা গ্রন্থ ইদুন পুখোকপদ মহৈ য়ান্দব ওই হায়ন খক লৌব য়াদে। অদুগা সংস্কৃত গ্রন্থসিংবু নৈনবদু ঙমদব মখোয় অদুগী কান্নবগীদমক্ত ভাষা গ্রন্থ ইব মহৈ য়াল্লি। সুত্র হায়বগী অর্থ,-তাৎপর্য- সুত্র (লংলা লংজিন)গী মপেগী মওংদ ইব দর্শন ৬নচিংব লাইরিক কয়া লৈ।

মদুগী মনুংদ বেদব্যাসন ইব ব্রহ্ম সূত্রগী মশক ওইব মীমাংসাবু (লাইরিক অসিদ) লৌরি। ভাষ্যগী তাৎপর্যদি সুত্রনচিংব ওইন লৈরিব মুলগ্রন্থগী পদবু অর্থ মান্নহনব মওংদ মশাগী পদদ হায়রগ অমুক মুল গ্রন্থ পদগী মতুংইন্ন মশাগী পদগী থোইদোকপ বিশেষ বর্ণন তৌবনি। অদুগুম্ব ভাষ্যশিংগী মনুংদগী (লাইরিক অসিন) শংকরাচার্যগী ভাষ্যবু লৌথংলি। বার্তিক হায়বদি মুল গ্রন্থ কার ন হায়খিব - হায়খিদব অমসুং ওন্ন-তৈনন হায়খিব অর্থবু মুন্ন য়েংশিনবগী মশক ওইব বিচার মদুদ য়াওব অদুগুম্ব শ্লোক্ত ইব ব্যাখ্যানবু বার্তিক কৌই। অসিগুম্ব বার্তিক কয়ামরুম লৈ মদুগী মনুংদ সংকরাচার্যগী শিষ্য শ্রীসুরেশ্বর- চার্য্যন ইব বার্তিকপু লৌথংলি।

অহানবদ বিবেক মথংদ বৈরাগ্য অমদি শমনচিংব সম্পতি ৬ অমসুং মরিশুবদ মুমুক্ষতা মরি অসি সাধন্নি লৌনে। আত্মাদি মাংব লৈতবনি (নাশরাহিত) অমসুং লেংদব, ক্রিয়া লৈতবনি। অদুন জগৎ অসিদি আত্মাগী ওন্ন-তৈনব স্বভাবনি। মাংব নাইব অমসুং হোংনাইবনি। অসুম্ন খংজিনববু বিবেক কৌই। বিবেক অসিমক সাধন পুন্নমক্কী মরুনি। মরমদি অহানবদ বিবেক লৈরবতদ বৈরাগ্যনচিংব সাধন পুন্নমক লাকই। অদুগা বিবেক লৈত্রবদি বৈরাগ্যনচিংব সাধনশিংসু লৈব ঙমদে। বৈরাগ্য শমনচিংব সম্পতি ৬ অমসুং মুমুক্ষতাগী হেতু ওইব মরম অদু বিবেক্নি।

ব্রহ্মলোক ফাওবদ হেক লৈখিব ভোগ পুন্নমক থাদোকপ (পামদব)বু বেদার্থ খঙব মুনিশিংন বৈরাগ্য কৌই। শম, দম, শ্রদ্ধা সমাধান উপরাম অমসুং তিতিক্ষা মসিদ শমনছিংব মমিং তরুক্কী তোঙান-তোঙান্ন মওংদ খঙগদবনি।

জ্ঞানীজনশিংন পুক্নিংবু বিষয়শিংদগী থিংদুন থম্ববু শম, অমদি ইন্দ্রিশিংবু খুদুম চন্দুন লাকশিন্দুন থম্ববু দম কৌনে। শম দম অনি অসিবু জুরা ওইন হায়বগী মরমদি শম দমদ অমগ অমগ মতেং পীনবগী মরি লৈনে।

মচু লৈতব (পারদর্শক) মিংশেলদ মাইথোংবু উরিব মিংকী বৃত্তিন মপান্দ থোরকপ অদুগুম্ন ইন্দ্রিয়গী মশক ওইব থোংনাওশিং অসিবু থিংজিনকী মশক ওইব দম য়াওদন পুক্রিংবু ফাজিনবগী মশক ওইব শমগী মহৈ য়ানব ঙমদে। মতৌ অসুম্ন শ... অমসুং দমগী অমগ অমগ লোইনন খঙগদবনি। মসি মথাদ শন্দোক্ল হায়রক্খিগনি।

বেদ অমসুং গুরুগী সত্য বচন (অচুম্ব ৱাঙ্গং)বু অচুম্বনি লেপ্পবু শ্রদ্ধা অমসুং থাজব কৌই। অদুগা পুক্রিংগী বিক্ষেপ (অরাংব) লৈহন্দববু সমাধান হায়নৈ। শ্রদ্ধা অমসুং মদুগী ফল করিনো? মসিদ টিপ্পনি তৌরি মদুদি সাধন পুন্নমক্কী লনগী মশক ওইব দধিমন্থন, মাখন নৈনগদৌরিব পাত্র অদুগী মশকনি। মদুবু হেক কাইবদ সাধন পুন্নমক অরেম্ব তারে। মরমদি সাধন পুন্নমক্কী ললগী মশক ওইব উপাল অদুগী মহৈনি শ্রদ্ধা। অদুবু মাংলবদ সাধন পুন্নমক অরেম্ব ওইরে।

সাধনশিংগ লোইনন কর্ম পুন্নমকপু থাদোকপ অমদি বিষয়শিংবু হুগ মান্নন খঙ্দুন মদুদগী লাপথোক্ল লৈব মসিবু উপরতি (উপরাম)গী খুদমনি। নুংজু-নুংশা, অয়িং-অশা, অরাম-খৌরাং খাঙবগী স্বভাব লৈহনববু তিতিক্ষা হায়বনি। অসুম্ন শম দমনচিংব সম্পতি মখল অসিবু সাধন অম ওইন লৌরগ সাধন মাপল ওইদে। বিবেক্কী পুরুষশিংগী মত্ত সাধন মরি খক্তনি হায়ন শীংথারি।

শনান শাব ফজরব লৈ, লিক্লাং পরেংবু আভুষণ লৈতেং অম কৌবগুম মথন মথন সাধন ৬ তরুক অসিগী পুন্সিনববু ষট সম্পতি সাধন অম ওইন শীংথানৈ। মথক্ত শম দমগী অমত্ত ওইব মতৌ অদুগুম্ন পুক্রিংবু নিরোধ (থিংব) তৌদব বহিরমুখ ওইব পুক্রিং লৈরবদি বেদান্ত শাস্ত্র অমসুং সগুরুদ মপুং ফান থাজব লৈতে, ঙমদে। মরম অসিদগী সমাধানসু শমগী ঙাকলৌ চংই। মতৌ অসুম্ন ৬ অসি অমগ অমগ মতেং লৌনব ঙাকলৌ ওইনৈ।

ব্রহ্মবু ফংব অমসুং অনর্থ বন্ধবু মাংহনবনি। মোক্ষগী মশকনি। মদুবু ফঙ্গে নীংববু মুমুক্ষতা কৌই। মুমুক্ষতা অমসুং মুমুক্ষুতা ও। অমত্তনি। বিবেক্কচিংব মরি, শ্রবণ, মনন, নিদিধ্যাসন অহুম অসি তৎ-পদ (ব্রহ্ম)গী অর্থ অমসুং ত্বং পদ্গী অর্থ সোধন (শেংদোকপ) তৌব, জ্ঞানগী সাধন নিপাল অসিনি।

মথক্ত শীংথাবিব বিবেক্কচিংব নিপালবু অন্তরঙ্গ সাধন হায়ন কৌই। অমসুং যজ্ঞনচিংব কর্মবুন বহিরঙ্গ সাধন কৌনে। জিজ্ঞাসুশিংগী তৌগদবদি বহিরঙ্গ সাধনবু থাদোক্লগ অন্তরঙ্গ সাধনবু চংথগদবনি।

মদুন শ্রবন্দগী জ্ঞান্দ হকথেংনন ফল পীব মথোয় অদুবু অন্তরঙ্গ সাধন কৌই। বিবেক্কচিংব মরি অসি শ্রবন্দ শিজিন্নে। মরমদি বিবেক্কচিংব তৌদব বহির্মুখন শ্রবন ওইব ঙমদে অমসুং শ্রবন মনন, নিদিধ্যাসন ন জ্ঞান্দ শিজিন্নব ওইবা শ্রবন্নচিংব তৌদন জ্ঞান ফংব ঙমদে। অসুম্ন তৎ-পদ অমসুং ত্বংপদগী অর্থ খংলক্তন অভেদ জ্ঞান ফংব ঙমদে। মতৌ অসুন্ন বিবেক্কচিংব সাধন মরিন শ্রবন্দ অমদি শ্রবন্নচিংব সাধন মবিন জ্ঞান্দ শিজিন্নে। অদুন অন্তরঙ্গ সাধন নিপাল অসিনি।

জ্ঞান নত্রগ শ্রবন্দ হকথেংনন ফল পীব ওইদব তৌইগুম্বসুং অন্তকরণ পুত্লিং শেংহনব সাধন অদুবু বহিরঙ্গ সাধন কৌই- মদুদি যজ্ঞনচিংব কর্মশিংনি। মথোয় সংসারগী সাধনদি ওইদুনসু অন্তকরণ শেংহন্নবগী পাম্বৈনি হায়ব য়াদ্রবসু সকাম পুরুষশিংগীদমক্ত সংসারগী মরম ওইরবসু নিষকাম পুরুষশিংগীদমক্তদি অন্তকরণ শুদ্ধিগী মরম ওইনে। মতৌ অসুম্ন নিষ্কাম পুরুসশিংগী অন্তকরণ শুদ্ধি ওইবদগী জ্ঞানগী মরমদি ওই। মসিদগী মথোয়বু বহিরঙ্গ সাধন কৌনরিবনি।

অদুগ বিবেক্কচিংববু অন্তরঙ্গ সাধন কৌই। বহিরঙ্গ সাধন্ন খঙহল্লিব অর্থদি লাম্পবুনি অদুগ অন্তরঙ্গন নকশিনবগী অর্থনি। যজ্ঞনচিংব কর্ম অমসুং মথোয়গী পাম্বৈ, নুপী, লল, মচানচিংব (ব্রাখল) থাদোকপা জ্ঞান

ফংনবগী অধিকারীনি। জ্ঞানগী অধিকারী ওইবদ যজ্ঞনচিংব দরকার ওইদে; মখোয়দগী লাপ্ন লৈ।

হৌজিক বিবেক্কচিংব অন্তরঙ্গ সাধনগী মরমদ হায়রি-- বিবেক্কচিংব জ্ঞানগী অধিকারী।ন মখ্ম অসিন নকশিন্নে। মখোয়গী মনুংদসু খেন্নব লৈ। মদুদি বিবেক্কচিংবগী শিজিন্নব শ্রবন্দনি। অমসুং শ্রবন্নচিংবন জ্ঞান্দনি অদুন বিবেক্কচিংবদগী শ্রবন্নচিংবন হেন্ন অন্তরঙ্গ ওই। মখোয়গ য়েংনবদ বেবক্কচিংব বহিরঙ্গ ওই। অদুম ওইদুনসু শাস্ত্র পুম্বন বিবেক্কচিংববুসু জ্ঞানগী অন্তরঙ্গ সাধন্নী হায়রি,বহিরঙ্গ নত্তে। অদুবু বিবেক্কচিংব জ্ঞানগী সাধনগী মশক ওইব শ্রব-- প্রত্যক্ষ ফল ওই অমসুং শ্রবন্নচিংবগী মতৌগুম্ন বিবেক্কচিংবসু জিজ্ঞসুগীদমক্ত খাদোকফন্দব ওই। অদুদগী অন্তরঙ্গ ওই।অমসুং যজ্ঞনচিংবদগীসু অন্তরঙ্গ ওই্বদগী অন্তরঙ্গ সাধনগী মনুংদ লাকইবনি।

হৌজিক জ্ঞানগী মুখ্য অন্তরঙ্গ সাধনগী মরমদ শন্দোক্ল হায়রি-- করিগুম্ব মুন্ন বিচার তৌদুন য়েংলবদি জ্ঞানগী মুখ্য মরুওইব অন্তরঙ্গ সাধন্দি তত্ত্বমসিনচিংব মহাবাক্যনি। শ্রবন্নচিংবসু নত্তে। মরমদি য়ুক্তিন মরম ওইদুন বেদান্ত বাক্যসিংগী তাৎপর্য্য নিশ্চয়গী মশকপু শ্রবন কৌবনি। জীব-ব্রহ্মগী অভেদ সিদ্ধ ওইব অমদি ভেদদ অপনব পোকহল্লিব য়ুক্তিশিংদগী অনিশুদব ব্রহ্মগী চিন্তনবু মনন কৌবনি।

## অসম্ভাবনা-বিপরিত ভাবনা

অনাত্মা-আকার বৃত্তিন মরক থন্দ্রব ব্রহ্মাকার বৃত্তিদ লেংদন লেপ্পুন লৈবগী ফিভম্বু নিদিধ্যাসন কৌই। অমসুং নিদিধ্যাসনগী মমুন ফারব ফিভম্বু সমাধি কৌনৈ। মতৌ অসুম্ন সমাধিসু নিদিধ্যাসনগী মনুংদ য়াওই। তোঙানব নত্তে। শ্রবন মনন নিদিধ্যাসন অসি জ্ঞানগী হকথেংনব (প্রত্যক্ষ) সাধন নত্তে। থোইদোক্ল বুদ্ধিগী দোষকী মশক ওইব অসম্ভাবনা অমসুং

বিপরিত ভাবনা মাংহন্নবনি। অসম্ভাবনা বিপরিত ভাবনা করিনো হায়বদি চিংনব(সংশয়)বু অসম্ভাবনা অদুগ নত্তবদ অওইব ওইন লৌশিনবু বিপরিত ভাবনা হায়বনি।

শ্রবনচিংববু মহৌশাদগী জ্ঞানগী মরম (হেতু)নি লৌনরক্রি। শ্রবনদগী প্রমাণ অমদি মনন্দগী প্রমেয়গী দোষ কোকহল্লি। বেদান্ত বাক্য অনিশুদব ব্রহ্মগী প্রতিবাদক্রে নত্রগ করিগুম্ব অতোপ্প অর্থদরা? অসুম্ন প্রমান্দ চিংনরবদ চিংনব অদু শ্রবন্ন কোকহনগনি অমদি জীব ব্রহ্মগী খেন্নব অসিবু অচুম্বর, নত্রগ খেন্নদবন অশেংবরা? অসুম্ন প্রমেয়দ চিংনরিবদি মনন্দগী মদু কোকনি। হকচাংনচিংবসি সত্যনি অমদি জীব ব্রহ্মগী ভেদ সত্যনি জ্ঞান অসিবু বিপরীত ভাবনা কৌই মসিবু বিপর্যসু হায়নে। মসিবু (নিবারণ)ঙাকথোকপ নিদিধ্যাসন্দগী ওই। মতৌ অসুম্ন শ্রবন্নচিংব অহুম্মক্র অসম্ভাবনা অমসুং বিপরীত ভাবনাগী নাশক (মাংহনব ঙম্ব) ওই। অসম্ভাবনা অমসুং বিপরীত ভাবনা অসি জ্ঞানগী প্রতিবন্ধক (অপনব পীন)নি। মদুবু মাংহন্বনা শ্রবন্নচিংববু জ্ঞানগী হেতু ওইহল্লি হকথেংনব খুৎফংনব হেতু(মরম)দি ওইদে।

হৌজিক আবান্তর বাক্যবু পরোক্ষ জ্ঞানগী, অদুগ মহাবাক্যবু অপরোক্ষ জ্ঞানগী মরম ওইববু তাক্তুনা হায়রি- জ্ঞান্দ খুৎথেংনব সাধনা, তাব (নাকোং)গ মরি লৈনব বেদান্ত বাক্য মখল অনিনিঃ- ১-আবান্তর বাক্য অমসুং মহাবাক্য। পরমাত্মা নত্রগ জীবগী অশেংব মশক খংনব বাক্যবু আবান্তর বাক্য অমসুং জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইববু খঙহনববু মহাবাক্য কৌনে। আবান্তরন নাকোংদগী পরোক্ষ জ্ঞান ফংহল্লি অদুগ মহাবাক্যন অপরোক্ষ জ্ঞান ওইহল্লি।

"ব্রহ্ম লৈ" মসি পরোক্ষ জ্ঞাননি অদুগা "ব্রহ্ম ঐনি" মসিবু অপরোক্ষ জ্ঞান কৌই। গুরুন উচ্চারন তৌরকপ "নং ব্রহ্মনি " ব্বাহে অসি তারিবগী নাকোংগ মরি লৈনবদ "ঐ ব্রহ্মনি" অসুম্ন অপরোক্ষ জ্ঞান তারিব

মীনা ফংই অদুগ অতাব মীগী নাকোংগ সম্বন্ধ ওইদ্রিঙৈগী ফিভমদ জ্ঞান ওইদে মরম অসিন নাকোংগ মরি লৈনব বাক্যতন জ্ঞানগী মরমনি। মতৌ অসুম্ন মরি লৈনব অবান্তর বাক্য পরোক্ষ জ্ঞান অমসুং নাকোংগ মরি লৈনব মহাবাক্যদগী পুম্নমক্ল অপরোক্ষ জ্ঞান ওই। পরোক্ষ জ্ঞান নত্তে।

বেদান্ত একদেশী (মাইকৈ অমত্ত য়েংব) মত্ত শ্রবন মনন নিদিধ্যাসনগ লোইনরব বাক্যদগী অপরোক্ষ জ্ঞান অদুগ সুপ্নগী বাক্যদগী পরোক্ষ জ্ঞান ওই। অপরোক্ষ জ্ঞান ওইদে। করিগুম্ব বাক্যবল (ৱাহৈগী শক্তি) খক্তদগী অপরোক্ষ জ্ঞান ওইরবদি শ্রবন-মনন নিদিধ্যাসন কান্নদব অরেম্ব ওইরগনি অমসুং শ্রবন্নচিংবদগী অসম্ভাবনা বিপরীতভাবনা মাংহনব ওই মরম অদুদগী শ্রবন্নচিংব কান্নদব অরেম্ব ওইদে। অদু ওইদুনসু অদুগুম্ব পোৎ অদুগী অপরোক্ষ জ্ঞানবু ফংলবদি মদুদ অসম্ভাবনা বিপরীত ভাবনা কনাগীসু খক লৈত্তে। মরম অদুন শুপ্নগী বাক্যখক্তদগী অপরোক্ষ জ্ঞান ওই হায়ন লৌবশিংগী সিদ্ধান্ত তত্ত্বমসি নচিংব বাক্যশিংগী ব্রহ্মগী অপরোক্ষ জ্ঞান ওইরবদ অসম্ভাবনা বিপরীত ভাবনা ওইব য়াদে। মরম অসিন শ্রবন্নচিংব সাধন অরেম্ব তারগনি অমসুং সুপ্নগী বাক্যদগী পরোক্ষ জ্ঞান ফংই। শ্রবন মনন নিদিধ্যাসন তৌরগত অপরোক্ষ জ্ঞান ফংবনি হায়ব মত অসিগী মতুং ইন্নসু শ্রবন্নচিংব অরেম্ব কান্নদব ওইদে। মত অসি সমীচীন মতিক চাহনব ওইদ্রগনসু গ্রন্থকার কয়ামরুম্ন য়াই মরমদি মখক্কী দেশীয়গী মত্ত শব্দগী স্বভাব অসুম্ন পীরি----------

ব্যবহিত বস্তু (তোপ্লন লৈব মিৎন উদব অরাপ্প পোৎ)বু শব্দদগী পরোক্ষ জ্ঞান ফংই।করিগুম্ব মংং অমত্তদ ব্যবহিত ওইব পোৎপু শব্দদগী অপরোক্ষ জ্ঞান খক ফংব ঙমদে। মর্দাদ ব্যবহিত (ওইব) স্বর্গগী ইন্দ্রনচিংব লাইশিংবু শাস্ত্রগী মশক ওইব শব্দদগী পরোক্ষ জ্ঞানখক্ত ফংই। অদুগ অদুগুম্ব পোৎ অদু অব্যবহিত ওইরবদি মদু শব্দদগী অপরোক্ষ জ্ঞান অমসুং পরোক্ষ অনিমক ওইব ঙম্মী।

(অনকপ য়াওদুন লৈব, খঙদব)অব্যবহিত ওইব পোৎপু শব্দন লৈ হায়ব মওংদখক্ত খঙহল্লিব মফম অদুদ অব্যবহিত বস্তু অদুগী পরোক্ষদু পরোক্ষ অদুম ওই। মতৌ অদুগুম্ন দশম পুরুষ তরাশুব মী লৈ মওং অসিদ লৈ হায়ব মওংব খঙহল্লিব অদুগুম্ব অব্যবহিত তরাশুব অদু লৈ হায়ব ৱাহৈ অসিদগী পরোক্ষ জ্ঞানমক ওইরে। ৱাতাং প্রসঙ্গদি অসিনি--- অঙং নুপামচা তরা পুন্ন ইরোইদুন তুরেল লাল্লম্মী। লাম্বোক্লব মতুংদ মখোয়ন মখোয়গী মরুপশিং অদুবু মশীং থীরম্মী মদুদ থীরিবশিংন ৯বুদি মশীং থিরগ মশা মশাবুদি মশীং থারমদে। মতম অদুদ মখোয়ন নিন্নরম্মী তরাশুব কদায়দ লৈখ্রে। মসিদ অজ্ঞানাবস্থা ওইরে। মসিদগী তরাশুব লৈত্রে অমদি উবসু উদ্রে হায়ব আবরণ মখল অনি অসি ওইরে। মদুন মরম ওইদুন কপ্প-লাওবনচিংব বিক্ষেপ ফংলে। মতম অদুদ কনাগুম্ব অশেংব মশীং থীব অমন লাক্লগ আবান্তর বাক্য হায়রম্মী “ তরাশুব লৈ”। মদুবু হেক তাবদ তরাশুব মী মাগী তরাশুব মশক ওইবিব তরাশুব লৈ অসিগুম্ব হকথেংনদব পরোক্ষ জ্ঞান ওইরে। তরাশুব লৈ মাংদে। কদায়দ কনানো হংলকপদ মশীং শেংন থিব হৈব মী অদুন হায়রকই মদুদি তরাশুব অদু নংনি। মতম অদুদ তরাশুব অদু ঐনি হায়ব অপরোক্ষ জ্ঞান ফংই। জ্ঞান অদুন অজ্ঞান্দগী পোক্লম্ব আবরণগ লোইনন কপ-লাওবনচিংব বিক্ষেপ মাংখিদুন হরাওবগী মশক ওইব অপেনব হায়বদু ওইনে।

মতৌ অসিমক্কুম্ন জীব অসিন স্থূল শরীরগ লোইনন অষ্ট পুরীগী মশক ওইব মী ৯গ লোইনদুন সংসারগী মশক ওইব তুরেল অসিদ চোংথরক্তুন মীওইব হকচাং কৌব তোর্ব্বান অসি য়ৌরকপদ খংনিংবগী মতম য়ৌরক্লবদ বিচার তৌরকপ মতমদ মঙেন্দগী থেন্নব মা নত্তব মী মাপলবুদি খংলে অদুগ মাপল অদুবু খংলল্লিব মশাগী মশক অশেংব ব্রহ্মবুদি খংদে। মহাক অজ্ঞান অবস্থা ওইররে। মসিদগী ব্রহ্ম লৈতে অমসুং ঙাম্বোকতে হায়ব আবরণ অনি অসি ওইরে। মসিদগী অর্থাধ্যাস অমসুং

জ্ঞানাধ্যাসগী মশক বিক্ষেপ অৱাব ওইরক্লে। অদুদ গুরুন ব্রহ্ম লৈ হায়ব আবান্তর বাক্য হায়রকপদ মদুবু তারুগ ব্রহ্ম লৈ হায়ব পরোক্ষ জ্ঞান অসি ফংই। অদুগ ব্রহ্ম অদু কনানো? ৱা অসি হংলকপ তাবদ গুরুন নং ব্রহ্মনি মহা ৱাক্য অসি হায়রকই। মদু তাব্দ শিষ্যন ঐ ব্রহ্মনি হায়ব অপরোক্ষ জ্ঞান অসি ফাওখি। মদুদগী অজ্ঞান্দগী পোক্লক্লম্ব আবরণগ লোইনন অধ্যাস মখল অনিগী মশক ওইব বিক্ষেপ মাংখিদুন থোইদোক্ল হরাওকগী মশক ওইব পুংপেন পেনব হায়বদু ওই।

মদুদ অব্যবহিত বস্তুবু অসিনি হায়ন শব্দন খংহল্লবদি মদুদ অব্যবহিতগী শব্দদগী অপরোক্ষ জ্ঞানমক ওই পরোক্ষ নত্তে। মদুদি তরাশুব অদু নংমক্রি শব্দ অসিন খংহল্লিবদি মদুগী অপরোক্ষ (হকথেংনব) জ্ঞান ফংলে।

মতৌ অদুগুম্ন ব্রহ্ম পুম্নমক্কী আত্মা ওইব মরম্ন অব্যবহিতনি মদুবু অবান্তর ৱাক্য লৈ হায়বসিন লৈ হায়ববু খংহলি। মসিদগী অব্যবহিত ব্রহ্মগীসু আবান্তর বাক্যদগী হকথেংনদব জ্ঞান ফংই- অদুগ তরাশুবদু নংনি ৱাহে অসিগী মতৌগুম্ন অতাব মী অদুন ব্রহ্মবু আত্মাগী মশক্ত মহাবাক্যন খংহল্লি। মসিদগী মহাবাক্যন অব্যবহিত ব্রহ্মগী পরোক্ষ জ্ঞান নত্তে। অপরোক্ষ জ্ঞানমক ওই হায়বনি। অদুগ কনাগুম্বন অসুম্ন হায়রব মদুদি পোৎ অদুগী অপরোক্ষ জ্ঞান ফংলবদি মদুদগী অসম্ভাবনা বিপরীত ভাবনা ওইদ্রে। মরম অদুন শ্রবন্নচিংব কান্নদব ওইরগনি। মসিদ চিংনব চুমদে।মরমদি নিংথৌন বর্ছু কৌব মন্ত্রিবু মমিৎমক্ল উরদুন অপরোক্ষ জ্ঞান ফংলবদসু বিপরীত ভাবনা মাংখিদে। মতৌ অদুগুম্ন মহাবাক্যদগী ব্রহ্মগী অপরোক্ষ জ্ঞান ফংই। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্ব বুদ্ধি অদুদ অসম্ভাবনা বিপরিত ভাবনাগী মশক ওইব দোষ লৈরবদি মদুগী দোষগী মশক ওইব কলংকগা লোইনব জ্ঞান অদুগী ফলগী মরম ওইদে। দোষ অদু লৌথোক্লবগীদমক্ত শ্রবন্নচিংব তৌবগী তঞ্জাই ফদব লৈ। তৌইগুম্বসুং মহাক অদুগী বুদ্ধিদ দোষ লৈত্রব

মখোয়গীদি শ্রবন্নচিংকগীসু তঙাই ফদব লৈতে। মতৌ অসুম্ন মহাবাক্য জ্ঞানগী সাধন ওই শ্রবন্নচিংবদি জ্ঞানগী সাধন ওইদে। অদুবু জ্ঞানগী অপনব পীব প্রতিবন্ধক ওইব দোষশিংদি শোইদন লৌথোকপ ঙম্মী। মরম অসিদগী শ্রবন্নচিংববু জ্ঞানগী মরম ওই হায়বনি। শ্রবন্নচিংকগী মরমদি বিবেক্লচিংবনি। মসিদগী বিবেক্লচিংববু জ্ঞানগী সাধননি হায়বনি। অমসুং বিবেক্লচিংব সাধন মরি লৈরব মীতবু অধিকারীনি হায়বনি।

গ্রন্থ অমসুং বিষয়দ প্রতিপাদ্য প্রতিপাদক ভাবকী সম্বন্ধ লৈনৈ। মসিদ গ্রন্থন প্রতিবাদকনি অমসুং বিষয়ন প্রতিবাদ্যনি। বিষয় অমবু নৈনদুন শীংথাম্নিববু প্রতিবাদক অদুগা শীংথাব নৈনফম থোকপবু প্রতিবাদ্য কৌই।

অধিকারী অমসুং ফল (মহৈ)গী মরক্ত প্রাপ্য-প্রাপক ভাবকী সম্বন্ধ লৈনৈ। ফল মহৈন প্রাপ্য অদুগা অধিকারীন প্রাপকনি। ফংব য়াব পোৎপু প্রাপ্য অদুগা ফংলিব মীবু প্রাপক কৌই।

অধিকারী অমসুং বিচারগী মরক্ত কর্তৃঃ- কর্ত্তব্যয় ভাবকী সম্বন্ধ লৈ মসিদ অধিকারী কর্ত্তা অমদি বিচারন কর্ত্তব্যয়নি। তৌরিব মীবু কর্তা অদুগা তৌগদব মতিক চাব থবকপু কর্ত্তব্য কৌই।

গ্রন্থ অমসুং জ্ঞানগী মরক্ত জন্য-জনক ভাব সম্বন্ধ লৈনৈ। বিচারন মরম ওইদুন লাইরিক্কী জ্ঞান জনক হায়বদি পোকহনগদৌরিব ওই। অমদি জ্ঞান লাইরিক্তগী পোকপগী মরম্ন জন্য কৌনৈ। পোক্লিব অদু জন্য কৌই। মতৌ অসুম্ন অতোপ-অতোপ্পগী সম্বন্ধসু খংগদবনি।

হৌজিক বিষয়গী মরমদ শেংদোকলি গ্রন্থ অসিগী বিষয়দি জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইবনি। নত্রগ অসুম্ন হায়ব য়াই লাইরিক অদু জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইববু প্রতিবাদন তৌবনি। মরম অসিন অমখক্ত ওইব লাইরিক্কী বিষয়নি। অমত্ত ওই হায়বসি বেদগী বাক্য পুম্নক্ক প্রতিবাদন তৌরি। মরম অসিন জীব ব্রহ্মবু খেন্নে হায়রিব মহাক অদু বেদবিরোধি অমদি শঠ মীনম্বনি। শঠ কনানো? মসিগী পাওখুমদ কনাগুম্ব মহাক অদুন কনাগুম্বগী

মমাংদ থোইদোক্ল নুংশিব ৱাঙাং ঙাংব অতোপ্প মফমদন মদুবু নুংশিদন চংথব মখোয় অদুবু শঠ কৌই। হৌজিক প্রয়োজনগী মরমদ বর্ণন তৌগে--

প্রপঞ্চ সংসার অসিগী মরম ওইব অজ্ঞান অমদি প্রপঞ্চ অনি অসি পোকপ শিকগী মরম ওইরিব অৱাকগী হেতু মরমনি। মরম অদুন অনর্থ (কান্নদব অৱেম্ব) নি হায়। অনর্থ অদু লৌথোকপ (নিবৃত্তি) মাংঙনব অমসুং পরমানন্দ ফংববু মোক্ষ হায়নৈ। মদুমক গ্রন্থ অসিগী অথোইব প্রয়োজননি। জ্ঞানন অবান্তর প্রয়োজননি।

মদুবু মীওইবগী পামদুন নীংলিব মদুবু পরম প্রয়োজন অমদি পুরুষার্থসু কৌনৈ। মীওইবন পাম্লিব (অভিলাষা) অৱাববু মাংহনব অমসুং নুংঙাইববু ফংনবগী মরম্ন মোক্ষগী মওংবুনি লৌনৈ। মতৌ অসুম্ন পরম প্রয়োজন মোক্ষনি, জ্ঞান নত্তে। মরমদি জ্ঞান নুংঙাইব ফংব অমসুং অৱাব মাংখিনবগী সাধন্দি ওই তৌইগুম্বসুং নুংঙাইববু ফংব অৱাব মাংহনবগী মশক ওইব য়াদে। মতৌ অসুম্ন জ্ঞান ন আবান্তর প্রয়োজননি।

পোৎ অদুগী পরম প্রয়োজনবু ফংহল্লিব মদুবু অবান্তর প্রয়োজন কৌই। মদু জ্ঞান্নি। মরমদি লাইরিক্তগী ফংলকপ জ্ঞানন মরম ওইদুন মোক্ষগী মশক ওইব পরম প্রয়োজনবু ফংই। মতৌ অসুম্ন জ্ঞান আবান্তর প্রয়োজননি। হৌজিক গ্রন্থগী প্রয়োজন্দ পোক্লিব চিংনব অমসুং মদুগী সমাধান তৌগনি।

অহানবদ হায়খ্রে মদুদি অনর্থগী নিবৃত্তি অমসুং পরমানন্দ ফংব লাইরিক অসিগী প্রয়োজন্নি। ৱাফমসি ওইব য়ারোই। মরমদি বেদ পুম্বদ জীববু পরমানন্দ স্বরুপনি হায়রি। অমসুং মদুবু নহাক্লসু য়ারিবনি। অদুগুম্ব পোৎ অদু ফংদ্রিব মদুবুদি ফংব য়াই হায়ব ওইথোকই। অদুগা ফংদুন লৈরব পোৎপু ফংবদি থক ওইথোক্তে। মরম অসিদগী পরমানন্দগী মশক মতম পুম্বদ ওইদুন লৈজরব আত্মাবু পরমানন্দ ফংব হায়বসি থক ওইব য়াব

ব্রাফম নত্তে হায়ন কনাগুম্বন অসিগুম্ব চিংনব ৩ দি লৈরবদি মদুবু তারগ গ্রন্থগী প্রয়োজন্দ থাজদব খক তৌরোইদবনি। মরমদি আত্মাবদ া উপদেশ তৌবিরীব গুরুগী কৃপাদগী চিংনবগী মশক ওইব কুতর্ক(অরানব মরৈ ময়েং)বু মথাগী অসুম্ন লৌথোকপ মাংহনব য়াই।

দৃষ্টান্ত অদুদি কনাগুম্বন মখুত্ত শিব সনাগী খুজি শিরিব মদুবু ভ্রম তৌরম্মী মদুদি ঐগী খুংকী খুজি মাংখ্রে। মদুদ কনাগুম্ব অমন হায়রকপদগী মহাক জ্ঞান তারম্মী মদুদি সনাগী খুজি অদুদি ঐগী খুংমক্ত লৈরি।মতমঅদুদ মান ঐগী সনাগী খুজি ফংলে হায়রম্মী। মতৌ অসুম্ন সনা খুজি হান্নদগী ফংদুন লৈব হায়বদি খুত্ত অদুম লৈরিব অদুবু ফংই হায়নৈ। মতৌ অদুগুম্ন পরমানন্দ স্বরূপ আত্মাদ অবিদ্যাগী শক্তি (পাঙ্গল)ন অসিগুম্ব ভ্রম ওইরি। মদুদি আত্মা পরমানন্দ স্বরুপ নত্তে, অদুগ ব্রহ্মদি পরমানন্দ স্বরুপনি। ঐদি অদুগুম্ব ব্রহ্ম (বিযোগ) কাইনরবনি। ঐন উপাসনা তৌদুন ব্রহ্ম অদুবু ফংনব হোৎনগনি।

অসুম্ন ভ্রম তৌবসি অজ্ঞানিশিংদ ওইরি। অদুগ পণ্ডিৎ কয়ামরুমসু মুর্খশিংগ মান্নন ভ্রম অসিদ লুপ্তুন লৈরি। মরমদি অদুগুম্ব মীশিংন ব্রহ্মগ কাইনৈ (বিয়োগ ওই) হায়ন লৌরিব মখোয় অদুবু মুর্খ কৌই।

করিগুম্ব অদুগুম্ব মীশিং অদু অথোইব সংস্কারদ করিগুম্বদ কনাগুম্ব ব্রহ্মজ্ঞানী (গুরু) আচার্যদগী বেদান্তগী অশেংব ব্যাখ্যা তাবগী খুদোংচাব ফংলবদ অমসুং তারিব অর্থগী অরেম্প (নিশ্চয়) মশক ফংবদ হায়-ঐখোয়ন গ্রন্থ অমসুং আচার্যগী কৃপাদগী পরমানন্দ ফংব ওইজরে। মখোয়ন হায়রিবগী অর্থদি অসিনি।আত্মাদি হান্নসু পরমানন্দগী মশক ওইদুন লৈজে তৌইগুম্বসুং ঐগী আত্মা পরমানন্দগী মশক্তি অসুম্ন ভাষ্যোরূমদে, খংলমদে। মরম অদুন মদুফংদবগ মান্নরম্মী আচার্য্যন গ্রন্থবু তাহল্লবদ বুদ্ধিদ পরমানন্দ ভাষ্যোরকই খংলকই। অদুদগী পরমানন্দ ফংন .খীরে। মতৌ অসুম্ন ফংলববুসু ফংব ওইবদগী পরমানন্দ ফংবগী মশক ওইব

হায়ব লাইরিকঅসিগী প্রয়োজননি হায়বসি ওইথোকই। গ্রন্থ অসিগী প্রয়োজন ফংলকগী ফংব ওইব মতৌ অসিমক্তুম্ন নিত্য নিবৃত্তিগী নিবৃত্তিসু প্রয়োজন ওইব য়াই।

দৃষ্টান্ত-- খৌরিদ মতম পুম্ব লিল লৈতব (নিত্যনিবৃত্তি) ওইরবদসু খৌরিগী জ্ঞানন লিল লৌখোকই। মতৌ অদুমক্তুম্ন আত্মাদ সংসার নিত্য নিবৃত্তিনি হায়বদি আত্মাদ সংসার মতম পুম্বদ লৈতে। (লৈবগুম্ন ভ্রম তৌরি) অদু আত্মা জ্ঞান্দগী নিবৃত্তি ওই। মরম অদুদগী নিত্য নিবৃত্তিগীসু নিবৃত্তি অমসুং নিত্য প্রাপ্তিগী প্রাপ্তি (ফংলববু ফংব)গী প্রয়োজননি।

অসুম্ন মদুদি মশাগী ময়ুমদ তৌদুন ফুমখিব লন অজ্ঞান্দগী ফংদবগুম্ব লৈরম্মী; মদুবু খোংতোক তৌথোকপনচিংব সাধন্দগী লৈফম খণ্ডুন হান্ন ফংলব লনবু ফংব ওই। অদুম ওইনমক মদু অজ্ঞান্দগী ফংদকা মান্নন লৈবম্মী অমসুং তত্ত্ব জ্ঞান্দগী ঐমক পরমানন্দগী মশক ওইব ব্রহ্মনি অসিগুম্ব অরেম্প ওইরবদ মদুবু নিত্যপ্রাপ্তগী প্রাপ্তি মতম পুম্বদ ফংদুন লৈরব পোৎকী ফংব ওই।

পোৎ অমখক্তদ (মোক্ষদ) ভাব-অভাব, লৈব অমসুং লৈতব অনি পুন্ন লৈব য়াফম থোক্তে। অদুন গ্রন্থগী প্রয়োজন ওইরিব কারণগ লোইনন জগৎকী নিবৃত্তি অমসুং পরমানন্দ ফংব হায়বসি ওইথোক্তে।মরমদি নিবৃত্তিগী অর্থ মাঙব নি হায়বদি মাঙব অদু অভাব রূপ লৈতবগী মশক্লি। মরম অদুদগী মোক্ষগী মফমদ লৈবগী মশক (ভাব রূপ) অমসুং লৈতবগী মশক (অভাব রূপ) অসিমক ওইন লৈরে।

অনর্থগী নিবৃত্তি হায়বসিদ অভাব ওইব মওংগী প্রতীতি অমসুং পরমানন্দবু ফংব হায়বসিন অরৈবগী ভাবরূপকী প্রতীতি ওই মখোয় অনি অসি পোৎ অমত্তদ পুন্ন লৈব খক য়াদে। মরমদি ভাব-অভাব (অরৈব লৈতব) অনি অসি অমগ অমগগী বিরোধি ওইব পোৎনি। অদুগুম্ব বিরোধি ধর্ম ওইরব মদু পোৎ অমত্তদ মতম অমত্তদ খক লৈব য়াদে। মরম

অদুন গ্রন্থগী প্রয়োজন অসি হায়রিব অদুগুম্ন ওইদে। অসুম্ন চিংনরবদি মখাদ সমাধান তৌরি----

মাগী মরমগ লোইনন জগৎকী নিবৃত্তিগী অধিষ্ঠান ব্রহ্ম রুপ ওইবদগী খক তোঙ্গনব নত্তে। মদুদি লিলগী নিবৃত্তিগী অধিষ্ঠান থৌরি অদুনি। ভাষ্যকারগী সিদ্ধান্তনি মদুদি কল্পনা তৌশিল্লব, কল্পিত বস্তু পুন্নমকী নিবৃত্তি অধিষ্ঠান রুপ ওই। মঙ্গেন্দগী তোঙ্গন্দে মরম অদুন মফম অদুমক্ত অনর্থগী নিবৃত্তি ব্রহ্মগী মশক্নি। মরমদি অদুগুম্ব অনর্থ সর্প লিলগী অধিষ্ঠান হৌরকপ মফম অদু ব্রহ্মনি মাদি অরৈব ভাব রুপনি। মরম অদুদগী অনর্থগী নিবৃত্তি ভাব রুপ অরৈব ওইদকী গ্রন্থগী প্রয়োজন ওইথোকইবনি। গ্রন্থকারন হায়রি কনাগুম্ব মী অদুন তরঙ্গ অসিবু পারব মঙ্গেন্দ তশেংন খঙব কৌবগী মশক ওইব মুক্তি ওইনবগী গুরুন কৃপা পীনবীব ওইসনু।

ওঁ ওঁ ওঁ

# বিচার সাগর

## অনিশুব তরঙ্গ (হৈথক)

### অনুবন্ধগী থোইদোকপ নিরুপণ

অহানব তরঙ্গদ অনুবন্ধগী বিচার তৌখ্রে। হৌজিক অনিশুব তরঙ্গদ মদুবু শব্দোক্ত অমুক হায়রক্লি। সাধন মরিন তিনব মীবু অধিকারীনি হায়খ্রে। সাধন মরি অদুগী মনুংদ মুমুক্ষতা অমনি। মুমুক্ষতাগী অর্থদি মোক্ষ ফংনিংবগী অপাম্ব লৈব অমসুং মোক্ষগী অর্থন মরমশিংগ লোইনন জগত অসি নিবৃত্তি মাংব অমসুং ব্রহ্মবু ফংবনি।মসিদগী মাগী মরমগ লোইনন জগতকী নিবৃত্তি ওইব মোক্ষনি। মদুগী অংশ শরুকপু কনানসু ফংননব ইচ্ছা তৌনদে।

মুল অবিদ্যাগ লোইনন জগৎ নিবৃত্তিগী ইচ্ছা কনানসু তৌনদে তৌইগুম্বসুং বিবেক জনশিংন মখল অহুমগী অৱাবদগী কোক্লবগীদি হোৎনৈ। অৱাব মখল অহুম অদুদি অধ্যাত্ম, অধিভূত অমসুং অধিদেবনি। মদুদ লাইনা অরাম খৌরাংবনচিংকী মরম ওইববু অধ্যাত্মগী অৱাব, হুরানব-শা-কৈ-লিন্নচিংবদগী ফংব অৱাববু অধিভূত অমদি য়ক্ষ-রক্ষ-প্রেত, ঈশিং-নুংশিত্তগী ফংব অৱাববু অধিদেব কৌনৈ।

মতৌ অসুন্ন অৱাব মখল অহুম অসিবুদি কোকপ নিবৃত্তি ওইকগী ইচ্ছাদি মী খুদিংমক্ল তৌই। অৱাবদগী তোঙানব পোৎ অমত্তসু নিবৃত্তিগী ইচ্ছা বিবেকী পুরুষ কনা অমত্তনসু পামদে অদুন অবিদ্যাগ লোইনন জগৎ প্রপঞ্চ অপুম্ববু নিবৃত্তি ওইবগী ইচ্ছা কনাগীসু অপাম্ব থক লৈতে।

কনাগুম্ব হায়রক্লবদি অৱাব পুন্নমক লৌথোকখিব নত্তন অৱাব কোকপ ওইথোক্তে। মরম অসিন অৱাবদগী ঙাকথোক্লবগীদমক্ত অজ্ঞান্ন তিল্লব জগৎপু ঙাকথোকপগীসু ইচ্ছা তৌনৈ। তৌইগুম্বসুং মদু মপুং ফান ওইদে। মরমদি আয়ুর্বেদন হায়ব হিদাক লাংথকশিংন অধ্যাত্ম হায়বদি অনাকপী অৱাব অমসুং চাব-থকপনচিংবদগী অরাম-খৌরাংবগী অৱাব মাংঙ্গনব ঙম্মী মতৌ অসুন্ন অদু অদুগুম্ উপায়দগী অদু অদুগুম্ব অৱাবশিং মাংহনব য়াই। মসিদগী খঙব ঙম্মী মদুদি অজ্ঞানময় জগতকী নিবারণ তৌদ্রবসু অৱাবদগী কনব য়াই। অদুন অজ্ঞানয়ুক্ত জগৎপু মুথৎপ লৌথোকপগী অপাম্ব করিগী লৈনরুগনি? ব্রহ্ম ফংবগী মশক ওইব মোক্ষগী অনিশুব শরুক অসিসু কনানসু অপাম্ব লৈতে।

পূর্ব পক্ষী---অদুগুম্ব পোৎ অদু অনুভব তৌখ্রব, খঙখ্রব অদুখক্তদগী ফংগে হায়ন অপাম্ব পোকনৈ। অরাম্প অতোপ্প মফমদ মশীং নাইদন পোৎ কয়া লৈরি; মদু কনানসু ফংনীংউদে। অধিকারী পুরুষশিংন মখোয়দ ব্রহ্মগী জ্ঞান লৈত্রি অমসুং ব্রহ্মগী জ্ঞান ফংলব মখোয় অদুদি অধিকারী ওইদ্রে থোইদোক্ল মুক্তি ওইখ্রে। মখোয়দ ব্রহ্ম ফংননব ইচ্ছা লৈতে। মরম অসিন বেদান্তবু তাদ্রিঙৈগী মমাংদ খঙদব ব্রহ্ম অদুগী ফংননব অপাম্ব কনাগীসু লৈতে। মতৌ অসুন্ন অজ্ঞানগী মশক ওইব জগত লৌথোক্লব অমসুং মোক্ষ ফংব কৌব অসিবু কনানসু ফংগে নীংদব মরম্ন মুমুক্ষু হায়ব কনাসু লৈতে। মতৌ অসুন্ন মুমুক্ষতা লৈতব মরম্ন বৈরাগনচিংবগীসু লৈবগী দরকার ওইদ্রে। হৌজিক অধিকারীবু মওং অমদ লৈতবগী প্রতিপাদন পুর্বপক্ষন তৌরি।

(পুঃ পঃ)- মী পুন্নমক বিষয় সুখ ফংবগী অপাম্ব লৈনৈ। অদুগুম্ন কনাগুম্বন বিষয়বু থাদোক্তুন তপস্যাদ লুপ্লরি। মখোয়সু পরলোক্কী অথোইব ভোগ ফংনিংবন অৱাব কয়া খাঙবনি। মতৌ অসুন্ন মী পুন্নমক্ল ইহলোক অমসুং পরলোক্কী বিষয় সুখগী ইচছা তৌনৈ। তৌইগুম্বসুং বিষয় অদু

মোক্ষদ লৈতব মরম্ম কনা অমত্তনসু মোক্ষগী লম্বীদ চংপ পাম্নদে। মতৌ অসুম্ন মোক্ষগী ইচ্ছা মুমুক্ষতা মদু কনাসু ওইদে অমসুং মী পুম্নমক্ক বিষয় সুখতবু পামনৈ। মরম অসিন বৈরাগ্য শম দম উপরতিনচিংবসু কনা অমত্তসু ওইনদে। মদুগী সাধন চতুষ্টয়গ লোইনন অধিকারী লৈতব মরম্ম গ্রন্থগী অহৌব অরেম্ব তাবনি খঙগনি। হৌজিক পুর্ব পক্ষগী মত মতুংইন্ন জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইব (একতা)সু ওইদে।

(পুর্ব পক্ষ)-- অহানবদ জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইববু লাইরিক অসিগী বিষয়নি তাকখি। মদুসু ওইথোকপ য়াদে। মরমদি অহানবদ ব্রহ্মদি অবিদ্যা অস্মিতা, রাগ দ্বেষ অমসুং অভিনিবেষ হায়ব ক্লেশ মঙা অসি লৈতবনি।অবিদ্যা অসি মখল অনিনি-- মুল অবিদ্যা অমসুং তুলা অবিদ্যা। অদুগুম্ব শূদ্ধ চৈতন্যবু খঞ্জিল্লিব কুপশিল্লিব মদু মুল অবিদ্যানি অমসুং চফুনচিংব উপাধি য়াওব চৈতন্যবু কুপশিল্লিব অদুন তুলা অবিদ্যানি। কার্য-কারণগী খেন্নবদগী মুল অবিদ্যাসু মখল অনি শুই-(১) অতোপ্প অমদ অতোপ্প অমগী বুদ্ধিগী মশক ওইব প্রতীতি কার্যা বিদ্যানি অমসুং (২) আবরণ বিক্ষেপ শক্তিগা লোইনরব অনাদি ভাব রুপ ওইববু কারণাবিদ্যানি। মসিগী মনুংদ কার্য্য অবিদ্যাগী অমুক মখল মরিনি--(১) আত্মা নত্তব হকচাংনচিংবদ আত্ম বুদ্ধি (ওইন লৌব) (২) অনিত্য ওইব আকাশনচিংবদ নিত্যনি খনব বুদ্ধি (৩) অৱাবগী মশক ওইব লন্নচিংবদ নুংঙাইবনি খনব সুখবুদ্ধি অমসুং (৪) স্ত্রী পুত্রনচিংব অপবিত্র ওইব পোৎশিংদ অশেংব ওইন লৌব বুদ্ধি।

অস্মিতাগী তাৎপর্যদি বুদ্ধি অমসুং আত্মবু অমত্ত ওইশিন্ন লৌব। মসিবু সামান্য অহংকারসু কৌনৈ। অনুকুলতা জ্ঞানদগী পোকপ-বুদ্ধি বৃত্তি হায়বদি অপাম্ব পোৎ ফংনব নীংববু রাগ... প্রতিকুলতা জ্ঞান ফত্তে হায়ন খন্দুন পামদবদগী পোকপ বুদ্ধি বৃত্তিবু দ্বেষ কৌনৈ। (ঐনি হায়ব ৱাখলদ হকচাংনচিংবদ কন্ন কোনশিন-নপশিন্দুন লৈববু অভিনিবেশ কৌনৈ। ব্রহ্মদি অসিগুম্ব ক্লেশ মখলশিং অসিদগী লাপ্ন লৈ।

অনিশুবন্দ ব্রহ্মাদি বিভু হায়বদি শিঙ্কুবনি। অহুমশুবন্দ ব্রহ্ম অমথক্তনি। মঙোন্দ সজাতীয় ভেদ য়াওদে মরমদি ব্রহ্মগ মান্নব জাতি ওইব করিগুম্ব অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈতে।

জীবদদি ক্লেশ (অৱাব) পুন্নমক লৈ। অমসুং মসি পরিচ্ছিন্ন ভমখৈ নাইবনি অদুগা জীবদি অসংখ্য মশিং নাইদবনি। হকচাংন অদুক্কী মতিক য়াল্লিব অদুক্কী মতিক জীবসু য়াম্মী। অদুগা হকচাং পুন্নমক্ত লৈরিব জীব অমত্ত ওইরবদি হকচাং অমদ লৈব জীবগী অৱাব নত্রগ নুঙাইবদ দেহ পুন্নমক্তসু অদুমক্কুম অৱাব নুঙাইব ওইফম থোকই।

## অৱাব নুঙাইব লৈতব সাক্ষী

মথক্ত পীরিব চিংনব ৱাফমশিং অসিদ বেদান্তীন শেংদোক্লি--অৱা-নুঙাইনচিংব হায়বসি অন্তকর (পুক্নিং)গী ধর্মনি; অন্তকরণ অদু মশীং লাকঙমদবনি। মরম অসিন অমগী অৱাব নত্রগ নুঙাইব ওইবদ পুন্নমক্ত অৱা-নুঙাই ওইদবনি। অদুম ওইদুনসু সাক্ষীদি অৱা-নুঙাই চংদন ক্লেশ পুন্নমক্তগী তোঙান্ন লৈব অমসুং অমথক্তনি মরম অসিন মহাক ব্রহ্মগ অমত্ত ওইবনি।

সাক্ষীবু ময়াম ওইকী মওং হায়রিব অদুসু চুমদে। মরমদি কর্ত্তাভোক্তা ওইরিব জীবদগী অতোপ্প তোঙানব সাক্ষী অম লৈব, অথুংবীগী মচাগুম্বনি হায়বদি অথুংবীগী মচা লৈতে অদুগুম্বনি। ফরে মদুসু লৈ হায়ন লৌরবসু মদু অমত্ত ওইররোই সাক্ষী কয়মরুম য়াব তাই। মরমদি বেদগী সিদ্ধান্তগী মতুংইন্ন অন্তকরণ অমসুং অৱা-নুঙাইনচিংব অন্তকরণগী ধর্মনি ইন্দ্রি অমসুং অন্তকরনগী বিষয় নত্তে। সাক্ষীগী বিষয়নি। মরমদি ইন্দ্রিশিংদি পঁচীকৃত ভূতশিংগ মরি লৈনবনি মখোয়গী থবক মখাগীশিং অসিনি ঃ-

মিৎন মশক নাইব পোৎকী মশক মওং অমসুং মশক্কী রূপকী

আশ্রয় অনিমক্ত লৌব ঙম্মী। মসিদ অঙাং-অশংনচিংব মচু-মওংগী আশ্রয় চফুনি। উনশান শোকপবু মাগী আশ্রয় অকনব অথোৎপনচিংব লৌই। তৌইগুম্বসুং রসনা, লৈয়েংন মহাওবু, নাতোন্ন মনম্বু অমসুং নাকোংন খোঞ্জেলবু তাই, গৌই। মহাক্ত মনম,খোঞ্জেলগী আশ্রয় মহাও ওইব, মনম ওইব অমসুং খোঞ্জেল ওইবগী মতৌবু খঙব লৌব তশেংবদি ঙম্ব নত্তে। মরম অসিন মখোয় অহুম অসিদ অন্তকরণগী জ্ঞান লৈতে অমসুং মিৎ অমসুং উনশানসু অন্তকরণগী জ্ঞান খঙব য়াদে। করিগীনো হায়ববু পঞ্চীকৃত ভূত নত্রগ মদুগী কার্য্য ওইব মশক নাইব অমসুং শোকপ য়াব ওইব মদু মিৎ অমসুং উনশাগী বিষয়নি। অন্তকরণদি পঞ্চীকরণ তৌদ্রিব ভূতকী কার্য্যনি। মসিদ মাবু মিৎ অমসুং উনশাগী বিষয় ওইদ্রিবনি। মরম অসিন অপঞ্চিকৃত ভূতশিংগী কার্য্য ওইব মিৎকী ইন্দ্রিসু মিৎ অসিগী বিষয় নত্তে। অদুগ মপানগী পোৎশিংদি ইন্দ্রিশিংগী বিষয় ওই অমদি অন্তকরণদি ইন্দ্রিশিংদগী হেন্ন মনুং ওইশিল্লি। মরম অসিনসু ইন্দ্রিশিংগী বিষয় ওইব য়াদ্রিবনি।

## বৃত্তিগী আশ্রয় অন্তকরণ

অন্তকরণ অসি মাগী বৃত্তিগীসু বিষয় নত্তে। মরমদি অন্তকরণ বৃত্তিগী আশ্রয়নি, বিষয় নত্তে। মদুদি মৈ লৈ হায়বসি চাকপগী আশ্রয়নি মরম অসিন মহাক চাকপগী বিষয় ওইব যাদে। মবর্মদি চাকপ(দাহ)গী বিষয়দি মৈদগী তোঙানব শীংনচিংব পোৎ ওই। মতৌ মসিমক্তুন্ন অন্তকরন্দগী তোঙানব পোৎ অন্তকবন্দগী পোকপ বৃত্তিগী বিষয়নি অন্তকরণ খক ওইব য়াদে।

মতৌ অসুন্ন অন্তকবণগী ধর্মসু মাগী বৃত্তিগী বিষয় নত্তে। মরমদি অন্তকরণবু বিষয় ওইন লৌরবদি অন্তকরণগী অৱা- নুঙাইনচিংব ধর্মবুসু

মাগী বিষয় ওইন লৌগনি। তৌইগুম্বসুং অন্তক... বিষয় ওইরিব বৃত্তি, অন্তকরণগী মমাংদ লৈতব মরম্ন অন্তকরণগী ধর্মসু মদুগী বৃত্তি বিষয় ওইব থক য়াদে।।

বৃত্তিগী আশ্রয়দগী থর লাপথোক্লব পোৎশিংদ বৃত্তিগী বিষয় ওই, অদুগা বৃত্তিগী আশ্রয়দগী য়াম্ন হেন্ন নকশিনব পোৎ বৃত্তিগী বিষয় ওইদে। মদুদি নেত্র বৃত্তিগী আশ্রয় ওইব মিৎক হেন্ন নকশিন্ন লৈবন মিৎকী পা, অসি বৃত্তি অদুগী বিষয় ওইব ঙমদে। মতৌ অদুমক্তুন্ন অন্তকরণগী বৃত্তিগী আশ্রয়গী মশক ওইব অন্তকরণগী থোইদোক্ল নক্ল লৈব অদুগুম্ব অন্না-নুঙাইনচিংব ধর্ম অদু অন্তকরণগী বৃত্তিগী বিষয় ওইব ঙমদে। মতৌ অসুন্ন ধর্মগা লোইনন অন্তকরণগী ইন্দ্রিশিংগ নল্রগ মশামক্তগীসু সম্বন্ধ ওইদে তৌইগুম্বসুং মথোয়সি সাক্ষীগী বিষয়নি হায়বসি সিদ্ধ ওই।

অদুদগী সাক্ষী অদু অমত্তনি হায়ন লৌরবদি অন্তকরণ অমগী অন্না-নুঙাইগী সাক্ষীন ফাওরিব অদুমক্তুন্ন পুম্নমক্কী অন্না-নুঙাইসু ফাওব ওইরমগাদবনি। অদুন মসি য়াগাদবনি মদুদি সাক্ষী ময়ামনি। মরমদি সাক্ষীগী ময়াম ওইববু য়ারবদি দোষ অসি লৈতে। করিগুম্ব সাক্ষীগী উপাধি অন্তকরণ ওইরবদি সাক্ষীদ মাগী উপাধিগী ধর্মগী মশক ওইগনি। মরম অসিন পুম্নমক্কী অন্না-নুঙাই ফাওব ওইদবনি। মতৌ অসুন্ন সাক্ষী ময়াম ওইবদগী ব্রহ্মগ মথোয়গ অমত্ত ওইব একতা থক ওইদে।

পূর্ব-পক্ষ--- অহংকারনচিংব আত্মা নত্তব অনাত্মা পোৎশিং মথোয় থুদিংমক বন্ধনগী মশক্লি। বন্ধন অদু অধ্যাসকী মওং ওইরবদি জ্ঞানদগী নিবৃত্তি ওইগনি। তৌইগুম্বসুং অধ্যাসকী মশক ওইদ্রবদি মদুগী নিবৃত্তি জ্ঞানদগী ওইব য়াদে। মরমদি পোৎ অদুগী জ্ঞান ফংলবদ মঙোন্দ পোৎ অদুদগী অধ্যাস অমসুং অজ্ঞান লাপ্ন তাম্বোকখি। মদুদি থৌরিগী জ্ঞান, থৌরিদ লিনগী অধ্যাস অমসুং থৌরিগী অজ্ঞান (খঙদব)বু তাম্বোকখি।

ভ্রান্তি জ্ঞান (ভ্রম জ্ঞান)গী বিষয় মিথ্যাবস্তু অমসুং ভ্রান্তি জ্ঞান মসিবু অধ্যাস কৌই। নম্রগ স্ব অভাবকী অধিকরন্দ অদুগুম্ব অভাব ওইব জ্ঞান অমসুং বিষয়বু অধ্যাস কৌই। অধ্যাসসু অর্থাধ্যাস অমসুং জ্ঞানাধ্যাস হায়ন মওং অনি ... লৈ। ভ্রান্তি জ্ঞানগী বিষয় লিলনচিংব মিথ্যা বস্তু অর্থাধ্যাসনি অমসুং ভ্রান্তি জ্ঞান হায়বদি মিথ্যাবস্তুগী মিথ্যাজ্ঞান, জ্ঞানাধ্যাসনি। মসিগী মওংদ অর্থধ্যাসকী মখল মগ্র শুই হায়ন লৌনে। -সুন্নগী সম্বন্ধাধ্যাস(মেরি লৈনবগী অধ্যাস) সম্বন্ধগ লোইনন সম্বন্ধীগী অধ্যাস; সুপ্রগী ধর্মাধ্যাস, ধর্মগ লোইনন ধর্মগী অধ্যাস, অনোনাধ্যাস অমসুং অন্যতরাধ্যাসনি, জ্ঞানধ্যাসকীসু মখল অনিনি পরোক্ষাধ্যাস অমসুং অপরোক্ষধ্যাস।

মসিদ অদুগুম্ব পোৎ অদু মিথ্যা নত্তব; সত্য ওইরবদি মদুগী নিবৃত্তি জ্ঞান্দগী ওইদে। আত্মাদ অহংকারনচিংবগী ওইব অদুগুম্ব অধ্যাস অদুদি জ্ঞান্দগী মাংহনব নিবৃত্ত ওইব ,অদুগ আত্মাদ মিথ্যা বন্ধনগী পোৎচাক লৈএবদসু ওইব মওংদি উবি। মরম অসিন বন্ধন অসত্য নত্তে অমদি সত্য বন্ধন অদু জ্ঞান্দগী মাংহনগনি(নিবৃত্ত ওইব)হায়ব অশা অরেম্বনি।

সত্য বস্তুগী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কার অমসুং মখল অহুমগী দোষ; প্রমেয়গী দোষ, প্রমাতাগী দোষ, প্রমানগী দোষ অমদি অধিষ্ঠানগী থোইদোকপ মশকী অজ্ঞান অধ্যাসকী অসুম্ন পোৎচং (সামগ্রী) মগ্র লৈ মসি য়াওদন অধ্যাস ওইব খক য়াদে।

মদুদি কোংগ্রেংদ লুপা ওইন অমসুং থৌরিদ লিল ওইন অধ্যাস তৌই। তৌইগুম্বসুং অধ্যাস অসি মহাক অদুন তৌগনি মদুদি মহাক্র অশেংব লুপা অমসুং লিল উখরব, মহাক অদুন লুপা অমদি লিলবু খংদ্রিব (মদুগী জ্ঞান লৈতব) মখোয অদুদদি অসিগুম্ব অধ্যাস অসি খক তৌরোই। মরম অসিদগী অশেংব পোৎকী জ্ঞানগী সংস্কার অধ্যাসকী নিমিত্তনি অমদি শুক্তিন্দ লিলগী অদুগ লিলদ লুপাগী অধ্যাস তৌব হৌনদে। মরম অসিন প্রমেয়গী সাদৃশ্য (মান্নবগী) দোষ অধ্যাসকী মরম ওই।

মতৌ অসুন্ন প্রমাতাদ মিহৌব অধি[illegible]ংব অদুগা মিংনচিংব প্রমান্দ -নাপু কাবা জোনদিসন অমদি অমোৎপনচিংব অদু[illegible] দোষশিং লৈরব মদু অধ্যাসকী হেতু মরমনি। অদুগা কোংগ্রেংবু মসি হায়কপী (হৈদং)গী মওং সামান্য জ্ঞান্দি লৈরব অদুগা মসি কোংগ্রেংনি হায়বগী থোইদোকপ বিশেষ জ্ঞান্দি লৈতব, মতমদুতদ অধ্যাস ওই। মদুদ কোংগ্রেংনি হায়ব খণ্ডব বিশেষ জ্ঞান অসি লৈরবদি অধ্যাস ওইরোই। অদুগা সামান্যগী মওংদ জ্ঞান লৈরবসু অধ্যাস ওইদে। মসিদগী অধিষ্ঠানগী থোইদোকপ বিশেষ ওইব খণ্ডব অজ্ঞান অমসুং সামান্য ওইব জ্ঞান্দ জ্ঞান অধ্যাসকী হেতুনি।

## অধ্যাস বিবেচন

অধ্যাসকী সামগ্রী পোৎলম মপ্রখক মথক্ত হায়খ্রিব মসিগী মনুংদ অমত্ত ওইরবসু য়াওদ্রবদি অধ্যাস তৌদে। মদুদি চফু শাকগী উফম, লৈবাক চফুগী সামগ্রীনি মসিদগী অমত্তং হেক য়াওদবদ চফু ওইব য়াদে। মতৌ অদুগুম্ন সামগ্রী ময়াম অসিদগী অধ্যাস ওইব য়াবনি।

বন্ধগী অধ্যাসত সত্য বস্তুগী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কার অসিদ্ধি ওইন হায়খি--বন্ধগী অধ্যাসত কারণ মরম অমত্তসু লৈতে হায়ন। করিগুম্ব বন্ধ অসি সত্য ওইরম্লবদি মদুগী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কারদগী আত্মাদ মিথ্যা বন্ধগী প্রতীতি ওই। মরম অসিন সিদ্ধান্তদ আত্মাদগী অতোপ্প করি করিগুম্ব পোৎ অমত্ত লৈতে। মরম অদুদগী সত্য বন্ধগী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কারগী অভাব (লৈতব) ওইব মরম্ন আত্মাদ বন্ধগী অধ্যাস লৈব য়াদে।

বন্ধ অধ্যাসতগী প্রমেয়গী দোষ অসিদ্ধি ওইহল্লি: আত্মা অমসুং বন্ধগী (মান্নব)সমানতা ওইদে হেন্নদুম অমম্ব অমসুং মঙানগী মতৌগুম্ন

ওন্ন-তৈনব স্বভাবনি। আত্মাদি প্রত্যক (নুংগী আত্মা)অমমম ওইন লৈব, অমসুং মনুং চনব অন্তরনি অদুগা বন্ধদি পরাক লাপথোক্ল লৈব অমদি মপান ওইব (বাহ্য) নি। আত্মবিষয়ী অমসুং বন্ধ বিষয়নি। মঙাল পীরিব প্রকাশ তৌরিববু বিষয়ী অমসুং ঙাম্থোক্কদব পোৎ অদুবু বিষয় ওইবনি। প্রত্যক্ত পরাক্কী অমসুং পবাক্ত প্রত্যক্কী অধ্যাস ওইদে । বিষয়দ বিষয়গী অমসুং বিষয়ীদ বিষয়গী অধ্যাস তৌদে। মতৌ অদুগুম্ন বিষয়গী মশক ওইব চফুনচিংবদ বিষয়ীগী মশক ওইব মৈঙান (থাওমৈ) অদুগা দীপক্ত চফুনচিংকী অধ্যাস তৌব য়াদে। মতৌ অদুমক্কুম্ন মান্নব মতৌ লৈতবদগী বিষয়ী পুম্নমক হায়বদি আত্মাদ পরাক বিষয রুপ ওইব বন্ধগী অধ্যাস তৌদে। মতৌ অসুম্ন প্রত্যক অমসুং পরাক্কী অমদি বিষয অমসুং বিষয়ীগী বিরোধ ওই সাদৃশ্যতা ওইদে। মবম অসিদগী আত্মাদ বন্ধগী অধ্যাসকী সিদ্ধি ওইদে।

## বন্ধগী অধ্যাসত প্রমাতানচিংব দোষকী অসিদ্ধি-

প্রমাতা অমসুং প্রমাণ অনিমক্কী দোষ লৈতে। মরমদি প্রমাতানচিংব প্রপঞ্চ পুম্নমক অধ্যাসকী মশক্লি মসিমক বন্ধনি। মসি বেদগী সিদ্ধান্তনি মতৌ অসুম্ন বন্ধগী অধ্যাসতগী হান্ন প্রমাতা-প্রমাণগী স্বরুপকী অমদি মদুগী দোষসু অসিদ্ধনি।মতৌ অসুম্ন অধ্যাস ওইব য়াদে।

ব্রহ্মগী অধিষ্ঠান ব্রহ্মগী থোইদোকপ মওংদ অজ্ঞান ওইব য়াদে। মরমদি ব্রহ্মগী অধিষ্ঠান ব্রহ্মদি স্বয়ং প্রকাশনি অমসুং জ্ঞানগী রুপনি। অদুগুম্ন স্বয়ং প্রকাশ জ্ঞান স্বরুপ ওইব ব্রহ্মদ অজ্ঞান মতৌ অদুগুম্ন ওইব য়াদে। মদুদি নুমিৎত অমম্বন তৌবগুম্ন। মদুদি জ্ঞানগী মশক ওইব নুমিৎ অমম্বন বিরোধ ওইবগুম চেতন প্রকাশ অমসুং তমরুপ অজ্ঞানগীসু অমগ অমগ য়েন্নবনি।

করিগুম্ব অধিষ্ঠানগী অজ্ঞান  য়াব তারবদসু বন্ধগী অধ্যাস ওইদে। মরমদি থোইদোক হেন্দোক্ল অজ্ঞান ওইবদ অমসুং থোইদোকপ জ্ঞান ওইবদ অধ্যাস ওইদে। তৌইগুম্বসুং থোইদোকপ মশক্ত অজ্ঞাত অমসুং সামান্য ওইবদি জ্ঞান্দ ওই। ব্রহ্মদি সামান্য বিশেষতগী তোঙানব নির্বিশেষনি। মরম অদুন বিশেষ ওইন খণ্ডদব সামান্য ওইন খণ্ডব ব্রহ্মদ সামান্য বিশেষকী ভাব অধ্যাস তৌনিংবদগী ব্রহ্মদ সামান্য বিশেষ ভাবপু য়াব তারবদি সিদ্ধান্ত থাদোকপ তারকই।

মতৌ অসুম্ন নির্বিশেষকী মওং ওইব ব্রহ্মগী বিশেষ থোইদোকপ মওংবু খণ্ডদব সামান্য ওইবদ খণ্ডব হায়বসি লৈতব মরম্ন মঙোন্দ অধ্যাস তৌব য়াদে। অদুন ব্রহ্মদ বন্ধগা মওং ওইব হায়বসি য়াদে।অদুম ওইনমক বন্ধদি সত্যনি মাবু জ্ঞান্দগী মাংহনব ঙমলোই। মরম অদুন জ্ঞান্ন মরম ওইরুগা মোক্ষ ফংগনি হায়ব গ্রন্থগী প্রয়োজন অসি সিদ্ধ ওইদে। অমসুং জ্ঞান্দগী মোক্ষ ফংই হায়বগী প্রতিপাদক সিদ্ধান্তসু মতিক চাদে মরমদি মোক্ষ কর্মদগী ওই। ব্বাফম অসিদ প্রতিপাদন তৌরি।

জ্ঞান্ন অশেংব বন্ধগী নিবৃত্তি তৌগনি হায়ন লৌবসি যুক্তি সঙ্গত ওইদে। মরম অসিন মুমুক্ষ জনশিংন মোক্ষ ফংনবগীদমক্ত নিরন্তর কর্ম তৌগদবনি। মসি হায়বগী মরমদি অসিনি মদুদি বিহিত অমসুং নিসিদ্ধ খেন্নবদগী কর্ম মখল অনিনি মীওইবগী প্রবৃত্তিগীদমক্ত বেদন তৌননব তাকপ কর্মগী মওংবু বিহিত কর্ম অদুগা মদুবু মীওইবন তৌদনব খংহল্লিব অদুবুন নিসিদ্ধি কর্ম কৌই।

স্বভাব সিদ্ধ ওইব থবক কর্ম কৌব য়াদে। মরমদি বেদন তৌননব চংশিন্নব হায়রিব অদুমক কর্মনি। রাগ দ্বেষনচিংব য়াওদন মহৌশা ওইব চংপ, মনুংচংবনচিংবগী থবক ক্রিয়া মখোয়সি উদাসীন কৌই। মদু কর্ম

নত্তে। অদুন কর্ম মখল অনিথক্তনি অহুম ওইদে।

বিহিত কর্ম মখল মরি লৈ--(১) প্রায়শ্চিত (২) কাম্য (৩) নৈমিত্তিক অমসুং (৪) নিত্য। পাপ্পু মাংহন্নবগী পান্দমদ হায়রিব কর্মগী বিধান - মদু প্রায়শ্চি ত কৌই। মদুদি সন্যাসীবু পাপ কোক্লবগীদমক্ত দ্রব্য ত্যাগ অমসুং চরা অহুম হেনব।

ফলগী পান্দমদবিধান তৌরূগা তাকপ কর্মবু কাম্য কর্ম কৌই। মদুদি নোং চুবগী কান্নাদ তৌব কারীরী যজ্ঞ (প্রজাদগী খায়রগা তৌব যজ্ঞ) অমদি স্বর্গ পাম্বদগী তৌব সোম যাগ অসিনচিংব।

কর্ম অদু তৌদ্রগা পাপ অমসুং তৌরগন পুন্য-পাপ ওইব ফল ফংদব অদুগা মদুগী বিধান নুমিৎ খুদিংগী ওইদব, তৌইগুম্বসুং করিগুম্ব নিমিত্ত, নোংদমদ ওইব কর্ম অদুবু নৈমিত্তিক কর্ম কৌই। মদুদি গ্রহণ,শ্রাদ্ধ,অস্বস্থ বৃদ্ধ, ধর্ম বৃদ্ধ, জ্ঞান বৃদ্ধ ওইব মীশিং লাক্লগ হৌগৎপগী মশক ওইব কর্ম। বিদ্যা শব্দ শাস্ত্র জ্ঞানবু লৌগনি অমসুং জ্ঞান শব্দ অপরোক্ষ বিদ্যাবু লৌগনি। অহান অহানবদগী মতুং মতুংন থোইব হেল্লি।

মদু তৌদ্রগা পাপ ওইব অদুগা তৌরগন মহে ফল অমত্তসু ফংদব মদুবু নুতিগী তৌগদবনি তাক্লিব মদুবু নিত্য কর্ম কৌই মদুদি স্নান সন্ধ্যানচিংব। মতৌ অসুম্ন কর্মগী মখল মরি হায়রে।

মোক্ষগী ইচ্ছা তৌরিব মীশিংন কাম্য অমসুং নিষিদ্ধ কর্ম তৌদে। মরমদি কাম্য কর্মদগী অথোইব লোক ফংই অমসুং নিষিদ্ধ কর্মদগী লৈখা তাব লোক ফংই। মরম অসিন অনিমক অসি থাদোকনি অদুগা মতম পুম্বদ নিত্য কর্ম তৌগদবনি অমদি নিমিত্ত ওইরকপ মতমদ নৈমিত্তিক কর্মসু তৌগদবনি।

করিগীনো হায়ববু নিত্য-নৈমিত্তিক কর্ম তৌদ্রবদি পাপ চংই। পাপ অদুন অতোনব লৈখা তাব মপোক্ত চিংথৈ। নিত্য নৈমিত্তিক কর্মগী ফলদি মদু তৌদ্রগ পাপ ওইব নত্তন অতোপ্প ফললৈতে। অদুন মুমুক্ষুশিংন কর্ম অসি শোয়দন তৌগাদবনি।

## প্রায়শ্চিত মখল

করিগুম্ব থৌওইদব, চেকশিন্দবদগী কনাগুম্বন নিষিদ্ধ কর্ম তৌরব্রবদি মদুগী দোষ কোক্লবগীদমক্ত প্রায়শ্চিত কর্ম তৌগনি। অদুগ নিষিদ্ধ তৌরুদব মখোয়সু মমাংগী মপোকশিং জন্মান্তরগী পাপশিং মাংহন্নবগীদমক্ত প্রায়শ্চিত তৌগাদবনি। প্রায়শ্চিত মখল অনি লৈ---অসাধারণ অমসুং সাধারণ। অদুগুম্ব থোইদোকপ অকক্লব পাপ অদু কোক্লবগীদমক্ত শাস্ত্রনা বিধান তৌরিব অদু অসাধারণ অদুগা পাপ পুম্নমক ওইন কোক্লব বিধান তৌরিব অদুন সাধারণ প্রায়শ্চিতনি। মদুদি গঙ্গা স্নান অমসুং ভগবানগী নাম শোনবনচিংব।

করিগুম্ব অখণ্ডব পাপ ওইরবদি মদু কোক্লবগীদমক্ত অসাধারণ প্রায়শ্চিত শাস্ত্রন তাকপদু তৌগনি অদুগা খণ্ডখিদব পাপশিংবু কোক্লবগীদমক্ত সাধারণ প্রায়শ্চিত তৌগনি। মরমদি অসাধারণ প্রায়শ্চিত্তগী অদু-অদুগুম্ব পাপ মাংহল্লি অদু অদুগুম্ব পাপশিং অদু কোক্লব অদু অদুগুম্ব পাপশিং অদুবু মাংহন্নব তৌগাদবনি মদুদি মপোক কয়াদ তৌরকখিব খণ্ড্রব পাপশিং সাধারণ প্রায়শ্চিত্তগী পাপ পুম্নমক কোকহল্লি। অদুন্নদি ওইরবদ গঙ্গা স্নান্নচিংব সাধারণ প্রায়শ্চিতনি হায়রি অসিদি সুপ্নগী প্রায়শ্চিত ওইবত নত্তন কাম্যসু ওই। মরমদি শাস্ত্রন গঙ্গা স্নান্দগী অথোইব লোক ফংবগী উপদেশ তৌরি। অদুগুম্ন ভগবন্নাম শোনবসু অথোইব লোক ফংই তাক্লি। মরম অসিন পাপ কোকপগ লোইনন কাম্যগী মওংসু ওই।

অশ্বমেধযাগ নত্রগ ব্রাহ্মযাগনচিংবন পাপ কোকপ অদুগ স্বর্গ ফংনব ফলগী হেতু ওই। মতৌ অদুগুম্ন গঙ্গা স্নান্নচিংবসু সুপ্নগী প্রায়শ্চিত ওইবত নত্তন অথোইব লোক ফংহন্নবগী মরম ওইবন মুমুক্ষু জনশিংন পান্নদে। অদুম ওইনমক মহাক অদুন অথোইব লোকপু পাল্লিব মথোয়ন পাপ মাংহন্নবগী মরম ওইব গঙ্গা স্নান্নচিংব তৌদুন অথোইব লোক ফংগনি। অদুগ অথোইব লোক পামদব মথোয় অদুগীন সুপ্নগী পাপখ্ক কোক্কনি। মরম অসিন কামনাগ লোইনন অনুষ্ঠান তৌরগ কর্ম অসি কাম্যগী মশক ওইব প্রায়শ্চিত ওই। অদুগ কামনা য়াওদব মওংদ তৌরগন সুপ্নগী প্রায়শ্চিতখক্তগী মওং ওই।

## জগৎকী মরম কর্ম

বেদান্তগী মত্ত কর্ম পুন্নমক সকাম পুরুষগীদমক্ত জগতকী মরমনি। মতৌ অদুগুম্ন গঙ্গাস্নান নত্রগ ভাবন্নাম সংকীর্তন তৌব সকাম পুরুষগীদমক্তনি কাম্যগী মশক ওইব প্রায়শ্চিতনি তৌইগুম্বসুং নিষ্কাম পুরুষকীদমক্তদি সুপ্নগী প্রায়শ্চিতনি। মরমঅসিন মোক্ষবু পাল্লিব মীশিংন সাধারণ প্রায়শ্চিত তৌগদবনি মদুন জন্মান্তরগী পাপপু জ্ঞান্ন নত্রবসু মাংহনব কোকপ ওইগনি।

মুমুক্ষশিংগীদমক্ত জন্মান্তরগী কাম্য কর্মসু অখুংবাগ অমহানি হায়বদি ফলগী মরম লৈতে, ওইদে। মরমদি বেদান্তগী মত্ত কর্মগী অনুষ্ঠানগী মতমদ মী অদুন নীংখিব পামখিব ফল অদু ফংনবগী হেতু মরমনি হায়ব য়াই। অমসুং অপাম্বগ লোইনন অনুষ্ঠান তৌব কর্ম স্বর্গনচিংব ফলগী মরম ওই অদুগ নিষ্কাম অনুষ্ঠিত কর্মদি স্বর্গনচিংবগী ফলগী মরম ওইদে। মতৌ অদুমক্তুম্ন এক ভবিক বাদীশিংগী সিদ্ধান্তদ কর্ম পাংথোক্লবগী মতুংদসু (মী অদুগী) পুরুষকী ইচ্ছা ফল অদুগী মরম ওই। মী অদুগী অনিংব ইচ্ছা অদুন; করিগুম্ব মী অদু মুমুক্ষু ওইরবদি মদু মতমদুদ মাংখি। অদুন জন্মান্তরগী কাম্য কর্মসু ফলগী মরম ওইদে। মদুদি কনাগুম্ব অমন লল

ফংনিংবগী অপাম্বদগী কনাগুম্ব ইনাকখুনব মী অমগী সেবা তৌবদ মপ্রেন্দ ললগী অপাম্ব মাংখ্ররে অমসুং লনদু ফংনব ফলগী মরম ওইদ্রে। মতৌ অদুমক্তুন্ন জন্মান্তরগী কাম্য কর্মবুসু মুমুক্ষগী অপাম্ব লৈতব মরম্ন ফল ফংনবগী মরম ওইরোই। মতৌ অসুম্ন সুপ্নগী কর্মথক্তন্দগী মোক্ষ অরান খুবম ফংগনি।

হৌজিক্কী মপোক অসিদ কাম্য অমসুং নিষদ্ধি মদুন অৱাংব লোক নম্রগ মখাগী লোক্ত চংনব ওইব কর্ম তৌখিদে। মমাংগী মপোকশিংগী প্রারব্ধ কর্ম মদুদি নিষিদ্ধ অমসুং কাম্য ওইব অদুদি ভোগ মহে চাথোকপ খক্তন্দগী মংব ওই। নিত্য নৈমিত্তিক কর্মগীদি তৌদ্রগা পাপ ওই মদু তৌরুগান মুমুক্ষদ পাপ ওইদে। অমসুং জন্মান্তরগী সঞ্চিৎ (পৈশিনব) নিষিদ্ধি কর্মবু মাংহনবদি সাধারণ প্রয়শ্চিত্তগী ওই। জন্মান্তরগী সঞ্চিত কাম্য কর্মদি মুমুক্ষশিংগীদি ইচ্ছা লৈতব মরম্ন ফল পীব ওইদে। মসিদগী মুমুক্ষন নিত্য-নৈমিত্তিক অমসুং সাধারণ প্রায়শ্চিত ওইব থবক খক্ত তৌগদব ওই। করিগুম্ব বর্তমান জন্মগী জ্ঞাত খংন নিষিদ্ধ কর্ম তৌখিব লৈরবদি অসাধারণ প্রায়শ্চিত তৌগদব ওই।

## নিত্য নৈমিত্তিক কর্ম

নম্রগ নিত্য নৈমিত্তিক কর্মখক্ত তৌগনি প্রায়শ্চিত তৌরোই। মরমদি মুমুক্ষগী সঞ্চিত, নিষিদ্ধ অমসুং কাম্য কর্ম মাংখরে। জ্ঞানীগী সঞ্চিত কর্ম মাংই হায়ন বেদান্ত মত্ত লৌনরি। অদুগুম্ন নিষিদ্ধ কাম্য কর্ম থাদোক্লগ নিত্য নৈমিত্তিক তৌরিব মুমুক্ষগী সঞ্চিত কর্মসু মাংই। নম্রগ সঞ্চিত, কাম্য অমসুং নিষিদ্ধ কর্ম পুম্নমক তিন্নরগ মপোক অমা হৌই। মরম অদুন মুমুক্ষগী জন্ম অম অমুক ওইব তাই।

নত্রগ যোগীগী কায়ব্যুহগী মতৌগুন্ন মতম অমত্তদ সঞ্চিত পুন্নমক হকচাং ময়াম লৌই মদুদ মুমুক্ষু মথংগী জন্মদ ফল পুন্নমক চাথোকখিব।

নত্রগ নিত্য নৈমিত্তিক কর্মগী অনুষ্ঠান্দগী অদুগুম্ব অন্নাবশিং ওইব অদু জন্মান্তরগী সঞ্চিত অমসুং নিষিদ্ধ জন্মগী আরম্ভ তৌদে। অদুগুম্ব সঞ্চিত কাম্য কর্ম ওইব মদু মপোক অম নত্রগ মতম অমদ মশীং থিঙমদ্রব হকচাং ময়াম ওইন ফংই। মসিদগী মুমুক্ষুগী থংনব মপোক্ত অন্নাব খজিক ফাওব মাংলক্তে, সুপ্নগী নুঙাইবদ ভোগ তৌই। মরমদি জন্মান্তরগী সঞ্চিত বিহিত কর্মশিংদগী হকচাং ওইরে অমসুং সঞ্চিত কর্ম নিষিদ্ধনি। মরম অসিন মদুগী ভোগ নিত্য নৈমিত্তিকী অনুষ্ঠানগী মমাংগী জন্মদ চাথোকখিরম্ব অম।

মতৌ অসুন্ন প্রায়শ্চিত তৌদ্রবসু নিত্য নৈমিত্তিক কর্মগী অনুষ্ঠান তৌবন মোক্ষ ওই। মবম অদুন নৈমিত্তিক কর্মগী মতমদ নৈমিত্তিক অমসুং নিত্য কর্মগী মতম পুম্বদ অনুষ্ঠান তৌগদব ওই। মত অসি এক ভবিক বাদন হায়বনি।

জ্ঞান্ন মরম ওইদুন বন্ধগী নিবৃত্তিসু গ্রন্থ অসিগী প্রয়োজন ওইদে। মরমদি পোৎ অদু অতোপ্পগীদ লৈতব মদুবু মুখ্য প্রয়োজন ওই। মদুদি মশক মওংগী জ্ঞান মিৎ নত্তন অতোপ্প অমদগী থংদে অদুগুম্ব রুপজ্ঞান অদু মিৎকী প্রয়োজননি। অদুগ বন্ধগী নিবৃত্তিদি লাইরিক নত্রবসু কর্মদগী ওইব য়াই। মরম অসিন গ্রন্থগী প্রয়োজন বন্ধগী নিবৃত্তিসু নত্তে। মতৌ অসুন্ন গ্রন্থগী অধিকারী, বিষয়, প্রয়োজন ওইব য়াদে।

পুর্ব পক্ষন সম্বন্ধ খণ্ডণ তৌরদুন হায়রি মদুদি অধিকারীনচিংব লৈত্রবন সম্বন্ধসু লৈব য়াদ্রে। মরমদি বিষয় লৈতবন গ্রন্থ অমসুং বিষয়গী প্রতিপাদ্য -প্রতিপাদক ভাব সম্বন্ধ ওইব য়াদে। অমদি অধিকারী অমদি ফল লৈত্রবন মদুগী প্রাপ্য-প্রাপক ভাব সম্বন্ধসু লৈত্রে।

অধিকারী লৈতবন্দগী মদুগী অমসুং বিচারগী কর্তৃত্ব-কর্ত্তব্য ভাব অমদি জ্ঞানগীদমক্ত মহৈ য়ান্দ্রবন গ্রন্থ অমসুং জ্ঞানগী জন্য-জনক ভাব, সম্বন্ধ ওইদ্রে। মহৈ য়ানব পোৎ জন্যনি অমসুং মথক্কী মওং মসিদগী জ্ঞান মহৈ য়ানব ওইদ্রে। অমদি জ্ঞানগী স্বরুপকীসু লৈত্রে। মসিদগীসু জ্ঞান অমসুং গ্রন্থগী সম্বন্ধ ওইদে। মরমদি জীব -ব্রহ্মগী অভেদ নিশ্চয়বু সিন্ধান্তদ জ্ঞান হায়রি মরম অসিন অভেদ নিশ্চয় ওইদে। ঋাকম অসি বিষয়গী নিরাকরন্দ হান্ন হায়খ্রে। মতৌ অসুম্ন অধিকারীনচিংব অনুবন্ধ লৈতবদগী লাইরিক্কী আরম্ভ হায়বদু ওইদে। হৌজিক পুর্ব পক্ষীগী ঋাকমশিং মথং মথং ওইন পাওখুম পীরিঃ-

মোক্ষগী অহানব শরুক্কী ইচ্ছা তৌই পাম্মী- পুর্ব পক্ষীন অহানবদ হায়খি মদুদি মোক্ষ ইচ্ছা (অপাম্ব) কনাসু লৈতে। মরমদি মোক্ষদ শরুক অনি য়াওরি -(১) মরমগ লোইনন জগাত নিবৃত্তি (মাংব) অমসুং (২) ব্রহ্ম ফংব। মসিদ কারণ (মরম)গ লোইনন জগাত মাংব (নিবৃত্তি) গী মশক ওইব মোক্ষগী অহানব শরুক্কী ইচ্ছা (পাম্ব) কনানসু তৌদে। অদুগা অৱাব মথল অহুম কোক্রুবগী অপাম্বদি মী খুদিংন তৌই। মরম অসিন অৱাবগী (নিবৃত্তি) কোক্রুব মাগী মাগী উপায়শিংন ওইনৈ। মসিদগী মকগ লোইনন জগাৎ মাংহন্নকী ইচ্ছা তৌরিব মুমুক্ষু অধিকারী ওইব য়াদে হায়খি- মদুগী সমাধানঃ-

(সমাধান) - জগাতকী কারণ মরম ওইব অজ্ঞান অমদি অৱাব মথল অহুম অতোপ্প উপায়শিংন পুমকোক কোকহনব থক ঙমদে। মরমদি মুল অবিদ্যা মাংলবতদ অৱাব অমসুং নুঙাইকী মরম ওইরিব লাইনানচিংব অমদি লাইনানচিংকী আশ্রয় ওইব হকচাংনচিংব মাংব ওই। মরম অসিদগী অৱাব মথল অহুম্বু মাংহন্নকীদমক্ত মাগী মরমগ লোইনন জগতকী নিবৃত্তি ওইব মোক্ষগী অহানব শরুকপু মী পুম্নমক পাম্নে।

হায়বগী ভাবতি অসিনি - মদুদি কনাগুম্বশিং অদুগী হিদাক্লচিংব উপায় মতিকচান লৈরবসু মথোয়গী অৱাবদু করিগুম্ব নিয়ম অমদগী লৌথোকপ কোকপ ঙমদে। কনাগুম্বগী অনাবনচিংবদগী ওইব অৱাবদু হিদাক্লচিংব উপায়দগী কোক্লবসু কনাগুম্বগীদি কোক্তে। মসিদগী ঔষধনচিংব উপায়শিংদগী অনাবনচিংবদগী পোকপ অৱাব শোইদন কোক্কনি হায়বগী নিয়ম লৈতে। করিগুম্বদ অনাবন চিংবদগী পোকপ অৱাববু হিদাক্লচিংবদগীসু কোকপ ওইরগনসু অৱাব অদু অমুক হন্ন ওইরকপসু উনরি। মতৌ অসুন্ন হিদাক্লচিংবন অনাবদগী পোকপ অৱাববু পুংকোক কোকহল্লি হায়বসি য়াবথক ঙমদে। মরমদি মহাক অদুগী অৱাব পুমকোক কোকথ্রবদি মদুঅমুক হন্ন পোক্লক্লোইদবনি। হিদাক্লচিংবন অদুগুম্ব অৱাব অদু কোকই মদুগীসু নিয়ম লৈনে। মতৌ অসুন্ন হিদাক্লচিংবদগী অৱাব পুমকোক কোকপ (অত্যন্ত দুখ নিবৃত্তি) ওই হায়বসিদি য়াব ঙমদে।

অৱাবগী সাধন পুন্নমক মাংলবদি অৱাব পুন্নমক নিয়মগী মতুং ইন্ন হন্দোকচখিগনি। অদুগ অৱাবগী সাধন মাংখ্রবদি অৱাব পোক্লকপসু ওইররোই। মরম অসিন অৱাব কোক্লবগীদমক্ত পুন্নমক্ল অৱাবগী সাধন মুথৎপ, লৌথোকপ শোইদন পাম্নে।

## ছন্দোগ্যগী প্রসঙ্গ

অদুগুম্ব দুখগী সাধন অজ্ঞান অমসুং মাগী কার্য্য ওইব মশক মওংগী জগতনি। ৱাফম অসি ছন্দোগ্য উপনিষদকী 'ভূমি বিদ্যা' প্রকরন্দ শেংন হায়রি। মদুগী প্রসঙ্গদি দেবর্ষি নাবদন নোংম সনতকুমারগী মফমদ লাক্লগা হায়রম্মী- ভগবন! আত্মাজ্ঞানীদি ওই তৌইগুম্বসুং ঐভ্রেন্দ অৱা-অনা (অজ্ঞান)দি কোকত্রি। মরম অসিন ঐগী অজ্ঞান মাংহনব ঙম্ব অদুগুম্ব উপায় তাকপিয়ু।

সনতকুমারন হায়রম্মীঃ- হে নারদ, ভূমা(ব্রহ্ম) অব্বা-অনা লৈতব অমদি নুঙাইবতগী মশক্তি মদু নত্তব মঙোন্দগী থেন্নব অতোপ্প পুন্নমক (তুচ্ছ) মিথ্যানি অমসুং অব্বাকগী সাধন স্বরুপনি।

মতৌ অসুম্ন ব্রহ্মদগী তোঙানব পোৎ পুন্নমক অব্বাব ওইনবগী পাম্বে ঙাক্তনি। অজ্ঞান অমসুং মাগী কার্য্য ব্রহ্মদগী (তোঙানব) থেন্নব ওইবগী মরম্ন অব্বাকগী মরমনি। মাবু মাংহল্লবদ অব্বাব পুন্নমক নিয়মগী মতুংইন্ন মাংহনব ঙম্মী। মরম অসিন অব্বা-অনা পুন্নমক কোক্লবগীদমক্ত অজ্ঞানগ লোইনন মাগী কার্য্য মশক মওংগী প্রপঞ্চ মুথৎপ (নিবৃত্তি)গী মশক ওইব মোক্ষগী অহানব শরুক পুন্নমক্ল ইচ্ছা তৌই।

মোক্ষগী অনিশুব শরুক ইচ্ছা তৌই। বিষয় অসিদ পুর্বপক্ষীন হায়খি মদুদি অদুগুম্ব পোৎ অদু অনুভব তৌখ্রব(থংখ্রব) অদুগুম্ব পোৎ অদুগীতবু (ফংনিংব) ফংনব ইচ্ছা তৌবনি। অদুগা ব্রহ্মবুদি কনানসু অনুভব তৌদ্রি মরম অসিন ব্রহ্ম ফংবগী মশক ওইব অনিশুব শরুক অসিসু অপাম্ব কনা অমত্ত লৈতে। মসিগী সমাধান তৌরি--

মী পুন্নমক্ল নুঙাইবগী অনুভব তৌখ্রে খংখ্রে।মরম অদুন নুঙাইববু পাম্ব মী খুদিংদ লৈরিবনি। অমসুং সত শাস্ত্রশিংদগী তাই মদুদি ব্রহ্ম নিত্যনি, সুখ রুপনি। মরম অসিন বিবেকীশিংগী বিচার লৈব মী মকোক ওইবশিংন নুঙাইবগী মশক ওইব ব্রহ্মবু ফংননব মতম পুম্বদ কামনা তৌনে।

অহানব্দ হায়খি মদুদি মী খুদিংমক বিষয়দগী পোকপ নুঙাইবতবু পাম্নে অদুগুম্ব বিষয়গী ওইব নুঙাইব অদু ব্রহ্মদগী ফংব ওইদে তৌইগুম্বসুং মদু জগত্ত ফংই। মসিদ মোক্ষগী ইচ্ছা তৌব অপাম্ব মী লৈতবন লাইরিক অসি পুথোকপগী মহৈ য়ান্দে। হায়রিব-

মথোয় অদুদ ঐথোয়ন মসি হংলি মদুদি মুমুক্ষু কনাগুম্ব লৈতবর? নত্রগ মুমুক্ষু ওইরকানসু লাইরিক্ত চংশিন্দকরীরা? অসুম্ন হায়বদি কনানসু খুম্ব ঙমদে। মরমদি হেক লৈরিব মী পুন্নমক অন্নাব পুন্নমকপু কোকপ অমসুং লেংদব নিত্য সুখবু ফংগো হায়ন নীংব লৈনে। তৌইগুম্বসুং অন্নাব পুন্নমক কোকপ অমসুং মতম পুম্বগী নুঙাইব ফংবদু মোক্ষমক্কী মশকপুনি। মরম অসিন মী পুন্নমক মুমুক্ষুনি।

## আত্মাগী নুঙাইব পুন্নমক্ক পাম্মী

মসি হায়খি মদুদি বিষয়গী নুঙাইবত পাম্মী ঋাফম অসি চুমদে। মরমদি মথোয়ন পাল্লিবদি সুপ্নগী নুঙাইব অদুখক্তনি। মদু বিষয়দগী ওইগে ওইসনু নত্রগ বিষয় য়াওদবদগী ওইগে ওইজসনু। করিগুম্ব বিষয়দগী পোকপ নুঙাইবতবু পাম্ব ওইরম্লবদি(তুমখুন) সুসুপ্তিগী নুঙাইবসি পান্নরমলোইদবনি। সষুপ্তিগী নুঙাইব অসি বিষয়, পোত্তগী পোকপ নত্তে। মরম অসিন সুপ্নগী নুঙাইব খক্তবু পামই হায়বসি খঙই। মসিগী অর্থদি মীপুম খুদিংমক্ক আত্মা সুখবু পাম্মী। মদুদি বিষয়দগী পোকপ নত্তব। মরমদি খুদিংমক্ক চাং তান নত্রগ হেন্ন বিষয় সুখ ফংনরব ঙাক্তনি তৌইগুম্বসুং পুন্নমক্ক মতম পুম্বদ ইচ্ছা তৌদুন নীংনরি মদুদি ঐথোয়ন অসিগুম্ব নুঙাইব ফংব ওইসনু মদু করিগুম্বদসু খক মাংখিব ওইদব। অসিগুম্ব নুঙাইব অসিদি আত্মা স্বরুপ মোক্ষনি। মরম অসিন মী পুন্নমক মুমুক্ষুনি। অদুন কনাসু মুমুক্ষু ওইদে হায়ব ঋাফম অসি খক চুমদে।

অদুগা মুমুক্ষুদি ওই তৌইগুম্বসুং লাইরিক্ত মথোয়গী চংশিনব প্রবৃত্তি লৈতে। মরম অসিন লাইরিক পুথোকপগী কান্নব লৈতে হায়রবদি মথোয়দ ঐথোয়ন হংনিংই- মদুদি গ্রন্থ অসি মোক্ষগী সাধন ওইদবরা? অদুন লাইরিক্ত চংশিন্দবরা? নত্রগ লাইরিক নত্তব অতোপ্প করিগুম্ব সাধন অম

লৈবরা? মদুদ চংশিন্দুন লৈবদগী লাইরিক্ত চংশিল্লি স্তব ওইব?

অদুগা গ্রন্থ মোক্ষগী সাধন ওইদে হায়রবদি মদু অচুম্ব নত্তে। মরমদি মোক্ষদি জ্ঞানগী মরম ওইদুন নিয়ম চুন্ন ফংই হায়বদি বেদগী সিদ্ধান্তনি।জ্ঞান অদুগী শ্রবন তাবদগী ফংলকই, ফংব গুম্মী। তাব অসি মওং অনিনি- বেদান্তগী বাক্য নাকোংগ সংযোগ ওইব অমসুং বেদান্ত বাক্যগী সংযোগ ওইব। মসিদ জ্ঞানগী হেতু (মরম) অহানব মখলগী শ্রবন তাব অসিনি। অনিশুব মখলসি নত্তে। মরমদি শব্দদগী পোক্লকপ জ্ঞানদ ইন্দ্রিয়গ লোইনন শব্দগী সংযোগ ওইব হেতু মরম্নি।মসিদগী বেদান্ত বাক্য অমসুং নাকোংগী সংযোগকী মশক ওইব শ্রবনমক ব্রহ্ম- জ্ঞানগী মরম হেতুনি হায়বসি সিদ্ধ ওই আবান্তর বাক্যগী শ্রবন তৌব পরোক্ষ জ্ঞানগী অদুগা মহাবাক্যগী শ্রবন ন অপরোক্ষ জ্ঞানগী হেতুনি ব্বাফমসি অহানবদ প্রতিপদন তৌখ্রে।

## শ্রবন মনন নিদিধ্যাসন

মদুদ জ্ঞান ফংলবদসু অসম্ভাবনা অমসুং বিপরীত ভাবনা লৈরবদি মহক অদুন শ্রবণ মনন অমসুং নিদিধ্যাসন তৌগদবনি। মরমদি বেদান্ত বাক্যগী বিচারগী মশক ওইব শ্রবণ তৌরগা বেদান্ত বাক্যদ অসম্ভাবনা দোষ কোকই। বেদান্তগী বাক্যসিবু ব্রহ্মগী প্রতিপাদক্ল নত্রগ করিগুম্ব অতোপ্প অমগী অর্থ ওইব জাংলা? অসুম্ন চিংনবমক বেদান্ত বাক্যগী অসম্ভাবনানি। মসি বেদান্তগী বাক্যগী বিচারদগী কোকহল্লি।।

মননদগী প্রমেয়গী অসম্ভাবনা কোকহল্লি। জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইববু বেদান্ত মত্ত প্রমেয় কৌই। জীব ব্রহ্ম অমত্ত ওইবর, নত্রগ তোঙান্নবরা? অসুম্ন চিংনব প্রমেয়গী অসম্ভাবনা কৌই, মসি মনন্দগী কোকই।

বিপরিত ভাবনাদি নিদিধ্যাসন্দগী কোকহল্লি। মতৌ অসুম্ন অহানবদ

শ্রবন জ্ঞান মোক্ষগী মরমনি। অমদি বিচার রূপ ওইব শ্রবণ-মনন অমসুং নিদিধ্যাসন্দগী অসম্ভাবনা অমসুং বিপরীত কোকহনব মোক্ষ ফংনব মরমনি।

বেদান্তগী অর্থ উপনিষদনি। মদু লাইরিক অসিদগী খেন্নব ওইরবসু মদুগী মান্নব অর্থ ভাষ্য বাক্যশিং লাইরিক অসিদ য়াওরি। মরমঅসিন মসি তারকানসু জ্ঞান ফংই। মসিগী প্রতিপাদন মখাদ পীরক্লিঃ-

মতৌ অসুন্ন লাইরিক অসি জ্ঞানন মরম ওইদুন মোক্ষগী মরম হেতু অমদি মনন বিচারগী মওংনি মরম অসিন অসম্ভাবনা দোষ কোকহনবগী মরম ওইবন মোক্ষগী হেতুনি। মরম অসিন লাইরিক অসি মোক্ষগী মরম ওইদে হায়বসি সুপ্নগী নমথাক ৱাঙংনি।

অদুগ অসুন্নসু লাইরিক্তগী মোক্ষবুদি ওই অদুবু অতোপ্প সাধন্নসু মোক্ষগী হেতু ওই। মরম অসিন গ্রন্থ পুথোকপগী দরকার লৈতে মহৈ য়ান্দে হায়রবদি মখোয়দ হংব পাম্মী অদুগুম্ব অতোপ্প সাধনশিং অদু করি করিনো মদুন মোক্ষবু পীগদৌরিব?

অদুগ উপনিষদ সুত্র ভাষ্যনচিংব সংস্কৃত গ্রন্থ জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইববু তাকপ (প্রতিবাদন তৌব) মদুদগী জ্ঞানন মরম ওইদুন মোক্ষ ওই অমসুং মসিগী অধিকারী তোঙান্দে। মরম অসিদগী লাইরিক অসি মহৈ য়ান্দে হায়রবসু-

ৱাফম অদু অচুম্বদি ওই অদুবু অদুগুম্ব সংস্কৃত গ্রন্থশিং অদুগী অর্থ লৌবদ ঙমদব অদুগুম্ব মুমুক্ষুশিং মখোয়ন সংস্কৃত গ্রন্থদগী জ্ঞান ফংব ঙমদে। মতৌ অসুন্ন মন্দবুদ্ধি ওইব মুমুক্ষুশিংন মদুদ চংশিনব ঙমদে।

অদুগ করিগুম্ব অসুন্ন হায়রব মদুদি চুম্মী গ্রন্থদগী মোক্ষসু ওই অমদি সংস্কৃত গ্রন্থদগী মন্দ বুদ্ধিশিংন খঙবসু ঙমদে। তৌইগুম্বসুং মুমুক্ষু ওইরকানসু গ্রন্থদ চংশিনব ওইদে। মরমদি বিবেক বৈরাগ্য-শম,দম নচিংবগী অধিকারী ওইব তাংই। মসিদগী মশাগী সাধন লৈতবদগীসু লাইরিক অসি

চংশিন্নদে হায়রকসু মখোয় অদুদ হংলি- মদুদি অধিকারী অসি য়ান্ন লৈতবদগীর নত্রগ কনাসু লৈতকীরা?

করিগুম্ব অধিকারী য়ান্ন লৈতে হায়রবদি ঐখোয়সু য়াই, অদুগা জ্ঞান যোগগী অধিকারী কনাসু লৈতে হায়ব ব্রাফম অসিদি খক ওইব য়াদে। মরমদি অন্তকরন্দ দোষ অহুমথক লৈ- ১)মল, ২) বিক্ষেপ অমসুং ৩) স্বরুপগী আবরণ। মলগী অতোপ্প মমিং পাপনি। বিক্ষেপ মরাং মরাংব (পুন্নিংগী)বু কৌই অমসুং আবরণগী অর্থদি অজ্ঞাননি। অফব কর্মদগী মল দোষ, উপাসনাদগী, বিক্ষেপ দোষ অমসুং জ্ঞান্ন আবরণ দোষ কোকথোকপ ঙম্মী।

মী মহাক অদুগী অন্তকরন্দ মল অমসুং বিক্ষেপ লৈরব মহাক অদু অধিকারী ওইব য়াদে। অদুগা মপোক অসিদ নত্রগা মমাংগী মপোক্ত শুভ কর্ম নত্রগ উপাসনাগী অনুষ্ঠান্দগী মল অমসুং বিক্ষেপ কোকথ্রব মখোয় অদুমক জ্ঞানগী মপুংফারব অধিকারী ওইরবনি অমসুং মখোয় অদুন গ্রন্থদ চংশিনবসু ওই।

## মী মখল মরি -

অদুগা অহানবদ হায়খিব মী পুন্নমক বিষয় সুখ পাম্মী নিত্য সুখ কনানসু পান্নদে। ব্রাফম অসি মতিক চাদে। করিগী, মী মখল মরিখক লৈ - পামর, বিষয়ী, জিজ্ঞাসু অমসুং মুক্ত। অদুগুম্ব মীশিং অদুন লোক্কী নিষিদ্ধ অমসুং বিহিত ভোগশিংদ লুপশিল্লব অমসুং শাস্ত্রগী সংস্কার লৈতব মখোয় অদু পামরনি। মখোয় অদুন শাস্ত্রগী মতুং ইন্ন বিষয়শিংবু ভোগ তৌরগা পরলোক্কী নত্রগ ইহলোক্কী ভোগশিংগীদমক্ত কর্ম তৌরিব মখোয়দু বিষয়ীনি। অদুগুম্ব মী অখোইব সংস্কারদগী সতশাস্ত্রশিংবু শ্রবন তৌদুন অখোইব বিবেক ফংলিব মখোয় বিবেকীনি।

বিষয় সুখ অনিত্যনি। মরমদি বিষয়গী নুঙাইব লৈরিঙে মতম অদুগুম্ব মতমশিং অদুমক্ত করিগুম্ব অম নত্রগা অমগী অৱাব শোইদন য়ানশিল্লি।অমসুং পরিণামদ মাংব নাইব নুঙাইব অৱাকী মরম শোইদন ওই। মতৌ অসুম্ন বিষয়গী নুঙাইবন উমখ্রব মীদুদি অৱাকী মশক্নি।

অৱাব কোক্নব পাম্বৈ উপায় তাইবংপানগী পোৎ লৌকিক উপায়দগী থক ওইব ঙমদে। মরমদি উপায় কয়া তৌনৈ মদুদগীসু অৱাব পুন্নমক কোকপ ঙমদে। অমসুং কোকপ য়াওরবসু অমুক হেক্ত ৱারকই। অমদি হকচাংন লৈরিব অদুক্কী মথৈদি অৱাব কোকপ ওইথোকপ য়াদে। মরমদি হকচাং অসি পোকখিকী মরম অদু পাপ -পুণ্যন কারণ ওই।

## কর্মগী ফলগী মশক ওইব মীওইবগী হকচাং

মীওইবকী হকচাং পাপ-পুণ্য কর্মগী য়ানশিন্নরব ফল অদুনি। লাইগী হকচাংসু য়ানশিন্নরব কর্মগী ফলনি। করিগুম্ব দেব শরীরন সুপ্নগী পুণ্য ঙাক্তগী ফল ওইরন্নবদি মশাদগী হেনব বিভুতি উরগা মখোয়দ সন্তাপ ওইরিব অদু ওইরমলোইদবনি। লাই পুন্নমক্কী অধিপতি ইন্দ্রমক্নসু দৈত্য দানবশিংদগী অকিব পোকপ অৱাব নংদুন লৈ। মসিদগী খঙব ঙম্মী মদুদি দেব শরীরসু পাপ-পুণ্য অনিমক্কী ফলনি। অদুগ শ্রুতিদ 'দেবতা পাপ পক্তে' হায়রি অদুগী অর্থদি অসিনি কর্মগী অধিকার মনুষ্য শরীরথক্তদ ওই। অতোপ্প হকচাংশিংদ ওইদে মরম অসিন দেব শরীরদ তৌথিব অফ-ফত্ত কর্মগী ফল দেবতাশিংদ ফংদে। তৌইগুম্বসুং পূর্ব শরীরদ তৌরকপ অফব-ফত্তব কর্মগী ফলমক্ন দেব শরীর ওইবনি। মতৌ অসুম্ন দেব শরীর য়ানশিন্নব কর্মগী ফলনি। তির্যক শা-উচেক্কী হকচাংসু য়ানশিন্নরব কর্মগী ফলনি। মদুদি মখোয়দ অৱাব ফংলিব মদু পাপকী ফলনি অমসুং সন্তোক্নচিংব নুঙাইব অদু পুণ্যগী ফলনি।

মপুক্ল চৎপ জীবশিংবু তির্য়ক কৌই। মশান হুমদুন চৎপ মখোয়দু পক্ষী কৌই। অদুগ মখোঙ মরিন চৎপশিং পশু কৌই। করিগুম্বদ পশু-পক্ষী অনিমকপুসু তির্য়ক হায়নৈ। মতৌ অসুন্ন হকচাং মথল পুন্নমক পাপ - পুণ্যন শেম্বনি।।

করিগুম্বগী হকচাংন পাপ খজিক্ত অমসুং পুণ্যন য়াম্ব ওই মখোয় অদুদি কনাগুম্ব লাইশিংগী হকচাং। মাগী মাগী পুণ্যদগী লাই খিবিক্ত পাপকী শক্লক খজিক্ত ওই। মরম অসিন মখোয়ন লাইগী হকচাং ফংলিবনি। মসিদগী দেব শরীরবু শ্রুতিদ সুপ্নগী পুণ্যগী ফলনি হায়রি। মসিদ য়ানিংদব লৈতে। মদুদি ব্রাহ্মন্ন য়াম্বদগী ব্রাহ্মন খুঙ্গং কৌই। অদুগুম্ন লাইগী হকচাংবু সুপ্নগী পুণ্যগী ফলনি হায়বনি। তশেংবদি মখোয় সুপ্নগী পুণ্যখক্তগী ফল নত্তে।

তির্য়ক -পশু-পক্ষীনচিংকী হকচাংশিং পাপ্ন য়াম্ব পুণ্য খজিক্ত ওইবদগী শেম্মী। অদুগ অথোইব মীশিং মখোয়গী নিয়ম দেবতাশিংগীগ মান্নে। মরম অসিন মখোয়গীসু পুণ্যন য়াম্ব অমসুং পাপ্ন য়ামদবদগী ওই। মতৌ অসুন্ন হকচাং পুন্নমক পাপ-পুণ্যগী যোগদগী শোম্বনি অমসুং পাপকী ফলন অৱাবনি। মরম অসিন হকচাংন লৈরিবমখৈ অৱাব কোকপ ওইথোক্তে।

মতৌ অসুন্ন হকচাং অসি ধর্ম-অধর্ম অনিগী মহৈ ফলনি, মরম অসিন ধর্ম-অধর্ম লাম্লোকপ নত্তন হকচাংদগী লানথোকপ য়াদে। মরমদি হৌজিক ওইরিব হকচাংদগী নাম্লোক্লবসু পুণ্য-পাপন মরম ওইদুন অমুক হকচাং ফংগনি।

পাপ-পুণ্য অদু রাগ-দ্বেষ মাংদ্রিব মখৈ মাংব খক ঙমদে। মরমদি ভোগদগী বর্তমান পাপ-পুণ্য কোকথ্রবসু রাগ-দ্বেষ লৈহৌরবদি পাপ-পুণ্যসু লৈগনি। মসিদগী ৱাফমসি য়াব চুমই। মদুদি রাগ-দ্বেষ মুথত্তন পাপ-পুণ্যসু করিগুম্বদ মুথৎপ য়াদে।

## রাগ-দ্বেষকী কারণ

রাগ দ্বেষ অসি অনুকূল জ্ঞান (অপাম্বদ তুংইন্নবকপ অমসুং প্রতিকূল জ্ঞান অপাম্বগী ময়োক্ত লাকপ)গী জ্ঞান্দগী ওইবনি। অদুগুম্ব বিষয় অদুদ অনুকূলজ্ঞান ওইরব মদুদ রাগ অদুগা অদুগুম্ব বিষয়দ প্রতিকূল জ্ঞান ওইরবদি মদুদ দ্বেষ ওই। মসিদগী মসি লেপ্পী মদুদি অনুকূল জ্ঞান অমসুং প্রতিকূল জ্ঞান অনিমক মুথৎলবতদ রাগ-দ্বেষসু মুথৎপ ওই।

অনুকূল জ্ঞান অমসুং প্রতিকূল জ্ঞান অসি ভেদ জ্ঞান্দগী ওইরকই মরমদি অদুগুম্ব পোৎ অদুবু মশাগী হৌনশা শক্তমদগী তোঙান্নবনি অতোপ্পনি খল্লগ মদুদ অনুকূল নত্রগ প্রতিকূল জ্ঞান ওইরকই মশাগী স্বরূপ্তদি অনুকূল নত্রগ প্রতিকূল জ্ঞান লৈতে। নুঙাইনবগী পাম্বৈ (সাধন)বু অনুকূল জ্ঞান অদুগা বানবগী পাম্বৈবুন প্রতিকূল জ্ঞান্নি লৌনৈ।

মশাগী স্বরূপ অসিদি অৱা-নুঙাইগী সাধন পাম্বৈ নত্তে, তৌইগুম্বসুং নুঙাইবগী মশক্তি ওই। অদুবু নুঙাইবগী সাধনদি ওইদে। মরম অসিন স্বরূপ্তগী তোঙানব অমনি খঙগনি মদুদ অনুকূল নত্রগ প্রতিকূল জ্ঞান ওইরিব অদু। মতৌ অসুম্ন পদার্থ পোৎশিংদ মঙোন্দগী তোঙাল্লি খনব ভেদ জ্ঞানমক্ত অনুকূল অমসুং প্রতিকূল জ্ঞানগী মরমনি। মরম অসিন ভেদ জ্ঞান কোকথোকপ ওইদ্রিব মখৈ অনুকূল নত্রগ প্রতিকূল জ্ঞান মুথৎপ ওইদে।

সংসার ভেদ প্রপঞ্চ অসি অবিদ্যাদগী পোকপনি। মরমদি প্রপঞ্চ পুম্ব অমসুং মসিগী জ্ঞান অসি স্বরূপ(মশাগী মশক) খংদব অজ্ঞানগী মতমনি। বাফমসি বেদ শাস্ত্র পুম্নমক্ত লাওদুন লৈরি। মতৌ অসুম্ন অৱাব পুম্নমকী মরম স্বরূপকী অজ্ঞান (মশাগী মশক খঙদব)দগী ভ্রান্তি। মরম অসিন স্বরূপকী জ্ঞান ওইদ্রিব মখৈ কোকপ ঙমদে মরমদি অদুগুম্ব পোৎ অদুগী(খঙদব) অজ্ঞান ওইরবদি মদু পোৎ অদুগী জ্ঞান (খঙবদগী কোকপ

(মাংহনব) ঙমগনি। মদুদি থৌরিগী অজ্ঞান , থৌরিগী জ্ঞানমক্তগী কোকপ ঙমগনি, অতোম্প করিগুম্ব পোৎ অমগী জ্ঞানদগী ওইদে মতৌ অসুন্ন স্বরুপ অজ্ঞান জ্ঞানন মাংহনব ঙমগনি অতোম্প করিগুম্ব পোৎ অমগী জ্ঞান্ন মাংহনবন অব্বাব কোকপ পাম্বে থক ওইদে।

## স্বরুপ জ্ঞান্দগী ব্রহ্ম ফংব

মতৌ অসুন্ন স্বরুপ জ্ঞান লৈরবদগী ব্রহ্ম ফংব ঙম্মী। ব্রহ্মদি নিত্য অমসুং আনন্দ স্বরুপ ওইব অমদি অব্বাকগী সম্বন্ধ অমত্ত লৈতবনি। মরম অদুন স্বরুপ জ্ঞানদগী নিত্য অমসুং দুখগী সম্বন্ধ লৈতব অদুগুম্ব ব্রহ্মগী মশক ওইব আনন্দ মদুসু ফংব ওই।

মতৌ অসুন্ন অব্বাব কোকপ অমসুং পবমানন্দ ফংনবগী মরম ওইব হেতু অদু স্বরুপ জ্ঞান্নি। মরম অসিন স্বরুপ খঙগদব ওইব (জ্ঞাতব্যতা) সিদ্ধি ওই। কনাগুম্বন অসিগুম্ন বিবেক লৈরব মহাক অদু জিজ্ঞাসুনি।

স্থুল সুক্ষ্ম অমসুং কারণ দেহদগী তোঙানব অদুগুম্ব মশাগী স্বরুপনি মদুবু ব্রহ্ম রুপনি হায়কগী প্রত্যক্ষ জ্ঞান লৈরব মহাক অদুবু মুক্ত কৌনৈ।

মতৌ অসুন্ন মী মখল মরিখক হায়খ্রে। মদুগী মনুংদ সুপ্পগী জিজ্ঞাসু থক গ্রম্বদ চিংশিল্লি। লেমহৌরিব অহুমদি ওইদে।

পামর অমসুং বিষয়ীদি বিষয় সুখতদ বুদ্ধি লুপশিনবন করিগুম্ব বিষয়দ পরম সুখগী ইচ্ছা লৈরবসু মদুগী অদুগুম্ব উপায় লৈতবন মদুদ চংশিনব ওইদে। মরমদি উপায়গী জ্ঞান অদুদি সৎসঙ্গ অমসুং শাস্ত্রগী শ্রবন খক্তদগী ফংই অদুবু মথোয়দি মদুদগী লাপ্প লৈ। মরম অসিন পামর অমসুং বিষয়ীগী প্রবৃত্তি গ্রম্বদ ওইদে। অদুবু কোক্লকগীদমক্ত অতোম্প পাম্বেশিংদ চংশিন্দুন লৈনখিবনসু লাইরিক্ত পুক্লিং চংশিনব ওইদে।

তৌইগুম্বসু জিজ্ঞাসু পুরুষকী বুদ্ধি বিষয় সুখদ চংশিন্দে। মাগীদি পরম সুখ ফংব অমসুং দুখদগী পুমকোক কোকপগী অপাম্বদ লুপ্তুন লৈ। তৌইগুম্বসু পরম সুখবু ফংব অমসুং অৱাব পুমকোক কোকপ অসিদি জ্ঞান নত্তুন ওইথোক্তে। অসুম্ন বিবেক লৈৱব মহাত্মন গ্রন্থদ চংশিল্লকই।

মুক্ত ওইরব মীগীসু গ্রন্থদ চংলক্তে মরমদি জ্ঞানীমকপু মুক্ত কৌই অমসুং জ্ঞান অদু কৃত কৃত্যনি মঙোন্দ তৌগাদব ওইব করিসু লেমদ্রে। মসি মখাদা হায়রকনি। করিগুম্ব লীলাগী মওংদ মুক্তসু চংশিল্লবসু লাইরিক্ত চংশিনবগী মঙোন্দ করিগুম্ব কান্নব অমত্ত লৈতে। মতৌ অসুম্ন জিজ্ঞাসুশিংগীদমক্ত লাইরিক অসি পুথোকপগী কান্নব পী। অমসুং মুমুক্ষুশিংমক্ত লাইরিক অসিগী অধিকারীনি।

হৌজিক মথক্ত পূর্ব পক্ষগী পাওখুমগী মওংদ লাইরিক অসিগী বিষয় মগুণ তৌগনি- অহানবদ হায়খ্রে মদুদি জীব অসি রাগনচিংব ক্লেশশিংন তিল্লি অদুগ ব্রহ্মদি ক্লেশ লৈতবনি। মরম অসিন জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইব য়াদে। হায়খিকগী পাওখুম মখাগী অসিনি। রাগ-দ্বেষ লৈতব সাক্ষীগ অমত্ত ওইব সিদ্ধি ওই। অদুগী মথক্ত হায়খিব কর্তা-ভোক্তা নত্তব সাক্ষী অম লৈ হায়বসি বন্ধ্যা পুত্রগ মান্নন মিথ্যা ওই। ৱাফম অসি সিদ্ধ ওইদে। মরমদি অদুগুম্ব কর্ত্র ভোক্তা সংসারী ওইরিব মহাক অদুগী বিশেষ ভাগ (থোইদোকপ শরুক)পু সাক্ষী কৌই। করিগুম্ব সাক্ষী নিষেধ তৌখ্রব (ককথংখ্রব)দি মদুন সংসারীগী বিশেষ (থোইদোকপ) শরুকপুসু ককথংখ্রগনি। মদুদগী সংসারী কর্ত্তা ভোক্তাগীসু নিষেধ ওইগনি।

## বিশেষণ অমসুং উপাধি

চৈতন্য -অথং শক্তি অমথক্তদ অন্তকরণ সাক্ষী ভাবকী উপাধি অদুগ কর্তৃত্ব-ভোক্তৃত্বগী বিশেষন ওইবনি। বিশেষন লোইনববু বিশিষ্ট

অদুগা উপাধি ওইব (য়াওব)বুন উপহিত কৌনে। করিগুম্ব পোং মশামক অদুন মান লৈরিব মফম অদুমক্ত লৈরব পোং ওইন ফোংদোকপ অমসুং মশামক্তি তোঙান লৈব মদু উপাধিনি। মদুদি নৈয়ায়িকশিংগী মত্ত কর্ণ গোলক বৃত্তি আকাশ, নাকোংগী মখুল অহাংবদ চংব আকাশকী বৃত্তিবু শ্রোত্র কৌনে। মসিদ নাকোং মখুল শ্রোত্রদী উপাধিনি। মরমদি কর্ণ গোলক মশামক্ক মফম অদু কন্দুন লৈরিব মদুমক্ত লৈব আকাশপু শ্রোত্রগী মওংদ ফোংদোক্লদুন মশামক্তি তোঙান লৌরি। মতৌ অসুন্ন অন্তকরণ মশামক মফম অদুদ লৈরি মদুমক্ত লৈব চেতনগী শরুকপু সাক্ষ্য হাযদুন ঙাম্মেকই। মদুদগী অন্তকরণ সাক্ষীবু উপাধি ওই হায়বদি সিদ্ধ ওই। মসিগী অর্থদি মসিনি মদুদি অন্তকরণদ সুপ্লগী চেতনগী বৃত্তি (চেতন বৃত্তি)খক্তগী শরুক অদুবু সাক্ষী কৌনে।

মাগ লোইনন পোংপু ঙাম্মেক্লিব অদুবু বিশেষন কৌনে। মদুদি - কুণ্ডল যুক্ত পুরুষ লাক্লে। মসিদ কুণ্ডল অসি পুরুষকী বিশেষননি। মরমদি কুণ্ডলগ লোইনন মী লাকপবু ফোংদোকই। মরম অসিন মাগী বিশেষননি। নত্রগ নীলরূপ ওইব চক্ষুবু ঐন য়েংলি, মসিদ চক্ষুগী বিশেষন নীল অশংবগী মওংনি। মতৌ অসুন্ন অন্তকরণসু কর্ত্তা ভোক্তা ওইব চেতন জীবগী বিশেষননি। মরমদি অন্তকরণগ লোইনন চেতনবু কর্ত্তা ভোক্তাগী মওং ওইদুন অন্তকরণ মক ওইন ফোংদোকই। মরম অসিন ওইব য়ারে (সিদ্ধ ওইরে) মদুদি অন্তকরণ সংসারীদ বৃত্তি চেতন অমদি অন্তকরণ সংসারী লৈ।

মসি মখা চথরগ শব্দোক্ল হায়রকখিগনি -

রাগ দ্বেষনচিংব ক্লেশ সংসারীদ লৈবনি, সাক্ষীদ লৈতে। সংসারীগীসু অদুগুম্ব বিশেষন ওইব অন্তকরণ অদুদ লৈ অমসুং বিশেষ্য চৈতন্যগী শরুক ওইব চৈতন্য মাদি সাক্ষীগ খেন্নদে ঃ- মদুগী মরমদি অসিনি -

## সাক্ষী অমসুং সংসারী

চৈতন্য অমখত্তন অন্তকরণগ লোইনন সংসরি ওই অমসুং অন্তকরণ ভাব থাদোক্লগ সাক্ষী কৌই। মসিদ সাক্ষী অমসুং সংসারীগী বিশেষ্য ওইব শরুক্কী থেন্নব লৈতে। করিগুম্ব বিশেষ্যগী শরুক্ত ক্লেস লৈব হায়বদি সাক্ষীদসু ক্লেশ লৈববু য়াগনি। তৌইগুম্বসুং বেদগী সিদ্ধান্তনি মদুদি সাক্ষীদি ক্লেশ পুন্নমক লৈতবনি। মরম অসিদগী সংসারীগী বিশেষ্য ওইব শরুক্ত ক্লেশ লৈতে সুপ্নগী বিশেষন মাত্র অন্তকরণ খত্তন্দ লৈ। ভাব অসি লৈবন দোহাগী অহুমশুব চরন্দ রাগ দ্বেষ বুদ্ধিগী ধর্মনি তাকখ্রিব, জীবগী নত্তে। মতৌ অসুম্ন অন্তকরণ বিশিষ্ট পুদি ব্রহ্মগ অমত্ত ওইব য়াদে তৌইগুম্বসুং অন্তকরণ উপহিত সাক্ষীবুদি ব্রহ্মগ অমত্তনি হায়ব য়াগদবনি।

মসিদ অসুম্ন হায়খি মদুদি সাক্ষীদি ময়াম্নি অদুগ ব্রহ্মদি অমত্তনি, মরম অসিন সাক্ষী ময়াম্বু অমত্ত ওইব ব্রহ্মগ অমত্তনি খেন্নদে হায়বসি য়াফম থোক্কে। করিগুম্ব ব্যাপক ওইব ব্রহ্মদগী সাক্ষীগ খেন্নদবনি য়ারবদি সাক্ষীসু হকচাং পুন্নমক্ত শিন্নথুংন শন্দোক্তুন লৈব ব্যাপক ওইব অমদি অমত্ত ওইন লৈখ্রগনি অমসুং মদুদগী হকচাং পুন্নমক্ত অৱা নুঙাই ওইবদ পুন্নমক্কীসু চপ মান্নন খঙমিন্নফম থোকই।

মথক্কী চিংনরিবসি য়ুমফম য়াওদে, মরমদি ঈশ্বর সাক্ষী অমত্তনি অমসুং জীব সাক্ষীদি ময়ামনি অমসুং ঙমখে নাইব পরিচ্ছিন্ননি। অদুম ওইদুনসু ব্যাপক ব্রহ্মদগী খেন্নব নত্তে। মদুদি চফুগী আকাশ ময়াম ওই অমসুং ঙমখে নাই, পরিচ্ছিন্ননি অদুম ওইনমক মহাকাশতদগী খেন্নব খক ওইদে থোইদোক্ল ঘচাকাশ অসি মহাকাশকী মশকমক্লি। মতৌ অদুগুম্ন ময়াম ওইব পরিচ্ছিন্ন সাক্ষীসু ব্রহ্মগী মশকমক্লি।

অদুগ অৱা-নুঙাই অন্তকরণগী বৃত্তি বিষয় নত্তে হায়খিব অদুসু নাতে লৈতব ৱানি। মরমদি অৱা-নুঙাই গ্রহ্মোক্লিব সাক্ষী ময়াম্নি। তৌইগুম্বসুং

মদুবু অন্তকরণগী পরিনাম (অওনব) অৱা-নুঙাইগী মওং ওইরব মতমদুদ অন্তকরণগী জ্ঞানগী মওং ওইব বৃত্তিসু অৱা-নুঙাইগী বিষয়গী মশক ওই। অদুগুম্ব বৃত্তি অদুদ তোংলবসু সাক্ষীন মখোয়বু ভ্রম্নেকই.(খংই) মতৌঅসুন্ন গ্রন্থকারশিংন অৱা-নুঙাইবু সাক্ষীগী বিষয়নি তাক্লি, বৃত্তি য়াওদন সুপ্নগী সাক্ষীগী বিষয় ওইব নত্তে।

মদুদি ঘচাকাশ হায়বসি আকাশত মমীং অমসুং ঈশিং পুরকপগী মওং ওইব কার্য্যগী শকওং ওইব য়াদে। মহাক ঘট চফুগী মশক ওইব উপাধিগী মিংয়েংদ উংপনি। চফুগী মওং ওইব উপাধিগী মিংয়েং য়াওদন ঘটাকাশগী মিং অমসুং ঈশিং পুরকপগী মশক ওইব কার্য্য ওইব য়াদে সুপ্নগী আকাশ ওইন লৈগনি। মতৌ অসুন্ন ঘটাকাশবু মহাকাশকী মশকমক্লি লৌব থক লান্দে।

মতৌ অদুমকুন্ন চেতন্দ সাক্ষী নাম-ধর্মগ লোইনন অন্তকরণবু ঙানবগী মশক ওইব কার্য্য অন্তকরণগী মশক ওইব উপাধিগী মিংয়েংদ ওইরুবনি। তৌইগুম্বসুং অন্তকরণ উপাধিগী মিংয়েং য়াওদন সাক্ষী নাম-ধর্মগ লোইনন অন্তকরণগী কার্য্য ওইন খঙব য়াদে। থোইদোক্ল চৈতন্য মাত্র ব্রহ্ম খক্ত ওইন খঙই। মরম অসিদগী সাক্ষী ব্রহ্মগী মশক্লি, রুপনি।

অভিপ্রায় অসিদগী দোহেগী প্রথম চরন্দ সাক্ষীবু অমত্তনি হায়রিবনি মরমদি উপাধিগী মিংয়েং য়াওদন সাক্ষীদ ময়াম ওইব মতৌ অমসুং ভমখে নাইব মচেং ওইব মতৌ উব য়াদে। সাক্ষী অদুদি জীব পুম্বগী লক্ষ্য পান্দমনি মসিবু মখাদ হায়গনি।

মতৌ অসুন্ন জীব ব্রহ্মগী অমত্তনি হায়ববু লাইরিক অসিগী বিষয় ওইন তাকপ সিদ্ধ ওই। হৌজিক কার্য্য অধ্যাসকী নিরুপণ তৌরক্লি।

মসি হায়থি মদুদি বন্ধ সত্যনি মসিবু লৌথোকপ(কোকনব) জ্ঞান্দগী থক ওইব য়াদে। জ্ঞান্দগী সুপ্নগী মিথ্যা বস্তু খক্ত নিবৃত্তি ওই। আত্মাদ মিথ্যা

বন্ধগী মচাক পোৎচং (সামগ্রী) য়াওদে। মরম অদুন বন্ধ সত্যনি। মসিগী নিবৃত্তি জ্ঞান্দগী ওইব য়াদে। তৌইগুম্বসুং ব্রাফম অসি লৌব য়াদে। মরমদি বন্ধ মিথ্যানি মদু জ্ঞান্দগী কোকপ (নাম্রোকপ) ওই।

অহানবদ হায়খ্রে মদুদি অশেংব পোৎ সত্যবস্তুগী জ্ঞানগী সংস্কারন্দগী অধ্যাসকী হেতু মরম ওই। মদুদি অশেংব লিনগী জ্ঞান সংস্কারন্দগী লিলগী অধ্যাস তৌকী মরম ওই মতৌ অদুগুম্ন সত্য বন্ধ ওইরবদি সত্য বন্ধগী জ্ঞান ওইরমগদবনি। তৌইগুম্বসুং সিদ্ধান্তগী মওংদ করিগুম্ব অনাত্ম ওইব পোৎ সত্য ওইদে। মতৌ অসুম্ন সত্য বস্তুগী অদুগুম্ব জ্ঞান সংস্কারন মরম ওইদুন অধ্যাসকী সামগ্রী ওই। অদুবু মদু লৈতব মরম্ন বন্ধ অধ্যাস নত্তে; অচুম্বমক্লি।

মথক্কী শংকা অসি অওইব নত্তে মরমদি অধ্যাসত সংস্কারন মরম ওইদুন সত্য বস্তুগী জ্ঞানন মরম হেতু ওইদে। থোইদোক্ল পোৎকী হেতু জ্ঞান্দগী ওই। পোৎ অদু সত্য নত্রগ মিথ্যা ওইসনু করিগুম্ব সত্য বস্তুগী জ্ঞান্তন অধ্যাসকী হেতু ওইরবদি; নুপা অদুন থাংতুপকী অশেংব পাম্বী খক উখিদ্রি অদুবু বাজীগর মেজিক শান্নব মীন শেম্ব পুথোকপ মিথ্যা ওইব থাংতুপ কয়ারক উরে তারে মসি থাংতুপ পাম্বীনি। মতৌ অসুম্ন থাংতুপ পাম্বীবু উরগা থাংতুপকী অধ্যাস ওই হায়বসি য়াদে। মরমদি থাংতুপকী অশেংব পাম্বীগীদি মপ্রেন্দ জ্ঞান লৈত্রি তৌইগুম্বসুং মিত্রংব্রালান শেম্ব থাংতুপ পাম্বীগী জ্ঞান লৈরি মদুন অধ্যাস ওইবনি। মরম অসিদগী সজাতীয় (জাতি মান্নব) পোৎকী জ্ঞান্দগী পোক্লকপ সংস্কার থক্তন্ন অধ্যাসকী হেতু ওই। মতৌ অসুম্ন সংস্কারদগী সংস্কারগীদমক পোকপ জ্ঞান অমসুং মদুগী বিষয় মিথ্যা ওইরবসু সত ওইরবসু ,সংস্কারন মরম ওইব জ্ঞান অদুন হেতুনি।

## জ্ঞানজন্য সংস্কার

করিগুম্ব জ্ঞানবু সত্য সংস্কারগী হেতুনি হায়রবদি অর্থগী ভেদ লৈত্রে। মরমদি সংস্কারন মরম ওইদুন জ্ঞান হেতুনি মসিগী অর্থদি জ্ঞান সংস্কারগী হেতুনি অমসুং সংস্কার অধ্যাসকী হেতুনি। মসিদ সংস্কারন মরম ওইদুন জ্ঞানগীহেতু ওইকগী মতৌ হায়বদগী অদুগুম্ব জ্ঞান জন্য জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কার অদুমকপু অধ্যাসত হেতু ওইকগী মতৌ সিদ্ধ ওই। সুপ্নগী পোৎকী জ্ঞান থকতন অধ্যাসকী মরমনি হায়রবদি চুমদে। মরমদি অদুগুম্ব মরম হেতু ওইরিব মদু কার্য ওইন ফোংদোকক্ত্রিঙেগী মমাংগী মতমদ লৈরবনি। মদুদি চফুগী হেতু শাননব ওইব মরম চৈনি, মদু চফুগী অব্যবহিত পুর্ব কালদ লৈরে। মতৌ অদুগুম্ন করিগুম্ব অধ্যাসকী হেতু জ্ঞাননি লৌরবদি মদুসু অধ্যাসকী অব্যবহিত মমাংগী মতমদ লৈগদবনি।

পুর্ব পক্ষীগী ভাবলৌ অসি চুমদে মরমদি অদুগুম্ব নুপা অদু লিলগী জ্ঞান লৈরে মান জ্ঞান (লিল খঙলব) ওইকগী থা কয়াগী মতুংদ ওইরবসু থৌরিদ লিলগী অধ্যাস তৌই। হায়বসি ওইদে। মরমদি করিগুম্ব থৌরিদ লিল অধ্যাসকী মরম সর্পগী জ্ঞান্নি, মদু মাংখরে মরম অসিদগী অব্যবহিত পুর্ব কালদ নত্তে। করিগুম্ব মমাংগী মতমদদি ওই তৌইগুম্বসুং অব্যবহিত পুর্ব কালদ নত্তে। মরক্ত অপনব ওইব য়াওদব, মরক থনব লৈতববু অব্যবহিত অমসুং মরক থনব লৈববু ব্যবহিত কৌনৈ। করিগুম্ব কার্য্য ওইদ্রিঙেগী মমাংগী মতমদ হেতু পাম্মী হায়রব মদু মরক থনব ব্যবহিত মমাংগী মতম ওইব য়াই নত্রগ অব্যবহিতগী মমাংগী মতমদ ওইব য়াই। করিগুম্ব কার্য্যবুসু অব্যবহিত পুর্ব কালদ ওই হায়ন লৌরবদি শাস্ত্রগী বাফম ইন্দব ওইগনি মদুদি বিহিত কর্ম স্বর্গ ফংননকী অদুগ নিসিদ্ধ কর্ম নরক তাননকী মরম ওই। করিগী হায়ববু কায়িক বাচিক অমসুং মানসিক ক্রিয়ামকপু কর্ম কৌনৈ; অদুগুম্ব ক্রিয়া অদু অনুষ্ঠান কালগী মতুংদ মাংখি।

তৌইগুম্বসুং স্বর্গ নরক ফংবদি মতুংদ ওই। মসিদগী স্বর্গ নরক ফংবগী অব্যবহিতগী পুর্ব কালদ বিহিত কর্ম অমসুং নিষিদ্ধ কর্ম ওইদে। মতৌ অদুগুম্ন মরক থন্দব মমাংগী মতমগী অফ-ফত্ত কর্ম স্বর্গ নরকী হেতু ওইনে। অদুমক্কুম্ন ব্যবহিত মরক থনব পুর্ব কালদ লিলগী জ্ঞানন থৌরিদ লিল অধ্যাসতৌনবগী মরমনি।

মসিগী সমাধান তৌরি - মথক্কী ব্লাফম অসি ওইদে মরমদি মাংখরব কর্ম অমসুং মাংখরব জ্ঞানদগী অধ্যাস অমদি স্বর্গ নরকী ফংববু য়ারিব মতৌ অদুগুম্ন শিখরব চফু শাব অমদি মাংখ্রব লৈয়ে ওইখ্রবসু চফু শাব য়ারমগদবনি মরমদি থৌরিদ লিলগী থংজিনব অধ্যাস তৌবদ মমাংদ মরক থনব পুর্ব কালদ লিলগী জ্ঞানলৈ অমদি স্বর্গ নরকী ফংবগী মরক থনব মতমগী মমাংদ অফ-ফত্ত কর্ম লৈ। মতৌ অদুমক্কুম্ন চফুগী মরক থনব মমাংগী মতমদ শিখ্রব চফু শাব অমসুং মাংখ্রব লৈয়েসুনি। মদুদগীসু চফু শাব ওইব য়াগদবনি অদুবু থক য়াদে। মরম অসিদগী মরক থনকী মমাংগী মতমদ লৈরম্ব অদুগুম্ব পোৎ অদুন হেতু ওইব থক য়াদে। থোইদোক্ল মরক থন্দব মমাংগী মতমদ লৈরব পোৎ অদুমক্ল হেতু ওই।

## স্বর্গ নরক ফংব

অফব অমসুং ফত্তব কর্মসু মতম কয়াগী মতুংদ ওইরক্কদব স্বর্গ নরকী ফংননবগী হেতু নত্তে। থোইদোক্ল অফব থবক্ল মশাদগী মরক থন্দব (থংনব) মতুংগী মতমদ ধর্মবু পোকই অমসুং ফত্তব থবক্ল অধর্ম পোকই। মতৌ অসুম্ন ধর্ম অধর্ম অন্তকরণদ লৈরকই। মদুদগী মতম কুইরব মতুংদ স্বর্গ-নরক ফংলব ওই। মদুগী হেতু মতুংদ ধর্ম অধর্ম অদু মাংখি। অভিপ্রায় অসিদগী শাস্ত্রদ সুভ-অসুভ কর্মগী অপূর্বন ফলগী হেতুনি তাকপনি হকথেংনব সক্ষ্যাং নত্তে।

ধর্ম-অধর্মবু অপুর্ব কৌই মসিগী মমিং অদৃষ্টসু কৌনে। মামরু পুণ্য-পাপনি অমদি করি করিগুম্বদ ধর্ম অধর্মবু পোক্লিব অফ-ফত্ত মশক ওইব ক্রিয়া (থবক) মদুবুসু ধর্ম অধর্ম কৌনে। মদুদি কনাগুম্বন অফব ক্রিয়া তৌরবদি মাগী মফমদ হায়নৈ মদুদি মসি ধর্ম তৌই অমসুং ফত্তব ক্রিয়া তৌরগ মসি অধর্ম তৌই হায়নৈ। অদুন অফ-ফত্ত ক্রিয়া অসি ধর্ম অধর্ম নত্তে। থোইদোক্ল মখোয় পোকপী মমানি হায়বসি অযুর্বেদ দ আয়ুর্বর্দ্ধক ওইব ঘীবু আয়ু পুন্সি কৌবগুম্বনি মতৌ অসুম্ন অব্যবহিত পুর্ব কালদ হেতু লৈ।

থৌরিদ লিল (থংজিনব)(অধ্যাস)গী মরক থন্দব মমাংগী মতমদ লিলগী জ্ঞান লৈতে, মরম অসিদগী লিলগী থৌরিদ ওইব জ্ঞান সর্প অধ্যাসকী মরম হেতু নত্তে। অদুবু লিলগী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কারমক্ল থৌরিদ সর্প অধ্যাসকী হেতুনি। অসিগুম্ন কোংগ্রেংমক্ত লুপাগী অধ্যাস তৌকী মরম রুপ জ্ঞান্দ মশামক্কী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কারনি। মতৌ অসুম্ন সংস্কার পুন্নমক অধ্যাসকী হেতু মরমনি।

## সংস্কারগী মরমদি পোংকী জ্ঞাম্নি।

পোংকী জ্ঞান সংস্কারগী মরমনি। মদুদি অফব-ফত্তব কর্মদগী পোকপ ধর্ম অধর্ম অন্তকরন্দ লৈব অদুমক্কুম্ন পোংকী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কার অন্তকরন্দ লৈ।

মী অদুন মমাংদ লিলগী জ্ঞান লৈরক্কব মপ্রেন্দ অতোপ্প পোংশিংগী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কার লৈরবসু থৌরিদ লিলগী অধ্যাস তৌব য়াদে। পোং অদুদ অধ্যাস তৌগাদৌরিব অদু কাংলুপ মাম্নব সজাতিয় ওইব পোংকী জ্ঞান্দগী ওইব সংস্কারন অধ্যাসকী মরমনি। বিজাতীয় কাংলুপ তোঙানব

পোৎকী জ্ঞান্দগী সংস্কারন অধ্যাসকী হেতু ওইব য়াদে। লিলগী জ্ঞান হান্ন লৈতব অতোপ্প পোৎকী জ্ঞান লৈব মওংন্দ সজাতীয় বস্তুগী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কার লৈতব মীদ থৌরিদ লিলগী অধ্যাস তৌব য়াদে। অকুপ্প ফিভম সুক্ষ্ম অবস্থাবু সংস্কার কৌই। মতৌ অসুম্ন অধ্যাস তৌদ্রিঙৈগী মমাংদ সজাতীয় বস্তুগী জ্ঞানগী সংস্কার ন অধ্যাসকী মরম হেতুনি অমসুং সত্য বস্তুগী জ্ঞানগী সংস্কার মত্তন অধ্যাসকী হেতু ওই। মিথ্যা বস্তুগী জ্ঞানগী নত্তে হায়ব নিয়ম খক লৈতে। সিদ্ধান্ত অসিগী প্রতিপাদনদি থাংতুপ পাম্বীগী দৃষ্টান্তদ তৌখরে। মতৌ অসুম্ন মিথ্যা বস্তুগী জ্ঞান্দগী পোকপ সংস্কারসু অধ্যাসকী হেতু ওইব য়াই।

মদু বন্ধগী অধ্যাসতসু ওই। মরমদি অহংকারনচিংব অনাত্মা বস্তুগী জ্ঞানবু বন্ধ কৌনৈ। অনাত্মা বস্তু অদু থৌরিদ লিলগী মতৌগুম্ন উবসু ওই, উদবসু ওই। মসি বেদগী মত মান্নরব সিদ্ধান্তনি। মর ম অসি লৈবমক্ত সুষুপ্তিদ জগত প্রপঞ্চ পুম্ব লৈতব (অভাব) ওই। সুষুপ্তিদ করিগুম্ব পোৎ অমত্তসু উদে। অদুন মদুবু প্রপঞ্চ পুম্বগী লুপশিনব লয়নি লৌনৈ। মসিবু শাস্ত্রদ দৃষ্টি-সৃষ্টি বাদ কৌই। মসি মথাদ প্রতিপাদন তৌরক্কনি।

অসুম তৌদুন অনন্ত মশীং নাইদ্রব অহংকারনচিংব অমসুং মথোয়গী জ্ঞানগ লোইনন (উৎপত্তি-বিলয়) হৌরকপ -লুপথিব তৌই। অহংকারনচিংব লৈরকপ উববু মথোয়গী পোকপ অমসুং উব মুৎথিববু লুপথিব ওই অহংকারন চিংব অমসুং মথোয়গী জ্ঞান লয়বু অধ্যাস কৌই।

অহংকার অসি সাক্ষী ভাস্য ওইবদুন অহংকারগী মশক সাক্ষীগী মওং ওইন উই। মাগীদি পোকপ অমসুং মুৎপ ওইদে। অদু ওইরবসু অহংকারগীসু বৃত্তিন মরম ওইদুন সাক্ষী ওইন ঙাম্লোকই, অশেংবদি নত্তে। বৃত্তি অদুগী পোকপ মুৎপ ওইবন মরম ওইদুন অহংকারগীসু পোকপ-মুৎপ হায়নবনি।

মতৌ অসুন্ন মতুং মতুংগী অহংকারনচিংব অমসুং মথোয়গী জ্ঞান পোকপগী মরম হেতু অদু মমাং মমাংগী মিথ্যা অহংকারনচিংবগী জ্ঞানদগী পোকপ সংস্কারন শেম্মী।

করিগুম্ব মতুং মতুংগী অহংকারনচিংবগী অধ্যাসতদি মমাং মমাংগী অধ্যাস সংস্কারগী হেতু ওইরবসু মমাংদ পোকপ অহংকারগী জ্ঞানগী হেতু সংস্কার ওইদে। মরমদি অদুগুম্ব অদুগী মমাংদ অমুক অহংকার পোকপ ওইরম্বা মদুগী জ্ঞানগী সংস্কারসু ওইরমগনি। তৌইগুম্বসু অহানব অহংকারগী মমাংদ করিগুম্ব অতোপ্প অহংকার পোকখিদে অদুন অহানব পোংবী অধ্যাসকী হেতু সংস্কারন ওইব নত্তে।

চিংনব অসিসু সিদ্ধান্তবু থংদবদগী ওইবনি। মরমদি বেদান্তগী সিদ্ধান্তনি মদুদি ব্রহ্ম অমত্ত অমসুং ঈশ্বর জীব অবিদ্যা অমসুং অবিদ্যাগ চৈতন্যগ সম্বন্ধ অমদি অনাদি বস্তুগী ভেদ; তরুক অসি স্বরূপ ওইন অনাদিনি। অদুগুম্ব পোং অদুগী পোকপ লৈতব পোং অদু স্বরূপ ওইন অনাদিনি হায়নৈ। তরুক অসিগী পোকপ লৈতব মরম্ন অনাদিনি।

## সংস্কারগী মওংদ পোং পুন্নমক লৈবঃ

শ্রুতিদ অহংকারনচিংব পোকপগী বা হায়রি। মসিনদি অহংকারনচিংবগী স্বরূপ অনাদি নত্রবসু প্রবাহগী মওংদ পোং পুন্নমক অনাদিনি। পোং পুন্নমকী প্রবাহ (ইচেল) মাংদে। অনাদি কালদ করিগুম্ব মতম অম ফাওব লৈখিদ্রি মদুদি চক্রু লৈরমদব। মরম অসিন চক্রুগী প্রবাহ অনাদিনি খংনৈ। প্রলয়গী মতমদসু সুষুপ্তিগী মতৌগুম্ন পোং পুন্নমক সংস্কারগী মওংদ য়াওদুন লৈ।

মতৌ অসুন্ন প্রপঞ্চগী ইচেল অনাদি ওইবদগী প্রপঞ্চসু অনাদি কৌই, মহাক অদুন মসিবু খণ্ডদব, মী অদুতন চিংনব অসি লৈবনি মদুদি

অহানব অধ্যাসকী হেতুন সংস্কার ওই। তৌইগুম্বসুং সিদ্ধান্তদ করিগুম্ব অহংকারনচিংব পোৎকী অধ্যাস ইহান হানবদ লৈতে অদুবু মাগী মমাং মমাংগী অধ্যাসতগী মতুং মতুংগী ওইবনি মসিদ চিংনব অরেম্বনি।

মতৌ অসুন্ন সজাতীয়গী পুর্ব জন্মদগী পোকপ সংস্কারদগী অহংকারনচিংব বন্ধগী অধ্যাস ওই মসি প্রথম চরনগী অর্থনি। হৌজিক প্রমেয় দোষকী খণ্ডন তৌগনি।

মথক্ত পনখিব ঃ- দোষ মখল অহুমখক্ত অধ্যাসকী হেতু ওই অমসুং বন্ধগী অধ্যাসত করিগুম্ব দোষ অমত্তসু ওইদে। মরম অদুন বন্ধ সত্যনি অদুবু বাফম অসি ওইব য়াদে - মরমদি দোষ য়াওদন অধ্যাস ওইরবদি অধ্যাসকী হেতু দোষ ওইগনি। মদুদি তুরী, ফিন লাই (য়েকপ)গী মরমনি করিগুম্ব মথোয় লৈরবদি লাই ওইগনি য়াওদ্রবদি ওইরোই। মদুগুম্ন দোষ অধ্যাসকী হেতু নত্তে। মরমদি মান্নব দোষ য়াওদন আত্মাদ জাতিগী অধ্যাস ওই।

ব্রাহ্মন্নচিংব জাতি স্থূল শরীরগী ধর্মনি । আত্মা নত্রগ সুক্ষ্ম শরীরগী ধর্মসু নত্তে। মরমদি অনৌব হকচাং ফংলমদাইগী মতমদ আত্মা অমসুং সুক্ষ্ম শরীরদি অদুগীসু মমাংগী হকচাং অদুদ লৈরম্মী মদুমক্ত লৈখিগনি অদুবু জাতিদি অতোম্পসু ওইব য়ায়। মসি নিয়ম নত্তে; মদুদি অহানব হকচাংদ লৈরম্ব জাতি অদু মথংগী হকচাংদসু ওইগনি হায়ব।

শংকা অসিগী সমাধান তৌরি - করিগুম্ব আত্মা নত্রগ সুক্ষ্ম শরীরগী ধর্ম জাতি ওইরবদি মথংগী হকচাংদ অতোম্প জাতি ওইরোইদবনি মরম অসিদগী আত্মা অমসুং সুক্ষ্ম শরীরগী ধর্ম জাতি নত্তে। তৌইগুম্বসুং জাতিদি স্থূল শরীরগী ধর্মনি। ঐ ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রিয় নত্রগ বৈশ্যনচিংব দ্বিজাতিনি। অসুন্ন আত্মাদ জাতিগী অধ্যাস তৌই। মদুদি থৌরিদ লিল পরমার্থদ খক লৈতে তৌইগুম্বসুং লৈবগুম্ব উবদগী থৌরিদ লিল অধ্যাস ওইবনি। মতৌ

অদুগুম্ন আত্মাদ জাতি লৈতে অদুবু জাতিগী ভান (মান্নব মণ্ডল) লৈব মতৌ অসুম্ন আত্মাদ জাতিগী অধ্যাস ওই। আত্মাগ জাতিগ মান্নব মতৌ লৈতে। আত্মাদি শিঙ্খংবনি অদুগ জাতিদি ঙমখৈ মনুংদ লৈবনি। আত্মাদি অমমমদ খণ্ডনবনি জাতিদি ময়াম খণ্ডনবনি। আত্মা বিষয়ীনি অদুগ জাতি বিষয়নি মতৌ অসুম্ন আত্মাদ বিরোধী ওইব জাতিগীসু অধ্যাস তৌই।

দ্বিজাতি বর্ণ অহুম্মু কৌনৈ। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয় অমসুং বৈশ্য বর্ণ অহুম অসি দ্বিজাতিনি। আত্মাদ মান্নব মতৌ (সাদৃশ্য) লৈব জাক্সী অধ্যাস তৌব য়াব অদুগুম্ন মান্নব মতৌ লৈত্রবসু অহংকারনচিংব বন্ধগী অধ্যাসসু আত্মাদ তৌই। মান্নব মতৌগী দোষ (সাদৃশ্য দোষ) অধ্যাসকী হেতু নত্তে; করিগুম্ব ওইরম্লবদি আত্মাদ জাতিগী অধ্যাস তৌরমলোইদবনি। অদুগুম্ন মোইকুবু নাপু ওইকী অমসুং মিশ্রীদ অখাকী মতৌগী অধ্যাসসু তৌরোইদবনি। মরমদি অঙৌব মতৌ নাপু ওইব মতৌগী ওন্নবনি; মান্নব নত্তে। মতৌ অসুম্ন অথুম্ব হায়বসি অখাকী ওন্ন-তৈনবনি; মসিদগী লৌগদবনি মদুদি অধিষ্ঠান্দ মিথ্যা বস্তুগী মান্নব দোষন অধ্যাসকী হেতু ওইদে।

হৌজিক প্রমাতা দোষকী খণ্ডন তৌরি - মদুদগী প্রমাতাগী মিহৌব অকিবনচিংব দোষসু অধ্যাসকী হেতু ওইদে। মরমদি লোভ লৈতব অমদি বৈরাগ্য ওইব মীসু কোংগ্রেংদ লুপাগী অধ্যাস তৌই; মদু মখোয়দ ওইফম থোক্তবনি। মসিদগী লেম্পি মদুদি প্রমাতাগী দোষসু অধ্যাসসী হেতু নত্তে।

## নীলাকাশকী দৃষ্টান্ত

হৌজিক প্রমান দোষবু নিরস্ত (ককথংপ) তৌরি। প্রমানগী দোষসু অধ্যাসকী হেতু ওইব য়াদে। মরমদি মী পুন্নমক মশক মচু লৈতব আকাশপু শংবানব অশংব মচু ওইন উনৈ অমসুং পাক চাওরব তম্বুর অমগুম উনৈ।

মরম অসিন আকাশত শংবানব মচুগী তম্মুর খনবগুম্ব উব মিংন উবদগী দোষ ওইব খক য়ারোই মরম অসিদগী প্রমানগী দোষ অধ্যাসকী হেতু নত্তে।

আকাশত অদুগুম্ব শংবানবনচিংব অধ্যাস ওইরিব মদুদ প্রমান দোষ অমথ্‌কতগী লৈতবত নত্তন দোষ পুন্নমকসু লৈতে হায়ব য়াই, সাদৃশ্যসু লৈতে। প্রমাতাগী দোষসু নত্তে, অসিগুম্ব দোষ পুন্নমক লৈত্রবদসু আকাশত শংবানব মচুনচিংবগী অধ্যাস ওই। মতৌ অদুগুম্ন আত্মাদসু বন্ধগী অধ্যাস অসি দোষ য়াওদন ওইবনি। অসিগুম্ব দোষ অসি লৈত্রবদি বন্ধগী মশক ওইব অধ্যাসকী মশক ওইরোই হায়ন চিংনব অচুম্ব নত্তে। মরমদি দোষ পুন্নমক লৈত্রবদসু আকাশত শংবানব মচুনচিংকী অধ্যাস মী পুন্নমক্ত ওই। মসিদগী দোষ অধ্যাসকী হেতু নত্তে, মহাক অদুগী জোনদিস পিত্তনচিংব দোষ লৈতব মখোয় অদুসু আকাশত শংবানন উই। মরম অসিন প্রমান দোষ অধ্যাসকী হেতু নত্তে।

ক্ষেমগী অর্থ হৈশিংবনি মদুগী বিরোধী প্রমান দোষ অক্ষেমনি। জ্ঞানগী সাধন ওইব ইন্দ্রিশিং প্রমাণ কৌনে। মতৌ অসুম্ন দোষ অধ্যাসকী হেতু নত্তে; মরম অসিন বন্ধ অধ্যাসত দোষকী অপেক্ষা ত ঙাইব লৈতে। অধ্যাসকী হেতু দোষ ওইরিব মখল অহুমনিঃ-

(১) অন্তকরন্দ অজ্ঞানগী বিক্ষেপ ওইবন মরম হেতু ওইরবদি শক্তিন্দ লৈব অফ-ফত্ত কর্মগী সংস্কারগী মশক ওইব অদৃষ্ট প্রমাতা দোষ।

(২) চেতনদ অতোপ্প প্রমাণ লৈতবন মশামকী স্বরুপন প্রমান ওই মদুদ লৈরিব অবিদ্যা অদু প্রমান দোষনি।

(৩) চেতনদ নিরপেক্ষ আন্তরতা অমসুং প্রপঞ্চদ সাপোক্ষ আন্তরতা অদুগ চেতন্দ পারমার্থিক ওইব পোৎকী মতৌ অদুগ প্রপঞ্চদ অনির্বচনীয় ওইব পোৎকী মতৌ। মতৌ অসুন্ন আন্তরতা অমসুং বস্তুতা অসি চেতনদ

প্রপাঞ্চগী সাদৃশ্য ওইব মদু প্রমেয় দোষনি। মতৌ অসুম্ন সংক্ষেপ শারীরিকনচিংব গ্রন্থদ অধ্যাসকী মরম ওইব দোষশিংগী প্রতিপাদন তৌরি। চাওথোকখিগনি কিবদগী মদু শব্দোক্ত বর্ণন তৌদ্রে। করিগুম্ব অধ্যাসকী হেতু দোষ ওইরবদি দোষশিংবু নিরুপন তৌগদবনি। তৌইগুম্বসু দোষ অধ্যাসকী হেতু (মরম) ওইদব মরমসু মদুগী বর্ণন তৌদ্রে।

মথক্ত চিংনব ফোংদোকখি মদুদি - থোইদোকপ (বিশেষ) মওংদ অজ্ঞান্ন পোৎশিংদ অধ্যাস তৌই অমসুং আত্মা স্বয়ং প্রকাশনি মসিদ অজ্ঞান লৈফম থোক্তে।মরমদি অমম্ব অমসুং মঙাল অমগ অমগ বিরোধনি মরম অদুদগী অদুগুম্ব অত্যন্ত প্রকাশ ওইব থোইদোক্ত ঙানব মতমদ লৈব থৌরিদ লিলগী অধ্যাস তৌদে অদুগুম্ন স্বয়ং প্রকাশ আত্মাদ বন্ধগী অধ্যাস ওইফম থোক্তে।

চিংনব অসি ওইফম থোক্তে। মরমদি আত্মা মঙালগী মশক ওইরগাসু আত্মাগী স্বরুপ প্রকাশ অদু অজ্ঞানগী য়েক্লব নত্তে। করিগুম্ব আত্মাগী মওং ওইব মঙাল অসি অজ্ঞানগী য়েক্লব (বিরোধ) ওইরম্লবদি সুষুপ্তিদ অদুগুম্ব মঙালগী মশক ওইব আত্মাদ অজ্ঞান ওইন উরিব মদু উরমলোইদবনি।

তুমখুন হুম্বরুবকী মতুংদ হৌগৎলকপ মীন অসিগুম্ব জ্ঞান ওই মদুদি ঐ নুঙাইন তুম্লুরে অমসুং কৈশু খংদব ওইন লৈরুরে। মসিদ জ্ঞানগী বিষয় নুঙাইব অমসুং অজ্ঞাননি। মরম অসিন নুঙাইব অমসুং অজ্ঞানগী অদুগুম্ব জ্ঞান অদুগী বিষয় মাংমক্ত খুৎফংনন লৈরব,জ্ঞান অদু প্রত্যক্ষ ওই অদুগ মিকপ থোরকপদ নুঙাইব অমসুং অজ্ঞান অদু লৈত্রে মসিদগী জাগ্রত্ত খংলিব নুঙাইব অমসুং অজ্ঞান(খংদব)গী জ্ঞান অদু প্রতেক্ষ নত্তে; মদু স্মৃতি নিংশিংবনি। স্মৃতি অসি খঙদব পোৎকী ওইদদুন অখঙব পোৎকী ওই। মদুদগী সুষুপ্তিদ নুঙাইব অমসুং অজ্ঞানগী জ্ঞান ফংবনি। তৌইগুম্বসুং সুষুপ্তিগী জ্ঞান অদু অন্তকরণ অমসুং ইন্দ্রিদগী পোকপ নত্তে। মরমদি

সুষুপ্তিগী মতমদ অন্তকরণ অমসুং ইন্দ্রিশিং লৈতে। মসিদগী সুষুপ্তিদ আত্মা স্বরুপ জ্ঞান ওই হায়বনি। মতৌ অসুম্ন জ্ঞান অমসুং মঙাল অর্থ অমত্তনি থংহল্লি।

মতৌ অসুম্ন সুষুপ্তিদ আত্মা ঙাম্মোকই। মঙালগী মশক ওইব আত্মা অদুদ নুঙাইব অমসুং অজ্ঞান উব ফংবনি। করিগুম্ব আত্মাগী মঙাল অসি অজ্ঞানগ য়েক্লব ওইরম্লবদি সুষুপ্তিদ অজ্ঞান উরমলোইদবনি। তৌইগুম্বসুং আত্মাগী স্বরুপ প্রকাশ অজ্ঞানগী বিরোধ ওইদে থোইদোক্লদুম অজ্ঞানবু শৌগৎপ ওই।

অর্থ অসি লৈবন বেদান্তন হায় মদুদি সামান্য চৈতন্য অজ্ঞানগী বিরোধী নত্তে। অদুগ বিশেষ চৈতন্যদি অজ্ঞানগী বিরোধীনি। ব্যাপক চৈতন্য শিঙ্কুন শন্দোক্তুন লৈরিব সামান্য চৈতন্য কৌই অমসুং বৃত্তিদ লৈব চৈতন্যবু বিশেষ চৈতন্য কৌই। খুদমদি শীংগী মনুংদ লৈব সামান্য অগ্নি অদু অমম্বগী য়েক্লব নত্তে। অদুগ মৈরা চিংদুন ফোংদোক্লব দোসীদ লৈরব মৈ অমম্বগী য়েক্লবনি। মতৌ অসুম্ন ব্যাপক চৈতন্য অজ্ঞানগী বিরোধী নত্তে, অদুবু অন্তকরণগী বৃত্তিদ লৈব চৈতন্য অজ্ঞানগী বিরোধীনি।

মতৌ অসুম্ন সুপ্নগী চৈতন্য অজ্ঞানগী বিরোধী নত্তে অদুগ বৃত্তি চৈতন্য অজ্ঞানগী বিরোধীনি, নত্রগ চৈতন্যগ লোইনব বৃত্তি অজ্ঞানগী য়েক্লবনি।

অহানব মাইকৈ (পক্ষ)দ অজ্ঞানগী মাংনব মরম হেতু চৈতন্য অমদি বৃত্তিন মতেং পাংব, অনিশুব পক্ষদ অজ্ঞান মাংনব মরম বৃত্তি অমসুং চৈতন্যগী মতেং পাংবনি।

মসি অবচ্ছেদবাদগী নিয়মনি। আভাস বাদতদি সামান্য চৈতন্যগী মতৌগুম্ন বিশেষ ওইব তৌইগুম্বসুং বৃত্তিগ লোইনব আভাস নত্রগ আভাসক লোইনব বৃত্তিন অজ্ঞানগী বিরোধীনি।

মতৌ অসুম্ন প্রকাশকী মশক ওইব চৈতন্য অজ্ঞানগী বিরোধী ওইদে। মসিদ খংলে চৈতন্যদ আশ্রিত (চংজদুন লৈব) অদুগুম্ব অজ্ঞান মদুন কুপশিল্লিব আত্মাদ বন্ধগী অধ্যাস তৌবনি।

অদুগা সামান্য ওইন খঙব অমসুং বিশেষ ওইন খঙদব পোৎশিংদ অধ্যাস তৌই অমসুং আত্মাদি সামান্য বিশেষ ভাব লৈতে; মরম অসিন নির্বিশেষ ওইব আত্মাদ খঙব-খঙদব থক ওইব য়াদে। অদুন মঙ্গেন্দ অধ্যাস তৌব ওইথোক্তে।

## আত্মাগী প্রতীতি

মথক্কী ৱাফমসি চুমদে। মরমদি "আত্মা লৈ(নি)" হায়ব খঙবসি মী পুম্নমক্ক ফাওনরি। আত্মাগী অর্থনি - মশাগী স্বরূপ! "ঐ লৈতে" হায়বসি কনানসু ফাওব লৈতে। ঐনি(লৈ) হায়ব খঙবসি মী পুম্নমক্ক ওইনরি। মরম অসিন সৎ রূপ আত্মাগী লৈব অসি পুম্নমক্ত ঙাম্বোকই অমসুং আত্মাদি চৈতন্য; আনন্দ, ব্যাপক, নিত্যশুদ্ধ অমদি নিত্যমুক্তগী মশক্কি অসুম্ন খঙব অসিদি মী পুম্নমক্ত ঙাম্বোক্তে। মরম অসিন আনন্দনচিংব মওংদ আত্মা খঙদব ওইন লৈ অদুগা সৎ রূপ (লৈব) ওইনদি খংনৈ। ৱাফম অসি অনুভবতগী ফংব ঙম্মী অমসুং অদুগুম্ব অনুভবত ফংলব ৱাফমদো- মদু যুক্তিন্দগী থক লাপথোক্তে।

পুম্নমক্ক খঙনরিব আত্মাগী সৎ রূপ (লৈবগী মশক) অসি সামান্যগী মশক্কি অদুগা সুপ্তগী জ্ঞানগী উরিব চৈতন্য; আনন্দনচিংব অসিমক্ক বিশেষ রূপনি।

নক্রগ অয়াম্ব মফমদ অমসুং অয়াম্ব মতমদ ওইব মদুবু সামান্য রূপ অদুগা মফম মতম খরখক্তন্দ ওইব মদুবু বিশেষ রূপ হায়নসু লৌব য়াই।

আত্মাগী স্বরুপ অসিমক চৈতন্য আনন্দনচিংবনি। মসিদ সং ক মান্নন চৈতন্য আনন্দনচিংব মফম পুম্বদ শিঙ্খংন শন্দোক্তুন লৈব ব্যাপক ওই। সং ক য়েংনরুবদ চৈতন্য আনন্দনচিংব অসি ব্রাংন শন্দোকপ অমদি চৈতন্য আনন্দনচিংবগী চাংদম্নবদ সং রুপ অসি হেন্ন ব্যাপক ওই হায়ব য়াদে। অদুগা সং রুপ আত্মাগী সামান্য ওইব শরুকনি অদুগা চৈতন্য আনন্দনচিংবন বিশেষ ওইব শরুক্কি মসিসু হায়ব ঙমদে। অদুম ওইদুনসু সং কী শকউংতি অবিদ্যা কালদসু পুন্নমক্ত খংনৈ। অদুগ চেতনানন্দনচিংবদ ওইব আত্মাগী শখউংতি মী পুন্নমক অবিদ্যাগী মতমদ চেতনানন্দ, মুক্তি ওইব মওং অমদি অশেংব মতৌসু অদুম য়াওদুন লৈজে। অদুবু শখউং ফোংদে। মদুদগী লৈতবগী মতৌগুম্ন লৈ। মরম অদুন চৈতন্য আনন্দনচিংববু ন্যুন কাল বৃত্তি অদুগ সদ্রুপ পুনা অধিক কাল বৃত্তি হায়নবনি।

অদুন সং রুপ অমসুং চৈতন্য আনন্দনচিংবগী সামান্য বিশেষ ভাবসু লৈব নত্তে। তৌইগুম্বসুং মতম মফম য়াম্ব অমসুং য়ামদবদ ফোংদোকপ মদুগী সামান্য বিশেষ ভাবকী মওং ওইন হায়বতনি।

মরম অসিন আত্মাগী সদ্রূপপু সামান্য অংশ অমসুং চেতন আনন্দনচিংববু বিশেষ অংশ কৌনরুবনি। অমদি আত্মা নির্বিশেষনি হায়ব সিদ্ধান্ত অসিদসু অকায়ব ওইদ্রে। অদুগা আত্মাদ সামান্য বিশেষ ভাবপু য়ারবদি আত্মাগী নীর্বিশেষ ওইব সিদ্ধান্তগী অকায়ব ওইগনি। মরম অসিন সামান্যবিশেষ ভাব পু য়াব ঙমদে তৌইগুম্বসুং অবিদ্যাদগী সামান্য বিশেষকী মতৌগুম্ন উবন মরম ওইদুন সামান্য বিশেব ভাব হায়রুবনি। মতৌ অসুন্ন সত্য ওইব মওংদদি খংনরব অমসুং চৈতন্য আনন্দনচিংবগী মওংদদি খঙদব অদুগুম্ব আত্মাদ বন্ধগী অধ্যাস ওই। অমদি অধ্যাসকী মশক ওইব বন্ধগী নিবৃত্তি নাম্বোকপসু জ্ঞানদগী ওই। মরম অসিন লাইরিক অসিগী প্রয়োজনসু সিদ্ধ ওইফম থোকই।

পুর্বপাক্ষন হায়খিবনি মদুদি নিষিদ্ধ কাম্য কর্মবু থাদোক্লগ নিত্য নৈমিত্তিক প্রায়শ্চিৎ কর্ম তৌগাদবনি। অদুম তৌরবদি নিষিদ্ধ কর্ম য়াওদ্রবনিন লৈখা তাব লোক ফংলরোই অদুগ কাম্য কর্ম তৌদ্রবনিন অৱাংব লোকসু ফংলরোই। মতৌ অদুগুম্ন নিত্য-নৈমিত্তিক কর্ম থাদোকপদ ওইব পাপ ওইব অদু; মদুম তৌরবদি পাপ ওইদে। হন্দক নক্রগ মমাংগী মপোকশিংদ তৌখিব পাপশিং অদু সাধারণ অমসুং অসাধারণ প্রায়শ্চিৎ তৌবদগী কোকই। মমাংদ তৌখিব কাম্য কর্মগী ফলগী ইচ্ছা(অপাম্ব) লৈতবন মুমুক্ষুগীদমক্তি প্রায়শ্চিৎকী দরকার লৈতে। মসিদগী মুমুক্ষুশিংন জ্ঞান তাল্লুদ্রবসু (য়াওদ্রবসু) হন্ন পোকপ লৈত্রব মোক্ষগী মশকপু ফংব য়াই।

## নিত্য নৈমিত্তিক কর্মদগী মোক্ষ ফংদে।

পুর্বপাক্ষন হায়রিব মথক্কী ৱাফমসি অচুম্ব ওইদে। মরমদি নিত্য নৈমিত্তিক কর্মগীসু স্বর্গগী মশক ওইব ফল লৈ ৱাফম অসি য়ুক্তি অমসুং প্রমান্দগী উৎথোকই। মরম অদুদগী নিত্য নৈমিত্তিক কর্মদগী অথোইব লোক ফংগনি, তৌইগুম্বসুং পোক্তবদি ফংব ঙমলোই।

নিত্য নৈমিত্তিক কর্মগী মহে (ফল) বু য়াদব তারবদি মদুবু তাক্লিব বেদ কান্নদব ওইগনি। মরমদি নিত্য নৈমিত্তিক কর্ম তৌদবদগী অদুগুম্ব পাপ অদু, ওইব তারবদি মদুগুম্ব পাপ অদুগী পোক্তবন (অনুৎপত্তি) মদুগী ফল ওইগনি। অদুন নিত্য নৈমিত্তিক কর্ম তৌবসু পাপ ওইদে মরমদি মদুবু তৌদব হায়বসি অভাবকী মশক্লি। অদুগ পাপন (ভাব) লৈবগী মশক্লি। অভাবতগী ভাব হায়বদি লৈতবদগী অরৈব পোকপ থক য়াদে। মরম অসিন অদুগুম্ব কর্মশিং অদুবু তৌদ্রগ পাপ ওই হায়ব ৱাকম অসি অচুম্ব নত্তে।

নিত্য নৈমিত্তিক কর্ম তৌদ্রগ পাপ পোকই হায়নৈ য়াব তারবদি অভাবতগী ভাব থক পোক্তে হায়ব স্মৃতিগী ৱাহৈ অসিগী বিরোধ ওইগনি। মতৌ অসুম্ন নিত্য নৈমিত্তিক কর্মন লৈতবদগী লৈবগী মশক ওইব পাপ পোকপ য়াদে। মতৌ অসিগুম্ন নিত্য নৈমিত্তিক কর্মগী ফল পাপকী (অনুৎপত্তি) পোক্তব হায়বদু নত্তে থোইদোক্ল নিত্য নৈমিত্তিক নত্রবসু, য়াওদ্রবসু পাপকী অনুৎপত্তি ওই। মরম অসিন নিত্য নৈমিত্তিক কর্মগী ফল স্বর্গ ফংনবগী মরম ওই হায়ন লৌদ্রবদি কর্ম অরেম্ব মহৈ য়ান্দব ওইগনি-অদুগা কান্নদব নিত্য নৈমিত্তিক কর্মশিংবু তাক্লিব বেদসু নিষ্ফল ওইগনি। মরম অদুন নিত্য নামিত্তিক কর্মদগীসু স্বর্গ ফল ওই হায়ব য়াবন অচুম্ব ওইগনি।

## কর্ম বীজগী ময়োল অনি

অহানবদ অসুম্ন হায়খিব মদুদি মপোক কয়াগী কাম্য কর্মগী ফল ইচ্ছা য়াওদবদগী ফংদে। ৱাফম অসিসু ওইদে মরমদি কর্মগী মশক ওইব মরূদগী ময়োল অনি চোংথৎলি-

(১) বাসনা অমসুং (২) অদৃষ্ট। ধর্ম অধর্মবু অদৃষ্ট কৌই। অফব কর্মদগী অফব বাসনা ন তিল্লব ধর্মগী ময়োল অমদি ফত্তব কর্মদগী ফত্তব বাসনাগী মশক ওইব অধর্ম ময়োলগী মশক ওইন চোংথৎলি। অফব বাসনাদগী অফব কর্মদ চিংশিল্লি অমদি ধর্মদগী নুংঙাইব ভোগ ফংই অদুগা ফত্তব বাসনান ফত্তব কর্মদ চংশিল্লি অমসুং অধর্মদগী অৱাব ভোগ তৌব ফংই। মতৌ অসুম্ন বাসনা অমসুং অদৃষ্টগী মশক ওইব ময়োল অনি কর্মগী মশক ওইব মরূদগী পোকই।

মথক্কী ময়োল অনিসিদ বাসনাগী মশক ওইব ময়োল অসি মাংহন্নব

মাংহন্নব উপায়দি লৈ অদুগা অদৃষ্টকী মশক ওইব ময়োলগীদি ফল পিব (পোকপ) নত্তন করিগুম্ব মওং অমত্তন মাংহনব ঙমদে। মসি শাস্ত্রন লেপ্লবনি।

ফত্তব কর্মদগী পোকপ ফত্তব ৱাসনাগী মশক ওইব ময়োল অসিদি সৎ-সঙ্গনচিংব উপায়দগী মাংহনব য়াই অমদি অফব কর্মদগী পোকপ অফব বাসনাগী ময়োলসু ফত্তব সঙ্গগী মশক ওইব পাম্বেন মুথৎলি।

শাস্ত্রদ পুরুষার্থ হায়নন তাক্লিব মদুন প্রবৃত্তিগী মরম ৱাসনাবু মাংহনব য়াই। মদুদগী পুরুষার্থ মহৈ য়াল্লি অদুগা ভোগগী হেতু ওইব অদৃষ্টকীসু নিবৃত্তি ওই। মরম অদুন ফল পিরমদন কর্মগী নিবৃত্তি খক ওইদে। মসিন শাস্ত্রগী মতসু বিরোধ তৌদে। মতৌ অসুন্ন অজ্ঞানীশিংন ফল ভোগ তৌদন কর্মদগী হন্দোক্তে তৌইগুম্বসুং জ্ঞানীশিংনদি ফল ভোগ তৌদন কর্মদগী হন্দোকপ ঙম্মী মরমদিঃ-

কর্ম, কর্তা অমসুং ফল অসি পরমার্থ নত্তে, অবিদ্যাদগী কলপনা তৌদুন শেম্বনি। অবিদ্যাগী বিরোধীদি জ্ঞান নি, মসিন অবিদ্যাদগী শেম্ব কর্মনচিংববু ককথৎপ মাংহনব জ্ঞান্ন ঙম্মী। মদুদি মঙদ নিদ্রা দোষতগী অদুগুম্ব পোৎশিং উরিব অদু মিকপ থোকপদ নিদ্রা লৈতবদগী পোৎশিং অদু লৈতব ওই। মতৌ অদুগুন্ন অবিদ্যাগী মশক ওইব নিদ্রাদগী উহল্লন্লিব অদুগুন্ন কর্ম-কর্ত্তা অমসুং ফলগীসু জ্ঞানগী ফিভম ওইব জাগ্রত তা অবিদ্যা মাংথ্রবন মরম ওইদুন লৈতব ওই। তৌইগুম্বসুং জ্ঞান নত্তনদি মাংব ওইদে।

ইচ্ছা য়াওদ্রবসু কর্মগী মহৈ চাই নত্রবদি ঈশ্বরগী সংকল্প মিথ্যা ওইগনি। মরমদি ফল-ভোগ তৌদন অজ্ঞানীশিংন কর্মদগী হন্দোকপ ঙমদে। করিগুম্ব ইচ্ছা অপাম্ব য়াওদন তৌখিব কর্মগী ফল লৈরমদ্রবদি ঈশ্বরগী সংকল্প সত্য ওইরোই। শাস্ত্রদ ঈশ্বরবু সত্য সংকল্প ওইবগী ফাওরিবনি।

মরম অসিন অপাম্ব য়াওদ্রবসু, ইচ্ছা য়াওদন মমাংদ তৌখিব কাম্য কর্মগী মহৈ ফল লৈতকী ব্রা হায়ব অচুম্ব ওইরোই। অপাম্ব য়াওদন তৌখিব কাম্য কর্মগী ফল লৈতব তরবদি ফত্তব কর্মগী ফল কনা অমত্তন ফংনরমলোইদবনি। মরমদি ফত্তব কর্মগী ফল অব্রাবনি মসিবু পাম্ব কনাগীসু লৈনদে। মরম অদুন জ্ঞান নত্তন কর্মগী ফল মাংব থক ওইদে।

ব্রাফম অদু বেদান্তগী মতপু খণ্ডদুন ঙাংবনি। মরমদি ফলগী অপাম্বগা লোইনন অমসুং ফলগী অপাম্ব য়াওদন তৌখিব কর্মশিং, অদুগুম্ব কর্ম অদুগী ফল অদুদি শোয়দন ভোগ তৌব তারে, তৌইগুম্বসুং অপাম্ব য়াওদন তৌব কর্মন অন্তকরণ শুদ্ধ (শেংব) ওই, অদুগা অপাম্বগা লোইনন তৌব কর্মন সুপ্নগী ভোগখত্তমক ফংব অদুগা অন্তকরন্দি শেংব ফংদে।

## জ্ঞান খত্তদগী ভোগগী নিবৃত্তি

করিগুম্ব অপাম্ব য়াওদন কর্ম তৌবদগী অন্তকরণ শেংলব শ্রবণদগী জ্ঞান পোক্লকই অদুদগীদি কর্মগী ফল লৈতে। তৌইগুম্বসুং ফল পামদন কর্ম তৌরবসু শ্রবণ য়াওদ্রব নত্রগ করিগুম্ব মরম অমদগী জ্ঞানবু ফংদ্রবদি অপাম্ব য়াওদন তৌব কর্মগী ফলসু লাপথোকখিদে। মসিদগী খংলে মদুদি জ্ঞান য়াওদন কর্মগী ফল ভোগদগী হন্দোকপ থক ওমদে।

প্রায়শ্চিত্তগী অশুভ কর্ম পুন্নমক (কোকই) মাংই হায়রিব অদুসু যুক্তি যুক্ত ওইদে। মরমদি অনন্ত কল্পদগী তৌরকপ অশুভ কর্মশিংবু প্রায়শ্চিৎন মপোক অমত্তদ মাংহনব ওইব য়াদে। গঙ্গা-স্নান অমসুং ভাবানগী নাম শোনব অসিনচিংব পাপ পুম্ব মাংহনব সাধারণ প্রায়শ্চিৎনি হায়খিব মখোয় অদুসু জ্ঞানগী সাধননি। মরম অসিন মখোয়বু সর্ব পাপনাশক কৌবনি। মরম অসিন জ্ঞানদগী পাপ পুন্নমক কোকপ ওই।

"অদুগা নিত্য নৈমিত্তিক কর্মশিংবু পাংথোকপাদ থেংনরিব অরাবশিং(ক্লেশ) অদু মমাংগী নিবিদ্ধ কর্মগী ফলনি মরম অদুন সঞ্চিৎ নিবিদ্ধ কর্মগী ফল ওইব যাদে।" হায়খিব বাফম অদুসু চুমদে মরমদি মশীং নাইদ্রব মথলগী অরাবশিংনি, সুপ্লগী কর্মগী অনুষ্ঠানগী অরাব থাংব খক্তনা মদুগী ফল ওইব যাব্রেই।

অদুগা "সঞ্চিৎ কাম্য কর্মগী অপুনবদগী হবক্তাং অমখক্ত ওই" হায়খিব বাফমস নাতে চাদে। মরমদি সঞ্চিৎ কাম্য কর্মসি অনন্তনি। মদুবু মপোক অমত্তদ ভোগ (চংথোকপ) তৌব ওইথোক্কে। মী অমন মতম অমত্তদ হবক্তাং কয়ামকম্ন ভোগ তৌকী বাফম হায়খিব মদুসু সিদ্ধ যোগী নত্তন অতোম্প কনানসু ওঙ্গ নত্তে অমসুং সিদ্ধ যোগী অদুসু সামর্থ্য পুন্নমক মপুং ফারব ওইঠাদবনি, পুন্নমক্ত অওইব বাফম বেদগী সিদ্ধান্তদি মসিনি মদুদি জ্ঞান নত্তন মোক্ষ খক ওইব যাদে।

মতৌ অসুম্ন কাম্যক অমসুং নিসিদ্ধ কর্মশিংবু থাদোক্লগা অদুগুম্ন অজ্ঞানী অদুন সুপ্লগী নিত্য নৈমিত্তিক কর্ম খক্ত তৌরিব মহাক অদুন নিত্য নৈমিত্তিক কর্মগী অমদি হান্ন তৌখিব অতোপ-অতোম্প শুভ-অশুভ কর্মশিংগী ফল ভোগ তৌনকীদমক্ত মশীং থীঙমদ্রব হবক্তাং লৌরব অই। মতৌ অসুম্ন মোক্ষদি ফংব ঙমদে। মরম অসিদগী জ্ঞান্ন মরম ওইদুনা বন্ধগী নিবৃত্তি ওইব গ্রন্থগী প্রয়োজননি। মগুদ অদুগুম্ব মিথ্যা পদার্থশিং উরিব মদু মিকপ থোকপ নত্তন কোকপ ঙমদে ; মতৌ অদুগুম্ন বন্ধসু মিথ্যা প্রতীতি (শকউৎ)নি অমদি মদুবু মাংহনবসু জ্ঞানগী মশক ওইব জাগ্রত নত্তন খক ওইদে।

মতৌ অসুম্ন লাইরিক অসিগী অধিকারী বিষয় প্রয়োজন চপ চান ওইরি অমসুং অধিকারীনছিংব ওইথোকপন সম্বন্ধসু চানন ওইরে মদুদগী লাইরিকী আরম্ভ ইকসু চথব হৌব যাব্রে।

শ্রী নিশ্চলদাসজীন হায়খি মদুদি - হে তোঙ্গল-তারবশিংদ থৌজাল হৈবীব দাদুজী-! মদুদ বুদ্ধিন চংশিল্লুব ঙমদব, সত্য অমসুং সুখ রূপ অমদি পরম প্রকাশ আত্মা মদুমক নিশ্চলদাস ঐনি।

# বিচার সাগর

## অহুমশুবঈথক

## গুরু-শিষ্যগী লক্ষণ অমসুং গুরু ভক্তি ফলগী মখল নিরুপণ

অনুবন্ধ মরিগ লোইনন গ্রন্থবু খঙলগ কনাগুম্ব মী (শিষ্য) অদুন জ্ঞান্ন তিল্লব গুরুদগী তম্ব নত্রগ একাগ্র চিত্ত ওইন শ্রবণ তৌরিব মহাক অদুন মোক্ষগী লম্বী ওইব জ্ঞানবু ফংই। গুরু শিষ্যগী ব্বারী শানব ওইন অর্থগী নিরুপণ তৌবন শ্রোতা অতাব শিংন খঙবদ লাইন থোকই। মরম অসিন গুরু-শিষ্য সম্বাদ ওইন লাইরিক অসি চংথরি।

বেদগী অর্থবু য়াম্ন ফজন চংখোন্ন খঙব হায়ব ব্বাহৈসিন অধীত বেদাচার্য ওইব বু খঙনগদব ওই। জীব -ব্রহ্মগী অমত্ত ওইববু অরেম্প মওংদ চপ চানা খঙলগ মাগী আত্মাদ জ্ঞান্ন লেংদব ফিভমদ লৈরব মহাক অদু আচার্য্য ওই। বেদদি খঙলব তৌইগুম্বসুং জ্ঞান্দ নিষ্ঠা ওইদ্রবদি মহাক আচার্য্য ওইবগী মতিক ওইদে; নত্রগ জ্ঞান্দ নিষ্ঠাদি ওইরব অদুগ বেদদি খঙদব (হৈতব) মহাক মশামক অদুদি মুক্তি ওইরব, তৌইগুম্বসুং উপদেশ তৌননবগী অধিকারী ওইব আচার্য্যদি ওইব ঙমদে। মরমদি মহাক জিজ্ঞাসুগী চিংনব মাংহনবদ মতিক চাব ওইদে। মহাক অদুন জিজ্ঞাসুবু উপদেশ তৌবদি ঙন্মী অদুগুম্ব অথোইব সংস্কারন তিনবসু ওই অমদি চিংবসু লৈতে অদুবু পুন্নমক্কী ওইনদি উপদেশ তৌব ঙমদে।

মতৌ অসুম্ন মহাক অদুন বেদবু নিংথিন খঙব (অধীত) অমসুং মহাক অদু জ্ঞান্দ নিষ্ঠা ওইব মদুবু আচার্য্য কৌই; নত্রগ মহাক অদুন শিষ্যগী বুদ্ধিদ লৈরিব খেন্নব মখল মঞাথক অসিবু মাংহনব কোকহনবব্দ মতিক চাব ওইব। জীব ঈশ্বরগী খেন্নব, জীব মশেলগী খেন্নব, জীবগ জড়গ খেন্নব, ঈশ্বর জড়গী খেন্নব অমসুং জড়-জড়গী খেন্নব খেন্নব মখল মঙা অসিনি।

মসি অকিব পুম্বগী মরমনি। মরম অসিন ভেদ খেন্নব পুন্নমক অসিবু ককথংপ মাংহনববু তৌবন অচার্য্যগী কর্ত্তব্যনি।

ভেদগী নিরাকরণ তৌরগ অনিশুদব অমদি অবিদ্যানচিংকগী মল (অমোংপ) য়াওদব শুদ্ধ ব্রহ্মবু আত্মা ওইন সাক্ষ্যাংকার তৌহনব অমদি বিশ্ব পুন্নমক্কী মিথ্যাত্ব (মিথ্যা ওইব মতৌবু) উপদেশন মরম ওইদুন সিদ্ধি (পাংথোকপ) ওইবদ মতিক চাব ওইগদবনি।

মতৌ অসুন্ন অঙকপ উপদেশ পীকগী মতিক লৈব মহাকপু আচার্য্ হায়বনি।অদুগ মশাগী মরু কোকথোক্লগ শিয্যগী অমুক শিখা-মরু কোকথোকপীব খক্তুন নপ্রগ করিগুম্ব সম্প্রদায়গী খুদম চাংদম্নচিংব উৎপতন শিষ্য শেম্ব মথোয় অদু আচার্য থক ওইব য়াদে। ভব-গ্রহ (সংসারগী মশক ওইব লাইরেন্ন উমলব)গী মশক ওইব বন্ধন অসিদগী নাম্থোকপ ঙমহনব অদুগুম্ব উপদেশ তৌবদ মতিক চারব ওইরিব মহাক অদুমকপু বিদ্বজ্জ নশিংন দৈশিক হায়বদি আচার্য হায়ন কৌনে। অদুগা মথোয় অদুদি আচার্য নত্তে মথোয় অদুন সুপ্নগী লৈঙাং শঙ্ব ফিবু শেংল্লিব।

শাস্ত্রগী মতুং ইন্ন দৈশিক হায়বদি গুরুগী লক্ষণ হায়রে। অদুগুম্ব সাধনশিং অদুদগী গ্রন্থদ অধিকার ওইব ঙম্ব অদুগুম্ব সাধন অদু শিষ্যগী লক্ষণনি। হায়বগী অর্থদি মসিনি অদুগুম্ব লক্ষণ অধিকারী অম ওইবদ হায়খ্রিব লক্ষণ অদুমক শিষ্যগী লক্ষণনি খঙ্গদবনি। বিদ্বান পুরুষশিংন গুরুদ ঈশ্বরদগীসু হেন্ন ভক্তি থমগদবনি। মরমদি শাস্ত্র পুন্নমক লাম্থোক্ল হৈরব শিষ্যসু গুরুগী উপদেশ য়াওদন জ্ঞানবু ফংব ঙমদে।

হৌজক মথক্ত হায়খিব (দোহে) ব্বাফমগী অভিপায়গী দৃষ্টান্ত খুদম উত্তুন হায়রি -

গুরু য়াওদন বেদগী মশক ওইব সমুদ্র অসি থুমহীগী মতৌগুম্ন

য়াকই। য়াক্রব সমুদ্রদ ফল্লগা কনাগুম্বন মদুগী ঈশিংবু থক্লীব মহাক অদুন সুপ্লগী থুময়াকপ খক্তগী অনুভব তৌগনি। মদুদগী মান নুঙাইত্তব অৱাববু ফংগনি। মতৌ অদুগুম্ব গুরু য়াওদন কনাগুম্বন বেদার্থবু বিচার তৌরিব মখোয় ভেদ খেন্নবগী মশক ওইরব অয়াকপ ভ্রান্তগী অনুভব তৌরল্লগা পোকপ শিকগী মশক ওইব অৱাববু ফংগনি। মরম অসিদগী রামানুজনচিংব অদুগুম্ব মী কয়ান ওইখিব ফিভম; মখোয়ন বেদার্থগী বিচারবুদি তৌই তৌইগুম্বসুং গুরুগী মখাদ তৌরক্তে, মরম অদুদগী বেদ অতত্ত্ব (তত্ত্ব নত্তব)বু নিশ্চয় (অরেম্পনি লৌব) তৌদুন জন্ম-মরণগী মশক ওইব অৱাববু ফংই। মখোয় মোক্ষগী মশক ওইব আনন্দ নুঙাইব ফংখিদে।

## ভেদ বুদ্ধিদগী অৱা-নুঙাই ফংব

রামানুজনচিংবনসু মাগী গুরুন্দগী বেদাধ্যয়ন তৌদুন বিচারবুদি তৌখিব; অদুগ মদুগী ব্যাখ্যান তৌখি। অদুম ওইদুনসু মখোয় অদুগী মফমদ মখোয়ন বেদাধ্যয়ন তৌখিব মখোয় অদু গুরু হায়বদু ওইদে। মরমদি জীবগা ব্রহ্মগা অমত্তনি খেন্নদে হায়বগী খংহনব ঙম্ব পাওতাক উপদেশ পীব ঙম্ব মহাক অদুতবু গুরুনি হায়ন লৌগনি। মসি গুরু লক্ষণগী প্রসঙ্গদ হান্নসু হায়খ্রে। সুপ্লগী পাঠক (পাবখক্ত) ওইবশিং মখোয় অদুন জীব ব্রহ্মগী খেন্নবগী উপদেশ পীবশিংনি। মরমঅসিন মখোয়গী মফমদ গুরু শব্দবু শিজিন্নব হায়বসি অহর্তকী মতৌগুম্বনি। মদুদি অহর্তগী শিষ্যন অহর্তবু গুরু কৌনে। তৌইগুম্বসুং অহর্ত গুরু পদগী বিষয় নত্তে। মতৌ অসুম্ন ভেদ বাদী ওইরব মখোয়ন গুরুগা লোইনন বিচার তৌখিদে, মরম অসিন মখোয় ভেদদ চংলগা লুশিন্দুন পোকপ-শিকগী মশক ওইব অৱাববু ফংনখি। মতৌ অসুম্ন অমুকসু কমাগুম্ব মথক্কী লক্ষণন তিল্লব মী, গুরু য়াওদন বিচার তৌরিব নত্রগ ভেদ বাদী পুরুষশিংদগী পাক্লগা বিচার তৌরিব মখোয় অদুসু

ভেদগী মশক ওইরবব অয়াকপবু অনুভব তৌরগা পোকপ শিবগী চক্রন্দ অরাবদ তাই।

অমংব নোংগী মশক ওইরবব ব্রহ্মবিদ গুরুগী মুখদগী অদুম্ন তারগা বিচারবু তৌরিব মখোয়ন অমৃতদগী হেন্নে নুঙাইবগী মরম ব্দেন ওই। সমুদ্রগী ঈশিংগী স্বরুপতি অয়াকপ থুমহি অদুগা নোংগী ঈশিংন অহাওব ওইব মতৌ অদুগুম্ন বেদার্থ অসি ব্রহ্ম জ্ঞানগী গুরুন তৌরবদি নুঙাইনবগী মরম ওই।

মথকত হায়খ্রে গুরুদগী তত্ব বেদগী অর্থদ বিচার তৌবন মোক্ষগী ফল ফংব ঙম্মী। মদুদগী গুরু অদু জ্ঞানী ওইব নত্রগা ওইদব অসিগুম্ব থোইদোকপদি হায়খিদ্রি মদু হৌজিক হায়রি - জ্ঞানী ওইদব গুরু নত্তে মসি মথক্ত হায়প্রবসু মদুগী দৃষ্টান্ত পীদুন প্রতিপাদন তৌরিঃ-

অজ্ঞানী পুরুষশিং অসি সনাবুন শউন্ন শাব নত্রগ ঈশিং হোন্নব পাত্রশিং ওইব সুপ্নগী কুয়োম থক্তনি। মখোয়ন অমদি চফুন শোক্তুন পুরকপ সমুদ্রগী ঈশিং থকপ য়াব হাওনবগী মরম ওইদে। মতৌ অদুগুম্ন অজ্ঞানী পুরুষন লৌরকপ (শোক্কংলকপ) বেদগী মশক ওইব সমুদ্রগী অর্থগী মশক ওইব ঈশিং থোইদোকপ নুঙাইবগী মরম হেতু ওইদে, মরম অসিদগী অজ্ঞানী পাঠক শউনগী ঈশিংখাও অমসুং চফুগী পাত্রগী মতৌগুম্বনি। অদুদগী সুজান হায়বদি জ্ঞানী পুরুষতি মেঘগী পাংখকনি। মসি হান্ন প্রতিপাদন তৌখরে।

মরম অসিন শউনগী ঈশিংখাও অমসুং চফুগা মান্নব অজ্ঞানী পাঠকপু থাদোক্লগা নোংগী ঈশিং মেঘগী মতৌগুম্ন শ্রবন তৌগদব ওই।

জ্ঞানবান্দগী বেদ তমগদব ওই অসুম্ন হায়বদ চিংনব অসি লোকপ য়াই মদুদি অদু অদুগুম্ব বেদগী শ্রুতিশিং লৈরি - মদু থক্তন মরম ওইদুন জীব - ব্রহ্মগী স্বরুপ বিচার তৌবদগী জ্ঞান ফংই। অতোপ্প সংস্কৃত গ্রন্থশিং

কান্নব লৈরব্রোই - মসিগী সমাধান মখাদ পীরিঃ-

ব্রহ্মবেত্তা পুরুষতি ব্রহ্ম স্বরুপনি ব্রাকম অসি শ্রুতিদ ফাওরিব অমনি। মাগী ব্রাঙাংদি বেদগী মশক্তি। মদু ভাষা ওইগে ওইসনু নত্রগ সংস্কৃত ওইগে ওইসনু মদুন ভেদগী মশক ওইব ভ্রমবু মরু ফুরু পুংমুং মুথৎলি।

অদুগা বেদগী বচন নত্তন জ্ঞান ফংদে হায়ব ব্রাফমসু চুমদে। মরমদি মদুগী নিয়ম লৈতে। মদুদি আয়ুর্বেদদ হায়রিব লাইনাশিং অমসুং মদুগী লাইয়েংগী জ্ঞান সংস্কৃত গ্রন্থশিংদ নত্তন ভাষা অমদি ফারাসী গ্রন্থশিংদগী ফংনৈ। মতৌ অদুগুম্ন সর্বাত্মা ব্রহ্মগী জ্ঞানসু ভাষানচিংকী লাইরিক্তগী ফংবদ অকায়ব লৈতে।

মরম অসিন অদুগুম্নব সর্বজ্ঞ ঋষি মুনি লৈথরিব, মথোয়ন স্মৃতি পুরাণ অমসুং ইতিহাসকী গ্রন্থশিংদ ব্রহ্ম বিদ্যাগী প্রকরণ হায়রম্মী। করিগুম্ব বেদ নত্তন জ্ঞান ফংদ্রবদি প্রকরণ পুন্নমক অরেম্ব ওইরগনি। মরম অসিন অসুম্ন লৌবন অচুম্বনি মদুদি- আত্মাগী স্বরুপকী প্রতিপাদন তৌব ব্রাক্যশিংদ জ্ঞান ফংই। মদু বেদ ওইসনু নত্রগ করিগুম্ব অতোপ্প লাইরিক ওইসনু। মসিদগী সিদ্ধ ওইরে মদুদি ভাষা গ্রন্থগী অধ্যয়ন্দগীসু জ্ঞান ফংব ওই।

অদুগুম্ব ব্রহ্মবেত্তা অদুগী ব্রাঙাংন বেদগী মতৌগুম্ন সামর্থ্যবান ওইব; মহাক অদুগী সেবাতবু জিজ্ঞাসুশিংগী অথোইব মথৌনি। মরমদি সেবা অদুদগী আচার্য্যন পেনবীব ওইরবতদ মশাগী স্বরুপকী জ্ঞান ওই। মসিদগী খণ্ডগদবনি মদুদি আচার্য্যগী সেবাগী মতিক মগুণদি ঈশ্বরগী সেবাদগীসু হেল্লি। মরমদি ঈশ্বরগী সেবা অদৃষ্ট (উদিব) ফলগী হেতুনি। অদুগ আচার্য্যগী সেবাদি অদৃষ্ট অমসুং দৃষ্ট ফল অনিমক্কী হেতু ওই।

অদুগুম্ব পোৎ অদুন ধর্ম নত্রগ অধর্মগী পোক্তন হকথেংনব ফলগী হেতু ওইরব মদু দৃষ্ট ফলগী হেতুনি। ঈশ্বরগী সেবা ধর্মগী পোক্লকপদগী

অন্তকরণ শুদ্ধিগী মশক ওইব ফলগী হেতু ওইবগী ঈশ্বরগী সেবা অদৃষ্ট ফলগী হেতুনি। তৌইগুম্বসুং আচার্য্যবু পেলহনবন মরম ওইদুন উপদেশকী মশক ওইব ফলগী হেতু ওইবন মরম ওইদুন ধর্ম পোক্লক্লগা অন্তকরণ শেংবকী মশক ওইব ফলগী হেতুনি। মদুন মরম ওইদুন অদৃষ্ট ফলগীসু হেতু ওই।

মতৌ অসুন্ন আচার্য্যগী সেবা ঈশ্বরগী সেবাদগীসু অথোইব ওই। মরম অসিন জিজ্ঞাসুন ব্রহ্মবেত্তা আচার্য্যগী সেবাবু য়াম্ন নিংথিন তৌগদব ওই। হৌজিক আচার্য্যগী সেবাগী মওং হায়রি -

মদুদি গুরুবু হেক উনব মতুন্দ লৈবাক্ত চৈগী মতৌগুম্ন তাদুন সাষ্টাঙ্গ প্রনাম তৌগনি অমসুং মাগী শেংলব চরণ কমলগী উকুল লৌদুন নহাকী অথোইব কায়াৎ হায়বদি কোকথক্ত হাপকনি। অদুদগী করিগুম্ব হেন্ন খঙনিংব লৈব অমসুং থম্মোইগী কিশিশিং থোকপ পান্নবদি গুরুগী নাক্ত লৈদুন মাগীদমক্ত নশাগী পুক্লিং হকচাং লন অমসুং ব্রাঙাং পুন্নমক কংথোকদবনি। মতৌ অসুন্ন গুরুগী সেবাদ লুপ্তুন লৈরগা মাগী য়াথংবু করিগুম্বদসু হিক্তোক্লোইদবনি। অমসুং ভগবান রামগী মতৌগুম্ন মন্ত্রেন্দ নুংশিব থমগনি অমসুং অদুগুম্ব থবক অদু তৌদুন লৈগদবনি মদুদ গুরুন পেনব ওইব। মাগী দোবশিংবু করিগুম্বদসু য়েংলোইদবনি অমসুং মন্ত্রেন্দ হরি,হর ব্রহ্মা গঙ্গা অমসুং সুর্য্যগ মান্নন থনগাদবনি।

## গুরুদ ঈশ্বর ভাবতগী শ্রেয় য়াইফব ফংব

বিদ্বান থরগী মত্ত গুরুবু হরি-হর ব্রহ্মাচিংবগুম্ন থনগাদবনি হায়বসিদ মথগী রহস্য অসি লৈ -

গুরুন শিব্যদ নুংশিব (বৎসলতা) কোংদোরকপ মতমদ মন্ত্রেন্দ হরি হায়বদি বিষ্ণুগী মওংদ থনগাদবনি।

গুরুন শিষ্যদ শাওরক্রবদি মতম অদুদ মাবু হর হায়বদি রুদ্রগী মতৌগুম্ন খনগদবনি।

মান রাজসী ব্যবহারদ লৈরবদি মাবু ব্রহ্ম হায়বদি ব্রহ্মাগী মওংদ খনগদবনি।

মহাক্না শান্তি ওইন লৈব মতমদ গঙ্গাগী মতৌগুম্ন খনগনি,অদুগা মহাক্ন রাহেগী মশক ওইব মণ্ডলশিংন ভ্রমগ লোইননা অজ্ঞানবু মাংহল্লকপ মতমদুদ মাবু রবি হায়বদি নৃসিংহকী মওংদ লৌগদবনি, মতৌ অসুম তৌন গুরুগী মফমদ মতম পুম্বদ ঈশ্বরগী ভাব থম্বমক্ন য়াইফব ফংই, চাওখংপ ফংই।

নুপী, অশ্ওং (মচা), পৃথিবী, শা-শল, মীনাই, পোৎ, য়ুম, ফৌচেংনচিংব লন হায়দুন লৈরিব পুম্নমক অদুবু থাদোক্তুনা ত্যাগী গুরুগী মফমদ চংজৌ, নিয়ম অসিবু ধন-অর্পন কৌই। মরমদি গুরু ত্যাগীনি মরম অসিন মাদি লনবু পামদে তৌইগুম্বসুং গুরু অদু ফংনকীদমক্ত লনবু থাদোকপ হায়বসিমক গুরুদ ধনার্পন তৌব কৌই।

করিগুম্বদ গুরুদু গৃহস্থ ওইরবদি মাগী সেবাদ লল পুম্ব কংথোক্কদবনি। মসিবু অনিসুব মখলগী ধন অর্পননি হায়নৈ। মসিদ করিগুম্ব চিংনব খক তৌরোইদবনি মদুদি ব্রহ্ম বিদ্যাগী আচার্য্যনবু গৃহস্থ ওইবরা? মরমদি যাজ্ঞবলক্য অমসুং উদালকনচিংব আচার্য্য কয়া গৃহস্থ ওইখি মখোয় অদু বেদ বিদ্যাদ থোইদোক্ন লাম্ত্রেক্ন খঙবশিংনি। মসিদগী খঙ্গদবনি মদুদি গৃহস্থসু ব্রহ্মবিদ্যাগী আচার্য্য ওইনখি।

বিদ্বান শিষ্যন অশেংব রাজ্ওংন গুরুগী গুণশিংবু বর্ণন তৌদুন লৈগদবনি অমসুং মখোয়দ মশাগী দোষ করিগুম্বদসু কংলোইদবনি। কনাগুম্ব মহাক অদুন মশাগী য়াইফববু পাম্লিব মখোয়ন মথক্কী মওং অসুম্ন হকচাংনচিংব

মাগী মনাক্ত লৈফম লৈত্রবসু অতোম্প অনকপ মফম অমদ লৈগনি অমসুং মশামক ভিক্ষা বৃত্তি তৌদুন জীবন ধারণ তৌগনি। শিষ্য অদুন অদুগুম্ব ভিক্ষাগী চেং অন্ন নিদুন পুরক্কনি মদু মশাতন চারোইদবনি, অদুগা দৈশিক হায়বদি গুরুগী মাংদ থল্লগনি। চিঞ্জাক চেং অদু মাগী ভোজনগীদমক্ত গুরুদগী নিরোইদবনি তৌইগুম্বসুং কৃপা তৌবিদুনা গুরু মশামক্ত পীবীরক্রবদি ভোজন তৌগনি। করিগুম্ব শিষ্যগী শ্রদ্ধাবু চাংয়েং পরীক্ষা লৌনকী ৱাখলদ গুরুন মন্ত্রেন্দ ভোজন পীরক্রবদি থাজদব তৌরোইদবনি। তপথন খাংগদবনি। নোংমদ অনিরক ভিক্ষা তৌরোইদবনি। মথংগী নুমিৎত অমুক ভিক্ষা চংকনি অমসুং ফংলকপ অন্ন গুরুগী মাংদ থমগনি। করিগুম্ব গুরুন অমুকসু মন্ত্রেন্দ ভোজন পীরক্রবদি মশাগী য়াইফব কল্যানবু পাল্লিব শিষ্যন নুংনাংব করিগুম্বদ থক তৌরোইদবনি।

মতৌ অসুম্ন ব্যবহার তৌরদুন শিষ্যন গুরুগী মাইথোং মকা লাম্ব অপেনব মতমদ হাংন লৈব তাঞ্জাদ চংশিল্লগ খুৎ লোম্নদুন মাবু স্তুতি তৌগনি, করিগুম্ব হংনিংব থর লৈরবদি হায়গদবনি মদুদি হে ভগবান! ঐন থংজদব খরদং হংজব পাম্মী। মতমদুদ গুরুন ৱাহং হংনকী য়াথং পীরক্রব মতমদুদ হংগনি।

করিগুম্ব জন্মান্তরগী অথোইব কর্মগী প্রভাবতগী করিগুম্বদ গুরুন শিষ্যদ অসুক্কী মতিক থৌজাল পোক্রব মদুদি হকচাং লম্নচিংব কত্তুন সেবা তৌব য়াওদন উপদেশ পিবীরব অদু ওইরবদি শেংলব অধিকারীগী মঙ্গলগী মশকনি, মরমদি গুরু সেবাগী ফল (মহৈ) অনি লৈ- অমন গুরুগী হরাও নুংঙাই অপেনব ফংব ওই। অনিসুব মহৈন অন্তকরণ শেংব (পুক্নিং শেংব)নি। মথক্কী শিষ্যগী ফল অনিমক সিদ্ধ ওইরে।

তন, মন, ধন অমসুং বানীগী অর্পণ- তৌবন মরম ওইদুন পুক্নিং হাপ্তুন মহাক অদুগী সেবাবু তৌজরিব মথোয় অদুদ শ্রী দাদুজী মশামক্ত সর্ব রূপ ওইদুন মতম পুম্বদ মতেং পাংবীদুন লৈব ওইসনু।

# বিচার সাগর

## মরিশুব তরঙ্গ

### উত্তম অধিকারীগী উপদেশ

### রাজা শুভ সন্ততি অমসুং মাগী মচা অহুম

গুরু-শিষ্য সম্বাদগী বিষয়গী মশক ওইন অনৌব ৱাক্নেং-শৈদাদ ঙাংলি। মসিবু য়েংলগ জিজ্ঞাসুশিংন বিচারদ হৈথোই-শিংথোইব ওইনব। শুভ সন্ততি কৌব চক্রবর্ত্তী নিংথৌ অমগী মচানুপা অহুম লৈরম্মী। মাগী মচাশিংগী মমিং তত্ব দৃষ্টি, অদৃষ্টি অমসুং তর্ক দৃষ্টি কৌরম্মী। মখোয়গী অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদি শান্নবদ মাংহনখরে। ইনথংলকপ তরুণাবস্থা ওইরকপদ মখোয়দু কামদেবন খুদুম চনশিনখরে। কামদেকী ফোংদোকফম ওইরিবী ফজবী নুপীশিং মখোয়গী য়ুমদ লৈরম্মী। মদুগী ভোগদ মখোয়ন লুপ্পুন লৈরম্মী।

শুভ সন্ততি নিংথৌন বিচার মুন্ন তৌরগা মাগী মচা নুপা অহুম্মকপু কৌরগা মহাক্ন বৈরাগ্য লৌননকী ৱাফম ফোংদোকত্তুন হায়রক্নম্মী। হে! ইচাশিং ফরে হৌজিক্তি লৈবাক অসি ফজন ঙাকহৌরো শিন্নরগারে। নখোয়গী মরক্তগী অমন পাতাল অদুগা অনিশুবন স্বর্গদ লৈদুন মদুদ পাল্লুরো অদুগা অহুমশুব ইচান কাশীদ লৈদুন মালেম অসি ঙাক্তুন পাল্লো। কাশী নগরী অসি কমদৌবনো? মফম অসিদ অন্তর্যামী ভগবান শংকরগী নিত্য-নিবাস ওইব মফমনি। অমসুং মফম অসিদ শিব ভক্তশিংন উপদেশ তারগা মখোয়গী সদগতিগীদমক্তা প্রান ত্যাগ তৌনৈ অমসুং শিব লোক ফংনৈ। মফম অসিদ গঙ্গাগী অঙ্গ অমসুং মনুগী কীর্ত্তি ঙান্দুন লৈরি। হে ইচাশিং মতৌ অসুম্ন নখোয় অহুম্ন তোঙান-তোঙানব লোক অহুম্বু ঙাক্তুন পাল্লুরো।

হে ইচাশিং! জগতকী অৱা-অনা ক্লেশ কয়ামরুম ফংলকী তুংদ বৈভব পুন্সমকপু অৱাকী লৈকম প্রক্তনি অসুম্ন খণ্ডুন মথোয়দুবু থাদোকপ পাম্নক্লে। অদুগুম্ব মতিক ময়াইন তিম্লব তৌগুম্ব ঐশ্বর্য্যবানশিংগী মনুংদ মকোক ওইব অদুগুম্ব অজ্ঞানী পুরুষ মদুন মরম ওইদুন লাইরবশিংগী মতৌগুম্ন থোইদোক্ল ৱানৱিব, অসিগুম্ব জগত অসি অৱাবশিং অসিগী হৌরকফম মরুনি খণ্ডুন থাদোক্লম্লগা আত্মা সুখবু ফংলুরগে। মপা ইবুঙোগী অসিগুম্ব লোইনাইদব ৱাশিংবু তারগা মচিন মনাও অহুম অদুন অচিকপব মফম অমদ ফম্মিন্নদুন মথোয় মশেল মুম্ন ৱা তানরম্মী। মদুদি ঐথোয়দ অৱাকী হৌরকফম মরু ওইৱিব সংসার অসিবু পিথোক্লম্লগা মশামক ব্রহ্মগ মান্নন ওইথিব পাম্লি। তৌইগুম্বসুং মসিদ ঐথোয় অৱাবথক্তগী খনি ওইব লৈবাক গ্রকপন করি তৌনগনি?

মরম অসিন অৱাকী মরু ওইব ৱাজ্যবু থাদোক্লগ ইশাগী ইথবক তৌনব তাই। অসুম্ন বিচার তৌরদুন মচিন মনাও অহুম অদুন য়ুমদগী চংখ্রগ মোক্ষগী অপাম্বন সদগুরু থিব চংলম্মী। মতৌ অসুম্ন মথোয় অহুম্ন মথোয়গী মপা শুভ সন্ততি মিংবু অর্থ চুম্ব মহৈ য়ানব ওইহন্লম্মী অমসুং দেশ কয়া কয়া চত্তুন থিরক্লকগী মতুংদ গঙ্গাগী চিক্লব তোবর্বান্দ থুংলরে। মফম অদু অথোইব হৈনম লৈনম চেনব মংলব মশাশিং শন্দোক্তুন লৈব উশিংন থন্ন হৌব ওইরম্মী। মদুদ সন্ত অম বট বৃক্ষগী মথোংদ ভদ্রা-মুদ্রা থারুণ তৌদুন ফমলম্মী। (খুংকী খুবী অমসুং খুদোম্মী শোক্লদুন মুদ্রা অসি শেম্মী। মসিবু লোপমুদ্রা তর্ক মুদ্রা নত্রগ জ্ঞান মুদ্রাসু কৌনৈ।) মসিন জীব -ব্রহ্মবু অমত্তনি হায়ন উপদেশ তৌদুন তাকই। মদুদ দোষ লৈত্রব অমদি একাগ্র চিত্ত ওইব শিষ্যগণশিং কোইশিন্ন ফম্নদুন দৈশিকী উপদেশবু তাজরগা বিচার তৌনজরম্মী।

মতম অদুদ মখোয়না অসুম্ন উরম্মী মদুদি কৈলাশকী চিংদোন্দ ফমদুন লৈরি ভগবান মহাদেবন সনক্রুচিংব ঋষিশিংদ জ্ঞানগী পাওতাক উপদেশ পীদুন লৈবগুম। মখোয়দুবু উরগা মখোয় অহুমসু মহাক অদুগী শরন্দ চংদুন সাষ্টাঙ্গ দণ্ডবত্‌ নচিংব তৌরম্মী অমসুং শিষ্য ওইবগী চংনবী তুংইন্ন মহাক অদুগী মনাক্ত থা ৬ লৈরে অমদি মোক্ষগী অপাম্বদস পুক্লিং লুপ্তুন গুরু সেবা তৌরম্মী। মদুদ পেনবীরদুন গুরুদেবন মেংলব ব্রাঞ্রংদ হংলক্লম্মী। হে ইচাশিং নখোয় মফম অসিদ করিগীদমক্ত লাকপনো? নখোয় কনা কনানো? কনাগী মচানো? মতম অদুদ তত্ত্বদৃষ্টিন মনাওশুংগী মায়কৈদ য়েংলগ মথুং অনি লোন্নদুন গুরুগী মফমদ, মখোয়না লাকপগী মরম হঙ্গৎচখি।

হে ভগবন! ঐখোয় ইচিন ইনাও অহুম্মক মহারাজ শুভ সন্ততিগী মচানি। ঐখোয় তোল্লব, নৌরিব অমসুং অজ্ঞানীনি। ঐখোয়না থম্মোই নুংগী ব্রাহং হংজব পামজে। করিগুম্ব দয়াগী পুকে অমসুং কল্পতরুগী মশক ওইব, পামজববু থুংহনবিরিব গুরুদেবগী য়াথং পীনবিরবদি খরদং হংজগে। করিগীদমক্ত ঐখোয়না অশুক ব্রারিবনো অমসুং মীথা পোল্লিবনো? মসিবু তাক্না গুরুন হারকই - হে শিষ্য! চিংনগনু নহাক্ত হেক হংলকপ খুদিংমক তাক্কনি; নংগী থম্মোইদ চিংনব অমত্ত লৈগনু। অদুগুম্ব গুরুগী চানবীহৈব মতৌবু উবদ শিষ্যগী থম্মোই অপেনব ওইরম্মী, অমসুং মখোয়গী থবক মহৈ য়াল্লেখল্লদুন হায়রম্মী - হে ভগবন! নহাক্তি শঙ্করগী মতৌগুম্ন সর্বজ্ঞ পুন্নমক খঙব অমদি থৌজালগী তুংনফমনি। ঐখোয়দি পোকপ-শিবনচিংব সংসারগী তমথিবন কিহল্লব করিসু খঙজদব অজ্ঞানীনি। ঐখোয়না (সকাম) কর্ম অমসুং উপাসনা নচিংব ময়াম অম তৌজরক্লে তৌইগুম্বসুং (দুদগী

মতম অদুদ মখোয়ন অসুম্ন উরম্মী মদুদি কৈলাশকী চিংদোন্দ ফমদুন লৈরিব ভগবান মহাদেবন সনক্রচিংব ঋষিশিংদ জ্ঞানগী পাওতাক উপদেশ পীদুন লৈবগুম। মখোয়দুবু উরগ মখোয় অহুমসু মহাক অদুগী শরন্দ চংদুন সাষ্টাঙ্গ দণ্ডবত্ নচিংব তৌরম্মী অমসুং শিষ্য ওইকগী চংনবী তুংইন্নি মহাক অদুগী মনাক্ত থা ৬ লৈরে অমদি মোক্ষগী অপাম্বদ পূক্নিং লুপ্তুন গুরু সেবা তৌরম্মী। মদুদ পেনবীরদুন গুরুদেবন মেংলব ব্রাঙ্গংদ হংলক্রম্মী। হে ইচাশিং নখোয় মফম অসিদ করিগীদমক্ত লাকপনো? নখোয় কনা কনানো? কনাগী মচানো? মতম অদুদ তত্ত্বদৃষ্টিন মনাওশুংগী মায়কৈদ য়েংলগ মখুৎ অনি লোন্নদুন গুরুগী মফমদ, মখোয়ন লাকপগী মরম হঙ্গৎচখি।

হে ভগবন! ঐখোয় ইচিন ইনাও অহুম্মক মহারাজ শুভ সন্ততিগী মচানি। ঐখোয় তোল্লব, নৌরিব অমসুং অজ্ঞানীনি। ঐখোয়ন থম্মোই নুংগী ব্রাহং হংজব পামজে। করিগুম্ব দয়াগী পুকে অমসুং কল্পতরুগী মশক ওইব, পামজববু থুংহনবিরিব গুরুদেকী য়াথং পীনবিরবদি থরদং হংজগে। করিগীদমক্ত ঐখোয়ন অশুক ব্রারিবনো অমসুং মীথা পোল্লিবনো? মসিবু তারগা গুরুন হা.রকই - হে শিষ্য! চিংনগনু নহাক্র হেক হংলকপ খুদিংমক তাকনি; নংগী থম্মোইদ চিংনব অমত্ত লৈগনু। অদুগুম্ব গুরুগী চানবীহৈব মতৌবু উবদ শিষ্যগী থম্মোই অপেনব ওইরম্মী, অমসুং মখোয়গী থবক মহৈ য়াল্লেখল্লদুন হায়রম্মী - হে ভগবন! নহাক্তি শঙ্করগী মতৌগুম্ন সর্বজ্ঞ পুন্নমক খণ্ডব অমদি থৌজালগী তুংনফমনি। ঐখোয়দি পোকপ-শিবনচিংব সংসারগী তমথিবন কিহল্লব করিসু খণ্ডজদব অজ্ঞানীনি। ঐখোয়ন (সকাম) কর্ম অমসুং উপাসনা নচিংব ময়াম অম তৌজরক্লে তৌইগুম্বসুং (মদুদগী মোক্ষনচিংব সিদ্ধি ওইদুন) সংসারদ পুনশিনকী লিপুন্দি হেন্ন চেংশিল্লক্লি। হে গুরুদেবা!

হৌজিক্তি নহাক্ল অদুগুম্ব উপায় অদু তাকপীনবগী কৃপা অমুক্তং তৌবীয়ু মদুদগী সংসারগী অর্বাব ককথত্তুন মাংহনব গুম্ব। ঐখোয়ন পরম আনন্দবু ফংজব পাম্মী মরম অসিন ঐখোয়ন পোকপগী মহৈ য়ানব গুমজব অদুগুম্ব কৃপাদু পীনবীয়ু।

অর্বাববু মাংহনব মুথৎপ অমসুং অথোইব নুঙাইব ফংববু মোক্ষ কৌই। মসিগী অপাম্ব শিষ্যগী থম্মোইদ লৈবদু উরুগা মদুগী সাধনগী মশক ওইব বেদন তাক্লিব জ্ঞানবু সদগুরুন তাকপ হৌরক্লম্মী।

জ্ঞানগী স্বরূপ মশক অসি শাস্ত্র কয়াদ তোঙান তোঙানব মওংদ শীংথারি - অদুম ওইদুনসু জীকা ব্রহ্মগী খেন্নববু (মাংহনব)লৌথোক্লিব জ্ঞানতবু বেদদ সাধন্নী হায়ন তাক্লি - মদুমকপু হায়রক্লি -

হে শিষ্য! পরমানন্দবু ফংনকীদমক্ত পোকপ শিবনচিংব অর্বাকগী মশক ওইরব সংসারগী নিবৃত্তি (মাংহনব)তঙাইফদবনি। নঙোন্দ মদুগী অপাম্ব লৈরে। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্ব অপাম্ব অদু ভ্রান্তি ভ্রম তৌবদগী পোক্লকপনি। করিগীনো হায়ববু ঃ-

নং নশামক পরমানন্দ স্বরূপনি। মরম অদুন মদুবু ফংননব পাম্ব (ফংগে খনব) অসি নাতে ওইদে। অদুগুম্ব পোং অদু ফংদ্রিব ওইরব মদুবু ফংননকী অপাম্বদি লৈব য়াই। তৌইম্বসুং মশাগী মশক (মহৌশান মশা ওইব মতৌ) অদুদি মতম পুম্বদ ফংদুন লৈরিবনি। মদুবু ফংনিংকী অপাম্ব অদু ভ্রম তৌব ভ্রান্তি নত্তনদি করি অমত্তসু থক নত্তে।

পোকপ শিবনচিংকী সংসারগী মওং অসি করিগুম্বদ ওইরম্লবদি মদু মাংহন্ননব ইচ্ছা তৌব অপাম্ব লৈব য়াই। তৌইগুম্বসুং পোকপনচিংব মশক ওইব সংসার অদু নঙোন্দ শুকলৈমক লৈতে। মরম অসিন লৈসু লৈতব অর্বাব অদুবু কোকথোক্লব হোৎনবগী অপাম্ব অদু ওন্ন তৈনব জ্ঞান ভ্রান্তি নত্তন ওইব য়াদে।

হে শিষ্য! পোকপ শিব লৈতব চেতন (অখণ্ড শক্তিগী মশক) ব্রহ্মদু নংমক্লি। মরম অসিন নহাক্কী থম্মোইদ্ব পোকপ-শিকপী বিষয় ওইব অব্বাব অদু খক য়াক্লগনু।

(তত্ত্বদৃষ্টিন হায় ) হে গুরুদেব! করিগুম্বা ঐগী আত্মা অসি আনন্দ স্বরূপ ওইরম্লবদি বিষয়-সম্বন্ধ (বিষয়গা মরি লৈনবদ)দগী আত্মাদ আনন্দ ৬ঃস্রেক্রম্মলোইদবনি। নুঙাইব ফাওরমলোইদবনি। অদুবু অদুম্ন ওই হায়বদি বিষয়দগী নুঙাইব ফংব ওই মরম অসিন আত্মা নুঙাইকী মশক নত্তে থোইদোক্ল বিষয়গী সম্বন্ধদগী আত্মাদ নুঙাইব ফাওবনি। অসুম্ন ঐন খল্লই।

(গুরুন হায়) হে শিষ্য! আত্মাদগী মাই ওয়োকপ বুদ্ধি ওইব মীন বিষয়বু পাম্মী। মসিদ ভোগকী সাধনবু বিষয় হায়বনি। মসিগী মনুংদ লন থুম মচানচিংবকুসু লৌগদবনি। বিষয়গী ইচ্ছাদগী বুদ্ধি অসি চঞ্চল ওইন লেংদুন লৈ। অদুগুম্ব চঞ্চল ওইব বুদ্ধিদ আত্মাগী স্বরূপ আনন্দ (নুঙাইব) গী আভাস (মঙাল তাব) অসি তাব ঙমদে।

অদুগুম্ব বিষয় অদুগী অভিলাষা তৌব বিষয় অদু মান হেক ফংব মতম অদুদ মী অদুগী বুদ্ধি মিকুপমুক্ত চপ লেপ্তুন লৈতান লৈরগা অন্তর্মুখী বুদ্ধি (মনুংলোমদ মাই ওনশিনব বুদ্ধি) বৃত্তি ওইরকই। অদুগুম্ব অন্তর্মুখী বৃত্তিদ আত্মাগী স্বরূপ আনন্দগী মমি তাই।

অদুগুম্ব আত্মাস্বরূপ নুঙাইব অদুগী প্রতিবিম্ব(মমি) অদু অনুভব তৌরগা মীন ভ্রম তৌনৈ মদুদি ঐ বিষয়দগী নুঙাইব ফংলে। তৌইগুম্বসুং অশেংবমক্তি মসিনি মদুদি বিষয়দ নুঙাইব শুকলৈমক লৈতে।

করিগুম্ব বিষয়দ নুঙাইব লৈরম্লবদি বিষয় অমদ পেল্লক্রব মীগী অতোপ্প বিষয় অমগী অপাম্ব লাকপ মতমদ অহানব বিষয়দ ফংখিব

নুঙাইব অদু ওইরমফম থোকই; মদুবু মদু ওইদে, অমসুং ঐথোয়গী রীতিদসু স্বরূপকী আনন্দগী ভাব ওইদে মরমদি অনিশ্চব বিষয়গী অপাঙ্গদদি চঞ্চল ওইরব বুদ্ধিদ প্রতিবিম্ব অদু তাব ঙমদ্রে।

## পোত্ত নুঙাইব লৈতে

অমদি মচা নপ্রগ থোইদোক্ল নুংশিব অতোপ্প মী মতম কয়া হৌপ্রকী মতুংদ ইখং খংহৌদন উনরম্মী মদুদ মাবু উবমক্ত অদুগুম্ব নুঙাইব অম ইহান হান্ন ফংলিব মদু মতুংদ অদুম্মক ওইন কুইন লৈতে। করিগুম্ব বিষয়দগী নুঙাইব লাকপ ওইরম্লবদি অদুগুম্ব অহানবদ ফংব নুঙাইব অদু অদুম লৈরম্মগদবনি। মরমদি নুঙাইকী মরম হেতু ওইরিব মী অদু হৌজিক মাগী মনাক্ত লৈরি। তৌইগুম্বসুং নুঙাইব অদু অমুক্ত ওইখিবনি মতম পুম্বগী শাংন লৈতে। মরমদি মাগী চান্নব মীদু অমুক্ত উবদ (বৃত্তি স্থিত) বৃত্তি লেপ্প ওই অমসুং মতুংদ পোত্ত চংদুন লৈখি মদুদগী অমুক চঞ্চল ওই লেংব ওই। মরম অসিন পোত্ত নুঙাইব লৈব ওইথোক্তে। নপ্রগ বিষয়দ নুঙাইব ওইরম্লবদি সমাধি কালদ অদুগুম্ব য়োগানন্দগী ফোংদোক্তুন ঙাম্মক্লিবদু খক ওইরম্লোইদবনি। মরমদি সমাধিদ করিগুম্ব বিষয় অমত্তগসু মরি লৈনদে।অদুগা অমন করিগুম্ব বিষয়মত্তগী আনন্দ ওইরম্লবদি সুষুপ্তি (তুম্বদ)দ অদুগুম্ব নুঙাইকী অভাস ওইরিব মদু ওইরম্লোইদবনি। মরমদি সুষুপ্তিদ করিগুম্ব বিষয় অমত্তগ মরি লৈনদে।

মতৌ অসুম্ন বিষয়দ নুঙাইব লৈতে তৌইগুম্বসুং আত্মাস্বরূপ্তি মীপুম খুদিংদ ঙাম্মোক্তুন লৈ। মরম অসিন বেদদ হায়রি মদুদি আনন্দ স্বরূপ আত্মাবু ফংলগ মী পুম্নমক্ল নুঙাইবদ তিনব ওই।

হায়খিব অসুম্ন উপদেশ পীরদুন গুরুন হায়! হে শিষ্য! বিষয়গী সঙ্গদগী আত্মাস্বরূপত ওয়াপ্রেক্লীব নুঙাইকগী মরমদ ঐন অথোইব সিদ্ধান্ত নথোয়গী নফমদ হায়রে। হৌজিক মসিদ নংগী চিংনব লৈব পুন্নমক অদু পুক্লিংদ লোংশিনব তৌদন ঐঙোন্দ হায়য়ু। ঐন মদুগী পাওখুম পীদুন শেংদোকনি।

শিষ্যন হায় - হে ভগবন! অদোম্ন মমাংগী বিষয়গী সম্বন্ধদগী আত্মানন্দগী ফোংদোক্তুন ওয়াপ্রেকপগী রীতি নিয়ম তাকপিরিব মদু অজ্ঞানী পুরুষশিংগীনি। জ্ঞানী পুরুষকী নত্তে। মরমদি মথোয় অদুগী বুদ্ধিদু আত্মাদগী মাই ওয়েরকপ মীওই অদুগী মরমদ নহাক্ত তাকপিরী। আত্মাদগী মাই ওয়প্রেক্লব বুদ্ধিদি অজ্ঞানীশিংগী ওই। জ্ঞানীশিংগী নত্তে। জ্ঞানীন বিষয়গী অপাম্ব অমসুং মদুগী মরিদ মথক্কী নিয়ম মওং অসিন নুঙাইব ওয়াপ্রেকপর নত্রগ ওয়াপ্রোক্তবর?

(গুরুন হায়)- হে শিষ্য! নশাগী পুক্লিং অমসুং নাকোং শেংন অমসুং চেকশিন্ন তারো। ঐন মমাংদ আত্মবিমুখ আত্মাদগী মাই ওয়প্রেকপ হায়ন হায়খিব মদু থোইদোক্ত জ্ঞানীগী বুদ্ধিকুসুনি ব্যবহারদ লাকপ মতমদ মহাক্ত তত্ত্বু কাওথোকই। মতমদুদ জ্ঞানী অদুসু আত্মা বিমুখ ওই। অদুগ অমুক জ্ঞানীগী বুদ্ধি অদু মতম পুম্বদ আত্মাকার আত্মাগী মওং ওইন লুপ্তুন লৈব ওইরবদি চাব থকপনচিংকী ব্যবহারকুসু য়েংশিনব ঙমদে। মরম অদুন অসুম্ন লৌবন চুম্মী মদুদি আত্মবিমুখ বুদ্ধি অসি জ্ঞানী অমসুং অজ্ঞানী অনিমক্ত ওইব য়াই।

অজ্ঞানীশিংগী বুদ্ধিদি মতম পুম্বদ আত্মবিমুখ ওইন লৈ। অদুগ জ্ঞানীগী বুদ্ধিসু মতম অদুদ আত্মবিমুখ ওইরকপ মতম অদুদ জ্ঞানীগীসু অপাম্ব অমসুং বিষয়গী সম্বন্ধদগী আত্মাস্বরূপ আনন্দ অদু অজ্ঞানীশিংগী মতৌগুম্ন ওয়ানব ওই।

তৌইগুম্বসুং মদুদ খেন্নবদি অসিনি মদুদি বিষয় সম্বন্ধদগী নুংঙাইব ফোংদোক্লুন্ন ঙাম্নোকপ অদুদ জ্ঞানীশিংদি খঙই মদুদি আনন্দ অসি ঐ ইশাগী স্বরুপ্তুগী খেন্নব তোঙানব নত্তে। মদুমক্কী আভাস অসিনি মতৌ অসুম্ন জ্ঞানীন বিষয় ভোগদসু সমাধিগী ফিভম লৈ। তৌইগুম্বসুং অজ্ঞানীন মসিবু খঙদে -মদুদি আনন্দ ঐগী স্বরুপনি হায়বসি। মতৌ অসুম্ন জ্ঞানী অমসুং অজ্ঞানী অনিমক্কী ওইব স্বরুপ আনন্দনি তৌইগুম্বসুং অজ্ঞানীন বিষয়দ ভ্রম তৌই অদুগা জ্ঞানীনদি তৌদে।

(শিষ্যন হায়)- হে ভদবন! নহাক্ল তাকপীরি মদুদি নং পরমানন্দ স্বরুপনি মদু ঐন ফজন নিংথিন খংজরে। নহাক্ল মসিমসু তাকপিরি মদুদি পোকপ-শিবনচিংব সংসারগী মশক ওইব অৱাব নঙোন্দ লৈতে, মরম অসিন মদু নিবৃত্তি কোকহনব মাংহনব য়াদে। ৱাফম অসিদ ঐঙোন্দ চিংনরিবদি অসিনি মদুদি পোকপ শিবনচিংকী অৱাব ঐঙোন্দ লৈতে হায়ব। অদু ওইরবদি করিদ কনাদ লৈরিবনো? বিষয় অসি ঐঙোন্দ ফজন খঙননকী কৃপা তৌবিয়ু। মদুদি বুদ্ধি অসিগী অতোপ্প চংজফম নৈনফম আশ্রয় কনানো?

(গুরুন হায়) -হে শিষ্য নংগী চিংনরল্লিব অদু মাংহনব ৱাঙাং অসি তাও অৱাকী মশক ওইব জগৎ করিগুম্বদসু লৈতে। নঙোন্দসু লৈতে ঐঙোন্দসু লৈতে।

(তত্ত্বদৃষ্টিন হায়রম্মী) - হে ভগাবন! পোকপ শিকী অৱাকী মশক ওইব জগৎ অসি ঐঙোন্দসু লৈত্রবদি পত্যক্ষ হকথেংনন করিগী উহল্লিবনো? মরমদি অদুগুম্ব সুক্ষ্মেমক লৈতব পোৎ মদু উবসু উৱোইদবনি। মদুদি অখুংবীগী মচা, আকাশকী থম্বাল লৈতে। মরম অদুন মখোয় উবসু উদে। মতৌ অসিমক্লুম্ন সংসার অসিসু লৈতব ওইরবদি মসিবু উবসু ওইরমলোইদবনি তৌইগুম্বসুং পোকপ-শিকী মশক ওইব সংসারবু ঐখোয়ন উদুন লৈরি। মরম অসিন মসিবু লৈতে অসুম্ন হায়বসি য়াদে।

(গুরুন হায়).- হে শিষ্য! পোকপ-শিব সংসার পরমার্থ (লেংদব অরোইব পুংচুম চুম্ব)দ লৈতে। অদু ওইরবসু অজ্ঞানদগী ব্রহ্ম-স্বরূপ আত্মাদ আকাশপু শংবানন উবগুম, থৌরিদ লিল উবগুম, পরমার্থদ ওইদে মিথ্যাগী শকউংনি। মতৌ অদুগুম্ন পোকপ-শিকী মশক ওইব সংসার অসি পরমার্থদ লৈতে মিথ্যাগী শখউং খক্তনি।

(তত্বদৃষ্টিন হায়) - থৌরি লিল মিথ্যানি মদুমক্না আত্মাদ সংসার দুখঃ ওইবা মিথ্যনি তাকপনি। মদুদ দৃষ্টান্ত অদু খগুদ খগুদনদি দৃষ্টন্তগী জ্ঞান অদু লৈতে মরম অদুন থৌরি ঐগী পুক্লিংদা লৈরি।

মদুদ থৌরিদ লিল অমসুং কোংগ্রেংদ লুপা অসিনচিংব (শেরান্নব ভাবকী মিংল্লেং) ভ্রান্তিশিং ওইরিব মদু মত মরি লৈ হায়রন তাই (১) শুন্যব বাদীগী মত্ত, অসংখ্যাতি, ক্ষণিক বিজ্ঞানবাদীগী মত্ত আত্মখ্যাতি ন্যায় অমসুং বৈশেষিকী মত্ত অন্যাথা খ্যাতি অমদি সাংখ্য অমসুং প্রভাকরগী মত্ত অখ্যাতি কৌনৈ।

## অসংখ্যাতি

মসিদ শুন্য বাদীগী অভিপ্রায় (হায়রিব অর্থ)দি থৌরিগী মফমদ লিল শুক্লেমক লৈতবনি (অত্যন্ত অসত)নি মদুমক্নুম্ন অতোপ্প মফমদসু অসত্তনি অসুম্ন অমত (সর্প) লিলবু থৌরিগী মফমদ উব (শকউংপ)বু অসংখ্যাতি কৌই। মতৌ অসুম্ন অসংখ্যাতিগী ব্রাফমনি।

## আত্মখ্যাতি

বিজ্ঞানবাদীগী তাৎপর্য (হায়নিংলিব অর্থন)ন থৌরিগী মফমদ নপ্রগ অতোপ্প মফমদ ওইরবসু বুদ্ধিগী মপান্দ করিগুম্বদসু লিল লৈতে। পোৎ পুন্নমক বুদ্ধিদগী তোঞ্জনব অতোপ্প খক নত্তে। থোইদোক্ল পুন্নমক্কী

মওং মতৌ পুন্নমক বুদ্ধিতন পুবনি। মরম অদুন বুদ্ধি ক্ষনিক বিজ্ঞান (মিকুপ মিকুপকী ওইবা জ্ঞানগী মওং)গী মশক্তি। অদুগুম্ব বিজ্ঞান মিকুপ মিকুপকী মাংব অমসুং পোক্লকপ ওইরিব মদুমক্ত পুন্নমক্কী মশক্ত উৎপনি মদু আত্মখ্যাতি কৌই। আত্মা হায়বদি ক্ষনিক বিজ্ঞানগী মশক ওইবা বুদ্ধিন পোংকী মওংদ ঙাম্বোকপনি সসুন্ন হায়রি।

## অন্যথা খ্যাতি

নৈয়ায়িক অমসুং বৈশেষিক মত ইনবশিংগী ভাবদৌন মসিনি মদুদি চীংমান্নচিংবদ অদুগুম্ব অশেংব লিল মদু মিংন উনৈ। মদুগী প্রভাবতগী লিল মাংদ উরবনি। অশেংব লিল অমসুং মিংকী মরক্ত ফক্লাংনচিংব মরক খনবশিং লৈ। অদুম ওইনমক দোষ লৈব মিংন মরম ওইদুন মরক খনকা লোইনন লিল ওইন উই।

করিগুম্ব মসিদ চিংনরব মদুদি দোষতগীদি সামর্থ (তৌঙম্ব মতিক)ব্রাংথরকদবনি হেনগাংকদব নত্তে। মদুদি জঠরাগ্নিদ পাচন শক্তি(তুম্নব শক্তি) লৈরিব মদু বাত-পিত্ত কফকী দোষতগী হম্থরকই। মতৌ অদুগুম্ন মিংত অমম্বনচিংব দোষতগী মাগী তৌবগুম্ব শক্তি সামর্থ হম্থরকফম থোকই। মফম অসিদ চীংমান্দ লৈব লিলগী দোষ নম্রগ জ্ঞান হায়রি। তৌইগুম্বসুং মফম অসিদ শেংলব মিংনদি অতোপ্প মফমদ লৈব হকথেংনব জ্ঞানদু ওইদে, দোষ লৈব মিত্তগী ওই। মসিদ দোষকী প্রভাবতগী সামর্থ হেনগাংলি, হায়রন লৌবদ দৃষ্টান্ত অমত্ত লৈতে। তৌইগুম্বসুং চিংনব অসি ওইরোইদবনি মরমদি পিত্তগী দোষতগী কনাগুম্বদ অসিগুম্ন লাইনান নারন্মী মদুদি চাক শরুক মরি চারব ফাওবদ পেন্দবা! পিত্ত দোষকী জঠরাগ্নিদ

তুম্নবগী শক্তিচি হেনগাৎলকপ অদুগুম্ন মিংসু অমম্ফনচিংব দোষন মরম ওইদুন অতোম্প মফমদ লৈব লিনবু উহন্নবগী শক্তি হেনগাৎলি।

মতৌ অসুম্ন অতোম্প চীংমান্দ লৈব লিলবু মওং অমদ থৌরিগী মফমদ ইমাংমক্ত শক উৎপগী ব্বাফম অসি অন্যথা খ্যাতিন হায়।

চিন্তামনি কারগী মতনি মদুদি দোষ লৈবন মরম ওইদুন অরাম্পদ লৈব লিল জ্ঞান ওইরবদি মরক্ত লৈহৌরিব অতোম্প পোৎশিংগী জ্ঞানসু ওইফম থোকই। মসিদগী অতোম্প মফমদ লৈরিব পোৎকী জ্ঞান মিত্তগী ওইদে অমসুং মিত্ত দোষ লৈবদগী থৌরিগী মশাগী মওং মশক ভ্রম্বেক্তে, লিলগী মওংদ ওইবনি মরম অসিন থৌরিমক্কী অতোম্প মওংদ ভ্রম্বেকপ অমসুং ব্বারেপ অসিবু অন্যথাখ্যাতি কৌনে।

## অখ্যাতি

অখ্যাতি বাদীগী ভাবলৌদি মসিনি মদুদি করিগুম্ব অমৎ লৈতব পোৎপু উব য়ারম্লবদি অথুংবীগী মচা অমসুং থেকী মচিসু উরমগদবনি। মদু ওইব য়ারোই মরম অসিদগী অসৎখ্যাতিগী যুক্তি অসি সঙ্গত ওইদে।

করিগুম্ব ক্ষনিক বিজ্ঞানগী মওং মশকমক্ত লিলনচিংব ওইরবদি মিকুপকী মনুংদ মতম য়াম্ন শাংন লেংদন লৈব পোৎশিং লৈব উরমলোইদবনি। মসিদগী আত্মখ্যাতি নাতে চাদে।

অন্যথা খ্যাতিগী অহানব মওং রীতিন চিন্তামনিগী মত্ত দোষ থংজিল্লী অদুগুম্নমক চিন্তমনিগী রীতিদসু অন্যথা খ্যাতি নাতে চুনদে। মরমদি জ্ঞেয় (খঙ্গদৌরিব পোৎ) কী মতুং ইন্ন জ্ঞান ওই। জ্ঞেয় থৌরি অমসুং

লিলগী জ্ঞাননি হায়বসি হেনমন্ন বিরুদ্ধ ওই। মরম অদুন রীতি অসি য়াফম থোকই মদুদি মফম অদুদ থৌরিদ লিল ওইন ভ্রম তৌবনি মদুদ মিংকী মশাগী বৃত্তিন মরম ওইদুন থৌরিগা সম্বন্ধ ওইরা থৌরিবু(অসি-মসি) হায়বগী মওংদ সামান্য জ্ঞান ওই অমসুং লিলগী নিংশিংউব লৈ মদুদি " মসি লিলনি " হায়ন। মসিদ জ্ঞান অনি ওইখিঃ-

" মসি " হায়ব শরুক অসি থৌরিগী সামান্য প্রত্যক্ষ জ্ঞান্নী অদুগ " লিলনি " হায়ব শরুক অসিদ লিলবু নিংশিংউব জ্ঞান্নী মতৌ অসুম্ন জ্ঞান অনি ওইখি।

তৌইগুম্বসুং অকিব দোষ অসি প্রমাতাদ অমসুং অমম্ব দোষন প্রমান্দ লৈ। মদুগী পাঙ্গলন, মীন বিবেক (অচুম-অরান খনব ঙম্ব) অসি লৈতে মদুদি ঐপ্রোন্দ জ্ঞান অনি ওইরে হায়বসি। অদুগ " মসি " হায়ব শরুক্ত থৌরিগী সামান্য জ্ঞান অদু অশেংবনি অমসুং হান্ন উথিব লিলগী নিংশিংব জ্ঞানসু অশেংবনি অদুম ওইনমক ঐপ্রোন্দ অদুগুম্ব জ্ঞান অনি ওইরে। মদুদ থৌরিগী সামান্য প্রতেক্ষ জ্ঞান্নি অমসুং লিলগী স্মৃতি জ্ঞান্নি হায়ব অসিগী বিবেক (খাইদোক্ল খঙব)দি লৈতে। মতৌ অসুম্ন জ্ঞান অনিগী বিবেক লৈতবমকপু সাংখ্য প্রভাকরগী মত্ত ভ্রম হায়ন কৌরি। রীতি অসি ভ্রমগী মফম পুন্নমক্ত খঙগাদবনি।

মতৌ অসুম্ন থৌরিনচিংবদ লিলনচিংব ভ্রম ওইবগী বিষয়দ নৈনব অদুগুম্ব মত মরি তারে মদুগী মনুংদ অচুম্ব ওইব মত অদু ঐপ্রোন্দ তাকপীয়ু। শিষ্যগী ব্রাহং অসিগী পাওখুম গুরুদেবন মখাদ পীরি -

হে শিষ্য! খ্যাতি মরি অদুদগীসু মথক্ত ভ্রমগী মফমগী মশক ওইব অনির্বচনীয় হায়ব মগুশুব খ্যাতি অম অমুক লৈরি। অসংখ্যাতি, আত্মখ্যাতি অন্যথাখ্যাতি অমসুং অখ্যাতি মত মরিমক অসি মতিক চাব য়ুক্তি ওইদবনি।

মথং মনাও নাইন শাংথরকপদ মত অহুম্বু নাতে চাদবনি হায়থিব মতৌ অদুগুম্ন অখ্যাতি মতসু সঙ্গত ওইদে। মরমদি "মসি লিলনি" জ্ঞান অসিদ "মসি" শরুক অসিদি থৌরিগী সামান্য জ্ঞান প্রতেক্ষনি অদুগা "লিলনি" শরুক অসিদ মমাংদ উখিব লিলগী স্মৃতি (নিংশিংব) জ্ঞান্নি হায়বসি অখ্যাতি বাদীশিংগী মতনি।

করিগুম্ব মফম অদুদ মমাংদ উখিব লিলগী নিংশিংব জ্ঞানমক য়াদ্রবদি মায়োক্লরিব থৌরিগী মফমদ লিলগী জ্ঞান য়াদ্রব্দ মাংদ উরিব থৌরিদ কিদুন মী অদুন মফম অদুদগী চেম্থোক্লিব; অসুম্ন কিরিব অমসুং চেম্থোকপ তৌরম্লোইদবনি। মসিদগী মাংদ উরিব থৌরিগী মফম মক্ত লিল ওইন উরিবনি। অহানব উখিব লিলগী নিংশিংব নত্তে।

মসি নুমিৎনি মসিদ জ্ঞান অমথক্ত উই অনি ওইদে। মতম অমত্তদ অন্তকরন্দ স্মৃতিগী মওং অমসুং প্রত্যক্ষগী মওং জ্ঞান অনি ওইব য়াদে; মদুদগী অখ্যাতিগী মত অসি নাতে ওইনদে হায়বসি সিদ্ধ ওই।মথক্কী মত মরি অসিগী প্রতিপাদন অমসুং খণ্ডনগী বিষয় ওইব্দ বিবরণ স্বরাজ্য সিদ্ধিনচিংব গ্রন্থশিংদ শন্দোক্ল ইরি। প্রতিপাদন অমসুং খণ্ডনগী য়ুক্তিশিং অরুব ওইব মরম্ন জিজ্ঞাসুশিংগীদমক্ত রীতি অসিবু সমপৎন তাকপনি, শন্দোক্ল-পাকচাওন হায়দ্রে।

## অনির্বচনীয় খ্যাতি

সিদ্ধান্তদ অনির্বচনীয় খ্যাতিবু প্রতিপাদন তৌরি। মসিগী রীতিদি অসিনি মদুদি অন্তকরণ (পুক্লিং)গী বৃত্তিন মিংনচিংবন মরম ওইদুন থোরক্লগা বিষয় (পোৎ)কী মান্নব মওং মতৌ অদু ওইদুন লৌই। মদুদগী বিষয়গী আবরণ ভঙ্গ (খণ্ডদবন কুপ্লম্ব অদু হাংদোকপ) ওইদুন মাগী মওং উব ওইরকই। মদুদ মঙাল সু মদুগী মতেং পাংব ওই। মরমদি মঙাল য়াওদন পোত্কী মশক উব ওইথোক্তে।

থৌরিদলিলগী মওং ভ্রম তৌরিব মফম অদুদ অন্তকরণগী বৃত্তিন মিত্তগী থোকখিদুন থৌরিদ মদুগী সম্বন্ধসু ওই, তৌইগুম্বসুংঅমম্বনচিংব দোষন প্রতিবন্ধক (অপনব) ওইহল্লি। মদুদগী বৃত্তিগী স্বরূপ অদু থৌরিগ মান্নব মওংগী আকার ওইদে মরম অসিদগী থৌরিবু (খণ্ডদবন কুপশিল্লিব) আবরণ অদু মাংখিব ওইদে।

মতৌ অসুম্ন আবরণ ভঙ্গ (খণ্ডদব হাংদোক্লব)গী মরম ওইরমল্লিব। বৃত্তিগী সম্বন্ধ ওইদুনসু মদুদ থৌরিগী আবরণ ভঙ্গ ওইদবদি মতমদুদ থৌরিগী জ্ঞানদ লৈরিব অবিদ্যাদ ক্ষোভ লাংতক্লব ওইরবদ অবিদ্যা অদু লিলগী মওং ওইরকপবু ফংখি।

অবিদ্যাগী কার্য্য লিল অদু অশেংব ওইরবদি থৌরিগী জ্ঞান্দগী মদু খণ্ডব ঙম্লোইদবনি তৌইগুম্বসুং খণ্ডব ঙম্মী মরম অসিন সৎ (অশেংব অচুম্ব) নত্তে।

অদুগা অসৎ(লৈতব) ওইরম্লবদি অথুংবীগী মচাগী মতৌগুম্ন উব ফংলমলোইদবনি। তৌইগুম্বসুং উব ফংই মরম অসিন অসৎসু নত্তে।

তৌইগুম্বসুং সৎ অসৎকী তোঙানব অম ওইবগী মরম্ন অনির্বচনীয়নি।

কোংগ্রেংনচিংব্দ লুপানচিংকসু মওং অসিদ অনির্বচনীয়দগী ওইবনি। অদুগুম্ব অনির্বচনীয়গী খ্যাতি হায়বদি প্রতীতি অমসুং মওং অসিগী ব্রাকম্বু অনির্বচনীয় খ্যাতি কৌনৈ।

ভ্রমগী মফমদ অন্তকরণগী তোঞ্জনব অবিদ্যাগী পরিনাম লিলনচিংব বিষয় অমসুং মখোয়গী জ্ঞান মতম অমত্তদ পোকপ অমসুং মুংখিব ওইরিব মদু সাক্ষি ভাষ্যনি।

মদুদি লিল অবিদ্যাদগী পোকই অদুগুম্ন অমুক মদুগী জ্ঞানগী মওং ওইব বৃত্তিসু অবিদ্যামক্তগী পোকই অন্তকরন্দগী নত্তে। মরমদি থৌরিগী জ্ঞান্দগী লিল মাংখিব মতৌ অদুগুম্ন মদুগী জ্ঞান অদুসু হন্দোকখি। অন্তকরণ জ্ঞান ওইরবদি হন্দোক্রোইদবনি। মসিদগী জ্ঞান অদুসু লিলগ মান্নন অবিদ্যাগী কার্য্য অমদি সৎ-অসৎতগী অতোপ্প অনির্বচনীয়নি।

তৌইগুম্বসুং লিল থৌরিদ উপহিত (থংজিনব) চেতনদ লৈব তমোগুন প্রধান ওইব অবিদ্যাগী শরুকী পরিনাম অমসুং "বৃত্তিজ্ঞা" সাক্ষী চেতনদ লৈব অবিদ্যাগী সত্বগুণগী পরিনামনি। মতম অদুদ থৌরিগী জ্ঞান রূপী চেতন)গী অবিদ্যা অদুগী পরিনান্ন লিলগী মওং ওইব মতম অদুদ সাক্ষীদ চংজদুন লৈরিব অবিদ্যাগী পরিনাম অদুসু জ্ঞানকার ওইরকই। মরমদি থৌরিগী জ্ঞানগী চংজফম ওইরিব ক্ষোভ চয়াংনকগী মরম ওইরিব মদুমক্তগী সাক্ষীদ চংজফম ওইরিব অবিদ্যাগী শরুক্ত ক্ষোভ ওই, মদুদগী ভ্রম তৌরিব মফমদুদ লিলনচিংব বিষয় অমদি মদুগী জ্ঞান মতম অমত্তদ পোক্রকই অমদি থৌরিনচিংব অধিষ্ঠানগী জ্ঞান্দগী মতম অমত্তদ (লীন)মুংখিবসু ওই।

সাক্ষী চেতনদ চংজদুন লৈরিব মনুংগী অবিদ্যাগী শরুক্ক মদুগী জ্ঞানগী মওং ওইব বৃত্তিগী উপাদান কারণনি।

অদুগা মওদদি সাক্ষীদ আশ্রিত তৌরিবা অবিদ্যামক্কী তমোগুনগী শরুক্ক বিষয়গী মওংদ পরিনাম ওইব য়াই। তৌইগুম্বসুং অবিদ্যা অদুদ সত্ত্বগুনগী শরুক্ক জ্ঞানগী মওং ওইব পরিনাম ফংইব, মদুদগী মওদ মনুংগী অবিদ্যামক্ক বিষয় অমসুং জ্ঞান অনিমক্কী উপাদান কারণনি।

মরম অসিন মপানগী থৌরি লিলনচিংব অমসুং মনুংগী ওইব মওগী পোৎশিং সাক্ষী ভাস্যনি হায়বনি। অবিদ্যাগী বৃত্তিন মরম ওইদুন মদুদ সাক্ষীন ভাম্বেক্লিব, মদু সাক্ষী ভাস্যনি।

থৌরিদা লিল অমসুং মদুগী জ্ঞান অবিদ্যাগী পরিণামনি অমদি চেতনগী বিবর্তনি।

থৌরিনচিংবদ অনির্বচনীয় ওইব লিলনচিংব অমসুং মদুগী জ্ঞান অদুবু ভ্রম নত্রগ অধ্যাস কৌই। ভ্রম অদুবু অবিদ্যাগী পরিণাম ফলনি অমদি চেতনগী বিবর্তনি হায়ন খঙগদবনি।

উপাদান কারণগী মতৌ অদুগুম্ব স্বভাব ওইব অতোপ্প স্বরূপ ওইববু পরিণাম অমসুং অধিষ্ঠান্দগী ওন্ন-তৈনব স্বভাব ওইব অতোপ্প স্বরুপ্পু বিবর্ত কৌরিবনি।

উপাদান কারণ অবিদ্যাগী অনির্বচনীয়নি। মতৌ অদুগুম্ন থৌরিদ লিল অমসুং মদুগী জ্ঞানসু অনির্বচনীয়নি। মসিদগী থৌরি, লিল অমসুং মদুগী জ্ঞানসু অবিদ্যাগী মান্নব স্বভাব ওইব অন্যথা স্বরুপ কৌই অমসুং অবিদ্যাগী ফল পরিণামনি।

মতৌ অদুগুম্ন থৌরিন খল্লিব ঙমখৈ নাইহল্লিব অধিষ্ঠান, চেতন স্বরুপনি লিল অমসুং মদুগী জ্ঞান সত্তাগী তোঙানবনি মদুদগী থৌরি, লিল অমসুং জ্ঞান অদুগী অধিষ্ঠান ওইরিব চেতন্দগী ওন্ন-তৈনব অতোম্প মওংগী স্বরুপ হায়বদি চোতন্দগী তোম্প মখল অমনি।

থৌরি অমসুং অন্তকরণ উপহিত (কুপশিন্দুন থংজিল্লিব) চেতন অধিষ্ঠাননি থৌরি নত্তে, বিষয় অসিবু খর শেংন উৎলি।

মিথ্যা সপগী তুংনফম ওইরিব অধিষ্ঠান থৌরিদ কুপ্লিব (উপহিত) চেতন (জ্ঞান) অদুনি থৌরি নত্তে। মরমদি লিলগ মান্নন থৌরিসু কল্পিত (ভাবন কল্পনা তৌশিনবনি)নি কল্পনা ওইরব পোৎ অমন অতোম্প কল্পনা তৌশিনব পোৎ অমগী অধিষ্ঠান ওইব য়াদে। মরমসিদগী থৌরিদ থংজিল্লি জ্ঞান, চেতন অদুমক্ক অধিষ্ঠাননি।

## লিলগী জ্ঞানগী তুংনফম অধিষ্ঠান সাক্ষী চেতন

করিগুম্ব থৌরি বিশিষ্ট (থোইদোকহল্লিব) অদুবু অধিষ্ঠান্নি হায়রবসু থৌরি অমসুং চেতন অনিমক অধিষ্ঠান ওইগনি। মফম অদুদ থৌরিগী শরুক্ত অধিষ্ঠান ওইকী মতৌদ অপনব বাধিত লৈ থৌরিনি থংব থোইদোকপ চেতন্দ নত্তে, মতৌ অদুগুম্ন লিলগী জ্ঞানগী অধিষ্ঠান অদু সাক্ষী চেতননি।

মতৌ অসুম্ন ভ্রমগী মফমদ বিষয় অমসুং মদুগী জ্ঞানগী অধিষ্ঠান অসি উপাধি থেন্নকী মতুংইন্ন তোঙাল্লি অমত্ত ওইব নত্তে।

বিশেষ ওইব মওংদ (তাংদাংব ওইন) থৌরিবু চপচান খঙদব অবিদ্যাদ ক্ষোভ (খোইরাংলকপ)ন মরম ওইদুন অনিমক অসি পোকপগী মরম নিমিত্ত ওই। মতৌ অদুগুম্ন থৌরিগী জ্ঞান্নসু অনিমক্কী মুংখিব্দ নিমিত্তনি হায়বনি।

## র্সপ জ্ঞান (মুংখিব)গীবিষয়দ চিংনব

বিষয় অসিদ থৌরিগী জ্ঞান্দগী লিল মাংখিব ওইবদগী বিষয়সিগী মরমদ চিংনব ওইরি-
থৌরিগী জ্ঞান্দগী লিল মাংখিব ওইব য়াদে। মরমদি মিথ্যা বস্তুগী অধিষ্ঠানগী জ্ঞান্দগী মিথ্যা জ্ঞানগী নিবৃত্তি ওই মসি অদ্বৈত বাদকী সিদ্ধান্তনি। তৌইগুম্বসুং মিথ্যা সপগী অধিষ্ঠান থৌরিদ থংজিল্লিব চেতননি থৌরি নত্তে। চিংনব অসিগী সামাধাননি মদুদি থৌরিগী জ্ঞান অদুমক লিলগী অধিষ্ঠানগী জ্ঞাননি মসি মখাদ হেন্ন শেংদোরকখিগনি।

থৌরিনচিংব জড় পদার্থশিংগী জ্ঞান অন্তকরণগী বৃত্তিগী রূপ ওইব মফম অদুদ বৃত্তিগী প্রয়োজন (পাংথোক্লব তাল্লিব অরোইব পান্দম)দি আবরণ ভঙ্গ (কুপশিল্লিবদু হাংথোকপ)নি অমসুং আবরণ অদু অজ্ঞানগী শক্তিনি। অদুন আবরণ অদু জড় দ আশ্রয় তৌব নত্তে জড়গী অধিষ্ঠান চেতনদ আশ্রিত তৌবনি।

মতৌ অসুম্ন থৌরিগা মান্নব মওং লৌরিব অন্তকরণগী বৃত্তিন কোনশিন্দুন মচেং ওইব গুমথে নাইহল্লিব চেতন অদুমক্ত আবরণ ভঙ্গ ওই। অসুম্ন বৃত্তিদ অদুগুম্ব চিংকী মঙালন শন্দোক্লিব (তারিব)চিদাভাস অদুদ

থৌরিগী মশক ঙাম্লোকই। মরমদি মশান ঙাঞ্জব স্বয়ং প্রকাশতদি আভাসগী উপয়োগ লৈতে। থৌওং অসিগী মপুং ফাব মওংদ তরঙ্গ অসিগী মথা চথরকপদ প্রতিবাদন তৌরক্কনি।

মতৌ অসুম্ন চিদাভাস ক লোইনব অন্তকরণগী বৃত্তি ওইব জ্ঞান্দ বৃত্তিগী শরুক্কী মঙাল ওইব ফল চেতন্দ ওই। মদুদগী সুপ্নগী জড় ওইব থৌরিন বৃত্তি জ্ঞানগী বিষয় ওইব নত্তে। তৌইগুম্বসুং অধিষ্ঠান, চেতনগ লোইনন থৌরিগী আভাস বৃত্তিগী বিষয়নি। মরম অসিন সিদ্ধান্ত গ্রন্থগী কথন ব্রাফমনি মদুদি অন্তকরন্দগী পোকপ বৃত্তিগী সম্পূর্ণ ভ্রম্বু বিষয় ওই।

মতৌ অসুম্ন থৌরিগী জ্ঞান্দগী হন্দোক্লবদ লিলগী অধিষ্ঠান থৌরিন কল্পনম্ব মফমগী চেতনগীসু মাগী মঙালদগী ঙাম্লোরকই। মসিদগী খঙদব ওই মদুদি থৌরিগী জ্ঞানমক লিলগী অধিষ্ঠানগী জ্ঞান্নি অদুদগী লিলবু মুংথংপ (নিবৃত্তি) য়ারিবনি।

থৌরিগী জ্ঞান্ন লিলগী জ্ঞানবু মুথংপ (মাংহনখিব) ওইব য়ারোই বিষয় অসিদ চিংনরব মদুদি মতৌ অসুম্ন থৌরিগী জ্ঞান্দগী লিল মুংখিব ওইথোক্লবসু লিলগী জ্ঞান হন্দোকহনখিবদি ওইথোক্তে। মরমদি লিলগী অধিষ্ঠান (লৈফম) থৌরিন কল্লিব চেতনগী শরুকনি। অমদি লিলগী জ্ঞানগী অধিষ্ঠান সাক্ষী চেতননি।

মথক্ত হায়রিব মওং অসিদ থৌরিগী জ্ঞান্ন থৌরিগী কল্লিব ঙমখৈগী চেতন্ন ওইদে। অদুন থোরিগী জ্ঞান লাক্লবদসু লিলগী জ্ঞানগী লৈফম সাক্ষী চেতনদি খংদ্রি অজ্ঞাত ওইরি অমসুং অজ্ঞাত ওইরিব লৈফমদ ভাবন শারুগ মুথংপ য়াদে। তৌইগুম্বসুং লৈফম অদুমক্ত কল্পনা তৌরম্লিব অদু লৌথোকপদি য়াই মরম অদুন জ্জম সর্প জ্ঞানবু নিবারণ তৌব ওইথোক্তে।

মসিগী সমাধানগী মওংদ হায়রি - মদুদি লিল, লৈত্রবদ লিলগী জ্ঞানসু হন্দোকখি। মরমদি বিষয়গী মথা পোনব জ্ঞাননি। লিলগী মওং ওইব বিষয় মুথংলবমক্ত বিষয় লৈতবন মরম ওইদুন লিলগী জ্ঞানসু মথন্ত মশান হন্দোকচখি।

অদুগ অধিষ্ঠান লৈফমগী জ্ঞান নত্তন ভাবন শাজিনব (কল্পিত)গী হন্দোকখিব ওইব য়াদে লিলগী জ্ঞান কল্পিতনি অমসুং মাগী লৈফম অধিষ্ঠান সাক্ষী চেতননি মাগী জ্ঞান নত্তন কল্পিত লিলগী জ্ঞান মুৎখিব হন্দোকখিব ওইথোক্তে অসুম্ন হায়রবদি -

## শংকাগী সমাধান

মথক্কী চিংনব অসিগী সমাধাননি মদুদি নিবৃত্তি মুৎখিব মখল অনি থোক্ল লৈ -১) অত্যন্ত নিবৃত্তি পুংমুৎ মাংখিব নিবৃত্তি -২) মাগী কারন্দ চংশিনখিবগী মওং ওইব নিবৃত্তি।

কারণগ লোইনন কার্য্যগী নিবৃত্তি (মুৎখিববু)বু অত্যন্ত নিবৃত্তি কৌই। হেক লৈরিব পুক্লিংন শেম্ব পোৎ পুন্নমক্কী হৌরকফমওইব কারন অধিষ্ঠান্দ চংজদুন লৈব অজ্ঞাননি। জ্ঞানগ লোইনন কল্পিত ওইব কার্য্যগী মাংব হায়বসি অধিষ্ঠান খত্তন্দগী ওইব য়াই তৌইশুম্বসুং কারন্দ চংখিবগী মওং ওইব নিবৃত্তিদি অধিষ্ঠানগী জ্ঞান ওইদ্রবসু ওইব য়াই।

মদুদি সুষুপ্তি অমসুং প্রয়লদ পোৎ পুন্নমক অজ্ঞান্দ লুপশিনব লয় ওইব অধিষ্ঠানগী জ্ঞান য়াওদ্রবসু ওইব য়াই। মক্কম অদুদ পোৎ পুন্নমক্কী লুপশিনব লয়দ নিমিত্ত ওইরিবদি মাং-তুং ভোগকী কর্ম লৈতবদগীনি।

মতৌ অসুন্ন লৈফম সাক্ষীগী জ্ঞান ওইদ্রবসু সর্প জ্ঞান মুৎখিব য়াই। মফম অদুদ সর্প জ্ঞানগী মুৎখিবদ সর্প জ্ঞানগী বিষয় ওইব অদুগুম্ব লিল, মদু লৈতব(মুৎপ)মক্ল নিমিত্ত মরমনি।

মতৌ অসুন্ন লিলগী মুৎপ থৌরিগী জ্ঞান্দগী অমদি লিলগী জ্ঞানগী বিষয় লিলগী লৈতবদগী লিল মুৎপ মাংখিব ওই।

থৌরিগী জ্ঞানগী মতমদ সাক্ষীগী ভ্রম্মোকপ ওইরো নত্রগ মদুগী জ্ঞান ওইরো, থৌরিগী জ্ঞান্দগী অনিমক মাংখিব ওই। মরমদি থৌরিগী হকথেংনব জ্ঞান ওইকী মতমদ অন্তকরণগী কাত্তিন মিৎন মরম ওইদুন থোরক্লগ থৌরিগী মফমদ য়োই। মতম অদুদ মাগী মওং থৌরিগী মওং ওইখি। মদুদগী থৌরিবু প্রত্যক্ষ ওইকী মতমদ বৃত্তিউপহিত চেতন অমসুং ব্রহ্মী উপহিত চেতন অনিমক অমত্ত ওইখি মদুদ খেন্নব লৈতে। মসিগী মরমদি চেতনগী স্বরূপত করিগুম্বদ খেন্নব লৈতে তৌইগুম্বসুং উপাধি (ভেদ) খেন্নব ওইবদগী চেতনগী খেন্নন উবনি।

বৃত্তি লোইনরিব চেতন অমসুং থৌরি লোইনরিব চেতনবু খেন্নহল্লিব উপাধি বৃত্তি অমসুং থৌরিনি।

বৃত্তি অমসুং থৌরি তোঙান তোঙানব মফমদ লৈরব অদু ওইরবদি উপাধি য়াওরব চেতনগী খেন্নব ওই। অদুগ উপাধিন মফম অমদ লৈরব অদু ওইরবদি উপহিত চেতনগ খেন্নদে। ব্রাফম অসি বেদান্ত পরিভাষানচিংব গ্রন্থশিংদ বর্ণন তৌরি।

খেন্নব মফমদ লৈব উপাধিখক্তদগী উপহিত চেতনগী খেন্নব ওই অদুগ মফম অমত্তদ উপাধি অনিমক লৈরবসু উপাধি অনিমক্তলোইনরিব উপহিত চেতনসি অমখক্ত ওই।

মতৌ অসুম্ন থৌরিগী প্রত্যক্ষ জ্ঞানগী মতমদ থৌরিদ হুকচিল্লিব উপহিত চেতন অমসুং বৃত্তি উপহিত(লোইনরিব) চেতন অনিমক অমত্তনি। মফমসিদ সাক্ষী চেতন মক্ত বৃত্তি উপহিত চেতননি। মরমদি অন্তকরণ অমসুং মদুগী বৃত্তিদ অদুগুম্ব চেতনখক্ত ঙাম্নোকপ ওইন লৈ। মদুবু সাক্ষী হায়ন কৌনৈ। মতৌ অসুম্ন থৌরিগী জ্ঞানগী মফমদ সাক্ষী চেতন অমসুং থৌরিগা লোইনরিব চেতনগী খেন্নব লৈতে, খেন্নদব ওই।

থৌরিদ মরি লৈনরিব চেতন্ন ঙাম্নোকপ থৌরিগী জ্ঞান্দগী ওই অদুগুম্ন থৌরিদ মরি লৈনরিব চেতনদগী খেন্নদব সাক্ষীগীসু থৌরিগী জ্ঞান্দগী ঙাম্নোকই।

মওং অসুম্ন থৌরিগী জ্ঞানগী মতমদ অথিবান সাক্ষীগী ঙাম্নোকপদ কল্পিত ওইব লিলগী জ্ঞান মুংথিব ঙম্মী।

ত্রিপুটি পুম্মমক্কী জ্ঞান্দগী সাক্ষীগী জ্ঞান ওই মসিদ শন্দোক্ত খংহল্লি মদুদি কুটস্থ দ্বীপত স্বামী বিদ্যারণ্যন মথাগী থৌওং অসি তাকলি। আভাস লোইনব অন্তকরণগী বৃত্তিন ইন্দ্রিন মরম ওইদুন থোরক্লগা চফুনচিংব বিষয়শিং ফোংদোকই। চফুনচিংব বিষয় আভাসন তিল্লব বৃত্তিগী মওং, মদুগী জ্ঞান অমদি আভাসক লোইনব অন্তকরণগী মওং ওইব অখণ্ডব, সত্তা অহুম্মক অসিদ সাক্ষীন ঙাম্নোকপ ওই।

"মসি চফুনি" মওং অসিদ আভাস ক লোইনব বৃত্তিদ সুপ্নগী চফুখক্তগী ঙাল্লি অমদি ঐ " চফুবু খঙই " মওং অসুম্ন ঙাম্নোকই।

ঐ হায়ব ৱাহৈগী অর্থগী অখণ্ডব(জ্ঞাতা), অদুগ খঙ্গদব ওইব চফু ভেয় অমসুং মদু খঙবগী জ্ঞান অহুম অসিগী ঙাম্নোকপ সাক্ষীদগী ওই-

মতৌ অসুম্ন ত্রিপুটি পুন্নমকপু গ্রম্নেক্লিব অদু সাক্ষীনি, মসি লেংদ্রব অচুম্বনি। করিগুম্ব সাক্ষী মশামক জ্ঞাত খঙদব ওইরবদি সাক্ষীদগী ত্রিপুটিগী জ্ঞান ওইদে। মরম অসিদগী ত্রিপুটি পুন্নমকী জ্ঞান্দ সাক্ষীগী জ্ঞান শোইদন চংই, য়াওই।

## সাক্ষীগী জ্ঞান্দগী সপগী জ্ঞান মাহব

সাক্ষী অদুগী জ্ঞান্দগী লিলগী জ্ঞান কোকপ ওইথোকই। মথক্কী মওং অসিদ লিল অমসুং মদুগী জ্ঞানগী লৈনফম তোঙান তোঙান হায়খ্রে। মসিদ চিংনব শেংদোকপ কয়া য়াওখ্রে। মাইকে পক্ষ অসিদ চিংনব অমসুং শেংদোকপগী মওংদ বিবাদ অতোপ্পসু কয়া লৈরি।

হৌজিক লিল অমসুং মদুগী জ্ঞানগী তুংনফম লৈফম সাক্ষীনি বিষয় অসিদ খংহল্লক্লি।

লিল অমসুং মদুগী জ্ঞানগী লৈফম অমখক্তনি মসি পক্ষন হায়রি। মফম অদুদ মপানসী খৌরিগী চেতন্ন লৈরিব, মদুদ লিল অমসুং মাগী জ্ঞানগী অধিষ্ঠানমি হায়বসি য়াদে। মরমদি জ্ঞান হায়দুন লৈরিব পুন্নক অসি প্রমাতা মখ্রগ সাক্ষীদ চংজদুন লৈবনি মপানগী রুপী চেতন্দ চংজদুন লৈবদু জ্ঞান ওইব য়াদে।

লিল অমসুং লিলগী জ্ঞনগী লৈফম (অধিষ্ঠান) অন্তকরণগ লোইনব সাক্ষী চেতনবু য়ারবদি, দেহগী মনুংদ অন্তকরণগী মফমদ লিল উব ওইগাদবনি, থৌরি লৈরিব মফমদ লিল উকপী মরম লৈতে।

করিগুম্ব মনুংদ পোকপ লিলগী মশক মপান্দ উব হায়বসি মায়াগী শক্তিন ওইবনি য়ারবদি আত্মখ্যাতিগী সিদ্ধি ওইগনি।

মতৌ অসিগুম্ন থৌরিদ লোইনরিব চেতন অদু জ্ঞানগী লৈফম ওইদে অমসুং অন্তকরণ- মতৌ অসুন্ন লিল অমসুং মদুগী জ্ঞানগী অধিষ্ঠানসু অমত্ত ওইব য়াদে।

অদু ওইদুনসু থৌরিগা নক্লকন ফংলিব অন্তকরণগী অসি ওইব মতৌ লৈরিব বৃত্তি, মদুদ লৈরিব চেতনগী চংজফম ওইরিব অবিদ্যাদ লিলগী মওং অমসুং মদুগী জ্ঞানগী মওংগী পরিনাম ফংই।

বৃত্তিগ নকশিন্নরিব চেতন্দ লৈব অবিদ্যাগী তমোগুণগী শরুক্ক সপগী উপাদান কারন্নি। অদুগ মদুদ লৈরিব সত্ত্বগুণগী শরুক্ক লিলগী জ্ঞানগী কারন্নি।

লিল অমসুং মাগী জ্ঞানগী বৃত্তি উপহিত চেতনন অধিষ্ঠান লৈফমনি। বৃত্তিন থৌরিগী লৈরিব মফম, মপান্দ য়োৌই। মরম অসিন বৃত্তিগ নক্লরিব চেতনসু মপান্দ থোরকপ মরম্ন লিলগী লৈফম ওইবনি।

অসুক্কী মতিক অন্তকরণগী স্বপ (মশক) ওইব, অদুক্কী মতিক সাক্ষীগীসু স্বরূপ ওই। হকচাংগী মনুংদ লৈরিব অন্তকরণমক্ক বৃত্তি স্বরূপকী পরিনামবু ফংই। মতৌ অসুন্ন বৃত্তিদ নক্লরিব চেতন সাক্ষী ওইবন জ্ঞানগী অশ্রায় চংজফমসু ওই। থৌরিবু মুন্ন খংলবদ থৌরিগী চেতন অমসুং বৃত্তি চেতন অনি অমত্ত ওইখি। মসিদগী থৌরিগী জ্ঞান্দগী লিল অমসুং লিলগী জ্ঞান মুংখিবসু ওইব ঙম্মী।

থৌরি অমত্তগী মফমদ নুপা ১০গী মনুংদ কনান লিল, কনান চৈ,কনান লৈপরেং, কনান লৈক্রক অমসুং কনান ঈশিং চোংপগী মমি অসিনচিংবগী মওংদ তোঙান তোঙান্ন উব থেংনৈ, নপ্রগ পুন্নমক্ক লিল

ওইন উব ওইরবদি অদুগুম্ব মী অদুন থৌরিক্লী অশেংব মশক খঙলবদ মাগী বৃত্তি চেতন্দ কল্পনা তৌরমলিব অধ্যাস (কল্পিত অধ্যাস) নিবৃত্তি ওইখি, মাংখি। অদুগা থৌরিক্লী জ্ঞান লৈতব মহাক অদুগী অধ্যাসতি হন্দোকখিদে। মসিদগী বৃত্তি চেতনমক্ত কল্পিতগী অধিষ্ঠাননি, লৈফমনি। থৌরিনচিংব বিষয়দ লৈরিব চেতন অদু নত্তে।

করিগুম্ব থৌরিদ লোইনরিব চেতনবু লিল চৈশুনচিংকী অধিষ্ঠান লৈফমনি হায়ন লৌরবদি মফম অমত্তদ লৈরিব পোং অদুবু উরিব তোঙান তোঙানব পোং ১০ পুন্নমক অদু অমত্ত ওইন উমিন্নরমগদবনি। অমসুং ঐথেয়গী রীতিদদি মদুগী বৃত্তি চেতন্দ অদুগুম্ব কল্পিত তৌরিব পদার্থ অদুমকপু মহাক অদুন উবনি কনাগুম্ব অতোপ্পন উদে।

মতৌ অসুন্ন মপানগী ওইব লিলনচিংব অমসুং মাগী জ্ঞানগী লোইনব সাক্ষীন হৌফম লৈফম অধিষ্ঠাননি। মংগী পোংশিং অমসুং মদুগী জ্ঞানগীসু অন্তকরণ লোইনব সাক্ষীমক্ত অধিষ্ঠান্নি।

মতৌ অসুন্ন সৎ-অসৎগী (তশেংন লৈব অমসুং লৈতব) দগী পুংতোপ তোপ্প অনির্বচনীয় অবিদ্যাগী পরিনাম (কার্য্য ওইব) অনির্বচনীয় লিলনচিংব অমদি মদুগী শকউৎ প্রতীতি অমসুং খ্বাফম্ অসিবু অনির্বচনীয় খ্যাতি কৌনে।

(শিষ্যন হংলম্মী) হে গুরুদেব অসিগুম্ব মিথ্যাগী শখউৎ ওইব মপাল নাইদ্রব জগৎ অসিগী তুংনফম অধার অমসুং লৈফম অধিষ্ঠান অদু কনানো? মসি তাকপিয়ু।

গুরুন হায় - হে শিষ্য! নংগী নশাগী স্বরুপ হায়বদি ব্রহ্ম স্বরুপত

অজ্ঞানমক্ত মিথ্যা জগৎ অসি উহনবনি। মতৌ অসুম্ন জগৎকী অধিষ্ঠান নত্রগ আধার অদু নংমক্লি। থৌরিবু খংদবদগী মিথ্যা সর্প উব মফম অদুদ মিথ্যা সর্পগী অধার অমসুং অধিষ্ঠান থৌরি ওইবদুন্ন।

মিথ্যা সর্পগী অধিষ্ঠান মরুওইব মুখ্যদ অনিশুব পক্ষদ বৃত্তিগ লোইনব চেতন অমদি প্রথম পক্ষদ থৌরিগা লোইনব চেতন ওইদুনসু করিগুম্ব মাইকে অমত্তুদ থৌরিন অধিষ্ঠান খক ওইদে অদুম ওইদুনসু অহানব পক্ষ দ চেতনদ অধিষ্ঠান ওইবগী উপাধি সর্পনি মসিদগী অপৌব মিৎয়েংদ থৌরিবু অধিষ্ঠান হায়নরুবনি। মিথ্যা সর্পগী অধিষ্ঠান অমসুং আধার থৌরিন ওইবগুম মিথ্যা জগৎকী অধিষ্ঠান অমসুং আধার নংনি।

আত্মাগী সামান্য রূপ আধার অমসুং বিশেষ ওইব মওংন অধিষ্ঠাননি। মতাং অসিদ অথুপ্প অম লৈ মদুদি থৌগী মওংদ সামান্য অমসুং বিশেষ "সামান্য ওইব মওংন ইদং হায়বদি মসি" নি অদুগ থোইদোকপ ওইব বিশেষকী মওংন থৌরিনি।

মসি লিলনি মওং অসুন্ন মিথ্যা সর্পগ খেন্নদব অমত্ত ওইদুন ভ্রান্তিগী মতমদসু লৈব উরিব "মসি" হায়কী মওং সামান্য রূপ অমদি লিলগী ভ্রম তৌব মতমদ উদন লৈরিব তৌইগুম্বসুং মাবু হেক উরকপদ লিলগী ভ্রম কোকখিব ওইগাদৌরব থৌরি অদু বিশেষ ওইব থোইদোকপ মশক্লি।

অসিমক্নুম্ন সামান্য অমসুং বিশেষকী খেন্নবদগী আত্মাগীসু মওং অনি লৈ। মদুদ সতরূপ (অরৈকী মওং) সামান্য অদুগী অসঙ্গতা কূটস্থ, নিত্য, মুক্ততানচিংবন বিশেষকী মওংনি। মরমদি অকুপ্প অপৌকী পুনশিনব মপৈনি অসুম্ন ভ্রম তৌরিঙৈ মতমদসু মিথ্যা ওইব সংঘাত মপৈদগী তোপ্রন্দন লৈব সংকী মওং অদুম উই। মরম অসিন আত্মাগী সৎ স্বরূপ সামান্য রূপনি।

অপৌ-অরুপ (স্থূল সুক্ষ্ম)গী সংঘাৎ মপৈ ওইন খঙদুন ভ্রম তৌরিঙৈ মতমদ আত্মা অসঙ্গ, কুটস্থ, নিত্যমুক্ত ওইব স্বরুপ উদে তৌইগুম্বসুং অসঙ্গনচিংব স্বরুপ আত্মাগী মওং (উব খঙব) ওইরব মতমদ মপৈ ওইব পোৎশক ওইন লান্ন খঙলম্ব ভ্রান্তি মুংখি, হন্দোকখি। মরম অসিদগী আত্মাগী অসঙ্গতা নিত্যমুক্ততা, ব্যাপক্তানচিংব মওংন বিশেষ ওইব অথোইব মওংনি।

ভ্রান্তি ভ্রম তৌব পুন্নমক্ত সামান্য রুপপু আধার (তুংনফম) অদুগ থোইদোকপ (বিশেষ)মওংবু অধিষ্ঠান কৌই। মদুদি লিলগী অশ্রায় (চংজফম) থৌরিগী সামান্য ওইব ইদং (মসি) হায়বমক অসিন লিলগী আধারনি অমসুং থোইদোকপ ওইরিব থৌরিগী মওং অদুন লিলগী অধিষ্ঠাননি। মতৌ অদুগুম্ন মিথ্যা প্রপঞ্চ(সংসার) অসি আত্মাগী সামান্য সৎ ওইব মওংদ প্রপঞ্চগী আধারনি। অদুগ অসঙ্গতানচিংব বিশেষ রুপন অধিষ্ঠাননি।

মতৌ অসুন্ন আধার অমসুং অধিষ্ঠানগী খজিক্ত খেন্নব অসি সর্বজ্ঞত্ব কৌব মুনিন প্রতিপাদন তৌরম্মী।

শিষ্যন ব্রা হংলম্মী - ভগবন! জগতকী আধার অমসুং অধিষ্ঠান আত্মানি। মরম অসিন জগৎকী দ্রষ্টা (অউব) আত্মাদগী তোঙানব অম ওইফম থোক্লা? মদুদি লিলগী আধার অমসুং অধিষ্ঠান থৌরিনি মদুদগী তোঙানব নুপা অমন লিলগী দ্রষ্টা অউব ওই।

গুরুন পাওখুম পীরম্মী - হে শিষ্য! সংসার অসিদ হেক লৈরিব মিথ্যা পুন্নমক অধিষ্ঠানদ কল্পনা তৌশিনব ঙাক্তনি। অধিষ্ঠান মথল অনি থায়দোকই -অমনব চেতন অমসুং অনিশুবন জড়নি। করিগুম্ব জড়দ অধিষ্ঠান

ওইরবদি মদুদ অধিষ্ঠান অদুদগী তোঙানব দ্রষ্টা ওই অমসুংচেতনদ অধিষ্ঠান ওইব ওইরম্লবদি অধিষ্ঠান অদুমক্ত দ্রষ্টা অদুম ওই, মদুদগী তোঙানব অম লৈতে।

মদুদি মঙগী অধিষ্ঠান ওইব সাক্ষী চেতনমক্ত স্বপ্নগী দ্রষ্টা ওই। মতৌ অসিগুম্ন জগতকী অধিষ্ঠান ওইব আত্মামক্ত জগতকী দ্রষ্টানি। চিংনব শেংদোকপ অসি অপৌব মিৎয়েংদ থৌরিবু লিলগী অধিষ্ঠান সাক্ষী চেতননি, অদুগ সিদ্ধান্তগী মত্তদি সর্পগী অধিষ্ঠান সাক্ষী চেতননি, অদুগ মহাকমক্ত দ্রষ্টাসুনি। মরম অসি থংজিল্লিব, কল্পিত পুম্নমকী অধিষ্ঠানমক্ত দ্রষ্টানি।

হে বিদ্বান শিষ্য! মতৌ অসুম্ন নঙোন্দ মিথ্যা সংসারগী অন্নাকগী মশক ওইব অসি ভ্রান্তি মত্তগী উবনি অমসুং মিথ্যা অদুবু নিবৃত্তি মুথৎপগী কনানসু ইচ্ছা তৌদে। অসুম্ন মদুদি কনাগুম্ব বাজীগর (মিত্রং শান্নব) অমন ভাবুক্ত মন্ত্র শক্তিন মখোয়গী মিথ্যা শক্র য়েক্লবদু মিত্রংন উহল্লবদ, মদুদ মী অদুগ মদুবু হাৎনব থৌরাং খক তৌদে মতৌ অদুগুম্ন মসিসু তৌব পামদে। শিষ্যন হংলম্মী - হে গুরুদেব! মহাক্ত তাকপিরি মদুদি নঙোন্দ জগত মিথ্যাগী মওংদ লৈবনি, সত্য রুপ্ত নত্তে, করিগুম্ব মসিন সত্য ওইরব অদু ওইরবদসু হে ভগাবন পোকপ শিবনচিংকগী মশক ওইরব মিথ্যা জগৎ অসি ঐঙোন্দ খক উরোইদব অদুগুম্ব উপায় অদু নহাক্ত তাকপীয়ু।

নহাক্ত হায়বিথি মদুদি মিথ্যাগী মাংহন্নবগীদমক্ত সাধন তৌরোইদবনি মদুসু অচুম্বনি। তৌইগুম্বসুং হে ভগবন! মহাক অদুদ মিথ্যা ওইব পোৎন অন্নাকগী মরম ওইরব মদু মিথ্যা সাধনসু কোকথোকফম থোকই। মদুদি কনাগুম্ব অমন অকিব ফংলব মঙ উরিব(মঙলিব) মঙ অদু মিথ্যা ওইরবস

মদু কোক্লব জপ-পুজানচিংব সাধন কয়া তৌনৈ। মতৌ অদুগুম্ন মিথ্যা সংসার ঐগীদমক্তদি অন্নাকপী মরম ওইদুন লৈরি। মরম অদুন করিনো উপায় অম তৌদুন ঐ মসিদগী নাম্বোকপ পাম্মী। হে গুরুদেব! নহাক্ল ঐগীদমক্ত মদুগী পাম্বেদু তাকপীয়ু। মরমদি নহাক মান্নব কনাগুম্ব অতোম্প সদগুরু অম ঐন উজদে।

গুরুন হায়রকই - হে শিষ্য! নংন অন্নাকপী মশক ওইন উরিব জগাৎ অসিদগী লাম্বেক্লব সাধন হংলিব, মদু ঐন নপ্রেন্দ অহানবমক্তন্দ তাকখরে। নংন মদুমক্ত লেংদব ফিরেপ্ত ব্রাখল থম্মু অদু ওইরবদি জগাৎকী মশক ওইব অন্নাব খজিক ফাওব নপ্রেন্দ পক্লরোই। নশাগী আত্মাগী স্ব-স্বরূপপু খঙদব খক্তন্দগী জগাৎকী মশক ওইব অন্নাব অসি উবনি। মদুমক্তি আত্মা জ্ঞান্দগী মাংখিব ওই। মরমদি অদুগুম্ব পোৎ মদুগী অজ্ঞান্দগী উরম্লিব অদু মদুগী জ্ঞান্দগী মুৎখি। মদুদি থৌরিগী অজ্ঞান (খঙদব)দগী লিল উরম্মী; মদু থৌরিবু খঙবমক্তন্দ মাংখি। মতৌ অদুগুম্নমক আত্মাগী অজ্ঞান্দগী পোক্লকখিব জগাৎ আত্মা জ্ঞান্দগী মুৎখিব ওই। অদুগুম্ব জগাত অদু ঐপ্রেন্দ করিগুম্বদসু লৈতে মরমদি মিথ্যানি। মিথ্যা ওইব অদুগুম্ব পোৎ অদুন অধিষ্ঠানবু শোকহন-মাংহনব খক ঙমদে। মদুদি মরীচিকাগী ঈশিংন লৈমাইবু চোংহনব খক ঙমদে। মতৌ অদুগুম্ন জগাৎকী শকউৎসু মিথ্যানি।

ঐদি সৎ-চিৎ-আনন্দ স্বরূপনি। ঐনমক ব্রহ্মনি। অদুম্ন লেম্পমক জ্ঞান্নি। জ্ঞান অসি মোক্ষগী সাধন্নি। মসি নত্তব করিগুম্ব অতোম্প উপায় অমত্ত লৈতে। নংন মসিন মরম ওইদুন নশাগী ওইব জগাৎকী মশক ওইব অন্নাববু ফুক্তুন মাংহল্লু।

হে শিষ্য! জগতকী উপাদান কারণ অজ্ঞান্নি। নহাক্ত অজ্ঞান অদুবু মাংহল্লবদি জগতকীসু মাংব মশান ওইজে। মরমদি উপাদান য়াওদ্রবদি কার্য (পোৎ)থক লৈহৌদে। অজ্ঞান অদুবু মাংহনব হায়বসি সুপ্নগী জ্ঞান খক্তন্ন ঙম্মী, কর্ম অমসুং উপাসনান থক ওইথোক্তে। মরমদি জ্ঞান অজ্ঞানগী য়োক্লব বিরোধীনি। কর্ম অমসুং উপাসনা অজ্ঞানগী বিরোধী নত্তে। মদুদি য়ুমগী অমম্ব অদু মঙাল নত্তন অতোপ্প করিগুম্ব সাধন অমত্তন মাংহনব থক য়াদে।

হে শিষ্য! ঐন নঙোন্দ পীরিব উপদেশ মসিমক্ত সংসার মাংহন্নবনি নংন মসিবু থম্মোইদ চেংন হাপ্পু, অমসুং মসিদ করিগুম্ব অতোপ্প চিংনবশিং লৈরবদি ব্রাহং হংদুন মদুগী চিংনব কোকপ ওইয়ু।

শিষ্যন হায় হে ভগবন! গুরুন তাকপিরিব ব্রাফম অচুম্বনি লৌজে। নহাক্ত তাকপিরি মদুদি জগৎকী কারণ অজ্ঞাননি, মদুবু মাংলবদ জ্ঞান্ন মরম ওইদুন জগৎ পুক্লিংদগী মাংখি। জ্ঞান অদুগী স্বরুপ নহাক্ত তাকপিখি মদুদি জগত মিথ্যানি অমসুং জীব আনন্দ নুঙাইকী স্বরুপ অমদি ব্রহ্মগ অভিন্ন(খেন্নদব)নি। অসুম্ন নিশ্চয় তৌববু জ্ঞান কৌই। ব্রাফম অসিদগী জগৎ মিথ্যানি অমসুং জীব আনন্দ স্বরুপনি হায়বসিদি ঐন খঙজরে। তৌইগুম্বসুং জীব ব্রহ্ম অনি অসিবু অমত্তনি হায়বসিদি ঐ লৌশিঙ্গব ঙমদ্রি। মরমদি জীব-ব্রহ্মগী খেন্নব ফোংদোকপগী চিংনবন ঐগী থম্মোইদ ঙাম্মোক্তুন লৈরি। ব্রহ্ম অমসুং ঐগী স্বরুপ্ত অমগ অমগ খেন্নব ওইবন মরম ওইদুন ব্রহ্মদ ঐগী অমত্ত ওইব ভাব অদু অসিদ্ধ ওইদুন লৈরে।

হে ভগবন! ঐদি পাপ পুণ্যগী কর্তানি অমদি মদুগী পোকপ শিবনচিংব অৱা-নুঙাইগী মশক ওইব মহৈসু পুদুন লৈরি। ঐঙোন্দ মখল

মথাগী জগৎকী শকউৎ উরি অমদি জগতকী কারণ ওইব অদুগুম্ব অজ্ঞান মদুবু ঐন মাংহন্‌নিংকী ইচ্ছা তৌদুন লৈরি।

অদুগ ব্রহ্মদ পাপ পুণ্য জন্ম-মরণ অৱা-নুঙাই অমদি করিগুম্ব মথল অমত্তগী ক্লেশসু লৈতে। মঙ্গেন্দ জ্ঞানগী অপাম্বসু লৈতে। মতৌ অসুম্ন ঐগী স্বরূপ ব্রহ্মগী স্বরূপগী ওন্ন-তৈনন খেন্নে। মরম অসিন অনি অসিগী অমত্ত ওইবসু ওইব য়াদে।

পোকপ-শিবনচিংব সংসার পরমার্থ ওইকী মওংদ ঐগ্রেন্দ লৈতব ওইরবসু মিথ্যা ওইব পোকপনচিংববু উকী ঐঙ্গেন্দ ভ্রম কোক্তন লৈরি। মরম অসিন ব্রহ্মদ অমসুং ঐঙ্গেন্দ খেন্নবশিং অসি লৈবন মরম ওইদুন অমত্ত ওই হায়বসি য়াব ঙমদ্রি।

হে গুরুদেবা ঐগী অতোপ্প চিংনব অম লৈরি মসিসু নহাক্ত তাকপীয়ু। মদুন জীব ব্রহ্মগী (একতা) অমত্ত ওইবনি হায়ন লেপকদববু ঙমহন্দ্রিব চিংনবদু হায়জগে। নহাক্ত মসিবু কোকহনবীরম্মু। বেদদ হায়রিব মদুদি বুদ্ধিগী মশক ওইব উপাল অমদ উচেক অনি তোংলি মথোয় অনিমক চপ মান্নে। অনিগী মরক্ত অমদি কর্মগী ফল ভোগ তৌই অমসুং অম অদুন শুদ্ধ স্বরূপনি ভোগ তৌদে, অসঙ্গ অমসুং ভোগ তৌরিব অদুগী প্রকাশ (ঙাম্নেকপীবনি)। অনি অদুগী মনুংদ ভোগ তৌরিব অদুবু জীব অমসুং অম অদুবু ব্রহ্মনি লৌনে। মসিনসু অনিগী অমত্ত ওইববু য়াব ঙমদে।

বেদদ মথল কয়াগী কর্ম উপাসনানচিংব হায়রি। মদুশিং অদু জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইবনি হায়বসি য়াব তারবদি অরেম্ব তাগনি। মরমদি নহাক্ত জীব ব্রহ্ম অমত্তনি তাকপীরি। মদু ব্রহ্মদ জীবকী স্বরূপকী অন্তর ভাব ওইন হায়রিব্র? নত্রগ জীবদ ব্রহ্মগী স্বরূপ্ন অন্তর ভাব ওইন হায়বীরিব্র?

করিগুম্ব ব্রহ্মদ জীবকী স্বরূপ্ন (চংদুন তিনশিনব) অন্তর ভাব ওইন হায়বিরবদি জীবকী ব্রহ্মরূপ ওইবদগী অধিকারী লৈতব ওইরমগনি, মদুদগী কর্ম উপাসনানচিংব কান্নদব ওইরগনি অমসুং জীবদ ব্রহ্মন তিনব ওইরবসু মদুবু উপাসনা তৌনব হায়রিব উপাস্যগী অভাব (লৈতব) ওইরগনি অদু ওইরবদি মদুদগীসু উপাসনা কর্ম কান্নদব ওইরগনি অমদি কর্মগী পলবু পীবিরিব পরমাত্মাগীসু অভাব (লৈতব) ওইরগনি।

অদুগ কর্মমক ঈশ্বরনি, মশামক্তগী ফল মহৈ ওই, হায়রবসু নাতে চাব ওইদ্রি মরমদি কর্ম জড় (জ্ঞান য়াওদব)নি। ফল পীনবগী মপ্রেন্দ তৌওম্ব সামর্থ লৈতে। মসিদগী ব্রায়েইব ওম্মী মদুদি কর্মগী মহৈ পরমাত্মাখক্তন্দ পীবনি। মতৌ অসুম্ন ব্রহ্ম অমসুং জীববু অমখক্তনি হায়ব ব্রাফমসি য়াব ঙমদে।

(গুরুন হায়) হে শিষ্য! নপ্রেন্দ অদুগুম্ব চিংনবশিং লৈরিব অদু মতৌ অসুন্ন নিবারণ তৌব য়াই, হায়ব বিচার অদু নংগী নফমদ হায়গে। মদুবু নহাক্ত পুক্লিং লূপ্ন তাব ওইয়ু।

মদুদি আকাশকী থেন্নব মখল মরিনি - ঘটাকাশ (চফুগী মনুংদ য়াওব আকাশ) জলাকাশ (ঈশিংগী মনুংদ য়াওব আকাশ), মেঘাকাশ (লৈচিনগী মনুংদ লৈব আকাশ) অমসুং মহাকাশ (অচৌব আকাশ)। মতৌ অসিগুম্ন চেতন জ্ঞানগীসু মরি লৈ মদুদি কূটস্থ, জীব, ঈশ্বর অমসুং ব্রহ্ম। থেন্নব মরি অসি আকাশকা মান্নে।

হে শিষ্য! নহাক্ত মখোয়শিং অসিগী স্বরূপপু ফজন খঙলব মতমদুদ নহাক্কী চিংনরিবদুগী সমাধান মশান ফংজরগনি। মরম অসিন ঐন

মখোয়গী মশক স্বরূপ হায়গে। মসি তারা চিংনব পুম্ব কোতুম পোকপনচিংব অব্বাবশিংবু মাংহনব জ্ঞান নজেন্দ লৈব ওইরগনি।

হে শিষ্য! ঈশিংন থন্ন য়াওরব চকু অমবু অহাংব পীরিব আকাশ অদুবু পণ্ডিৎশিংন ঘটাকাশ কৌনে। ঈশিংন থন্ন য়াওরব চকুমনুংদ থব্বানমিচাক্লচিংকা লোইনন অহাংকী অদুগুম্ব মমি অম উরিব প্রতিবিম্ব অদু অমসুং ঘটাকাশ অনি অসি পুল্লগ জলাকাশ কৌনে।

আকাশকী করিগুম্ব মমি হায়ব লৈতে সুপ্লগী থব্বানমিচাকনচিংবশিংগীত লৈবনি। মরমদি আকাশকী করিগুম্ব মশক মওং লৈতে অমসুং মমি তারিবশিং অদু মশক নাইব পোংশিংখক্তগীনি। মরম অদুন আকাশকী প্রতিবিম্ব লৈব য়াদে হায়নন কনাগুম্বন চিংনরবদি চিংনব অদুগী সমাধান মখাগী অসিদ তৌরি।

করিগুম্ব ঈশিংদ আকাশকী প্রতিবিম্ব তাদ্রবদি ঈশিং খর খক্তন্দ মীওইবন অরুব, পাকচাওবনচিংব (মরিমান) উরিব অদু উরগ্লোইদবনি। মরম অদুদগী আকাশকী প্রতিবিম্ব লৈ হায়বসি নাতে চাব ওই। অদুগ মশক লৈতব পোংকী প্রতিবিম্ব লৈতে হায়কীসু নিয়ম লৈতে। মরমদি মশক লৈতব শব্দ (খোঞ্জেল)গীসু প্রতিধ্বনি লৈরি, মদু মাগী প্রতিবিম্বনি। মতৌ অসুম্ন মশক মওং লৈতব আকাশকী প্রতিবিম্বসু লৈ হায়ব খণ্ডনে।

লৈচিম্ন কল্লিব আকাশকী অহাংব মফম অদু অমসুং লৈচিলগী ঈশিংদ তারিব আকাশকী প্রতিবিম্ব অনি অসি পুল্লগ মেঘাকাশ কৌই।

করিগুম্ব চিংনরব মদুদি লৈচিন্দি আকাশত লৈবনি, মদুদ ঈশিং অমসুং আকাশকী মমি উরুবসু নত্তন করম খণ্ডগদৌরিবনো। মসিদ মখাগী অসুন্ন সামাধান তৌরি।-

লৈচিন্দ ঈশিং অমসুং আকাশকী প্রতিবিম্ব প্রত্যক্ষ ওইদ্রবসু অনুমান্দগী খণ্ডব ঙম্মী।

লৈচিন্দগী নোং (ঈশিং) তাই, মসিদগী অনুমান ওই মদুদি লৈচিন্দ ঈশিং য়াওরি। করিগুম্ব মদুদ ঈশিং য়াওরমদ্রবদি নোং খক তারকপ য়ারোই। লৈচিন্দ ঈশিং লৈ মদুদ আকাশকী প্রতিবিম্বগা লোইনদ্ন, মরমদি আকাশকী প্রতিবিম্ব য়াওদন ঈশিং লৈব য়াদে। মরম অসিন লৈচিন্দ লৈরিব ঈশিং আকাশকী প্রতিবিম্বগা লোইনবনি। মতৌ অসুম্ন লৈচিলদ ঈশিং অমসুং আকাশকী প্রতিবিম্বগা অনুমান ওই। লৈচিলদ ঈশিং অমসুং আকাশকী প্রতিবিম্ব অনি অসি মেঘাকাশ কৌনে।

মনুং অমসুং মপাল মফম পুম্নমক্ত অমত্ত ওইন শিন্দুংন শন্দোক্লিব আকাশকী স্বরূপনি মসিবু অঙকপ বুদ্ধি লৈব জ্ঞানীশিংনে মহাকাশ হায়ন কৌনে।

হে শিষ্য! মথক্ত আকাশকী মখল মরিগী লক্ষণ হায়খরে। হৌজিক চেতন (অখণ্ড শক্তি জ্ঞান) গী মখল মরিগী লক্ষণ অমুক তারো। মসিবু তারগা বিচারগী ফলগী মশক ওইব জ্ঞানবু ফংব ওই।

বুদ্ধি নম্রগ ব্যষ্টি অজ্ঞানগী অধিষ্ঠান ওইরিব চেতনবু কুটস্থকৌনে। নাকল পক্ষ অদুদ চেতনবু কুটস্থ কৌরিব অদুগুম্ব নাকল অদুদ বুদ্ধিগী অধিষ্ঠান কুটস্থনি হায়খিবনি।

অদুগুম্ব নাকলদ চেতন জীবন ব্যষ্টি অজ্ঞানগা লোইনরিব অদুগুম্ব নাকল অদুদ ব্যষ্টি অজ্ঞানগী অধিষ্ঠান কুটস্থ কৌনে।

লৈমাই অসিদ সিদ্ধান্ত অসি লৈ মদুদি জীবগী বিশেষনগী অধিষ্ঠান কূটস্থ কৌই কূটস্থ অদু অজন্মা পোক্তবনি। হায়বগী অর্থদি অসিনি মদুদি ব্রহ্মদগী তোঙান চিদাভাস পোকপগুম মসি পোক্তে মসিদি ব্রহ্মগী মশকমক্রি। মতৌ অদুগুম্ন মদুদি ঘটাকাশ মহাকাশদগী তোঙানব অম নত্তে তৌইগুম্নসুং মহাকাশকী মশকমক্রি।

কূটস্থ অসিমক আত্মা পদগী লক্ষার্থনি অমসুং মসিমক খুদিংমক্কী (প্রত্যক) মশাগী মশক, (নিজরূপ) অমদি জীব সাক্ষী হায়ন কৌনে।

মথল মথাগী ওইব অপাম্ব অমসুং কর্ম তৌরিব বুদ্ধিদ তারিব চেতনগী প্রতিবিম্ববু জ্ঞানীজন খিবিক্ল জীব কৌনে। মদুদ সুপ্নগী প্রতিবিম্ব খক্তবু জীব কৌব নত্তন, ঘটাকাশক লোইনব আকাশকী প্রতিবিম্ববু জলাকাশ কৌথিব অদুগুম্ন বিম্বগা লোইনব কূটস্থ চিদাভাসবু জীব কৌবনি। মসিদগী খঙব ওমলে মদুদি বুদ্ধিদ লৈরিব (য়াওরিব) চেতনগী প্রতিবিম্ব মমি (চিদাভাস) অমসুং বুদ্ধিগী (কাইদোংফম ওইরিব) অধিষ্ঠান অনিমক অসিবু জীব হায়বনি।

মথক্ত বিম্ব হায়বদি কূটস্থগা লোইনব আভাসপু জীবনি তাকথি। মসিদগী অসুম্ন খঙব য়াই মদুদি বুদ্ধিদ য়াওরিব প্রতিবিম্ব অসি কূটস্থগীনি। মপানগী ব্রহ্ম চেতনগী নত্তে। মরমদি মদুগী প্রতিবিম্বন তারিব মদুবু বিম্ব (মমি) কৌই। মরম অসিন কূটস্থবু বিম্ব হায়ন মহাক্কী প্রতিবিম্বনি হায়বসি খঙনে।

করিগুম্ব অঙাংব অচৌব লৈ অমগী মথক্ত অঙৌব স্ফটিক মনি থম্নবদি মনি অদু ঙাংন উই। মদুদ ঙাংলিব অঙাংব লৈগী প্রতিবিম্বনি।

অদুমক্কুম্ন কুটস্থদ চংজদুন লৈরিব বুদ্ধিদ কুটস্থগী মঙালন ঙাল্লি। স্ফটিকন থোইদোক্ল মত্তব অরুংব ওইশ্রব বুদ্ধিসু থোইদোক্ল অশেংব পোৎনি। মরমদি বুদ্ধি সত্বগুণগী কার্য্যনি। মরম অসিন কুটস্থগী মঙালবু প্রতিবিম্ব কৌই।

নক্রগ ব্রহ্ম চেতনগী প্রতিবিম্বনি। চক্ষুগী ঈশিংদ মহাকাশকী প্রতিবিম্ব লৈ মনুংগী আকাশকী নত্তে মরমদি ঈশিংদ অদুক্কী মতিক লুথন উথরিব অদুক লুথন চক্ষু মনুংগী আকাশত লৈতে লুথন অমসুং তাম্ন উথরিব গম্ভীরতা অদু মপালগী আকাশকী প্রতিবিম্বনি।

শিঙ্খুংন শব্দোক্লিব চেতনগী প্রতিবিম্ব লৈফম থোক্তে হায়ন মথক্ত চিংনখিব অদু আকাশকী দৃষ্টান্তদগী কোকপ ওই। মদুদি শিঙ্খুংব আকাশকী প্রতিবিম্ব লৈব অদুমক্কুম্ন শিঙ্খুংব চেতনগী প্রতিবিম্বসু লৈ।

অসুম্ন হায়ব মদুদি মশক নাইব পোৎকী মশক নাইব পোৎতদ মমি লৈ হায়বসি সঙ্গত নত্তে। মরমদি মশক লৈতব আকাশত প্রতিবিম্ব লৈ। মসি মমাংদ হায়খ্রে, মসিদগী চেতনগী প্রতিবিম্বলু লৈ হায়বসি সিদ্ধ ওই।

মতৌ অসুম্ন বুদ্ধিদ তাব আভাস অমসুং বুদ্ধিগী অধিষ্ঠান ওইরিব চেতন অনি অসিবু জীব কৌই। জীব অদু ত্বংপদগী বাচ্য অমসুং মদুদ চিদা ভাস থাদোক্লল্লগা লৈহৌরিব কুটস্থ মদুন ত্বংপদগী লক্ষ্য হায়ন কৌই। অহং শব্দগী বাচ্যসু জীবনি অমসুং সুপ্নগী কুটস্থন অহংশব্দগী লক্ষ্যনি।

চিদাভাস অমসুং কুটস্থ অনি অসিগী মমি জীবনি। অদুম ওইনমক জীব ওইব মতৌ জীবত্বগী ধর্ম পুম্নমক অভাসত লৈ। পাপ-পুণ্য অমদি

পাপ পুণ্যগী ফল অৱা-নুঙাই, লোকশিংদ চৎপ অমদি লোক অসিদ লাকপনচিংব পুন্নমক অসি আভাসক লোইনব বুদ্ধিন তৌবনি। কুটস্থদি তৌদে কুটস্থদদি সুপ্নগী ভ্রান্তিদগী উব থক্তনি (সিনেমাগী পদারগুম্বনি)।

ভ্রান্তিদ উরিব অদুসু বুদ্ধিগ লোইনব আভাস থক্তগীনি কুটস্থগী নত্তে। মরমদি কূট য়োৎশাকগী নুংফালগী মতৌগুন্ন কাইদ-হোংদব মওংদ লেংদন লৈবদগী কুটস্থ কৌবনি।

নম্রগ কূট হায়বদি মিথ্যা বুদ্ধি অমসুং চিদাভাসত নপশিন্নদব অসঙ্গ ওইন লৈব মদুবু কুটস্থ কৌনৈ। মরম অসিদগী ভ্রান্তিনচিংব কুটস্থদ ওইব নত্তে চিদাভাসত ওইবনি। করিগুম্ব থোইদোক্ন কুম্প বিচারদ য়েংলবদি পুণ্য-পাপ, অৱা-নুঙাই অমদি লোকান্তরদ চৎথোক-চৎশিন তৌরিবসি সুপ্নগী বুদ্ধি থক্তদ তৌবনি আভাসতসু নত্তে। আভাসতদি বুদ্ধিগী তিন্নব (সংয়োক্ত)দগী ওইরুবনি।

ঈশিং য়াওরিব চফু পৈন-য়ুংন লৈরবসু অমদি থাংদোক-থাংজিন তৌবদসু মাগী সম্বন্ধ (মরি লৈনবদ)দ ব্যোম আকাশকী আভাসন ক্রিয়াশিং পুন্নমক তৌই; মশান মনিং তম্ন করিগু তৌদে। মতৌ অদুমক্তুন্ন কাম্য কর্মগী মশক ওইব ঈশিংন থল্লব চফু পাপ-পুণ্যনচিংকী বিকার পুম্ব থারণ তৌই, কুটস্থন তৌদে। মরমদি মহাকতি বিচার অমত্ত লৈতবনি।

হে শিষ্য! ঈশিংন থন্ন য়াওরব চফুগী বিকার লৈত্রব ঘটাকাশকী মতৌগুন্ন নহাক কুটস্থনি খঙউ। মসিদগী জীবত্বগী ধর্ম অসি চিদাভাসতগীনি অদুম ওইনমক অজ্ঞান্ন মরম ওইদুন কুটস্থদ ওইন উবনি। মতৌ অসুম্ন বুদ্ধিদ য়াওরিব (লৈরিব) চিদাভাসপু জীব অসুম্ন কৌনবনি।

জীবকী অসিগুম্ব স্বরুপ অম হায়খিব মসিদ প্রাজ্ঞকী হানি (অমাংব) ওইগনি মরমদি সুষুপ্তিগী অভিমানী জীব প্রাজ্ঞ কৌই- সুষুপ্তি অদুদদি বুদ্ধি লৈতে। মসিদগী বুদ্ধিদ আভাসসু তাব য়াদে। মরমদি মদুদগী প্রাজ্ঞগী প্রতিপাদক শ্রাস্ত্রকা বিরোধ ওইগনি। মরম অসিন জীবকী স্বরুপ অতোপ্প অমসু প্রতিপাদন তৌরি।

অজ্ঞানগী শরুকপু ব্যষ্টি অজ্ঞান কৌনে অমসুং অজ্ঞান অপুম্ববুন সমষ্টি অজ্ঞান হায়নে। অজ্ঞান অদুগী অংশদ চেতনগী অদুগুম্ব মমি আভাস অমসুং অজ্ঞানগী শরুকী অধিষ্ঠান অদু কুটস্থনি। অনি অসিবু জীব পাদ কৌনে। মরম অসিদগী প্রাজ্ঞগী অভাব (লৈতব)ওইদ্রে। মরমদি সুষুপ্তিদ অজ্ঞান লৈ। সুষুপ্তিদ চেতন প্রতিবিম্বকা লোইনব অদুগুম্ব অজ্ঞানগী অংশ অদু বুদ্ধিরুপ ওইন ফংখরে। অমদি চেতনগী প্রতিবিম্বকা লোইনবমক ওইখরে।

অদুগুম্ব চিদাভাসক লোইনব বুদ্ধিদ পুণ্যনচিংব সংসার অসি উব ওই। ব্রাফম অসিদগী করিগুম্ব শাস্ত্রশিংদ বুদ্ধিমকপু জীবত্ব ওইবগী উপাধিনি হায়বনি অমসুং বিচারগী মিৎয়েংদ য়েংলবদি জীবত্বগী উপাধিদি অজ্ঞাননি।

## ঈশ বর্ণন

মায়াদ চেতনগী ছায়া মমি হায়বদি আভাস অমসুং মায়াগী অধিষ্ঠান চেতন অনিমকপু পুন্ন ঈশ্বর কৌই। ঈশ্বর অসি মেঘাকাশকী মতৌগুম্বনি অমসুং অন্তর্যামীনি মরমদি পুন্নমকী মনুংদ থোইনসিন পীদুন লৈ।

ঈশ্বর মতম পুম্বদ মুক্ত মনিংতম্বসু ওই। মরমদি মাদি মাগী স্বরুপ্ত অবরণ লৈতবন শিবনচিংব শকউৎ লৈতে। মরম অসিন ঈশ্বরগী মতম

পুম্বদ নিংতমদুন লৈব সিদ্ধ ওই।ঈশ্বর সর্বজ্ঞনি। মহাক্ল পোৎ পুন্নমক্কী ফিভম লোইন খঙবনি। মদুগী মরমদি মাযাদ শুদ্ধ সত্বগুণ ওইবননি।

সত্বগুণ অদু তমোগুণ অমসুং রজোগুণন নমথব ঙমদে থোইদোক্ল তমোগুণ অমসুং রজোগুণবু মশামক্ল লাকশিনব ঙম্ব ওই। অসিগুম্ব শুদ্ধ সত্বগুণ অসিদগী জ্ঞান পোক্লকপনি মরম অসিন মঙাল মাগী হৌনশা স্বভাবনি। অসিগুম্ব সত্বগুণ্ন তিল্লব মায়াদ অদুগুম্ব আবরণ (কুশিনব) ওইথোক্তে মরম অসিন মহাক মুক্ত অমসুং সর্বজ্ঞ ওই।

অধিষ্ঠান ওইরিব চেতন অসিদি জীব অমসুং ঈশ্বর অনিমক্তে বন্ধ মোক্ষগী খেন্নব লৈতব মওংদ লৈ।

আকাশকী মতৌগুম্ন একরস ওইবনি তৌইগুম্বসুং শরুক অংশদ বন্ধ মোক্ষগী মওং ওইবনি। অধিষ্ঠানদ আভাসপু (ভ্রান্তি) ভ্রমদগী উবনি মরম অসিন সুপ্নগী আভাস খক্তন্দ বন্ধ-মোক্ষ লৈবনি। মসিদ সুপ্নগী খেন্নবদি আভাস অদুদ আবরণ লৈরবদি মদুদ বন্ধ লৈ অমসুং মদুদ স্বরূপকী আবরণ ওইরবদি মদু মুক্তনি।

## ঈশ্বরদ আবরণ লৈতব

ঈশ্বরদ আবরণ (কুপশিনব খনজিনব) লৈতে। মরম অসিদগী ঈশ্বর মতম পুম্বদ মনিংতম্ব মুক্তনি। অমসুং জীবদ আবরণ লৈ মরম অসিন জীব বন্ধন লৈবনি। মরমদি অদুগুম্ব অবিদ্যাগী অংশদ চেতনগী আভাসবু জীব কৌবনি, অদুগুম্ব অবিদ্যাগী স্বভাব অদুমক আবরণ তৌনবনি।

অবিদ্যা অজ্ঞান অমসুং মায়া পোৎ অমগী মমিংশিং ওইরবসু শুদ্ধ সত্বগুণন প্রধান(মপুং) ওইবদগী মাবু মায়া অমসুং মলীন সত্বগুণ (য়ানশিন্নরব)ন প্রধান ওইকী মওংবু অজ্ঞান নত্রগ অবিদ্যা কৌনবনি।

রজোগুণ অমসুং তমোগুণগ্ন নমহৎলব সত্বগুণ অদুবু মলীন সত্বগুণ কৌই। মসিগী তমোগুণ অমসুং রজোগুণন হেন্ন লৈব ওইবদগী অবিদ্যাদ জীবকী অদুগুম্ব আভাসকী শরুকশিং লৈ। মদুদগী জীবদ বন্ধনশিং লৈরিবনি অমসুং ঈশ্বরদি মুক্ত ওইদুনত লৈ।

অধিষ্ঠান চেতনগ লোইনন,মায়াদ আভাস তারিব মওং ঈশ্বরবু 'তৎপদ' বাচ্য (তৎ ৱাহৈন খঙনব) অদুগ সুপ্নগী অধিষ্ঠান ওইরিব চেতন অদুন তৎপদগী লক্ষ্য (পান্দম পঙ্হুংনি)। শাস্ত্র পুন্নমক্ত হায়রি মদুদি ঈশ্বরমক্ল জগৎকী পোকপ, য়োকপ, ভাকপ অমসুং থুপচিনব তৌই। মসিগী অভিপ্রায়দি চেতনগী শরুক্তি আকাশকী মতৌগুম্ন অসঙ্গ (নপশিন্নদব)নি অদুগ আভাসকী শরুক্ল জগতকী পোকপনচিংব তৌই। মদুসু সুপ্নগী আভাসকী শরুকখক্তন্দ তৌবনি। মতৌ অসুম্ন অদুগুম্ন লৈরিব ঐশ্বর্য্য পুন্নমক অদু আভাসত ওইবনি অদুগ চেতনগী শরুক্তি একরস ওইন লৈবনি। মসিদদি সুপ্নগী লৈব সত্তা স্ফুর্তি পীব নত্তন অতোম্প ঐশ্বর্য্য য়াওদে।

ব্রহ্মাণ্ডগী মনুং অমসুং মপান্দ আকাশকী মতৌগুম্ন থন্ন লৈরিব চেতন মদুবু ব্রহ্ম কৌই। ব্রহ্ম অসি নক্লসু লৈতে লাপ্নসু লৈতে। মরমদি অদুগুম্ব পোৎ অদু মডোন্দগী তোঙানব অমদি মফমগী মশক ওইব উপাধি লৈব ওইরব মহাক অদুগী নকপ অমসুং লাম্প লৈ।ব্রহ্মদ খেন্নব অতোম্প লৈতে থোইদোক্ল পুন্নমক্তী আত্মা (মশা)ওইব অমদি মফম দেশনচিংব উপাধিশিং য়াওদবনি। মরম অসিন নকপ নল্লগ লাম্প হায়ব য়াদে।

অদুম ওইনমক ব্রহ্ম শব্দগী ৱাচ্যসু সোপাধিকনি, মরমদি ব্যাপক শিঙ্খুংন শন্ন লৈব পোৎপু ব্রহ্ম হায়বনি। অদুম ওইনমক সাপেক্ষিক অমসুং নিরপেক্ষিক মওংদ ব্যাপক ওইব মতৌ অনি থোক্ল লৈ।

অদুগুম্ব পোৎ অদুন করিগুম্ব পোৎ অমগ য়েংনবদ ব্যাপক ওইব অদুগ অতোপ্প করিগুম্বগ য়েংনবদদি ব্যাপক ওইদব মদুদ আপেক্ষিক ব্যাপকতা ওই। মদুদি মায়া অসি পৃথিবীনচিংকা য়েংনবদ ব্যাপক ওই চেতনগ য়েংনবদদি ওইদে। মতৌ অসুম্ন মায়াদ আপেক্ষিক ব্যাপকতা ওই।

অদুগুম্ব পোৎ অদুন পুম্নমক য়েংনবদ ব্যাপক ওইরব মদুদ লৈরিব ব্যাপক অদু নিরপেক্ষিক ব্যাপকতা কৌই। হায়রিবা নিরপেক্ষিক ব্যাপকতা অসি চেতন্দ লৈ। মরমদি চেতনগ মান্না নত্রগা চেতন্দগী হেনবা অতোপ্পা করিগুম্ব ব্যাপকতা অমত্ত লৈতে। অদুন চেতত্তন সবি ব্যাপকনি মরম অদুদগী চেতন্দ নিরপেক্ষিক ব্যাপকতা ওইবনি।

ব্যাপকত্তা মখল অনি অসিগ লোইনন লাব অদুগুম্ব পোৎ অদু ব্রহ্ম শব্দগী বাচ্যানি। তৌইগুম্বসুং ব্যাপকতা মখল অনিমক কায়াবিশিষ্ট চেতনদ লৈ, মরমদি বিশিষ্ট ও অদুগুম্ব মায়াগী শরুক অদুদ আপেক্ষিক ব্যাপকতা নি অদুগা চেতনগী শরুক্তন নিরপেক্ষিক ব্যাপকতা লৈ। মায়া বিশিষ্ট চেতন্দ নিরপেক্ষিক ব্যাপকতা ওইদে মরমদি মায়া হাযবসি চেতনগী মফম অমত্তদ লৈজবনি। অদুগুম্ব মায়া গ লোইনব মায়া বিশিষ্ট চেতন্দগী শুদ্ধ চেতনগী ব্যাপকতা ন হেল্লি। মরম অসিন শুদ্ধ চেতন্দ নিরপেক্ষিক ব্যাপকতা ওইরিবনি। অদুম ওইদুনসু মায়া বিশিষ্ট চেতন্দসু অদুগুম্ব চেতনগী শরুক অদু লৈরিবা মদুবু নিরপেক্ষিক ব্যাপকতানি খঙগদব ওই।

মতৌ অসুম্ন মায়া বিশিষ্ট মক ব্রহ্ম শব্দগী বাচ্যনি অমসুং শুদ্ধ চেতনবুন ব্রহ্ম শব্দগী লক্ষনি। মরম অদুদগী ঈশ্বর শব্দ অমসুং ব্রহ্ম শব্দ অনিমক্কী অর্থ মান্নবমকুম ওই, তোঙানব খেন্নব অর্থ নত্তে।

অদুগুম্ন অয়াম্ব মফমদ লক্ষার্থগী খংবহনববু উংপ অমসুং করিগুম্ব মফমদন বাচ্যার্থবু হায়রিব মদু ব্রহ্ম শব্দগী স্বভাবনি অমদি অয়াম্ব মফমদ ব বাচ্যার্থবু খংহল্লিব অদুন ঈশ্বর শব্দ অসিগী স্বভাবনি, অনি অসিদ খেন্নব খজিক্তং অসিনি। মরম অসিদগী লক্ষার্থবু লৌদুন ব্রহ্ম শব্দগী তোঙানব অর্থ নিরুপণ তৌবনি।

চেতনগী মখল মরিখক হায়খিব মদুদ জীবগী স্বরুপ্ত অদুগুম্ব মিথ্যা আভাসকী শরুক য়াওরিব; মদুনি পাপ পুণ্য তৌরিব অমসুং মদুগী মহৈ চারিব অদুগ কুটস্থ চেতন জীবদি শিবরুপ অমসুং কল্যানগী মশক্তি। মসিদগী অহানবদ অদুগুম্ব চিংনব শংকা লৈরিব মদুদি বুদ্ধিগী মশক ওইব উপালদ অদুগুম্ব উচেক অনি তোংলিব অদুদ অমন পরমাত্মনি অমসুং অতোপ্প অদুন জীবনি। মদুগী পাওখুমনি মদুদি মদু পরমাত্মা অমসুং জীব ওইন লৌব নত্তে, আভাস অমসুং কুটস্থ ওইন লৌবনি মদুদ কুটস্থ প্রকাশমান (ঙাম্নোকপীব)নি আভাসন ভোগতা ওইবনি। আভাসন কর্ম তৌই অমসুং ফল চাই চেতনদি তৌদে। জীবগী স্বরুপ মশক্ত অদুগুম্ব মমি- চিদাভাসকী শরুক (অংশ) লৈরিব মদুন কর্মগী - কর্ম (তৌব) কর্ত্তানি। অমসুং মদুবু ছায়া -মমি-ঈশ্বরগী আভাস (অংশ) শরুক মরু ফল পীবনি। মতৌ অসুম্ন ছায়া (মমি) ব্রাহৈগী দেহলী দীপক ন্যায়দগী মাইকৈ অনিমক্ত সম্বন্ধ ওইব মদুদি ছায়া কর্মী, অমসুং ছায়া ফল পীব, মসিদগী সিদ্ধ ওই মদুদি জীবগী স্বরুপ্ত চংদুন য়াওরিব আভাসন পুণ্য পাপ তৌই। অমসুং মদুগী ফলশিংবু চাই। ঈশ্বর আভাসকী শরুক্ত কর্ম ফল পী· অনিমকী চেতন অংশ (শরুক)দ করিগুম্বদসু ব্যবহারগী য়োগ-সম্বন্ধ লৈতে। চেতন অদুদ কনাগুম্বন কর্মদাম্নচিংকী ব্যবহার শিজিন্নব ওইন হায়রিব মখোয়দু অজ্ঞ খঙদবশিংনি।

মরমদি জীব অমসুং ঈশ্বর অনিমক্ত চেতনগী শরুক (অংশ) অসংগ ওইব স্বরুপ অমত্তনি, ব্রাফম অসিদগী অমত্ত ওইব একতাগী প্রতিপাদন তৌবদ অদুগুম্ব কর্ম অমসুং উপাসনাগী প্রতিপাদক (শীংথারিব) বেদগী মহে য়ান্দব হায়খিব মদুগীসু পাওখুম হায়খরে, মদুদি জীবেশ্বরদ চেতন ভাগ(চেতনগী শরুক) খেন্নদব অভেদনি অমসুং আভাসত খেন্নবনি। মরম অসিন মখল অনিমক্কী ব্রাঙ্গং মহে য়াল্লি।

হে শিষ্য! নংন হংখিব অদুগুম্ব ব্রাহংগী পাওখুম ঐন পীরে নংগী ব্রাহংনি মদুদি বুদ্ধিগী উপাল অমদ উচেক অনি তোংলি। মদুগী মনুংদ অমন উহৈ ফল চায় (ভোগ তৌই) অমসুং অতোপ্প অদুন ফলগী অপাম্ব (ভোগ) য়াওদন লৈ। মরম অদুন জীব ব্রহ্মগী অমত্ত ওইব য়াদে। মদুগী পাওখুমদ ঐন হায়খি মদুদি মফম অসিদ জীব ঈশ্বর ওইন লৌদে তৌইগুম্বসুং কূটস্থ অমসুং বুদ্ধিদ চংদুন লৈরিব অভাসনি লৌগদবনি। মখোয়দু অমগ অমগদ ঘটাকাশ অমসুং ঘটাকাসকী ছায়াগী মতৌগুম্ন খেন্নে তোঙাল্লি। অমসুং অদুগুম্ব অনিগুব ব্রাহংদ হায়খিব মদুদি জীবদি কর্ম উপাসনা তৌবনি অমসুং পরমাত্মাদি ফল পীবনি, অনি অসিগী অমত্ত ওইব য়াদে, মসিগীসু পাওখুম হায়খরে, মদুদি কর্ম তৌরিব অসি জীব নত্তে অমসুং ফল পীরিবসু ঈশ্বর নত্তে হায়বদি জীবেশ্বরগী পারমার্থিক স্বরুপ্ত কর্ম তৌব, ফল পীকগী মতৌ লৈতে। তৌইগুম্বসুং জীবদ আভাসকী শরুক্ত কর্ম কর্ত্তানি। অমসুং ঈশ্বরদ আভাসকী অংশন পল পীবনি। হায়বদি জীবেশ্বরগী ব্যবহারিক স্বরুপত কর্ম কতৃত্ব অমসুং ফলদাতৃত্ব ওই। মদুদি মহা আকাশ অমসুং ঘটাকাশকী মতৌগুম্ন খেন্নকী মনম ফাওব লৈতবনি। মতৌ অসুম্ন জীব ব্রহ্মগী একতা ওই; অমত্ত ওই।

মরম অদুন ঐ ব্রহ্মনি, মতৌ অসুম্ন খণ্ডউ অমসুং অহং শব্দগী অর্থ কুটস্থবুনি খণ্ডউ অমসুং আকাশকী মতৌগুম্ন ব্রহ্মগী লক্ষার্থসু খণ্ডউ। অহং শব্দ অমসুং ব্রহ্ম শব্দগী বাচ্যার্থশিংগী খেন্নদব অভেদ ওইদে, তৌইগুম্নসুং লক্ষার্থগী খেন্নদব অভেদনি। অমসুং হে শিষ্য! নহাক (অহং ব্রহ্মাস্মি) মতৌ অসুম্ন খংদ্রিব মখৈদি নহাক নশাবু দীন অতোনব অমসুং অরাবনি লৌদুন লৈখিগনি। অমসুং অদুগুম্ব নশাদগী অতোপ্প (খেন্নব) ঈশবু য়ারিব: মদুন নংগী অকিকগী হেতু মরমনি, অমসুং ওইগনি। মরম অসিন (অহং ব্রহ্মাস্মি) অসম্ন খণ্ডউ।

হে গুরো! চানবীদুন হায়বিয়ু মদুদি (ঐ ব্রহ্মনি) জ্ঞান অসি কনাবু ওইবগে, হে জ্ঞানী অদোম্ন তাকপিব নত্তনদি ঐন মসিগী অর্থ থগুব ঙমজদ্রে। শিষ্যগী থম্মোইদ অথুপ্প তাৎপর্যনি, মদুদি ঐ ব্রহ্মনি জ্ঞান অসি কুটস্থগী ওইবর নত্রগ চিদাভাস লোইনব বুদ্ধিবু র? করিগুম্ব কুটস্থবু জ্ঞান অসি ওইরবদি কুটস্থ বিকারী ওইগনি অমসুং আভাস লোইনব বুদ্ধিবু ওইরবদি জ্ঞান অসি ভ্রম রুপ ওইগনি মরমদি অহানবদ নহাক্ত হায়বীখি মদুদি কুটস্থ অমসুং ব্রহ্মগী অমত্ত ওইব অমসুং আভাসতি তোঙানবনি। মরম অসিন ব্রহ্মদগী তোপ্প আভাসপু ব্রহ্মগী মওংদ খণ্ডব জ্ঞান ভ্রমমক ওইগনি, থৌরিদ লিল ওইব জ্ঞানগী মতৌগুম্ন জ্ঞান অসি অশেংব য়থার্থ খক ওইরোই। অমসুং অহং ব্রহ্মস্মি, মসিবু ভ্রমগী মশক ওইন য়ারবদ, লৌরবদি জ্ঞান অসিদগী মিথ্যা জগত মাংখিব ওইরোই। মরমদি য়থার্থ অশেংব জ্ঞান্দগী মিথ্যাগী নিবৃত্তি (মাংখিব) ওই। মদুদি থৌরিগী চপচান খণ্ডব য়থার্থ জ্ঞান্দগী ভ্রমদগী ওইব মিথ্যা সর্প লিল মাংখিব ওই। মরম অসিন আভাস লোইনব বুদ্ধিবু লৌব জ্ঞান অসিন মোক্ষ পদ ওইব য়াদে।

হে শিষ্য! আভাসকী ফিভম তরেং লৈ, মদু হৌজিক ঐ হায়গে। নহাক মুন্ন তাও, ফিভম (অবস্থা)শিং অসি অমত্তসু কূটস্থ চেতনগী অবস্থা ওইদে। অমসুং ফিভমশিং অসিমক্ত জ্ঞান লৈ।

অমন অজ্ঞান ১, আবরণ ২, ভ্রান্তি ৩, পরোক্ষ জ্ঞান ৪, অপরোক্ষ জ্ঞান ৫,অৱাব মাংব ৬ অমসুং মপাল নাইদব হরাওব (নুঙাইব), মতৌ ৭ অসুন্ন আভাসকী মখল তরেংনি লেপ্পী।

হে শিষ্য! ঐ ব্রহ্মবু খঙদে। ব্যবহার ৱাঙাং অসিগী হেতু অজ্ঞাননি অমসুং ব্রহ্ম লৈতে মাগী ঙাম্লোকপ লৈতে হায়কগী ব্যবহারগী হেতু আবরণনি। আবরন্দগী অসিগুম্ব ব্যবহার ওই মরম অজ্ঞানগী শক্তি অনি লৈ। অমন অসত্বাপদক (অসত্বগী সাধক) শক্তি। অমসুং অমন অভানাপদক (ঙাম্লোক্তব পীব) শক্তিনি। মওং অসিগী মতুংইন্ন ব্রহ্ম লৈতে, হায়ব ব্যবহারগী মরম হেতু অজ্ঞানগী শক্তি অসত্বাপদকনি। অমসুং ব্রহ্মগী ভান ঙাম্লোকপ (লৈ হায়কগী মঙাল) লৈতে ব্যবহার-ৱাঙাং অসিগী হেতু (মরম) অজ্ঞানগী শক্তি অভানাপদকনি। অমসুং অনিমক অসিগী মমিংআবরণনি।

পোকপ অহল ওইব শিবনচিংব অমসুং লোকশিংদ লাকপ-চংখিব গমনাগমন অমদি পুণ্য-পাপ অৱা-নুঙাইনচিংকী মশক ওইব সংসারগী অদুগুম্বদু নশাগী স্বরূপ কুটস্থাত্মাদ লৈবগুম্ব উব ওই; শকউৎ অদুবু বেদন ভ্রান্তি (ভ্রমদগী লান্ন উব) কৌই। মসি অধ্যাস অমদি অৱাবসু কৌনে।

ব্রহ্ম লৈতে, ব্যবহার অসিগী মরম হেতু ওইরম্লিব আবরণ অংশবু ব্রহ্ম লৈ, অসিগুম্ব পরোক্ষ জ্ঞান অসিন মাংহল্লি। অদুগুম্ন পরোক্ষ জ্ঞান অদু ব্রহ্ম লৈতে (নত্তে) হায়ব জ্ঞান শকউৎ অসিগী বিরোধীনি। ঐ ব্রহ্মনি, অসিগুম্ব অপরোক্ষ জ্ঞানন অশিদ্যগী জাল শন্দোকপগী বিরোধীনি।

মরম অসিন ঐ ব্রহ্মবু খংদবনি, হায়ব প্রতীতি অসিগী বিষয় অজ্ঞানবু ব্রহ্ম লৈতে, অমদি ব্রহ্মগী ওম্রোক্তে হায়ব প্রতীতিশিং অসিগী বিষয় অনিলোংব আবরণবু অমসুং ঐ ব্রহ্ম নত্তে তৌইগুম্বসুং পুণ্য পাপকী কর্তা অমসুং অৱা-নুঙাইগী ভোক্তানি অসিনচিংব ভ্রান্তিগী মওংওইব অবিদ্যাগী জাল পুন্নমকপু অপরোক্ষ জ্ঞান মাংহল্লি, মসিমক ব্রহ্মনি অমসুং ঐ ব্রহ্মনি। মখল অনি অসিবু পরোক্ষ অমসুং অপরোক্ষ জ্ঞান হায়নৈ।

ঐগী অশেংব শক্তম স্বরুপ্ত পোকপ শিব, অমদি অৱা-নুঙাইগী মনম ফাওব লৈতে। অদুগা সংসারগী অতোপ্প করিগুম্ব অমত্তসু ঐগী স্বরুপ্ত লৈতে। মরমদি পোকপ লৈতব কুটস্থ ঐনি। অমসুং অসুম্ন লেপ্পমক ভ্রান্তিগী অৱাব (শোক) মাংবগী শক্তম স্বরুপনি। অমদি লৈতেং অসি অথোইব ভ্রম মাংহনবনি। মফম অসিদ পোকপ লৈতবন বিকারনচিংব কান্নদব অনর্থশিং লৈতে খঙ্গদব ওই। মরমদি পোকপগী প্রতীতি জ্ঞানগী মতুংদ অনর্থ পুন্নমক শকউৎ ফংব ওইরকপনি। মরম অসিন পোকপ থিংলবদ অনর্থ পুম্ব থিংব সিদ্ধ ওই। অসিগুম্ব ভ্রান্তি নাশ অসিবু শোক নাশ (অৱাব মাংব)সু কৌনৈ।হে শিষ্য নংন চিংনব লৈত্রব স্বরুপকী জ্ঞান ফংলব মদুদি ঐ অনিশুব লৈত্রব ব্রহ্ম স্বরুপনি। মতম অদুদ নঙোন্দ মোদ আনন্দ পোকপ ওইগনি। মদুন নহাক্ত হর্ষ (হরাও-নুঙাইব)নি খংউ।

হে বুদ্ধি লৈব শিষ্য! ঐন নঙোন্দ ফিভম তরেং হায়খি মদু পুম্নমক আভাসকীনি অমসুং তরেতে অদুগী মনুংচনব জ্ঞানবুসুনি। অদুন নংন হংখি মদুদি জ্ঞান করিবু ওইবগে, মদুগী পাওখুমদ ঐন পীরে মদুদি আভাসন জ্ঞান ওই। হৌজিক নহাক্ত হংনিংব লৈবশিং মদু হংলো।

অদুগুম্ব অথুম্প ভাব শিষ্যন হংখিব মদুগী তাৎপর্য় ফোংদোক্লি হে ভগবন আভাসপু ঐ ব্রহ্ম জ্ঞান অসি ওই, ব্রাফমসি নহাক্ল তাকপিরি, মদু ঐন খণ্ডজরে তৌইগুম্বসুং ঐগ্রেন্দ অমুকশংকা অম ওইরে মদু ঐ হায়জগে মদুদি -

হে গুরো! অহানবদ নহাক্ল লেপ্পীখ্রে মদুদি কুটস্থ অমসুং ব্রহ্ম অনিসি অমত্তনি অমসুং আভাসতি ব্রহ্মদগী তোঙানবনি। অদুগুম্ব অতোপ্প আভাসপু ঐ ব্রহ্মনি অসুম্ন খণ্ডব (জ্ঞান ওইব) মতিক চাদে। ব্রহ্মদগী ভিন্ন ওইব মশাবু মান ব্রহ্মনি কমদৌন য়াব ঙমগনি অমসুং করিগুম্ব ব্রহ্মদগী তোঙানব মশাবু ব্রহ্মনি খণ্ডলবদি জ্ঞান অদু থৌরিদ লিন জ্ঞানগী মতৌগুম্ন মিথ্যা জ্ঞান ওইগনি। অমসুং ব্রহ্মজ্ঞানবু মিথ্যা জ্ঞান্নি হায়বদি য়ারোই মরমদি ব্রহ্ম জ্ঞান মোক্ষগী মরম হেতুনি।মিথ্যা জ্ঞান্দগী বন্ধ ওই মোক্ষ ওদে মসি থোইদোক্ল খণ্ডনরিবনি। ভাবতি অসিনি মদুদি অহং ঐ হায়বদি মশাবু হায়বনি অমসুং আভাসকী মশাগী স্বরুপ্তি মিথ্যানি, অদুগুম্ব মিথ্যা আভাসন সত্য ব্রহ্মগী স্বরুপথক ওইব য়াদে। মরম অদুন আভাসপু অহং ব্রহ্ম (ঐ ব্রহ্ম)জ্ঞান অসি ভ্রমগী স্বরুপ (মশক) ওইগনি। অমসুং ব্রহ্ম জ্ঞানবু ভ্রম স্বরুপনি হায়ব য়ানদে অসিনচিংব চিংনব সংশয়বু কোকপীনকীদমক্ত হে গুরুদেব! নহাক্ল যুক্তিগ লোইনরব ব্রাফমশিংবু তাহনবীয়ু।

হে শিষ্য! হৌজিক নহাক্ল অহম (ঐ) ব্রাহৈগী অর্থগী বিবেকপু তারো, মদুদি মসিদগী নংগী থম্মোইগী চিংনব শংকা কয়াগী মশক ওইব দোষ মাংখিগনি। 'ঐ ব্রহ্ম' জ্ঞান অসি বুদ্ধিগ লোইনব আভাসপু ওইদুনসু আভাস অদু কুটস্থগী মশাগী অভিমান তৌই হায়বদি মশামকপু কুটস্থদগী

খেন্নদবনি থগ্রে অমসুং মশামকপু কুটস্থগী মিংয়েংদ ব্রহ্মনি খল্লি। অমসুং অহং শব্দগী অর্থগী মওংদ ভাগ্যোক্তিব অদুগুম্ব কুটস্থ অদুবুদি ব্রহ্মগ লোইনন মতম পুম্বদঅভেদ খেন্নদবমক্রি। তৌইগুম্বসুং জ্ঞান বাধ ককথংশ্রব মতমদ আভাসকী মিথ্যা ওইব মশাগী স্বরূপসু ব্রহ্ম স্বরূপথক উই। ভাবতি অসিনি মদুদি চক্ষুগী মনুংদ য়াওরিব ঘটাকাশ অমসুং শিঙ্কুংব অচৌব আকাশ মহাকাশকী মতম পুম্বদ অভেদ খেন্নদব ওই। মতৌ অদুমকুন্ন কুটস্থগ ব্রহ্মগ, মুখ্য সামান্যাধিকরণ্য, বেদান্ত শাস্ত্রদ হায়রি, - পোৎ অদুগী পোৎ অদুগ লোইনন মতম পুম্বদ খেন্নদব অভেদ ওইরব পোৎ অদুগী পোৎ অদুগ লোইনন মুখ্য সামানাধিকরণ্য কৌই। মদুদি ঘটাকাশকী মহাকাশক লোইনন মতম পুম্ব খেন্নদব অভেদ ওই; মরম অসিন ঘটাকাশ মহাকাশকী স্বরূপনি অমসুং ঘটাকাশপু মহাকাশকী মুখ্য সামানাধিকরণ্য রূপ সম্বন্ধওই। বিভক্তি অমত্ত ওইব পদ অনিন মফম অদুদ অর্থ অমথকপু খংহল্লিব মফম অদুদ সামানাধিকরণ্য সম্বন্ধনি লৌনগনি। মদুদসু মরুওইবনচিংব ভেদ লৈ। ঘটাকাশ মহাকাশকী মতৌগুম্ন কুটস্থ অমসুং ব্রহ্মগী মুখ্য সামানাধিকরণ্য সম্বন্দনি। মরমদি কুটস্থগ ব্রহ্মগ মতম পুম্বদ খেন্নদব অভেদনি। মরম অসিন অহং (ঐ) বাহৈন ভাগ্যোক্তিব কুটস্থগ ব্রহ্মগ লোইনন মতম পুম্বদ অভেদনি। অমসুং আভাসকী মশাগী স্বরূপ বাধ নিবৃত্তি (হন্দোকথিব)ন মরম ওইদুন ব্রহ্মগ খেন্নদব অভেদ ওই। মদুদি মাইথোংগী প্রতিবিম্বগী স্বরূপকী থিংশ্রবদ মমিগী মাইথোং (বিম্ব মুখ)গ লোইনন খেন্নদব ওই। মরম অসিদগী বেদান্তদ আভাসক ব্রহ্মগ লোইনন (বাধ সমান্যধিকর্ণ্য)নি হায়রি। অদুগুম্ব পোৎ অদু (বাধ) থিংশ্রবদ মদুগ লোইনন অভেদ ওইব অদুগী অদুগ লোইনন

বাধ সামান্যধিকরণ্য সম্বন্ধ ওই। অদুগুম্ন তৌদুন আভাসকী বাধ ওইথ্রবদ ব্রহ্মগ লোইনন অভেদ ওই। মরম অদুন অহং (ঐ) হায়ব ব্বাহৈন ঙানলম্ব আভসসু ব্রহ্মনি তোঙ্গনব, ভিন্ন নত্তে। মতৌ অসুম্ন কুটস্থকুন মুখ্য সমানাধিকরণ্য ওইবন (অহং ব্রহ্মাস্মি) জ্ঞান অসি য়থার্থ ওই, অমসুং মসিদগী অজ্ঞানচিংব নিবৃত্তি মাংখিদুন মোক্ষ ফংব ওই। অম্ভং নোংশা (সিংহ মাণবক) অসিন চিংবদি গৌণ সামানাধিকরণ্যনি হায়নৈ। মসিগী উদাহরণ অদ্বৈত বেদান্তদ লৌনদে, অসিনচিংব।

হে ভগবন! নহাক্ত তাকপিথি মদুদি ঐ হায়ব অহং বৃত্তিদ সাক্ষী অমসুং আভাস অনিমক ঙানব ওই। মদুদ ঐন মসি খংজদ্রে মদুদি কুটস্থ অমসুং আভাসকী অহং বৃত্তিদ ঙাম্বোকপ অসি মথং মনাও ওইন তোঙ্গন তোঙানব মতমদ ওইব্র, অমদি মথং মনাও নাইদন মতম অমত্তদ অনিমক ঙানব ওইরব? অর্থ অসি ঐগী ইফমদ ঙাম্বোক্ত খঙব ওইহনবীয়ু।

হে শিষ্য! ঐন নহাকী ব্বাহংগী ___মশকশিং পাওখম পীরি - নহাক চেকশিন্ন পুক্লিং চংন তাও., মরমদি পাওখুম অসি তাবমক্ত খঙবগী মশক ওই নুমিংন ঙাম্বোরক্তুন অজ্ঞানগী মশক ওইব অমম্ববু মাংহনগনি।

সাক্ষী অমসুং আভাসকী অহংবৃত্তিদ মতম অমত্তদ মথং মনাও ওইব নত্তন ঙাল্লি। অমসুং প্রকরণ পুন্নমক অসিদ আভাস হায়ব ব্বাহৈসিন অন্তকরণগ লোইনব আভাসপু লৌগদবনি। মরম অসিন অন্তকরণলোইনব আভাসতি চেতন- কুটস্থ- সাক্ষীগী বিষয় ওইদুন ঙাম্বোকই। অমসুং সাক্ষী মশামকতি মঙানশিংগী মতেং য়াওদন ঙানবনি। মরম অসিনস আভাস লোয়ইনব অন্তকরণ বৃত্তিগী বিষয় মখোয়দগী ঙাম্বোকপ সাক্ষী ওইদে।

ভাবতি অসিনি মদুদি মপানগী চক্ষুনচিংব খঙব মতমদ, ইন্দ্রিন মরম ওইদুন অন্তকরণগী বৃত্তিন থোকপ্লগা চক্ষুনচিংকী মফমদ চংথি অমসুং চক্ষুনচিংকী মতৌগুম্ব মান্নব মওং(আকার) ফংলুই ওইরুই। অমসুং মহাক্ত আভাস লোইনব অন্তকরণগী অওনব মশক পরিনাম ওইকী মরম্ন আভাস লোইনব ওই; অন্তকরণগী পরিনামবু বৃত্তি কৌনৈ। অমসুং সত্ত্বগুনগী কার্য ওইকী মরম্ন অন্তকরণ অমদি মাগী বৃত্তিদ স্বচ্ছতা (য়াম্ন শেংব মতৌ) লৈ। মরম অদুন অনিমক্ত চেতনগী আভাস শোইদন ওই। আভাসক লোইনবঅন্তকরণদগী আভাসমক্ক লোইনব বৃত্তি পোকপ ওই। অমসুং বৃত্তিগী বিষয় অদুগুম্ব চফু মদুদি তমোগুনগী কার্যনি, মরম অসিন মদুদ অজ্ঞান্ন শেম্ব আবরণগী লৈব ওইবদগী বৃত্তিন মরম ওইদুন আবরণগী নিবৃত্তি (হন্দোকখিব) ওইরবদ বৃত্তিদ লৈরিব চিদাভাসতগী চফুদু ভাম্লোকপ ওই, অমসুং সাক্ষীগী মশান ভাঙব স্বয়ম প্রকাশ ওইকগী মরম্ন অহংবৃতিদ য়াওরিব আভাসতগী সাক্ষীগী ভাম্লোকপ ওইব নত্তে।

মসিদ চিংনব লৈ মদুদি অজ্ঞান অমসুং অজ্ঞান্ন শেম্ব আবরণ চেতন্দ ওই, চফুনচিংবদ নত্তে, মরমদি অজ্ঞান্দি চেতন্দ চংজদুন লৈবনি অমসুং চেতনমকপু বিষয় ওইবনি। মসি বেদান্তগী সিদ্ধান্তনি। অমসুং ফিভম তরেংকী প্রসঙ্গদ অদুগুম্ব অজ্ঞানগী আশ্রয়গী মশক ওইব আভাসক লোইনব অন্তকরণবু হায়খি, মদু অভিমানগী মিংয়েংদ হায়খিবনি। মরমদি ঐ অজ্ঞানীনি অসিগুম্ব অভিমান অন্তকরন লোইনব আভাসকী ওই। মরম অদুন মদুবু অজ্ঞানগী আশ্রয় হায়বনি। মুখ্য আশ্রয়দি চেতননি। আভাস লোইনব অন্তকরণ নত্তে। মরমদি আভাস লোইনব অন্তকরণ অজ্ঞানগী শাঁযানি। অদুগুম্ব মহাক্কী কার্য ওইরিব মদু মাগী আশ্রয় ওইব য়াদে।

মরম অদুন চেতনমক্ক অজ্ঞানগী অধিষ্ঠান ওইব আশ্রয়নি অমসুং চেতনমকী স্বরূপকী আবরণ রূপ বিষয় অজ্ঞান ওইবনি, মরমদি স্বরূপ ওইন আবৃত্ত ওইব জড় বস্তুদ অজ্ঞান্ন শেম্ব আবরণগী করিগুম্ব ফল ওইব য়াদে, মরম অসিন অজ্ঞানগী আশ্রয় অমসুং বিষয় ওইবগুম্ন অমসুং জড় ওইব চক্ষুদ অজ্ঞান অমসুং অজ্ঞান কৃত আবরণগী ওইথোকপ য়াদে।

চিংনব (শংকা)অসিগী সমাধাননি মদুদি চেতন স্বরূপ্তগী তোঞানব অনির্বাচ্য অজ্ঞান্ন চেতনগী আশ্রিত (চংজদুন লৈব) ওই,- লৈ। অমসুং মদুন চেতনবু খুমজিনব (আবৃত) ওই। মতৌ অদুগুম্ন চক্ষুগী স্বরূপ্তগী খেন্নব অজ্ঞান চক্ষুদ (চংদুন লৈব) আশ্রিত নত্রগাসু অজ্ঞান্দগী চক্ষুনচিংব ঙাম্লোক্তব জড়গী আবৃত্তি স্বরূপ (কুপশিনব খুমজিনব)মক শেমথিবনি; ময়ম মতম পুম্বদ মিংতাংব (অন্ধ)গী মতৌগুম্ব খুমজিন্দুন লৈরি। মরমদি তমোগুন্ন প্রধান ওইব অজ্ঞান্দগী ভূতশিংগী পোকখিবন মরম ওইদুন চক্ষুনচিংব পোকপ ওইবনি। অমসুং তমোগুন অদু আবরণ স্বভাব ওইবনি। মরম অদুন চক্ষুনচিংব প্রকাশ রহিত (ঙাম্লোক্তব) অন্ধ ওইবনি। অমসুং মখোয়দ অন্ধ ওইবকী মশক (অন্ধতা রূপ) ওইব স্বভাব আবরণ কৃত ওই। মরমদি চক্ষুনচিংকী অধিষ্যান চেতন্দ চংজদুন লৈব অজ্ঞান্ন চেতনবু আবৃত তৌই। মহৌশান আবৃত ওইজরকী আবরণগী করিগুম্ব ফল অমত্ত লৈতব ওইরবদসু আবরণ কারক পদার্থ, প্রয়োজন-ফলগী রাখল লৈতনমক নিরাবৃত কুপশিন্দব হাংদোকপগী মতৌগুম্ন আবৃতগীসু আবরণ তৌই, অসুম্ন লোকথঙনরিব রানি।

অজ্ঞান অদুন কুপশিনবদ থুংলিব আভাস লোয়িনব অন্তকরণগী

চফুগী মওং ওইরিব বৃত্তিগী বৃত্তি ভাগ (বৃত্তি শরুক)অদুদি চফুগী আবরণবু মাংহল্লি (চফুবু কুপশিলহন্দু হাংদোকই) অমসুং আভাসকী শরুক্ত চফুবু ঙাম্নেকই। মতৌ অসুম্ন মপালগী বিষয়দ বৃত্তি অমসুং আভাস অনিগী ফল ওই।

অজ্ঞান্ন কুপশিল্লব চফুদ শন্দোক্তুন লৈরিব অন্তকরণগী আভাস মমি ওইন লৈরিব চফুগী মওং ওইব বৃত্তিদগী বৃত্তি ভাসস ওইব্দ চফুগী আবরণ হাংদোকই (লৌথোকই) অমদি বৃত্তিদ লৈরমলিব আভাসকী শরুক অদু ঙাম্নেকই। মতৌ অসুম্ন মপানগী পোত্ত বৃত্তি অমসুং আভাস অনিমক শিজ্‌নৈ।

## অমম্বদ থম্ন পাত্রগী দৃষ্টান্ত

অসুম্ন মদুদি অমম্বদ করিগুম্ব লৈবাকী নংত্রগ য়োংকী পাত্র থল্লব, পাত্র অদুবু চৈন থুগাইদুন লংথোকখ্রব মতম অদুদ পাত্র অদুন লৈতব অদুসু মৈনচিংকী মঙাল য়াওদন উব ঙমদে। মতৌ অদুগুম্ন অজ্ঞান্ন কুপশিন্দুন লৈরিব চফুগী আবরণবু করিগুম্ব বৃত্তি ভঙ্গ ওইরব অদু ওইরবসু চফুগী ঙাম্নেকপ ওইদে। মরমদি চফুসু জড়নি অমসুং বৃত্তিসু জড়নি; মদুগী প্রয়োজন আবরণ ভঙ্গ খক্তনি মদুদগী ঙাম্নেকপদি ওইদে। মসিদগী চফুবু ঙাম্নেক্লিবদু আভাসনি হায়বসি খঙই।

মিংকী বিষয় পোংনি মাগী প্র্যাতক্ষ জ্ঞানগী রীতি হায়রিব অসিনি। মতৌ অসুম্ন নাকোংনচিংকী বিষয়বুসু খঙ্গদব ওই।

বৃত্তি অমসুং চফু অনিমক মফম অমত্তদ লৈব ওইবদগী চফুগী প্রত্যক্ষ অমসুং অন্তকরণগী ঘটাকাশ বৃত্তিবু চফুগ সম্বন্ধ ওইদবদগী অমসুং

বৃত্তি বৃত্তিগ খেন্নব ওইবদগী চক্ষুগী পরোক্ষ জ্ঞান ওই হায়বনি।

মসি চক্ষুনি অসিগুম্ব মওংবু অপরোক্ষ জ্ঞান অদুগ চক্ষুনি অসিগুম্ব মওংবু পরোক্ষ জ্ঞানগী ওই। নিংশিংব (স্মৃতি) জ্ঞান অসিসু পরোক্ষ জ্ঞাননি তৌইগুম্বসুং মহাক সংস্কারজন্য নি অমসুং অনুমিতিনচিংব পরোক্ষ জ্ঞানদি প্রমানজন্যনি মতৌ অসুম্ন মসিদ সংস্কারজন্য অমসুং প্রমানজন্য ওইবদগী খেন্নবনি।

## প্রমাণগী মখল

হৌজিক প্রত্যক্ষ, অনুমান, শব্দ উপমান, অর্থাপত্তি অমসুং অনুপলব্ধি প্রমানগী বর্ণন, প্রমাণগী প্রসঙ্গ নৈনব উৎলক্লি। চার্বাক্ল প্রত্যক্ষ প্রমান খক্তব প্রমান অম ওইন য়াই। কণাদ অমসুং সুগতম গী তুংইনব (অনুয়ায়ী) শিংন প্রত্যক্ষ লোইনন অনুমান প্রমাণবুসু য়াই। মরমদি সুপ্লগী প্রত্যেক্ষ প্রমাণ খক্তবু য়ারবদি পেনব পাম্বশিংগী চাবদ চংশিন্নরমলোই। মসিগী মরমদি চাদ্রিব চিঞ্জাক্ত পোনকগী মরম ওইব (হেতুতা)গী প্রত্যক্ষ প্রমাণ্দগী পোকপ প্রত্যক্ষ জ্ঞান লৈব ওইদবন। মসিদগী চারব চিঞ্জাক চরাদ হাওব পেনবনচিংব অনুভব ফংলিব অদু চাদ্রিব চিঞ্জাক্তসু অনুমান্ন খঙলগ পেনব পাম্ব মীশিংন চাবদ চংশিনব ওইবদগী অনুমান প্রমাণসু য়াবনি। মতৌ অসুম্ন কনাদ অমসুং সুগতমগী মত তুংইনবশিংনপ্রত্যক্ষ অমসুং অনুমান প্রমাণ মখল অনি অসিবু য়াই।

সাংখ্য শাস্ত্র ইরম্ব কপিলগী তুংইনবশিংন প্রত্যক্ষ অমসুং অনুমানগা লোইনন অহুম শুব শব্দ প্রমাণবুসু য়ানৈ। মরমদি করিগুম্ব প্রত্যক্ষ অমসুং অনুমান প্রমাণ অনি খক্ত য়াব তারবদি মহাক অদুগী মপা অরাপ্প দেশত

শিখিব, মদুদ অশেংব খঙব মী অম লাক্লগ হায়ব মদুদি নহাক্কী পিতা শিখরে। মদুদ তারিব অদুন মাগী মপা শিকী অক্লেপ্প খঙব ঙমলমলোইদবনি। মরম্ লংফৈদ মপা শিখিব মমিংন উহৌব প্রত্যক্ষ জ্ঞান অমসুং অনুমানদগী খঙব ঙমদে। মদুগীদমক্তদি শব্দতন প্রমান ওইগনি। মতৌ অসুন্না কপিলগী মত্ত প্রত্যক্ষ অনুমান অমসুং শব্দ অহুম্বু প্রমাণ ওইন য়াই। ন্যায় শাস্ত্রগী র্কত্তা গৌতমগী তুংইনবশিংন মরিশুব প্রমাণবুসু য়ানৈ। মরমদি করিগুম্ব প্রত্যক্ষনচিংব প্রমাণ অহুমখক্ত য়ারবদি মহাক অদুন লমশন (গবয়) অমুক্তসু উথিদ্রিব, তৌইগুম্বসুং কনাগুম্ব বনবাসীদগী অসুন্ন তারে মদুদি লমশন্দি শনগ মওং মান্নে। মতুংদ করিগুম্বদ বন্দ চংপদ মহাক্ল লমশনবু উরগা বনবাসীগী খ্রাহৈশিং নিংশিংই, মদুদি লমশন (গবয়)দি শনগ মওং মান্নে।নিংসিংব অদুদগী মহাক্ল জ্ঞান ওইখি (খঙখি) মদুদি মসি লমশননি। মরম অসিদগী থোইদোকপ তোপ তোম্প জ্ঞানগী হেতু উপমান প্রমাণনি মসিবুসু মখোয়ন য়ানৈ।

পুর্বমীমাংসাকার একদেশী ভট্টগী শিষ্য প্রভাকরন মঙাশুব অর্থাপত্তি প্রমাণবুসু য়াই। মরমদি নুংথিলদ চরা চাদব মীবু মশা ফব অমসুং নোইব উরগা জ্ঞান অসি ফংই মদুদি নুপা অসি নুমিদাং চরা চাই। মরমদি নুংথিলদ চাক চাদব মীন, নুমিদাংদসু চাদ্রবদি মহাক হকচাং ফন লৈব নগ্রগ নোইন লৈব ঙমদে। মতৌ অসুম্ন নুমিদাং চাক চাব খংহনলিকগী হেতু নোইকগী জ্ঞান অর্থাপত্তি প্রমাণ হায়ন কৌই।

পুর্বমীমাংসাকার ভট্টগীদি ৬শুব অনুপলব্ধি কৌব প্রমাণবুসু য়াই অমদি বেদান্তদসু প্রমাণ তরুক য়াই। যুন্নচিংবদ চফুনচিংব লৈতকী জ্ঞান ওই (খঙই)। পোং অদুগী লৈতব মদুবু (অভাব) লৈতব খঙব জ্ঞান ওই।

অপ্রতীতি (লৈতব উববু) অনুপলব্ধি কৌই অমসুং চফুগী অনুপলব্ধিদগী চফুগী লৈতব অভাবপু খংনৈ। পদার্থশিংগী (পোৎশিংগী) লৈতব লেম্পমক্কী হেতু পোৎশিংগী (লৈববু উদব) অপ্রতীতিবু অনুপলব্ধি প্রমাণ কৌনৈ।

## প্রমাণ অমসুং প্রমা জ্ঞানগী লক্ষণ

প্রমাণ অমসুং প্রমা জ্ঞানগী লক্ষণ হায়রি - প্রমাজ্ঞানগী কারণ (মরম)বু প্রমাণ কৌই। স্মৃতি (নিংশিংব) নত্তব ককথত্তব (অবাধিত) অর্থবু বিষয় ওইব জ্ঞান প্রমা কৌই। মরমদি অদুগুম্ব জ্ঞানশিং অদু প্রমা নি। প্রমা জ্ঞান পুন্নমক প্রমাতাদ তুংনফম (চংদুন) লৈব ওই, তৌইগুম্বসুং স্মৃতিদি প্রমাতাদ লৈব (আশ্রিত) নত্তে সাক্ষীদ আশ্রিত তৌবনি হায়ন লৌনৈ অমদি ভ্রান্তি জ্ঞান অমসুং সংশায়সু সাক্ষীমক্ত আশ্রিত ওইবনি হায়ন য়ানৈ। মরম অসিন স্মৃতি, ভ্রান্তি অমসুং সংশয় জ্ঞান অহুম অসি আভাসক লোইনন অবিদ্যাগী বৃত্তিগী মওংনি। অন্তকরণগী বৃত্তি রুপ নত্তে। মতৌ অসুম্ন প্রমাতাগী আশ্রিত ওইদে সাক্ষীগী আশ্রিতনি। অন্তকরণগী বৃত্তি রুপ ওইব জ্ঞানতবু প্রমাতাদ আশ্রিত ওইব,মদুমকপু প্রমানি। স্মৃতি জ্ঞান অন্তকরণগী বৃত্তি ওইদবদগী প্রমাতাগী আশ্রিত নত্তে অদুন প্রমাসু ওইদে। মরম অসিদগী প্রমাগী লক্ষণনি স্মৃতিদগী তোঙানব স্মৃতি নত্তববু হায়গদব ওই।

অবাধিত ককথত্তব অর্থবু বিষয় ওইব জ্ঞানদি স্মৃতি জ্ঞানসুনি তৌইগুম্বসুং স্মৃতি জ্ঞান স্মৃতিগী ফিভমদগী হেন্দোকপদ লৈতব মরম্ন অবাধিত অর্থবু বিষয় ওইব অমদি স্মৃতিদগী তোঙানব জ্ঞানবু প্রমা কৌবনি। লক্ষণ অসিদ করিগুম্ব দোষ অমত্ত লৈতে।

## প্রমা মখল তরুক

প্রমা মখল তরুক্কি - ১) প্রত্যক্ষ প্রমা, ২) অনুমিতি প্রমা, ৩) উপমিতি প্রমা, ৪)শাব্দী প্রমা, ৫) অর্থাপতি প্রমা অমসুং ৬) অনুপলব্ধি প্রমা। মতৌ অসুম্ন প্রমা মখল তরুক অসি লৈ অমদি প্রত্যক্ষনচিংব প্রমাণ মখল তরুক হায়খ্রিব অদু মথংশিংন মখোয় অসিগী কারণ মরমনি।

প্রত্যক্ষ প্রমাগী মরম (কারণ) প্রত্যক্ষ প্রমাণনি। অসাধারণ কারণবু কারণ অমসুং কার্য্য পুস্কগী কারণবু সাধারণ কারণ কৌই। মদুদি ধর্ম-অধর্মনচিংবসি কার্য্যপুস্কগী কারণনি মরম অদুদগী মসিবু সাধারণ কারণ হায়নবনি।

কার্য্য পুস্কগী কারণ ওইব নত্তব করিগুম্ব থোইদোকপ কার্য্যগী কারণ ওইব অদুবু অসাধারণ কারণনি। চক্ষু শানব লৈয়ে দণ্ড অসি কার্য পুম্নমক্কী কারণ নত্তে সুপ্নগী চক্ষুনচিংব কার্য বিশেষকী কারণনি। মরম অসিন চক্ষুগী কারণ দণ্ড অসাধারণ কারণ হায়নবনি।

মতৌ অদুগুম্ন প্রত্যক্ষ প্রমাগী কারণ ঈশ্বর অমসুং মাগী ইচ্ছানচিংব সাধারণ কারণনি মরমদি ঈশ্বরনচিংব কার্য পুস্কগী কারণনি।মহাক য়াওদন করিগুম্ব কার্য অমত্ত ওইব খক ঙমদে। মরম অসিদগী ঈশ্বরনচিংববু সাধারণ কারণনি।

মিৎনচিংব ইন্দ্রিয়শিং প্রত্যক্ষ প্রমাগী অসাধারণ কারণ ওইবন প্রত্যক্ষ প্রমাগী কারণনি। মতৌ অসুম্ন মিৎনচিংব ইন্দ্রিশিংবু প্রত্যক্ষ প্রমাণ কৌনে।

## চেতনগী মরি থোকপ মখল

অদুম ওইনমক বেদান্তগী সিদ্ধান্তদ ইন্দ্রিশিংবু প্রমা জ্ঞানগী মরম (কারণতা)নি হায়ন লৌদে মরমদি চেতন (অখণ্ডশক্তি)গী মখল মরি থোক্ল লৈ -১) প্রমাতা চেতন, ২) প্রমাণ চেতন, ৩) প্রমিতি চেতন অমসুং ৪)প্রমেয় চেতন। মসিগী মনুংদ প্রমিতি চেতনমক প্রমা চেতন অমদি প্রমেয় চেতনমক্ল বিষয় চেতন ওই।

মতৌ অসুন্ন প্রমাগী অর্থদি চেতন (জ্ঞান)নি মসি নিত্যনি ইন্দ্রিয় জন্য (ইন্দ্রিদগী পোকপ) নত্তে। মরম অসিন ইন্দ্রি ওইব মতৌগী কারণসু নত্তে। অদুম ওইরবসু চেতনদ প্রমা ব্যবহারগী সমপাদিক পুথোরকপ বৃত্তি ওইবদগীসু প্রমা কৌনবনি। ইন্দ্রিন মদুগী কারণনি। হকচাংদ লৈরিব অন্তকরণন তোঙান্ন থায়দোক্লুন অবচ্ছিন্ন ওইন লৈরিব চেতনবু প্রমাতা হায়ন কৌনৈ। অসিগুম্ন অন্তকরণ অসিগী মিংনচিংব ইন্দ্রিশিংদ থোরক্লগ চফুনচিংব বিষয়শিং লৈরিব মফমদ য়ৌব অদুক শাংন শন্দোকপ ওই অমসুং মদুন চফুনচিংব বিষয়শিংগ তিন্নরগ মথোয়ন ওইরিব মওং মতৌ অদুগী শক্তম লৌই। মদুদি অচৌব পাত্রদ থন্ন হাপ্প ঈশিংন পাত্র অদুগী করিগুম্ব অহোবদ য়ুথরকপ ঈশিংন ইরমগী মওংদ চৎলগ করিগুম্ব অকুৎপ কোংকুৎত চৎলগ কোংকুৎ অদুগী মওং মতৌ লৌব মতৌ অদুগুম্ন অন্তকরণসু ইন্দ্রিগী মশক ওইব অহৌবদগী থোরকপ বিষয়গী মশক ওইব কোংকুৎকী মওং লৌই। মদুদ হকচাংদগী বিষয় য়ৌব ফাওব অন্তকরণগী অদুগুম্ব ইচেলগী মতৌগুম্ন শন্দোক-শাংদোক্লিব পরিমান ওই। মদু বৃত্তি জ্ঞাননি। মদুন কল্লিব অদুগুম্ব চেতনগী শরুক অদুবু প্রমাণ কৌনৈ।

বৃত্তি জ্ঞানগী মশক ওইব অন্তকরণগী পরিমান (চাও শাংবন

থোক্লিব শরুক)বু প্রমাণ কৌনৈ। মদুদি লৈকংত চংশ্রগ ঈশিংন লৈকুং অদুগী মওং ওইরুব মতৌ অদুগুম্ন চফুনচিংব বৃষয়শিংদ য়ৌরগা বৃত্তিন চফুনচিংকী মওং ফংলুব ওই। মদুন খাইদোক্লিব চেতন অদুবু প্রমা চেতন কৌনবনি।

জ্ঞানগী বিষয় ওইব চফুনচিংব মচেং ওইন খাইদোক্লব চেতন অদুমকপু বিষয় চেতন নত্রগ প্রমেয় চেতন হায়ন কৌনৈ। মসি বেদগী অর্থবু খঙলব আচার্যশিংগী পরিভাষানি।

হৌজিক অবচ্ছেদবাদকী মতুংইন্ন প্রমাণ অমসুং সাক্ষীগ লোইনব বিশেষণ অমদি উপাধিগী লক্ষণ হায়রি -

কনাগুম্ব অবচ্ছেদ বাদপু য়ারিব মথোয় অদুগী মত্ত অন্তকরণ বিশিষ্ট চেতনমকপু উপহিত সাক্ষীনি।অন্তকরণ অমখ্কতন প্রমাতাগী বিশেষণ অমদি সাক্ষীগী উপাধি ওই। স্বরুপ্ত চংদুন লৈরুা তোঙ্গহল্লিব পোৎ অদু বিশেষণ কৌই। মদুন পোৎ তোঙান ওইহন্দুন উহল্লিব মদুবু ব্যাবর্তক কৌই অমসুং তোঙাল্লিব অদুবু ব্যবর্ত্য কৌই।

খুদম ওইন " অশংব চফু " মসিদ চফুগী অশংব মতৌ অসি বিশেষণনি, মরমদি অশংব চফুদ অশংব মতৌ চংদুন লৈ অমসুং অশংব নত্রগ অঙৌব মতৌদগী তোঙান্ন উহল্লি। মরম অসিন মদু ব্যাবর্তকনি।

মতৌ অসুম্ন অশংব মতৌ চফুগী বিশেষণনি অমসুং চফু পরিচ্ছেদ্যনি। করিগীনো হায়ববু অঙৌব মতৌদগী তোঙান্ন উহল্লি।

করিগুম্ব তোঙান ওইন খংহল্লিব মদুবু পরিচ্ছেদ্যনি মদুমক ব্যাবর্ত্য অমসুং বিশেষণ হায়নসু কৌনৈ " লীচৈ পাইব মী " গী বিশেষণ লীচৈনি।

মতৌ অসুম্ন প্রমাতাগী বিশেষণ অন্তকরণনি। মরমদি প্রমাতাগী

স্বরুপ্ত অন্তকরণন চংদুন লৈ। অমসুং প্রমেয় চেতনদগী প্রমাতাগী স্বরুপপু তোঙ্গন্ন উহল্লি। মরম অসিন ব্যাবর্তকনি অদুগুম্ব পোৎ অদুন স্বরুপ্ত চংদুনদি লৈতব অমসুং ব্যাবর্তক ওইব অদুবুন উপাধি কৌই।

মদুদি নৈয়ায়িকশী মত্ত করণশস্কুলীন অবশিন্ন তোঙ্গনহল্লব আকাশকী শরুকপু শ্রোত নাকোং নি লৌই। মফম অসিদ করণশস্কুলী নাকোংগী উপাধিনি মরমদি নাকোংগী স্বরুপ্ত করণশস্কুলী চংদুন লৈতে অমসুং মপানগী আকাশতগী খাইদোক্লগা নাকোংবু তোঙ্গন্ন খংহল্লি মরম অসিদগী ব্যাবর্তকনি।

ঘটাকাশ (চফুগী আকাশ) চেং মোন অম চনকী চাং পরিমান অহাংব লৈ মফম অসিদসু আকাশকী উপাধি চফুনি। করিগী হায়ববু চেং মন্ অমগী অহাংব মফম পীরিব আকাশকী স্বরুপ্ত চফু চংখিব লৈতে তোঙ্গন্নলৈ। চফু লৈবাক্র শাবনি, মদুদ অহাংব পীব য়াদে। মরম অসিদগী চফুগী স্বরুপ্ত চংবদি তৌদে অমসুং ব্যাপক আকাশতগী খাইদোক্তুন তোঙ্গলন উৎলি। মরম অসিদগী চেং মন্ অম চনকী অহাংব মফম পীব আকাশকী উপাধিনি।

## অন্তকরণ উপাধিগ লোইনরব চেতন সাক্ষীনি

মতৌ দুগুম্ন অন্তকরণ উপাধি চেতনমক সাক্ষীনি। মফম অসিদ অন্তকরণ সাক্ষীগী উপাধনি। মরমদি সাক্ষীগী স্বরুপ্ত অন্তকরণ চংশিন্দুন লৈতে অমসুং প্রমেয় চেতন্দগী সাক্ষীবু তোঙ্গন্ন খাইদোক্র উৎলি। মরম অসিদগী অমত্ত ওইব অন্তকরন্ন সাক্ষীগী উপাধি অমসুং প্রমাতাগী বিশেষণ ওই।

মতৌ অসুম্ন অন্তকরণ উপহিত চেতন্ন সাক্ষী অদুগ অন্তকরণ বিশিষ্ট চেতন্ন প্রমাতা ওই। উপাধি যুক্ত (য়াওরববু) উপহিত অমসুং বিশেষণ (যুক্ত) য়াওরববু বিশিষ্ট কৌই।

মতৌ অসুন্ন অদুগুম্ব অন্তকরণ বিশিষ্ট প্রমাতা অদুমক্তু কর্ত্ত ভোক্তা, অম্রা-নুপ্তাই সংসারী জীব ওই। মসি অবচ্ছেদ বাদকী মতনি। হৌজিক আভাস বাদকী রীতিদ জীব অমসুং সাক্ষীনচিংবগী লক্ষণ হায়রি -

আভাস বাদত আভাস য়াওদব অন্তকরণ জীবকী বিশেষণনি। অদুগ আভাস য়াওব (লোইনব) অন্তকরণমক্তু সাক্ষীগী উপাধিনি। অদুন আভাসওইরব অন্তকরন্ন তিনব চেতন জীবনি অমসুং উপাধিগা লোইনরব চেতন্ন সাক্ষীনি।

পক্ষ মীচং অনিমক্ত বিশেষণগা লোইনরব চেতনবু জীবমক্কী সংসারীনি হায় অদুম ওইনমক বিশেষণ লৈরিব বিশেষ্যগী শরুকী চেতনদ জন্ম মরণনচিংব সংসারগী মওং ওইথোকপ য়াদে। মরম অসিদগী বিশেষণগী শরুক্ত সংসার অদু য়াওবনি মদুমক বিশিষ্ট চেতন্দ লৈবনি।

করিগুম্বদ বিশেষণগী ধর্ম বিশিষ্টতা ব্যবহার তৌনৈ অমসুং করিগুম্বদ বিশেষ্যগী ধর্মগী ব্যবহার বিশিষ্ট ও অদুগ করিগুম্বদ বিশেষণ অমসুং বিশেষ্য অনিমক্কী ধর্মগী ব্যবহার বিশিষ্টত শিজিন্নৈ।

মদুদি চৈন ঘটাকাশ থুগাইরে।ব্রাফম অসিদ চফু বিশেণনি মরমদি চফুগী আকাশ চৈন থুগাইরে, তৌইগুম্বসুং মসিদ বিশেষ্য আকাশনি মহাক থুগাইব য়াব পোং অম নত্তে। অদুম ওইনমক থোইদোকপ মওং অমদ লৈরম্ব বিশিষ্ট চফুগী আকাশ মাংবদি ওই।

কুণ্ডলী পুরুষ- তুমলি, ব্রাফমঅসিদ কুণ্ডল বিশেষণনি অমসুং পুরুষ বিশেষ্যনি। তৌইগুম্বসুং নাইন(কুণ্ডল) বিশেষণগী তুম্ব হায়ব

লৈতে, থোইদোক্ত মী(পুরুষ) তুম্বদি হৌনে। অদু ওইদুনসু কুণ্ডল বিশিষ্ট তুমলি অসুম্ন ব্যবহার বিশিষ্টতা শিজিন্নে।

শাস্ত্রধারী পুরুষ - খুৎলাই পাইব মী লানফমদ চৎখ্রে। মাভাং অসিদ শাস্ত্র বিশেষণ অমসুং পুরুষ বিশেষ্যনি অনি অসিমক লানফমদ চৎখ্রে মসি ধর্ম অনিমক ব্যবহার বিশিষ্টতা শিজিন্নরি।

## অভাস বাদ অমসুং অবচ্ছেদ বাদকী খেন্নব

মাফম অসিদঅবচ্ছেদবাদত অন্তকরণন বিশেষণনি অদুগ অভাসবাদতন সাভাস অন্তকরণ বিশেষণনি অমদি পক্ষ খুৎচং অনিমক্ত চেতনন বিশেষ্যনি। মদুদ পোকপনচিংব সংশায় লৈতে। তৌইগুম্বসুং বিশেষণ অন্তকরণ নত্রগ আভাস অন্তকরণগী ধর্মদ পোকপনচিংবসংসারবু বিশিষ্ট চেতনদ ব্যবহার তৌই। ব্যবহারগী অর্থদি চৎনব, হায়নব শিজিন্নবনি। মতৌ অসুম্ন আভাসবাদ অমসুং অবচ্ছেদ বাদ খেন্নবনি।

আভাসন অথোইব ওই মরমদি আভাসবাদত অন্তকরণ আভাসক লোইনব অদুগ অবচ্ছেদবাদত আভাস য়াওদব ওই। খুৎচং অনিমক্ত আভাসবাদন অথোইব ওই। মরমদি ভাষ্যকারন আভাসবাদপু লৌরম্মী অমসুং অবচ্ছেদবাদী বিদ্যারণ্যন দোষ অসিসু হায়রম্মী মদুদি করিগুম্ব অভাস য়াওদব অন্তকরণ অবচ্ছিন্ন চেতনবু প্রমাতানি হায়ন লৌরবদি ঘট অবচ্ছিন্ন চেতনবুসু প্রমাতানি লৌব তাই। মরমদি অন্তকরণ পঞ্চ ভুৎশিংগী কার্য্য ওইরবদি অদুগুম চক্ষুসু ভুৎশিংগী কার্যনি অমসুং অন্তকরণ চেতনগী অবচ্ছেদক হায়বদি ব্যাবর্তকনি মতৌ অদুমকুন্ন চক্ষুসু চেতনগী অবচ্ছেদকনি।

মতৌ অসুম্ন অন্তকরণ বিশিষ্টকী মতৌগুম্ন মান্নন ঘটবিশিষ্টসু

প্রমাতা ওইফম থোকই অমসুং অন্তকরণদ আভাসবু য়ারবদি দোষ লৈতে মরমদি অন্তকরণ ভুৎশিংগী সত্ত্বগুণগী কার্য্যনি, য়াম্ন শেংব পোৎনি অমসুং চফুনশিংবদি তমোগুণগী কার্য্যনি মরম অদুন তরু-তশেংদে। মতৌ অসুম্ন অদুগুম্ব তরু তশেংব ওইব পোৎ অদুদ মমি তাব আভাস ওইব য়াই অদুগ অমোৎপ পদার্থদদি আভাস যোগ্য ওইব ঙমদে।

## মিংশেল অমসুং মখুমগী দৃষ্টান্ত

অসিগুম্বনি মদুদি মিংশেল অমসুং মাগী মখুম (উফম) অনিমক পৃথিবীগী কার্য্য ঙাক্তনি। অদুবু মদুদ মিংশেলদি য়াম্ন শেংব লংব ওই। মদুদ মাইথোংগী মি তাই। মখুম অদুদি শেংদব লংদব ওইবন মদুদ মি তাদে।

মতৌ অদুমক্কুম্ন সত্ত্বগুণগী কার্য ওইবন অন্তকরণ য়াম্ন শেংব অরংব পোৎনি। মদুদ চেতনগী মমি তাই। তৌইগুম্বসুং হকচাংনচিংব অমসুং চফুনচিংব তমোগুণগী কর্য্য ওইবন অস্বচ্ছ শেংদব ওইবদগী মদুদ চেতনগী আভাস মমি তাদে।

অন্তকরণদ মঙাল অনিন ঙাম্লোকই অমন ব্যাপক চেতনগী অমসুং অনিশুবন আভাসকীনি। হকচাংনচিংব অমদি চফুনচিংবদসু ব্যাপক চেতনগী মঙাল অসিদি অদুম তাই তৌইগুম্বসুং অনিশুব অভাসকী মঙাল অসিদি লৈতে। মতৌ অসুম্ন মঙাল অনি অসিগ লোইনব বিশেষ্ট থোইদোকপ অন্তকরম অসিমকপু চেতন প্রমাতা হায়ন কৌই।

সুপ্নগী মঙাল অমতগ লোইনব চফুনচিংবদ তিন্নরুব (সংযুক্ত) চেতন প্রমাতা ওইব থক যাদে। কনাগুম্ব অন্তকরণদ আভাস তাববু য়াদব মথোয় অদুগী মতকী মতুংইন্ন চফুনচিংকী মতৌগুম্ন (মান্নন) অন্তকরণদসু আভাসকী ওইব অনিশুব মঙাল অসিসু লৈতে তৌইগুম্বসুং অন্তকরণদ

তারিব ব্যাপক চেতনগী মণ্ডল, মদুমক চফুনচিংবদসু তাই মদুদগী অন্তকরণ বিশিষেটকী মতৌগুম্ন ঘট বিশিষ্ট শরীর বিশিষ্ট নম্রগ বিশিষ্ট চেতন পুন্নমক্তসু প্রমাতা ওইফম থোকই।

মতৌ অসুন্ন চফু হকচাংনচিংবদগী অন্তকরন (পুল্লিং)দ থোইদোকপদি অ'পনি মদুদি অন্তকরন্দি সত্বগুণগী কার্যনি। মরম অসিন অশেংব তক্ক তক্কব পোৎ ওইকগী মরম্ন চেতনগী মমি আভাসপু লৌশিনব ঙম্ব ওই তৌইগুম্বসুং অতে পোৎশিংদি অশেংব ওইদে। মরম অসিন আভাস লৌশিনব ঙম্বগী শক্তি লৈতে।

আভাসপু লৌশিনব ঙম্বগী শক্তি য়াওব অন্তকরণদ তিনব চেতন অদু প্রমাতা কৌনৈ। তৌইগুম্বসুং চফুনচিংব নম্রগ হকচাংনচিংবদি আভাস লৌশিনব ঙম্ব ওইদে। মরম অসিদগী মখোয়গী কারণ ওইরিব বিশিষ্ট চেতন প্রমাতা ওইদে। মতৌ অসুম্ন আভাসবাদ ন অথোইব ওই অবচ্ছেদবাদন ওইদে।

অন্তকরণ আভাস ওইব মতৌ অদুগুম্ন অন্তকরণগী বৃত্তিগীসু আভাস ওই। অসুম তৌদুন আভাস বৃত্তিন বিশিষ্ট (থোইদোকপ)চেতনবু প্রমাণচেতন হায়ন কৌই।

অন্তকরণগী চফুনচিংব বিষয়গী মওং ওইব বৃত্তিদ তোংদুন লৈরিব চেতনবু প্রমা অমসুং য়থার্থ জ্ঞান (অশেংব জ্ঞান) কৌনৈ। মদুগী সাধন (পাম্বৈ) ইন্দ্রিবুন প্রমাণ কৌনৈ। মরমদি বিষয়গী মওংদ তোংদুন লৈরিব বৃত্তি চেতনবু প্রমা কৌনৈ। তৌববুদি মদুদ চেতনদি হৌনশা ওইন মশাগী স্বরূপগু নিত্য ওইন লৈজবন মরম ওইদুন ইন্দ্রিন পোকপগী য়াব ওইদবদগী প্রমা চেতনগী সাধন ইন্দ্রি নত্তে। অদুম ওইদুনমক নিরুপাধি চেতন্দ প্রমা ব্যবহার তৌব য়াদবন অমসুং বিষয়াকার বৃত্তি উপহিত চেতন (বিষয়গী

মওং ওইরিব বৃত্তিন নকশিল্লিব চেতন)দ প্রমা ব্যবহার শিজিন্নব ওইবদগী চেতন্দ প্রমা শব্দ চংশিনবদ (প্রবৃত্তিদ) বিষয়াকার বৃত্তি উপাধি ওই অমসুং অদুগুম্ব বিষয়গী মওং লৌরিব বিষয়াকার বৃত্তি অদু ইন্দ্রিদগী পোকপ ইন্দ্রিজন্যনি মরম অসিন ইন্দ্রিয় মদুগী পাম্বে সাধন্নি।

প্রমা ওইব মতৌ প্রমাতৃগী উপাধি বৃত্তিগী ইন্দ্রিজন্য ওইবন উপহিত প্রমাসু ইন্দ্রিজন্য হায়বনি। মরম অসিন ইন্দ্রিশিংবু প্রমাগী সাধন কৌনৈ। তৌইগুম্বসুং অন্তকরণগী পরিনাম লোইনমক প্রমানি হায়ব নত্তে। থোইদোক্ল হকচাংদ লৈরিব অন্তকরণগী চফুনচিংব লৈরিব পরিনামশিং মদুবু প্রমাণ হায়বনি।

বিষয়গ তিন্নদুন বিষয়গী মওং ওইরব অন্তকরণগী পরিনামবু প্রমা কৌই। মরমদি হকচাংনুংদ লৈব অন্তকরণন চফুনচিংব বিষয়শিংদ য়ৌরুরগা অন্তকরণগী পরিনামগী মশক ওইব প্রমাগী মশক ওইরুই। মরম অসিদগী প্রমাগ,প্রমাণ গী মশক ওইরিব অন্তকরণগী বৃত্তিদগী পুংথেনমক থেন্নব নত্তে।

মফম অদুদ মপানগী পোৎশিংগী প্রত্যক্ষ জ্ঞান ওইরিব মদুদ অন্তকরণগী বৃত্তি মপানদ চৎথোক্তুন বিষয়নচিংব অদুগা মান্নব মওং লৌই অমসুং হকচাংগী মনুংদ মতম অদুদ আত্মাদগী সাক্ষ্যাৎকার ওই, খঙই। মতমদুন অন্তকরণ অন্তকরণগী বৃত্তি মপান্দ চত্তে হকচাং মনুংমত্তন্দ আত্মাকার মশাগী মওং ওইরগা লৈ। অদুগুম্ব বৃত্তি অদুদগী আত্মাদ চংদুন লৈরিব (আশ্রিত) আবরণ (কুপশিনব ফিজং) অদু হাংদোকই অমসুং আত্মান মশাগী মজ্ঞান্দগী বৃত্তিগী বিষয় আত্মানি হায়বনি। অমসুং চিদাভাসকী মশক ওইব বৃত্তিদ অদুগুম ফলশিং লৈরিব মদুগী বিষয়দি আত্মা নত্তে। মতৌ

অসুম্ন মসি লেপ্ন খণ্ডলগনি মদুদি সাক্ষী আত্মা মশামক্ল মণ্ডলগী মশক ওইন ভ্রন্দুন লৈবনি।

(তত্বদৃষ্টিন হায়) - হে ভগবন! ব্রহ্মগী প্রত্যক্ষ জ্ঞান্দগী হেক লৈরিব অবিদ্যাজাল পুম্নমক মাংই তৌইগুম্বসুং পরোক্ষ জ্ঞান্দগীদি অসুম্ন ওইব ঙমদে। মথক্কী য়াফম অসিদ চিংনব অসি লৈজরি মদুদি ব্রহ্মগী জ্ঞান প্রত্যক্ষ ওইদে মরমদি ইন্দ্রিদগী ফংব জ্ঞান প্রত্যক্ষনি অমসুং ব্রহ্মগী জ্ঞান ইন্দ্রিদগী ফংব ইন্দ্রিজন্য নত্তে।

মিং কৌব ইন্দ্রিন মশক ওইব পোৎ নম্রগ অশং-অঙাং-নাপুনচিংব মচুগী জ্ঞান ফংই। তৌইগুম্বসুং ব্রহ্মগী করিগুম্ব মশক মওং লৈতে, মরম অসিন ব্রহ্ম জ্ঞান মিংনচিংব ইন্দ্রিশিংন ফংব য়াদে।. বাম কৃষ্ণনচিংব মীওইকী হকচাংগী শকওং ওইরকনসু মায়ান শেম্ব অমদি মিথ্যানি। মরম অসিন মখোয়গী হকচাং ব্রহ্ম ওইব য়াফম থোক্তে। অমসুং পুরান্দ রাম কৃষ্ণনচিংববু ব্রহ্মগী মওংনি হায়রি। মদু মখোয়গী হকচাংবু ব্রহ্মগী মশক্তি হায়বগী অভিপ্রায়দ হায়ব নত্তে, মখোয়গী হকচাংগী অধিষ্ঠান চেতন ব্রহ্মনি হায়ব অভিপ্রায়দ হায়বনি।

মসিদ চিংনজরিবদি - হকচাং পুম্নমক্কী অধিষ্ঠান চেতন ব্রহ্মনি। মরম অসিন করিগুম্ব অধিষ্ঠানগী চেতন ওইকী অর্থদ, অভিপ্রায়দ রাম কৃষ্ণনচিংব ব্রহ্ম রূপনি হায়বমক ওইরবদি হকচাং পুম্নমক্কী অধিষ্ঠান চেতন ব্রহ্ম ওইবন মী, শা, উচেকনচিংব পুম্নমক ব্রহ্ম রূপ ওইফম থোকই, অমসুং রাম কৃষ্ণনচিংবসু মদুমক্কী মওং ওইফম থোকই। অদু ওইরবদি য়াফম অসিদ রাম কৃষ্ণনচিংবদ সাধারণ মীওইবদগী করিগুম্ব থোইদোকপ লৈতে। মরম অসিন মখোয়গী সাধারণ জীবশিংদগী থোইদোকপ য়াফম

ওইহন্নবগী মিৎয়েংদ মখোয়গী হকচাংতবু ব্রহ্মনি হায়ন অসুম্ন লৌবন চুমগনি খল্লি।

## রাম কৃষ্ণনচিংবগী হকচাং ব্রহ্ম নত্তে

চিংনরিব অদুগী পাওখুম্নি মদুদি মথক্কী মান্যতাসি চুমদে। মরমদি হকচাংবু খাইদোক্তুন মখোয়শিং অদুগী হকচাংদ ব্রহ্মগী স্বরুপনি হায়রবদি হকচাং পুম্নমক্কী (বাধ)খাইদোকপ, ককথৎপ তৌদন য়ারবদি অতোপ্প হকচাংশিংগী মতৌগুম্ন খুৎ-খোংনচিংব কায়াৎশিংগ লোইনন শক নাইব থবক তৌব হকচাংগ নিরবয়ব কায়াৎ লৈতব, মশক মওং লৈতব লেংব-ওৎপনচিংব ব্রহ্মদগী খেন্নব লৈতবদগী রাম কৃষ্ণনচিংবগী হকচাং ব্রহ্ম ওইব য়াদে।

অদুবু খেন্নবদি লৈ মদুদি জীবগী হকচাংদি পাপ-পুণ্যগী মথা পোল্লি ভুৎশিংগী কার্য্যনি অমসুং জীবশিংদি হকচাংনচিংব অনাত্মা ওইব পোৎশিংদ অবিদ্যাগী প্রভাবতগী "ঐ" অমদি "ঐগী" হায়রিব রুপ অধ্যাস তৌই অমসুং অধ্যাস অসি আচার্য্যগী উপদেশতগী লৌথোকই মাংহল্লি।

রাম কৃষ্ণনচিংবগী হকচাংদি মশাগী পাপ পুণ্যদগী ওইব নত্তে, মখোয় পঞ্চ ভুৎকী কার্য্যনি তৌইগুম্বসুং(য়াম্ন শেংব সত্বিক ওইবনি) মদুদি লৈশেমগী অহানবদ প্রনিশিংগী কর্ম ভোগ পীনবগীদমক্ত সম্মুখ ওইরকপ মতম অদুদ আপ্তকাম( অপাম্ব লৈতব) ঈশ্বরদসু জীবশিংগী কর্মগী মতুংইন্ন ঐ জগাৎপু শেমগে অসুম্ন সংকল্প ওইখি। অদুগুম্ব সংকল্প অদুদগী জগাৎ অসি পোক্লকখি।

সৃষ্টি-রচনাগী মতুংদসু ঐ জগাৎকী পালন তৌগে অসুম্ন ঈশ্বরগী

ওইব সংকল্পন মরম ওইদুন জগৎকী পালন ওই। কর্মশিংগী মতুংইন্না অৱা-নুঙাই ন জীকী বন্ধ ওইববু পালন কৌই।

পালন সংকল্প অদুগী ময়াইদ উপাসকশিংগী উপাসনাগী প্রভাবতগী ঈশ্বরদ সংকল্প অসি লাকখি মদুদি রাম কৃষ্ণনচিংকী মশক সকাম মূর্তি পুন্নমক উহনব ওইসনু, মতম অদুদ সংকল্প অদুদগী থোইদোকপ মশক মওং লৈতব ঈশ্বরদ রাম কৃষ্ণনচিংকী মশক মওং অমদি পীতাম্বর পরিধান অসিনচিংকা লোইনব বিগ্রহ রূপকী ওইরকই। তৌইগুম্বসুং বিগ্রহশিং অসিদি কর্মগী মথা পোনব নত্তে।

অদু ওইদুনসু রাম কৃষ্ণনচিংব বিগ্রহ অসিন সাধুশিং অমসুং ফত্তব মীশিংবু মথং মনাও ওইন নুঙাইব অমসুং অৱাব ওইহল্লি। অদুগুম্ব মথোয় অদুগী অৱা-নুঙাইগী মরম হেতু ওইরিব মদু মথোয় অদুগী পাপ পুণ্যদগী শাবনি। মসিদগী মদুবুসু পাপ পুণ্যগী অথিন হায়নবনি। মতৌ অসুন্ন অবতারশিংগী হকচাং সাধুজনশিংগী সুখগী কারণ (হেতু) ওইবন মরম ওইদুন সাধুজনশিংগী পুণ্যদগী শেম্বনি হায়ন লৌনে।। মতৌ অদুমক্তুন্ন অসুরনচিংব অসাধু পুরুষশিংগীদমক্তদি দুখগী হেতু ওইব মরমদগী মথোয়গী পাপতগী শেম্মী। মরম অসিন অবতারশিংগী শরীর পাপ পুন্যগী মথা পোনদে হায়ব ৱাফমদি যুক্তি যুক্ত ওইদে।

পুর্ব জন্মদ তৌরকখিব পাপ পুণ্যগী ফল জীবন মতুং হকচাংশিংদ অৱা-নুঙাইগী মওংদ মহৈ চাই। তৌইগুম্বসুং রাম কৃষ্ণমচিংকী হকচাংদি সাধু অসাধু পুরুষশিংগী পাপ পুণ্যগী মথা পোনবন মথোয়শিং অদুগীদমক্ত অৱা-নুঙাইগী মরম ওইরবসু অবতার শরীরশিং অসি মথোয় মশামকী পাপ পুণ্যদগী শেম্ব নত্তব ওইবন মরম ওইদুন অৱা-নুঙাই ভোগ তৌনবগী মরম থক ওইদে।

মতৌ অসুন্ন রামকৃষ্ণগী হকচাং ভূতশিংগী পরিণাম নত্তে। হেন্নদুম চেতনগী আশ্রিত ওইদুনা লৈরিব মায়াগী পরিনামনি। করিগুম্ব পঞ্চীকৃত ভূতশিংগী পরিনাম ওইরম্লবদি শ্রীকৃষ্ণনচিংকী হকচাংদ যৌরিন পুনবনচিংব য়াখিদ্রিব য়াদবগী শাস্ত্রদ ইরিবশিং মদু নাতে চাদব অসঙ্গৎ ওইরমগদবনি। সিদ্ধ যোগীগী হকচাংসু ফা-পুনব য়াদে।

পঞ্চভূতশিংন শেম্ব সিদ্ধ যোগী গী হকচাংদসু ফা-পুনবনচিংব য়াদব ওইরবসু যোগী গী শরীরদ অহানবদ ফা-পুনব ওইরম্মী মমৈথংদ যোগা ভ্যাসকী মশক ওইব পুরুষার্থদগী বন্ধন্নচিংব মাংহনখিব ওই। যোগীগী মতৌগুম্ন কৃষ্ণনচিংকী হকচাংদ পুরুষার্থদগী বন্ধন্নচিংব মাংখিব ওইদে মখোয়গী হকচাংদি মশান হৌমশা ওইন (সহজ) ফা-পুনব য়াদব নি মখোয় ভূতশিংগী পরিনাম নত্তে।

মাণ্ডুক্যভাষ্যগী টিকাদ স্বামী আনন্দগিরিন রাম্নচিংবশী হকচাংবু ভূতশিংগী পরিনামনি লৌই। মদু মিৎয়েং অসিদ হায়বনি মদুদি অবতারগী হকচাংসু স্থূল শরীরগী মতৌগুম্ন উই। মরমদি ভাষ্যকারণ গীতা ভাষ্যদ হায়রি মদুদি জীবশিংদ অনুগ্রহ তৌবিনবগীদমক্ত হকচাং পুব শরীর ধারীগী মতৌগুম্ন পরমাত্মান মাগী মায়াগী তৌওম্ব শক্তিদগী কৃষ্ণ মশক লৌদুন ফোংদোকই; তৌইগুম্বসুং মাদি পোকপনচিংব লৈতবনি। মাবু বাসুদেবন দেবকীগী গর্ভদগী পোকপ ওইখিবসু মায়াগী শকউংখক্তনি। মতৌ অসুন্ন ভাষ্যকারন শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংবু মায়াগী কর্য্যনি হায়রি। মসিদগী অচুম্ব অসি ফংলে মদুদি অবতারগী হকচাংশিং ভূতশিংদগী ওইরকপ (পোকপ) নত্তে, খোইদোকপ মখোয়গী উপাদান কারণ সাক্ষ্যাৎ মায়ামক্নি।

অতোপ্প জীবশিংদ অদুগুম্ব আত্ম ভ্রান্তি (আত্মানি খঙব ঙমদব)

লৈরিব মদু রাম কৃষ্ণনচিংবদ লৈতে। মরমদি জীবশিংগী উপাধি অবিধ্যা মলীন সত্বগুণদগী ওইবনি অমসুং রাম কৃষ্ণগী উপাধি মায়া শুদ্ধ সত্বগুন্ন তিনবনি। মরম অসিদগী জীবশিংবু অবিদ্যাকৃত অবিদ্যান শেম্ব অজ্ঞান ওইব মতৌগুন্ন অবতারশিংগী মায়াকৃত সর্বজ্ঞতা ওইবনি।

## উপদেশ য়াওদ্রবসু আত্মাজ্ঞান ফংব ভক্মী।

জীবশিংগীদমক্তদি অজ্ঞান কৃত আবরন অমসুং ভ্রান্তি নাশগীদমক্ত আচার্যন মরম ওইদুন মহাবাক্যগী উপদেশতগী পোকপ জ্ঞানগী তঙাই ফদব লৈব মতৌ অদুগুন্ন রাম্নচিংবদ আবরণ অমসুং ভ্রান্তি লৈতে। মরম অদুদগী উপদেশতগী পোকপ জ্ঞানগী তঙাই ফদব (অপেক্ষ) লৈতে। তৌইগুম্বসুং জীবশিংগী অন্তকরণগী বৃত্তিগী মশক ওইব জ্ঞানগী মতৌগুন্ন ঈশ্বরদ মায়াগী বৃত্তিরূপ আত্মাগী জ্ঞান উপদেশনচিংব য়াওদ্রবসু ওই। তৌইগুম্বসুং অদুগুম্ব জ্ঞান অদুদগী মথোয়দ করিগুম্ব প্রয়োজন অমত্তসু কান্নব লৈতে। করিগীনো হায়ববু জীবশিংগীদি চফুনচিংবগী জ্ঞানদগী আবরণ ভঙ্গ অমদি চফুনচিংবগী মশক ওইব মওংবু বিষয়বু ঙাম্থোকনৈ।

ব্রহ্মরূপ্ত জীবশিংগী আত্মজ্ঞান ওইনব হায়রি, মদুদ জ্ঞানগী বিষয় আত্মাগী আবরণ (কুপশিল্লিব অজ্ঞানগী ফিজং) হাংদোকপদগী জ্ঞান ওই। অমসুং আত্মবিষয় স্বয়ং প্রকাশ ওইবদগী আত্মজ্ঞান্দ বিষয়বু ঙাম্থোকপ ওইদে। মতৌ অদুমকুন্ন ঈশ্বরদ মায়াগী বৃত্তিরূপ ওইব 'ঐ ব্রহ্মনি' হায়ব জ্ঞান অসি মাগী বিষয় ঈশ্বরগী আত্মাগীদি আবরণ লৈতব মরম্ন অমদি স্বয়ং প্রকাশ ওইবদগী আবরণ ভঙ্গ নত্রগ বিষয়গী প্রকাশকী প্রবয়োজন ওইদে।

মতৌ অসুম্ন ৱাম কৃষ্ণনচিংবদ জীৱশিংদগী হেন্দোক থোইদোকপ (ৱিলক্ষণ) ঈশ্বর ওইব মতৌ লৈ অদুগাসু মখোয়গী হকচাং অসি মায়ান শাব ওইবন মরম ওইদুন ব্রহ্মাদি নত্তে মিথ্যানি। মায়াদগী ওইব অবতারীশিংগী হকচাংসু খুৎ-খোঙনচিংব কায়াৎশিংগ লোইনন পোকপ মরম্ন মিৎনচিংব ইন্দ্রিশিংগী বিষয় ওই। অদুগা ব্রহ্মাদি মিৎনচিংব ইন্দ্রিশিংগী বিষয় ওইব ঙম্বগী মতিক লৈতে।

মিং কৌব ইন্দ্রিগী মতৌগুম্ন উনশা (ত্বচা) ইন্দ্রি অসিনসু শোকপ অমসুং মাগী আশ্রয় (চংজফম) বু বিষয় ওইবনি। তৌইগুম্বসুং ব্রহ্মাদি শোকপগী আশ্রয় নত্রগ শোকপ য়াদবনি মরম অসিন ত্বচা ইন্দ্রিগীসু বিষয় নত্তে।

মতৌ অসুম্ন রসনা (লৈয়েং) ঘ্রাণ-(নাতোন) অমসুং শ্রোত্র নাকোংনচিংব অমসুং মখোয়গী বিষয়শিংদগী তোপ তোপ্প অমনি। মরম অদুন ব্রহ্মাদি মখোয়শিং অসিদগী অমত্তগীসু বিষয় ওইদে। কর্ম ইন্দ্রিশিংদগীসু ব্রহ্মাদি তোপ তোপ্পনি। মরমদি কর্ম ইন্দ্রিশিংদগী জ্ঞান উব ঙমদে।মখোয়দি সুপ্নগী কৃয়াগী সাধনখক্তনি। মতৌ অসুম্ন করিগুম্ব কর্ম ইন্দ্রিঅমত্তগীসু ব্রহ্ম জ্ঞান ওইথোকপ য়াদে। অমদি ইন্দ্রিশিংদগী ফংলিব জ্ঞান অদুদি প্রত্যক্ষনি অমসুং ব্রহ্মগীদি প্রত্যক্ষ জ্ঞান নত্তে। সুপ্নগী শব্দখক্তগী ওই, মরম অসিন ব্রহ্ম জ্ঞান পরোক্ষ জ্ঞাননি।

গুরুন হায় - হে শিষ্য! ইন্দ্রি সম্বন্ধ ওইদন প্রত্যক্ষ জ্ঞান খক ওইদে হায়ব নিয়ম অসি লৈতে। মরমদি অৱা-নুঙাইনচিংবগী জ্ঞান অসি করিগুম্ব ইন্দ্রি অমত্তদগী ওইব নত্তে। অদুবু প্রত্যক্ষ (হকথেংনব) ওই। মরম অসিনইন্দ্রি সম্বন্ধদগী ওইব জ্ঞান প্রত্যক্ষ ওইগনি হায়ব নিয়মসু

লৈতে। তৌইগুম্বসুং বিষয়দ বৃত্তিন সম্বন্ধ ওইরগা বিষয়গী মওং লৌব বৃত্তি বিষয়াকার বৃত্তি ওইরিব মদুবু প্রত্যক্ষ জ্ঞান ওইবনি।

বিষয়দ বৃত্তিগী সম্বন্ধদি করিগুম্বদ ইন্দ্রিয়দগীসু ওই করিগুম্বদ শব্দদগীসু ওই। মদুদি নং তরাগুবনি দশমসি মসিদ তরাদ অন্তকরণগী বৃত্তিগী সম্বন্ধ ওইবদগী তরাগুকগী মওং ওইব বৃত্তি ওই। মসিদগী তরাগুকগী শব্দ খোম্লোক্তগী পোকপ জ্ঞানসু প্রত্যক্ষ ওই।

অদুমক্কুন্ন প্রমাতাদ অৱা-নুঙাই ওইবদ অন্তকরণগী বৃত্তি অৱাকগী মওং নত্রগ নুঙাইকগী মওং লৌব ওই। বৃত্তি অদুগা অৱা-নুঙাইগা সম্বন্ধ ওই। মদুদগী অৱা-নুঙাইগী জ্ঞানবু প্রত্যক্ষনি হায়বনি।

মমাংদ হান্ন ওইখিব সুখ-দুঃখগী মাংথ্রবদ, মীন ী ।শিংলকইব মদুদ অন্তকরণগী বৃত্তি নুঙাইকগী মশক অমসুং অৱাকগী মওং ওই। তৌইগুম্বসুং বৃত্তিন মাংথ্রবদ অৱা-নুঙাইগা সম্বন্ধ ওইদ্রে মরম অদুদগী অদুগুম্ব জ্ঞান অদু স্মৃতি (নীংশিংব)রূপ নি প্রত্যক্ষ রূপ নত্তে।

অন্তকরনগী ধর্ম ওইব অৱা-নুঙাই অসি সাক্ষী ভাষ্য ওইরবসু অৱাকগী মওং নুঙাইকগী মওং ওইরিব অন্তকরণন মরম ওইদুন সাক্ষীন অৱা-নুঙাইগী প্রকাশ তৌবনি ঙাম্লোকপনি।

অদুগুম্ব সাক্ষী ভাস্য (সাক্ষীন ঙাম্লোকপ ওইব) পদার্থশিং মখোয়দুসু সাক্ষীন বৃত্তিগী (অপেক্ষা) মাইকৈদ তোংলগ মতেংদগী ফোংদোরকপনি মতৌ অদুগুম্ন কোংগ্রেংদ লুপা ওইন উব সাক্ষী ভাষ্যনি মসিদ অবিদ্যাগী বৃত্তিগী অপেক্ষা মাইকৈদ তোংলগ সাক্ষীন লুপা ওইব মতৌ ঙাম্লোকপনি। তৌইম্বসুং অৱা-নুঙাইগী ফোংদোরকপ ঙানখোকপদ অন্তকরণগী বৃত্তিন সাক্ষীগী মতেং পাংব ওই অমসুং মিথ্যা রজতকী ঙাম্লোকপদ অবিদ্যাগী

বৃত্তি মতেং পাংব ওই। মতৌ অসুম্ন সাক্ষী ভাস্যন্ন পদার্থগী জ্ঞান্দসু বৃত্তিগী পাম্বেদ তোংই।

## অৱা-নুঙাই সাক্ষী ভাষ্যনি

অৱা-নুঙাইব বিষয় ওইরিব বৃত্তিদ মপানগী ইন্দ্রিনচিংকী মরম ওইদে। তৌইগুম্বসুং অৱা-নুঙাইনচিংব পোক্লকপ অদুগুম্ব মতম অদুদ অতোপ্প সাধনগী মতেংদ তোংদন অৱাকী মতৌ, নুঙাইকী মতৌ ওইব অন্তকরনগী বৃত্তি ওই মতৌ অসুম্ন গ্রাম্বোকই। মরম অসিন অৱা-নুঙাইসাক্ষী ভাস্য (সাক্ষীদগী গ্রাম্বোরকপ) ওই।

মপানগী ওইব চক্ষুনচিংব পোৎশিংদ অন্তকরণগী সম্বন্ধ শুইবদি মিংনচিংব ইন্দ্রিয়শিংগী ওই। মরম অসিদগী চক্ষুনচিংবদি সাক্ষী ভাস্য ওইব য়াদে।

মতৌ অসিমক্তুম্ন অন্তকরণগী বৃত্তিন ব্রহ্মাকার ওইব মদু মপান্দ থোরক্লগা ওইব নত্তে থোইদোক্ল হকচাংগী মনুংদ ওইবনি। বৃত্তি অদুন ব্রহ্মগা সম্বন্ধ ওই- মরম অদুন ব্রহ্মাগী জ্ঞানসু অৱা-নুঙাইগী মতৌগুম্ন প্রত্যক্ষনি। তৌইগুম্বসুং অৱাকী মওং নুঙাইকী মত্তং লৌব বৃত্তিদ মপানগী সাধনগী মতেং য়াওদে; মরম অদুদগী অৱা-নুঙাইবু সাক্ষীদগী গ্রাম্বেকপ সাক্ষী ভাস্যনি হায়বসি সিদ্ধ ওই।

মতৌ অসুম্ন অদুগুম্ব বিবয়দ বৃত্তিগা সম্বন্ধ ওইরিব মদুবু প্রত্যক্ষ জ্ঞান কৌই। অহং ব্রহ্মাস্মি বৃত্তি অসিগী বিবয় ওইব ব্রহ্মনি মসিদ সম্বন্ধ ওইকী মরম্ন ব্রহ্মাগী প্রত্যক্ষ জ্ঞান ওইথোকই।

মফম অদুদ মৈখুবু উকা মৈগী (মৈ লৈ হায়কী) জ্ঞান ওইরিব মদুদ মৈখুগী জ্ঞান প্রত্যক্ষ অমসুং মৈগী জ্ঞান পরোক্ষনি করিগী হায়ববু

মিংন মরম ওইদুনা অন্তকরণগী বৃত্তিগ মৈথুগ সম্বন্ধ ওইবন মরম ওইদুন মৈথুগী জ্ঞান প্রত্যক্ষনি।

অদুগ অনুমান্দগী অন্তকরনগী বৃত্তিন হকচাংগী মনুংদ মৈগী মওং মতৌবুদি লৌরিব তৌইগুম্বসুং মৈ অদুদ বৃত্তিগী সম্বন্ধদি ওইদবন মরম ওইদুন মৈগী জ্ঞান অদু প্রত্যক্ষ ওইদে।

মদুদ বৃত্তিন বিষয়গ সম্বন্ধ ওইদব মপানগী বিষয় ওইব অমসুং লাপ্ল লৈব নত্রগ হৌগ্লব ভুং নত্রগ তুংদ ওইগদব ভবিষ্যৎ ওইরব অমসুং অনুমানগী বিষয়দ বিষয়গী মওং ওইব মনুংগী বৃত্তি ওইরব মদুগী জ্ঞান অদু পরোক্ষনি।

ইন্দ্রিজন্য জ্ঞান (ইন্দ্রিদগী পোকপ জ্ঞান) খক্তন প্রত্যক্ষ ওইগনি হায়বগী নিয়ম লৈতে। মদুদি অবা-নুগুই (ফাওবগী থওব)গী জ্ঞান ইন্দ্রিজন্য নত্তে: অদুবু প্রত্যক্ষনি মতৌ অদুমক্তুম (তরাগুব নুপা)গী জ্ঞান শব্দগী পোকপ (ব্রাহ্মণদগী খওব) ওইরবসু প্রত্যক্ষনি।

মতৌ অসুম্ন সদগুরুন তাকুন্না তাহনবীরব মহবাক্যগী মশক ওইব বেদগী বাক্যগী মশক ওইব শব্দগী পোকপ ব্রহ্মজ্ঞানসু প্রত্যক্ষ ওই।

সদগুরুগী অসিগুম্ব উপদেশবু তাজরগা বুদ্ধিমান তত্ত্বদৃষ্টিন আত্মাগী ব্রহ্মরূপ ওইববু খঙজরদুন খেন্নবগী মশক ওইব ভ্রমবু মাংহন্দুন কোকথোক্লুম্মী। "ঐ ব্রহ্মনি" হায়ব বৃত্তি অসিদ নিরাবরণ (অজ্ঞানগী ফিজং হাংদোকপগী) ওয়োক্লম্মী মদুদি অদুগুম্ব আদিরূপ অহানবগী মশক ওইব ব্রহ্মবু ঐখোয়ন খঙলে।

**-মসিদ মরিগুব তরঙ্গ লোইরে।-**

-(০)-

লেখক্কী ফোংখ্রব লাইরিক খর ঃ

১। জ্ঞান গঙ্গা

২। জ্ঞান পুষ্প

৩। আনন্দ সরোবব

৪। নুংশিব

৫। ঐখোয়গী ধর্ম

৬। গুরুগী শিদয়াই-পওতাক (অনুবাদ)

৭। বিবেক চুড়ামনি (অনুবাদ)

৮। অপরোক্ষ অনুভুতি (অনুবাদ)

৯। ন্যায় বৈশেষিক্ (অনুবাদ)

১০। বিচার সাগর (অনুবাদ)